লাংওন লংদায় হায়বা ব্বারেংগী লাইরিক অসি মণিপুরী জাতিগী মহাকাব্য ওইনা শকখঙনরিবা মোইরাং শাইওন্দা য়াওরিবা শাইওন লাংওনশিংগী মরমদা ইনরিবা অমদি লীনরিবা লাইরিক নৎত্রগা ব্বারীশিংবু থিজিন-হুমজিন্দুনা নৈনরুবদগী ফংলকপা ঞ্জানগী য়ূম্ফমদা শাগৎপা লাইরিক্নি। শাইওনগী ব্বারীসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিং, থৌদোক পরীংসিদা য়াওরিবা লারৈ লাথুপ কাংনবা হোৎনবগা লোয়ননা মীতৈগী এস্থেটিক্স অমদি সভ্যতাগী খোঙ্গুন লিনবা লাক্লবগী খোঙথাংদা ইবনি। মণিপুরী ওইনা পোক্লুনা চাওরক্লবা মী খুদিংমক্লা মোইরাং শাইওনগী ব্বারী অসি খরমখৈদি তানরবা ঙাক্তনি। মদুগা লোয়ননা ব্বারীসি তারুরগা ব্বারীসিগী মনুংদা চনৈনবা, ময়েক শেংদবা মতাং কয়াদা ব্বাহং খরসু ব্বারীসিগা শাগোন্নদুনা লাকমিন্নে। অদুনা চনৈনবা ব্বাহং ময়ামদুগী লংজিন থিদুনা কিশি থোক্লনবা হোৎনবসিনা লাইরিকসি ইবগী পান্দম ওই। অদুবু পান্দমসিদা কদায় ফাওবা চঙশিনবা ঙল্লবগে হায়বদুদি অপাবশিংনা লেপ্লিগনি। শাইওনগী ব্বারী পরীং অসি শাগৎলকপগী মওং অসিবু থব্বায় য়াওশিন্না য়েংশিল্লুবা অমদি ব্বারীসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিংগা তোৎনতিন্নদুনা লোন্দিরকপগী নুংঙাইবদু পূক্লিংদা মকা ফোঙদনা লৈজরম্বদু মীয়ামগা ফাওননবা লাইরিকসি পুথোকচবনি।

লাংওন লংদায়

ৱারেং

Lang-on Langdai

essays



অইবা: আর জে মীতৈ

by. R J Meetei

অইবা ফোঙবা: ২০১২

1st Published: 2012

মশীং: ১১০০

Copies 1100

মমল: ৪৫০/-

Price 450/-

মখুম: বজিৎ খোইস্নাম

Cover Ranjit Khoisnam

নম্ফম: গ্রোম ওফসেট, পাওনা বাজাব, ইম্ফাল-৭৯৫০০১

Printed at GROM Offset, Paona Bazar, Imphal-795001



লাইবিক অসি সেন্ট্রেল ইনষ্টিট্যুট ওফ ইন্দিযান লেঙ্গুইজেজ (মিনিষ্ট্রি ওফ হ্যুমেন রিসোর্সেস ডিভলপ্টমেন্ট ওফ হাইযাব ইডুকেসন, গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিযা) মানাসাগঙ্গোট্রি, মহিশুব - ৬৭০ ০০৬ গী ভাইদ সেঙ্কসন লেটব নম্বব ৫১-২১(৬)/ ২০ - ১০ - ২০১১ মেন/গ্রান্ট ফেব্রুবাবী তাং ১৩, ২০১২ গী মখাদা স্কিম ওফ গ্রান্ট ইন এইদগী শেলগী তেংবাংনা ফোঙবনি।

This book is published with financial assistance from the Central Institute of Indian Languages (Ministry of Human Resources Development of Higher Education Govt of India) Manasangangotri, Mysore-5700 006 vide sanction letter No 51-12(6)/2010-11 MAN/GRNT Dated 13th February. 2012 under the schemed of Grant in aid

**হীরমশিং**

# ৱাহৌদোক

হৌখিবা চহী খরসিদা ঐনা অসুম খন্দুনা লাকইবা হীরম অমদি মীতৈ জাতিগী সভ্যতা অমদি নাৎপু শকখঙবগী মায়কৈদা মোইরাং শাইওনগী মফম করিনো হায়বসিনি। মহাকাব্য/এপিক হায়বসি ন্যেসন অমা শাগৎলকপদা চঙবা মরুওইবা মচাক অমনি হায়বগী ৱাফম্নুদি ময়েক শেংনা লৈরবনি। মীতৈ জাতিগী সভ্যতাগী ইতিহাস শাগোন্ননা শারেপ তানমিন্নরকখিবা মহাকাব্য অসিদা মণিপুরী জাতিগী পুন্সিরোলগী মচেৎ মকায় অমা ফাওবা খক তিন্দনা তোকখিবা লৈতে। মসিদি লৈবাক অসিগী মায়কৈ কয়াদগী ঈহৌরকপা তূ কয়ানা ঈতিন্নদুনা ওইরকখিবা তূরেলশিংগী ঈতিনফম লোক্তাক পাৎকুম্বনি। অপূনবা নাৎকী চূমশিল্লবা ঈরেলগী মশক্লি। প্রমান অমরোমদা হায়বা তাববদি মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোনগী লৈহাওদা হৌদুনা শারেপ ফারকখিবা লৈপাল অমগী ফুগাইনা শাৎকায়রকখিবা লৈবাংগী পাংখক্লি। অদুনা লৈরাং অসিগী লৈচা অমত্তং ফাক্তুনা য়েংলুবদা মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোলগী মশক- মচু অমত্তা খক থেংনদনা তোক্লোই। শম্লা হায়রবদা মোইরাং শাইওনগী ৱারী অসি মণিপুরীশিংগী পুন্সি উফম্নি। জাতি অমগী পুন্সি শক্তম্নু শকখঙনবা হোৎনবদা খ্বাইদগী মরুওইবা মতেং ওইনরিবা মচল অমদি ফোক এপিক হায়বসিনি। মরমদি মসি ইতিহাসতগীসু হেন্না লীরবা চীনবুংগী ৱারীনি অমদি মীওইবগী পুন্সিগী অওইবা/অচুম্বশিং উৎলিবা উপন্যাসশিংগী মথক্তা লৈবা উপন্যাসনি। মশা মশাগী জাতিগী অশেংবা হৌরকফম্নু থিনরক্লিবা ইতিহাসকী তাংফমসিদা মণিপুরী জাতিগী ওইনা লৈজরিবা মোইরাং শাইওনগী ৱারীবু মশক শেংনা মমূৎ তানা থিবা মথৌ তারক্লি। মরমদি জাতিসিগী সভ্যতা, নাৎ অমদি ৱাংঙুরোল পূম্বগা শাগোন্ননা চত্থরিবা অমদি কুনশুবা চহীদা লাকখিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী হৌরকফমগী মরূদা মহাকাব্যসিনা উজাওগী মতৌগুম মশা মরেং পূংনা মায়কৈ পূম্বদা শন্দোক্তুনা লৈরি। মোইরাং কংলৈরোনগী ৱারীসিদা য়াওদবা মণিপুরীশিংগী পুন্সিগী করিগুম্বা মচল অমত্তা লৈত্রবনি। লাই হরাওবদা য়াওদবা মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোনগী শরুক অমত্তা লৈত্রে হায়রিবসি ঐখোয়না মোইরাং কংলৈরোনগা চাংদম্নরুবদা য়ানিংদে মরমদি শাইওনগী ৱারীসিদি মশক হোং - হোংদুনা অহিংবা ওইনা চৎলিবা লূ-তোং লৈবা মথৱায় পাল্লবা শকওংনি। শাইওনগী ৱারী অসি মণিপুরগী তম্পাক্কী লমদা লৈরিবা মীতৈ কাঙলূপ খক্তগী ওইবা ৱারী নত্তে। মতম অমদা তম্পাক্কী লমদা চোয়না চোয়না খুন্দা-লৈতারম্বা শাগৈ- শলাইশিং অমদি চীংদা খুন্দারিবা চীংমীশিং, মণিপুরগী চীং-তম, চীংমী - তম্মী অমদি যূম্লোন্নরিবা লৈবাক তুমু/ম্যেনমানচিংবগা মতম কুইনদগী লৈনরকপা মরী অমদি মফমশিং ফাওবা মহাকাব্যগী সেট্রিংদা থল্লি।

মণিপুরী জাতিগী শাইওনগী ৱারী অসি শক-তারিখ নাইবা ইতিহাস নত্তে। মতম পূম্বগী ওইবা জাতিসিগী ওইবা ইতিহাস অমনি। অদুননি শাইওনগী ৱারীসিবু জাতিসিগী মীয়াম্না ইতিহাসকী লাইরিকশিংদগী হেন্না থাজনা মমল লৈনা লৌনরিবা। ৱারীসি মণিপুরীশিংগী পুন্সি ঈচেলদগী খাইদোকপা য়াদ্রবা অমহৈকসু মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোনগা তৎন- থানবা যাদ্রবা ৱারীনি। ঙসিগী মীওইশিং ঙরাংগী জাতিসিগী সভ্যতাগী শক্লোন ঙাক্তনি। ঙসিগী শক্লোন্দগী হঙ্গৎনা য়েংখিবদা মী ফুরূপ নৎত্রগা কাঙলূপ মচা অমগী মশাগী মশক মচু অদু পরীং চানা মথং মনাও লেপ্পা ঙম্মে। তাইবঙ পানবা অসিগী মনুংদা লৈরিবা মীওই কাঙলূপশিংগী মনুংদা পীকখ্রবা লমখৈ অমদি য়ামখিদ্রবা মীশিংনা শারিবা মণিপুরী জাতিগী চাওখৎপগী থাক অসি ওইহল্লকপদা য়েলহৌঙেদগী মশাগী সভ্যতা অমদি নাৎকা লোয়ননা হিংলম্বা মণিপুরীশিংগী তাঙলবা মোইবাং শাইওনগী ৱারীসি য়েংশিন্দবা য়ারক্তে। অদুগা হৌজিক্কী সমাজগী পুন্সিদগী শাইওনগী ৱাবীদা য়াওবিবা থৌদোক অমদি চরিত্রশিং লোয়ননা মখোয়গী মপূক্লিংদা লৈরিবা মূক্লবশিং কয়াবু হন্না য়েংশিনবদা অনৌবা ফজবা কয়া উবা ঙমদনা লোত্তুনা লৈরিবশিংদু মতোমতা চোংথোরকই। মসি শাইওনগী ৱারীদা য়াওবিবা চরিত্র খর্বদুগী মশক অদু উৎপা নত্তে। অপূনবা মণিপুরী জাতিগী পুন্সি শক্তম্সু উৎপনি। জাতিসিগী অপূনবা পুন্সিবু শকখঙনবা হোৎনবগী মায়কৈদা লাই- তীনগী ৱারী অমদি ইতিহাসকী ওইবা মচাকশিং চাং মান্নদনা তিন্নদুনা লৈরিবা অসিসু ময়েক শেংনা খাইদোক্তুনা নৈনবদা চয়েৎনদুনা লৈবিবা ইতিহাসকী তাল্লক কয়াবু ময়েক শেংদোকহনবা ঙম্বতা নত্তনা মীওই কাঙলূপ অসিগী নাৎকী কাঙলোন নাইবা চৎনরোনগী মওং তাবা সভ্যতা অদু তরং তরং উহনবা ঙম্মী। তুংগী লম্বীদসু মরা চেৎপা নাৎকী পরীং অমগা শমজিন্নদুনা লীরবা সংস্কৃতি অমগী খোংদগী ঈশাবু মমল য়াম্লবা মণি মুক্তা ওইনা ফংজবা ঙমগনি। অমুক্তসু নীংথিজরবা সংস্কৃতি অমনা ঐখোয় ঈশা ঈশাগী পূক্লিং ৱাখলবু মৈ ঈকথোক্তুনা মপাঙ্গল কনখৎহল্লি।

মালেমদা মীওইবনা লৈরকখিবগী ৱারীগুম মণিপুরী জাতিগী শাইওনগী ৱারী অসি চয়েৎনবনা পীক থল্লি। মণিপুরী জাতিগী মহাকাব্যগী ৱারী অসিদা ঐখোয়না খঙনীংলিবসি শাইওনগী ৱারী পরীং অসিতা নত্তে। ৱারী পরীং অসি কমদৌনা শাগৎলকখিবগে অমদি ৱারীসিদা য়াওরিবা মীশক মীওইশিংদুগী মরনাইগী লমচৎ নত্তবা নাৎকী শক্তম অদু কমদৌনা পুথরকপগে অমদি জাতি অসিগী নাৎনা লনাই মীশক অমদা কদায় ফাওবা পূক্লিং ৱাখলদা থৌনা পীবা ঙম্বগে হায়বসিনি। অসিগুম্বা মথং মথং পুথরক্লিবা নাৎকী ঈচেল অসি থিননবা হোৎনবকপদা মণিপুরী জাতিগী লৈশেম-নোংশেমঙৈগী তাংক্কক য়ৌনা মীৎয়েং থম্বা তারকই। মোইরাং শাইওনগী ৱারীসিদা

য়াওরিবা লাইরৈম্মশিং অমদি থোইবীগী চরিত্র উরকই। মণিপুরী জাতিনা পাম্বা মণিপুরী নুপীগী মাদর ফিগর অদু থোইবীনি। মণিপুরী নুপীগী মশক অসি তৌথোরকপদা থোৎ-নৌনা উহল্লগা মনুংদনা অকনবা পূক্নিং ৱাখল পী। মোইরাংগী থোইবীদি লৈরমদবসু কনানা খঙবা অদুবু মণিপুরী নুপীশিংদা য়াওরিবা থোইবীগী লমচৎকী শরুকশিংসিদি অশেংবনি অমদি মমল নাইদবা ওইরবনি। মোইরাং থোইবী মশক- মতৌ ফিজেৎ- চাকচা, ৱাঙাং- শঙাং, মতীক- মগুণ পুম্নমক্তা লময়ৌবীনি, খুদিংমক্তা ইচু তাবীনি। খম্বা থোইবী অমদি নোংবানগী নুংশিবা লাইরম্লেনগী নুংশিবগী থাক্তনি। মীৎয়েংগী মীৎলম তেল্লবা, মীৎয়েংদগী নাম্থোক্লখিবদা কাউনরবা হৌজিক্কী পুন্সিদা মীওইবগী মরীসি হু চেল্লবা উরীগা পাংখক্লি। মতমসিদা ৱাশক অমগীদমক অমং থরৈ কুম্নবা, মপোক মপোক ঙাইনবা শাবী- শানৌশিংগী পুন্সিগী মহৌশাগা শকখঙনবদা অপাম্বা থিবদা মৈশা লাংলবা পূক্নিংদা হায়নীংঙায় লৈতনা অঙৈংবা পীরি। শাইওনগী ৱারী অসি মণিপুরী জাতিনা করিগীদমক অদুক মরু ওইনা লৌরিবনো ? মসি চূম্নতগী অৱাংবা থাক্কী নুংশি নুংওলগী ওইবা ৱারী অমত্তা নত্তে। জাতিসিগী ওইবা লাইনিং, নাৎ, ৱাংঙুরোন, লৈঙাক্লোন, হরাও- কুম্মৈ, শান্ন-খোৎনবা, জগোয়- ঈশৈ, থাং- তা, শেন্মিৎলোন শম্না সভ্যতাগী লীক্লম তাক্লিবা মহাকাব্য অমনি। জাতিসিনা মহৌশাগী পোৎলম-চৈরমশিংদা য়াওবিবা অহিংবা শক্তিবু উবা ঙম্বা অমদি য়েংলবা মীৎয়েংসু উবা ফংই। শাইওনগী ৱারীসিদা য়াওরিবা মিথ অমদি লেজেণ্ডগী মচাকমখৈ খাইদোক্তুনা লৌথোকখ্রবদি মীওইবগী লমচৎকী থূপ্লবা কাচিন-কোয়া পুম্নমক উবা ফংহল্লি। অমদি চরিত্রশিংগী লমচৎ- শাজৎকী মনুংদা চঙন্দুনা ঐখোযগী পূক্নিংগী অপাম্বা, নুংশিবা অমদি কল্লক মীহৌগী মৈশা লাংলিবা মশক-মচুশিং লোকপা ঙমদুনা মীওই পুন্সিবু অনৌবা মমলদা ফংজদুনা পুন্সিবু অনৌবা ৱাহম্থোক পীবা ঙম্মী। মসিনা মীওই লমচৎকী থাদোকপা ঙমদ্রবা মতৌশিংবু মশক খঙহন্দুনা ইশাগী পুন্সিবু মশক হেন্না খঙহনবা ঙম্মী। মণিপুরী জাতিগী মহাকাব্য অসিগী থৌদোক অমদি চরিত্রশিং অসিবু নৌহৌননা অনৌবা মীৎয়েংনা য়েংননবা হোৎনবা অসিনা পুন্সিগী মমল খঙহনবা ঙমদুনা মহাকাব্য অসিগী চরিত্রশিংবু অনৌবা ৱাহম্থোক পীদুনা অনৌবা লন শেমগৎপসু ঙমহল্লি। মসিনা ইজাতিগী ইপোৎ- ইরলবু মমল লৈহনবা অমদি অনৌবা সংস্কৃতি শাগৎপগী অনৌবা তাঞ্জা অমসু লৌবা ওইরগনি। মহাকাব্য অসিগী অরোন- অথূপকী লংলা- লংজিন মফম খঙনা চিংথোকপনা মহাকাব্যসিগী হৌরকফম, মতমদুগী সমাজকী পুন্সি, লৈঙাক্লোনগী থাক, যূম্লোন্নবা লৈবাকশিংগগী মরক্তা লৈনরম্বা ডিপ্লোমেসি পুম্নমক ময়েক লারকই অমদি চনৈনবা, ময়েক শেংদবা থৌদোকশিংগী পাউখুম মতোমতা চোংথোরকই। মদুগা লোয়ননা লীরবা সভ্যতা অমদি সংস্কৃতিগী পূক্কে- লঙ্গৈ অমা ওইরিবা মোইরাং শাইওনগী মতাংদা নৈনরকপদা ওইনম্না হাউরবা মহাউ অমা য়াওরি। মসিদা য়াওবি-মণিপুবী জাতিগী সভ্যতা, সংস্কৃতি, কলা কৃষ্টি অমদি মীশক মীওইশিংগী মাদর ফিগরনচিংবা কয়া।

সভ্যতা পূম্বগী হৌরকফমসি ঈশিংগী তোববান্দগী হৌরকপসি জাতি পূম্নমক্কী ওইনা চপ মান্নে। মরমদি মীওইবনা হিংবদা ঈশিং হায়বসি থাদোক্লবা য়াদে। ঈশিং লৈবা মফমদা মীওইবনা হিংনবগী দরকার লৈবা চীঙাকশিংসু ফংই। মণিপুরী জাতিগী ওইনসু লোক্তাক পাৎকী অকোয়বদা মীওই কাঙলূপ কয়ানা খুন্দা-লৈতাদুনা সমাজ লিংদুনা লৈরকপসিনা জাতিসিগী সভ্যতা শাগৎনবা অহানবা যুম্ফম ওইখিবনি। অঙনবা মতমগী মণিপুরীশিং অসিগী শক্তম অসি মান্নবা অমদগী হৌরক্লবসু লৈরম্লিবা শাগৈ-শলাইশিংগী মরক্তা মাগী মাগী লমখৈ কন্নদুনা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমমম ওইনা লৈমিন্নরকই। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মোইরাং শলাইসু অমনি। মোইরাং শলাইনা হৌবকপগী ৱারী অসিগা মোইবাং শাইওনগী ৱারীসিগা অমত্তা ওইনা লাকমিন্নরকই। অমসুং মোইবাং শলাইগা লমলোন্নবা মঙাং, লূৱাং, খুমননচিংবা শলাইশিংগসু তংন-থানবা য়াদ্রবা মবী লৈনরকপদু শাইওনশিং অসিগী ৱারীদা মফম কয়াদা মফম কল্লকই। জাতিসিগী মমল য়াম্লবা ফোক এপিক অমা ওইরিবা মোইরাং শাইওনগী ৱাং-চাওরবা অমদি মশা মরেং য়াম্লবা ৱারী অসি জাতিসিগী শকয়েং মিংশেল ওইনা ঐখোয়গী মাঙদা থান্দুনা লৈরি। জাতিসিগী সভ্যতাগী ঈচেলগা লোয়ননা ঐখোয়গা চৎমিন্নরিবা খোঙচৎসিদা হৌজিক্কী সমাজগী মীওই মচত্তগী মখোয়বু য়েংবদা অনৌবা ফজবা কয়া লোত্তুনা নৎত্রগা উবা ঙমদনা লৈবিবদু মতোমতা চোংথোরকই। এপিক অসিগী মচী ওইরবা থৌদোক অমদি চরিত্রশিং অসি অমমমতা ওইনা মীওই অমগী মীৎয়েংদগী মখোয় পূম্বসি মশাগী অপাম-পামদা, নুংশিবা-অপাম্বা অমদি কল্লক-খম্বনবনচিংবগী মরীদা থম্মোয় য়াওনা য়েংশিনবা তারবদি চরিত্রশিং অসিগী অকন-অশোন, অফ-ফত্তা পূম্নমক তরং তরং উবা ঙম্মী। মসিগা লোয়ননা মখোয়গী অৱা-নুংঙাইদা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি মতোম মতোমতা তিনশিন্নখিদুনা অমত্তা ওইবকই। মখোয়সু মশাগী অপাম-পামদা লৈবা নৎত্রগা ফাওবা মীওইশিং ওইনা য়েংশিনবদা হেন্না মমল পীনীংলকই। য়ামদ্রবদা লাচন্দবা ইতিহাস ওইনা লৈরিবা ৱারীসিদা পূক্লিং ৱাখলগী অপাম-নুংশি, কল্লক মীহৌ অমদি নুংশিবগী মমল খঙদুনা পুন্সিগী মশকপু ময়েক শেংনা উরকই। মমলশিংদুবু ঙাক্লনবা নৎত্রগা মমল পীননবা হোৎনবগা লোয়ননা অমনা অমবু শকখঙনবা হেঙ্গৎলকই। নুপা-নুপী হায়বগী ফজবা মশক খঙনদুনা ইকায় খুম্ননা লোয়নবগী ফজবদু পূক্লিংদা শাগৎপা ঙমহল্লি। মসিনা মীওইবগী থম্মোয়দা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎশিংগী মমলশিং অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবা, থৌনা ফবা, অখঙ কনবা, নোল্লুকপা, লান্দবা হায়রিবশিংসি ঙাকপগী মপাঙ্গল অমদি থম্মোয়গী লনশিং অসিগী শক্তি হেন্না কনখৎহল্লি। হৌজিক্কী শোন্দম নাদম্নরবা সমাজসিদা কবিগুম্বা মমল অমত্তা ঙাকপা ঙমদবা নৎত্রগা ঙাক্লনবা হোৎনবদা চৈথেং মচা অমা ফাওবা মাযোক্লবগী মতীং লৈনদ্রিবা অসিদা পূক্লিংদা অনৌবা পাঙ্গল থৌনা পীবসু ওইথোকই।

হাৎপা অমসুং শিদোকপনি। অচন্বা অমদি ইচুম চুন্বা পুন্সিগী লোনচৎশিং অসিগা হেক হকথেংনরুবদা অশেংবা হায়ফম খঙদ্রবা তদেক তদেকপা নুংঙাইবা অমা ফাওহল্লি। মদুগা লোয়ননা কোকথক্তা পুরিবা হিদান্নবগী পুক্লিং ৱাখলগী চৈনাশিং মমি শামখিবগা লোয়ননা পুন্সিবু নৌনা মতু - মমান খিংদোকহল্লি।

মোইরাং শাইওন্দা য়াওরিবা মীশক মীওইশিং অসিনা থেংনরিবা অৱা- নুংঙাইগী থৌদোক ময়ামসি মীওইবা অমনা থেংনবা ঙম্বগী থাক্তা থম্মী। মতাং চাবদা লাইয়াম্না মতেং পাংবিদুনা মীওইবগী মশক্তগী লাপথোকহন্দনা থম্বসিনা সমাজগী মীওই পুন্সিগা হেন্না নকশিন্নহন্দুনা লোয়নদুনা চৎমিন্নবা ঙমহল্লি। শাইওনগী ৱারীসিদা ঐখোয়না য়েংনবা হোৎনরিবসি ৱারীগী পরীংসিতা নত্তে। মসিদা য়াওরিবা মীওই লমচৎকী কৃপ্লবা মচৎ অমদি সমাজগী চৎনরোলবু শেমগৎলকপগী মায়কৈদা য়েংশিনবনি। ৱারীসিনা সমাজগী পুন্সিদা থেংনরিবা অফ- ফত্ত, অচুম-অরান অমদি মখল- মথেলগী মীওই লমচৎশিংগা থেংনহন্দুনা সমাজগী মীয়াম্বু অফ- ফত্ত খনবা ঙমহন্দুনা মীওইবা মশানা মশাগী লমচৎ পান্নজবা ঙমহনবতা নত্তনা মশানা মশাগী লমচৎ শাগৎচবদসু মতেং পাংই। মদুনা মীওইবগী ফজবা লমচৎকী মমল পীদুনা অচুম্বা ফজবা অমদি নুংশিববু য়োখত্তুনা সমাজগী পুন্সিবু সভ্য সমাজ অমদা লমজিংবা ঙমই। ৱারীগী পরীংদা অফবা- ফত্তবা অনীগী ৱাফম অমা হেক হেক থোরক্লিবসি লনাই মীওই অমনা মাগী অকোয়বগী ফীভমগা থেঙ্গাইনরকপদা থোরক্লিবা মৃক্লবা অদুনি হায়না লৌবা য়াই। মসিদগী সমাজদা অফবা ফত্তবা হায়বগী ৱাফমসি লাকচবনি। মণিপুরী জাতিগী অপূনবা পুন্সিরোলগী লীক্লম অমা য়েংগে অমদি ঐখোয়গী পরীং নাইবা সভ্যতাগী লীখূন থিবা তারবদি মোইরাং শাইওন্দা ফংগনি। সাহিত্য হায়বসিনা জাতি অমগী শকয়েং মিংশেলনি হায়বা তাববদি শাওইনগী ৱারী অসিদি অসিগুম্বা শকয়েং মিংশেলনি মদুদি মণিপুরী জাতিগী অপূনবা পুন্সিবু উবা ফংহল্লিবা। মসি মণিপুরী জাতিগী চাওরবা লঙ্গে অমনি। হৌজিক হায়বসি হৌখিবদগী লাকপনিনা হৌখিবা য়াওদনা হৌজিক্কী মশক লেপ্পা যাদে। ঐখোয়না য়েংননবা হোৎনগদৌরিবসিদি হৌখিবদুদগী কমদৌনা মথং মথং চত্থরক্কুনা হৌজিক্কী সমাজগী পুন্সিগী মশক অসি ওইরকখিবনো ? অদুগা মখা চত্থখিগদৌরিবা মওংদুবুসু লাকশিনবা ঙম্বগা লোয়ননা ইতিহাসকী তাংফম তাংফমশিংদা ওল্লক্লিবা সমাজগী পুন্সিরোলগী মশক মচুশিংসু লোকপা ঙম্নবা হোৎনবা চঙই।

শাইওন হায়বসি অকক্লবা লাই অমনা মপোক অমগী মনুংদা তোঙান-তোঙানবা মী, লাই অমদি মহৌশাগী পোৎলম চৈরমশিং ওইনা শক্তম লাংবনি। অদুগা লাংওন হায়বনা অকক্লবা মী নৎত্রগা লাই অমনা মপোক অদু লোইদুনা হকচাং

পোল্লাং অদুবু থাদোক্নুনা অনৌবা হকচাং পোলাং অমদা চঙদুনা অনৌবা মপোক অমা পোকপবুনি। অঙনবা মতমদা মণিপুরী সমাজদা শাইওন লাংওনগী থাজনবীসি লৈবমগদ্রা? ব্রাখলসি সমাজসিদা হিন্দু লাইনিংনা চঙলক্লবা মতুংদা পাপ-পুন্যগী থাজনবী লৈবক্লবা মতমদা লাকখিবা ওইগদ্রা? মোইবাং শাইওনগী ব্রাবীসিদা য়াওবিবা শাইওন লাংওনশিংসি মণিপুরী জাতিগী লৈশেম-শোংশেম্নগী তাংক্কা লোযনদুনা লাক্লবনি। মীওইবগী মপোকসি মথং মথং পোকই অমদি মীওই লমচৎকী অফ-ফত্তা তাক্নুনা ঈশ্বর, মীওইবা অমদি মহৌশাগী মবী উৎনবা হোৎনবনি। মহাকাব্য অসি মযায চনবা যুগকী অশৈবশিংগী মখৃত্তগী মহাকাব্যগী থাক্তা হাইগৎলকখিবা অশৈবশিংগী খুদোল ওইগনি হাযবসি পূক্লিং ব্রাখলদা কন্নমক ফাওহল্লি। ব্রাবী অসিসু মোইবাং লমদমদা থোকখিবা মোইবাং খক্তগী ওইবা ব্রাবী নত্তে। মসিদি মণিপুরী জাতিগী অপূনবগী ওইবা মহাকাব্যনি। অমহিকসু খন্না থোইবী অনীগী নুংশি-নুংওনগী ব্রাবী মতেক অসিতনা মহাকাব্যসিগী মশক ওইবা যাবোই। অপূনবা শাইওনশিংগী মশক্লা মহাকাব্যগী মশক ওইফম থোকই। মতাংসিদা ঐখোযনা যেংগদবদি ব্রাবী পরীংসি নত্তে, ব্রাবী পরীংসি শাগৎলকপগী মওং (architype) অসিনি। মোইবাং শাইওনগী ব্রাবীসিদগী শাইওন অমমমদংগী মবমদা ইথোকপদসু মপূং ফাববা কাব্য অমমম ওইবি।

মহাকাব্য হাযবসি জাতি অমগী লেংদ্রবা ইতিহাস পুন্সিবোল, চৎনবোল, থাজনবী, কলা কৃষ্টি অমদি পূক্লিং ইহুলশিংদগী শাগৎপনি। মবমসিনা শাইওনগী বাবীসিদা মিথ, ইতিহাস অমদি অশৈবশিংগী কল্পনা লোইনমক্কী ইতিনফম ওইববসু পূর্নাশিল্পগদি লেজেণ্ড হাযবদি থাজব্রাবীনি। মসিদি জাতি অমগী মীযাম্না থাজর্বনি। থাজনবীদা লৌশিং শীজিন্নবগী কান্নবা লৈতে। থাজবা ঙম্লগা লোইবে নৎত্রগা থাজবা ঙম্না অমা চঙই। মীওইবগী পুন্সিমকসু কবিগুম্না খবদা থাজদুনা হিংবা তাই। মদু নৎত্রবদি মীওইবগী পুন্সি আস পোকই, চাওবকই অদুগা শি হাযবা ইচম চম্না জীব নৎত্রগা উপাল অমগী পুন্সিগা খেন্নবা লৈতে। মীওইবদি কবিগুম্না মমল খবদা থাজদ্রবদি তাইবঙ পানবদা হিংদুনা লৈবসি অব্রাবগী মশক্লি। থাজবা হায়বসিনা মীওইবগী ব্রাখল-লৌশিংগী ফিজেৎনি। মসি লৌথোকখ্রবদি মীওইবদি কবিসু ওইদ্রে। মী অমগী 'মী' হাযবিবসি হকচাং কযাৎশিংসি নত্তে। হকচাংগা শাগোন্নবিবা পূক্লিং ব্রাখলগী ইহুলশিং অপাম্না, নুংশিবা, যানিংবা যানিংদবা, কবিগুম্না মমল খবগীদমক লেপ্পা ঙম্না হাযবিবশিংসিনি। মদুনা মীওইববু ইচম চম্না জীব অমা ওইখিগদবদগী ব্রহ্মামক্লা ফংবা ঙমদে হায়নবিবা অব্রাংবা থাক্কী মী হাযবসি ওইহল্লির্বনি। অদুনা সমাজদা লৈবিবা মীযাম্নু মমল লৈহনবদা নৎত্রগা মীদা মী হাযবা গুণসি হাপ্পবা হোৎনবকপদা জাতি অমগী থাজব্রাবীশিংসি মমল য়াম্না লৈ। মোইবাং শাইওনগী ব্রাবীশিংসিবু শাগৎলম্না অশৈবশিংদা ঐখোযগী পুন্সিবু

পীবিরম্বগীদমক জাতিসিগী ঙসিগী মীরোলনা তশেংনমক লমন তোল্লবনি। লমন অদু হৌখ্রবা মীরোলদা শীংগদবা নত্তে, লাক্কদবা অনৌবা মীরোলগী লম্বী অমা শেম্বীরম্বনা লমন শীংবা শক্কনি। কনাগুম্বনা মোইরাং শাইওনগী ৱারীশিংসি থাজবা ঙমদবা য়াই অদুবু ৱারীশিংসিদা য়াওরিবা অৱা- নুংঙাই, অপাম- নুংশিনচিংবা পূক্লিংগী ইথিলশিংসিদি খক থাজদবা তৌরোই। মহাকাব্যসিদা ঐখোয়না য়েংগদবসি মণিপুরীশিংগী থম্মোয়দা য়াওরিবা অচুম্বা অমদি ফজবগী অয়ৌবী মশক অদু কমদৌনা ওইরকইবনো ? অদুগা মদু কমদৌনা ওল্লকইবনো হায়বসু য়েংশিনফম থোকই।

শাইওনগী ৱারী অসি মণিপুরী জাতিগী এন্সাইক্লোপেদিয়া ওইরবনি। রামায়ণনা শৈরেং অদুগা মহাভারতনা ইতিহাসনি হায়নৈ অদুবু মোইরাং শাইওনদি শৈরেং অমদি ইতিহাস অনীমক পূল্লবনি। মসিগী হৌরকফমদা ৱারীসি অহানবদা ফুঙ্গা ৱারী অমদগী থোইনা পংশাং- শাংলমদবা য়াই। অহানবদা ৱারী অসি ফুংনাক ময়াদা লীনবা ৱারী ওইরম্বদগী যন্ত্র শীজিন্নদুনা খুনুং ঈশৈ ওইনা শক্লরকই। ৱারীসি চীম্থাং লান্দুনা মীরোল মীরোল থংথরকপগা লোয়ননা মতম মতমগী শৈশকপশিংনা মশা মশাগী হৈজ- শিংজবা অমদি প্রতিভাগী মতুংইন্না শ্রোতাশিংগী অপাম্বা য়েংদুনা প্রমান- পান্থে মথং মথং হাপচিন্দুনা হৌজিক্কী মপূং ফারবা অমসুং মওং তারবা মশক অসি ওইরকখিনি। মোইরাং শাইওনগী ৱারীবু শৈশক্লরিবসি শৈশক অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই - ফমশক, পেনা খোংলগা শকপা অমদি ধুলোক য়ৈরগা শকপা। ফমশক হায়বসি শৈশক্লিবা নুপা নৎত্রগা নুপী অদুনা ফক মথক্তা ফম্লগা মখূৎনা তান থাদুনা মনাক্তা বাশিঁ খোংবা অমনা শক্লিবা শাইওনগী ৱারীগা চান্নবা সুরদা বাঁশি খোংই। পেনা খোংলগা শকপা শৈশক অসিনা পেনাগী মেংলবা খোঞ্জেন্দা খোনবাংবনা মতেং পাংদুনা শকপনি। শৈশক অসি চন্দ্রকৃত্তি মহারাজনা জিলা দরবার খোঙলেঙবদা পেনা থৌগল তৌরিবা ওজা চবুংবনা নিংথৌরোল শকপা লোইশিল্লকপদগী খম্বা থোইবীগী ৱারীবু পেনা খোংদুনা শক্লগা তাহনবদগী শৈশক অসি থোক্লকখিবনি। ধুলোক য়ৈরগা শকপা শৈশক অসিনা মহারাজ চুরাচান্দগী মতমদা হিয়াংথাংদা পোকপা নোংথোম্বম চাউবা কৌবা ময়াম্না কুলিজাও হায়না খঙনখিবা নুপাসিনা হৌদোক্লম্বনি। ধুলোক য়ৈরগা শকপা শৈশক অসিবু খোংজোম পর্ব্ব নৎত্রগা মোইরাং পর্ব্ব হায়নসু কৌনৈ।

মোইরাং শাইওনগী ৱারী অসি চন্দ্রকৃত্তি মহারাজগী মতমদা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না শেমদোক শাদোক্লুনা শৈশক্লবা হৌরকখি। মতমসিদা কংলৈরোনগী ওইবা পুয়া-পুরানশিংদা ফংলিবা ৱারীগী মশক অদুদগী মশক হোংখি। হৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা মোইরাং শাইওনগী লাইরিকশিংসি শৈশক্লোনগী ওইনা তৌই। মরমদি পুয়াশিংদা

ইতেন তেন্না ইবম্বশিংদু অশৈবশিংনা শৈশক্লনবা ৱাবীগী মতাং কযামকম হাপচিন্দুনা পাকথোক- চাওথোক্লা অমদি যাম্না শাংদোক্লা নৌনা শেমখি। মীয়াম্না শাইওনগী ৱাবীবু খঙনবিবসিসু পুযাশিং পাবগা খঙনবা নত্তে, শৈশক্লোনগী ওইবা অশৈবশিংগী ৱাবী তাবগা খঙবা ওইনা তৌই। পংশাং-শাংলমদবা ৱাবী পবীং অদু মহাবাজ চন্দ্রকৃত্তিগী হাক্তক্তা নিংথৌগী যাথংনা মপূং ফানা শাগৎখিবনি। মতমসিদা লোইকুম- লোইকা অমদি খম্বা অমদি ফৈবোইজাম্বা মশেন- মবাইনা কবোদা থোইবী উন্নবা চৎপগী মতাংসি ৱাংঙু ঙাংবনা হাপচিনখি। খম্ববু শামু খোঙযেৎপগী কংলা বিচাবদা চাউবা নোংথোনগী হৈ-শিংবগী মতাংশিংনা ওজা চান্বনা হাপচিনখি। নোংবাননা মাইবী চঙবা, কাও ফাবা অমদি কুজলেম্বী/কুঞ্জমালাবু কৈনা চাখিবা হার্যবিবা মতাংশিংসু অশৈবশিংনা তাংঙ্কক নাইনা হাপচিনখিবগী ৱাফম থেংনৈ। মোইবাং শাইওনগী ৱাবীসিদা কবিগুম্বা অমবু শৈথা- শীংথাবকপদা অবিবা মণিপুবী সাহিত্যদা তৌবগুম্না নিযম অমগুম্না হঞ্জিনবা মতৌ উবা ফংই। মসি কন-থৌবা, মশক মতৌ অমদি হৈ- শিংবা শৈথাবকপা মতাংশিংদা তোযনা থেংনৈ। চকপুম যাইন্ ফিশাহৈবী অমদি থোইবীনা শাবা ফিগী ফজবা শীংথাবকপদা 'লাইজ ঈযাযদা লেপ্লৈ ঙানা ঈবোযদুনা শান্নবগুম লংনা হত্তুনা শাবা ফিদুগী লেপ্লৈ ঙাদু লাইজ ঈযাযদা থাদোক্লবদি ঈবোযদুনা চৎখিগদবা মাল্লি' হাযবসি মতাং কযামুক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন্না শীজিন্নৈ। শাইওন পূম্নমর্কাসিদা যাওবিবা নাযক নাযিকাশিংসি অঙাং ওইবিঙৈদগী শকখঙ- মাযখঙনবা ওইহন্দে। লৈশাবী পাখঙ ফাববা মতমদা কবি গুম্বা তাঞ্জা অমদগী থেংনহন্দুনা শকখঙ মাযখঙনহল্লি। অহানবা উন্নবমক্তদা নুংশিবা পোক্লহনবসি নুংশিবা হাযবসি শেম্বা যাদে ঈশ্ববগী শেংলবা খুদোলনি হাযবসি উৎপা যানবা শীনবা মাল্লি। মসি মতমদুগী অশৈবশিংনা লেপচবা মতমদুগী খ্বাইদগী বাংবা অপাম নুংশিগী মশক ওইনা তৌই। শকখঙ মাযখঙনবা, তোৎন-তিন্নদুনা লোযনবকপদগী পৃকচেল অমদি লমচৎ মশক খঙননা নর্কশিন্নবকপদগী নুংশিনবকপগী নুংশি নুংওন অদু নত্তে। অহানবা উন্নবমক্তদা 'নুংশিন্নবে, অপাম ঈবাং হৌনবে, নুংশি ঈথক লাংনবে' হাযনা হৌবগা থাংজিংনা পূনখ্রবা লৈপ্নি, চীংঙুনা শেমখ্রবা খযোম্নি' হাযনা লাইগী নোংদম ওইনা উৎলি।

ৱাবীগী হৌবকফমগী মতাংদা ফংলিবসি খেন্নবা মত লৈবি। অহানবদা গুরুশিদবনা অদুঙৈ মালেম লৈশেম- নোংশেমঙৈদা মহাক্কী মতীক মগুণবু ফোঙদোক্লবা খুনু লাবা অমোম পৃংবা অমা পুথোকখি। খুনু পৃংবা অসিনা অসুম পাইদুনা লাকপনা কেগে লৈবাক যৌবকখি। মফমদুনা কেগে শাদানবশিংনা খুনু লাববু তেন্না কাপ্তুনা হাৎখি। খুনু পৃংবা অসিনা পুন্সিগী অবোইবা মিৎকৃপ ফাওবা শেম্বিবকপা মপু গুরু শিদবা মহাক্কী মিংলেনবু কাওদনা শোঞ্জখি। মপু মহাকপু কাওদবা অমদি মপু

মহাক্কী লেম্না মাঙবা য়াদবা খূৎশেম ওইবনা গুরুনা চীংঙু থাংজিংদা শিন্নবা মতুংইন্না মপোক লাংওন কয়া তাইবঙ মীওইপোক্তা পোক্লুনা তাইবঙ লীলা শান্নহনবদগী শাইওনগী ৱারী অসি চখরকখিবনি। অতোপ্পা ৱারী অমদনা, কৌব্রু চীংগী ষণ মরুম শাবা মফমদা পোংমহনবা কদনবা কৌবা ৱাইনু লাবা অমা নাইতোম তানা চাক্তাদুনা লৈ। মপূক্লিংনা তাবা তালোয় অমা থিননবা মৈত্রবাক থাদোক্লুনা শেন্বী কবো পাংনা পাইখি। মফমদুদা কদনবনা মোরী থৌদনবী কৌবী ৱাইনু অমোমগা থেংনরুরে। খোইয়ুম মাগী থৌশিলনা পোংমহনবা কদনবা অমদি মোরী থৌদনবী মপাং শেমখি। মথং মথং পাইরকপনা ৱাইনু পূংবাসি কৌব্রুদগী পাইরক্লুনা লমফেল পাত্তা মনীং তম্না চাক্তামিন্নদুনা লৈমিন্নরে। মশা লূপ্লবী মোরী থৌদনবীনা মমঙদা শাদানবগী খূত্তা তাদুনা অৱাবা নংবগী ৱারী লীরবা মতুংদা মপাম লমদম শেন্বী কবোদা লৈরুরসি হায়না মশাবীদা হায়জে। পোংমহনবা কদনবনা য়ারদুনা শেন্বী কবো তম্না পাইখিদুনা মফমদুদা থুংখ্রে। কবো লমদা মচানুপা অঙ্গোতোন পোকচদুনা মপূং- মরৈ ফানা চাওরক্লে। নোংমা শেন্বী শাদানবশিংনা অঙ্গোতোনবু ফাদুনা পুবিখ্রবদা গতি লৈত্রবা পোংমহনবা কদনবনা মশানৌদা শেন্বী কবো থাদোক্লুনা মৈত্রবাক্তা চৎলসি হায়খি। মোরী থৌদনবীনা য়াদবদগী শাওরদুনা থৌদনবীবু থন্নন্নগা পোংমহনবা মৈত্রবাক্তা হল্লকখি। মোরী থৌদনবীনা লৌশিং তৌদুনা শাদানবনা ফাদুনা পুখ্রবা অঙ্গোতোনবু কঞ্জরে। মচাবু পুরদুনা মোরী থৌদনবীনা মশাবীগী খোঙ্গুল লিরক্লে। কদনবীনা মশাবী কদনববু লোক্তাক মপান্দা থেংনদুনা পূম্নমক হরাও- তয়াম্নরে। পোংমহনবা কদনবনা মশানৌ মোরী থৌদনবী অমদি মচানুপা অঙ্গোতোন অনীগা লোয়ননা লোক্তাক মপান্দা চাক্তামিন্নখি। মদুদা কদনবনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা থোকখিবা মোইরাং শাইওনগী ৱারীবু লীদুনা তাহনখিবা ৱারীদুনি মোইরাং শাইওন হায়রিবসি। কদনবনা লীরিবা ৱারীসিদা করিগুম্বা চরিত্র, থৌদোক, চীং, পাৎ, তূরেল অমগী মমিং হেক পল্লকপদা হায়রিবশিংদুগী হৌরকফমগী মরী মখোঙ কূপ্না কূপ্না হং- হংদনা ৱারী লিহল্লি। মোরী থৌদনবীনা ৱারী মরক থৎ- থত্তুনা হংহল্লিবসিনা অপাব্বা নৎত্রগা অতাবশিংনা খঙনিংলিবশিংদুবু মহুৎ শিলহনবা ঙম্মী। শম্না হায়রবদা মোইরাং শাইওনগী ৱারী লীবগী মওংসি মচীন য়াম্না থোই। অতোপ্পা অমদনা ঙাংখলৈমগা তিন্নরম্বী য়োইরুম্লোন চীংখৈরেম্বীদা মৌপ্পাবু খোল্লাং ইলহল্লিঙৈদা চীংখৈরেম্বীগী মচানিঙোল চীংখৈ থানবীনা খম্নুদা হংবা মতুংইন্না খম্নুনা লীবা ৱারী পরীংনি।

মণিপুরী জাতিগী অমত্তা ঙায়রবা মহাকাব্য অমা হায়বা তারবদি চহী চাতরেৎ চানিপালরোমগী মমাঙদগী লীনরক্লিবা মোইরাং শাইওনগী মনুং চন্না অশৈবশিংগী পেনাগী সংস্কৃতিগা কোন্ননা চেন্থরক্লিবা ৱারীগী ঈচেলসিনি। ফোক এপিক অসিদা

মণিপুরগী অরিবা চৎনরোল অমদি তরানিপালশুবা চহীচাদা চঙলকখিবা হিন্দু লাইনীংগী চৎনরোল অনীনা অমত্তা ওইনা পূনশিনখ্রবনি। অরিবা মতমগী মণিপুরী সমাজদা শাইওনগী ৱারী অসিগী লীখূন অমা লীবা তারবদি ৱারী অসি অহানবদা পংশাং শাংলল্লোই। অশৈবশিংনা লীরকপদগী মীরোল মথং মথং লাল্লক্লবা মতুংদা হৌজিক্কী শারেপ ফারবা শাইওনগী ৱারী অসি ওইরকখিবনি। ৱারী অসি ইতেন- তেন্না লৈরম্বদগী ১৮৭৪ অদুৱাইদা শৈশক্লোন ওইনা শেমদোকখ্রবা মতুংদা মহাকাব্য ওইরকখিবনি। অরিবা মতমগী মণিপুরী সমাজগী পুন্সিরোল হায়বদি তরানিথোইশুবা চহীচাদা শৈশক্লরম্বা অমদি ৱারীনরম্বা পুন্সিরোলদগী শাগৎলকখিবা অবিবা মণিপুরী লাইনীং অমদি নাৎকী মশক অদুমক্তি নত্তে। মসিদা হিন্দু লাইনীংগী যুম্ফমদা শাগৎপা হিন্দুগী পুন্সিগী মমি ময়েক শেংনা তারি। মসিদি কুনশুবা চহীচাগী হিন্দু লাইনীংনা কুপশিনখ্রবা মতমদুগী মণিপুরী সমাজগী চৎনরোল অমদি পুন্সিরোলগী মশক্তা শাগৎনখিবনি। মহাকাব্য অসি মণিপুরী জাতিগী অরিবা, ময়ায় চনবা অমদি অনৌবা মতম হায়বিবা মতমগী তাংক্কক অহুমসিগী সমাজ, সংস্কৃতি, লাইনীং অমদি দর্শণগী মমি তাবি। ৱাবী অসি অঙনবা মতমগী ওইরবসু মসিনা মহাকাব্য অমগী থাক্তা কাখৎলকখিবা অসিদি হিন্দু লাইনীংগা কোন্ননা ময়ায চনবা অমদি কুনশুবা চহীচাগী মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মতমসিদা অইবা ওইনা পুথোরকপনা সমাজগী নাক-য়েৎকী ফিভমসু তিনখ্রবনি। অদুনা অবিবা মণিপুরী সমাজগী মতমদগী হৌরগা হৌজিক ফাওবগী সমাজগী পুন্সিগী শক্তমশিংসু তিনখ্রবনি। মসিনা অরিবা মতমগী মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোল, সভ্যতা, লাইনীংনচিংবগী মথক্তা নোংচুপ মায়কৈদগী চঙশিল্লকখিবা হিন্দু লাইনীং অমদি ইশাইশিংগী নাৎকী ইচাও নংখিবগী হৌনবা মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোলগী মমি অমদি মশক- মচুশিং চূপশিনখ্রে হায়বসিসু য়েৎন্নিংঙাই লৈত্রবা অচুম্বনি। মসিদা ঐখোযনা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবা তৌগদবা নৎত্রগা ঈচাওনা পৃরক্লম্বা লৈহাওনা শাইওনগী ৱাবীশিংবু থোইদোক্লা শারেপ ফাহনখি হায়দুনা থোইদোক্লা হরাওনিংঙায়সু লৈতে। ঐখোয়না য়েংশিনগদবদি অরিবা মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোল অমদি নৌনা তিল্লরিবা হিন্দু লাইনীং অনীগী সিন্থেসিস অদু মশক খঙননবা হোৎনবতনি। হৌখিবা অমদি হৌজিক্কী ঐখোয়গী পুন্সিবু শকখঙবনা লাক্কদবা মতমদা ঐখোয়গী পুন্সিবু খবাম্মুংদা লেংদনা থম্বা ঙম্মী। হায়বদি হৌখিবা মতমদা হঞ্জিনবা অমা নৎত্রগা হৌজিক্কী মশক্তা চত্থবা হায়রিবা লম্বী অনীসিদগী অপাম্বা অমা খঞ্জরগা মদুদা মপু ওইনা চৎচবা ঙমজে। মহাকাব্য অসি মণিপুরীশিংগী পুন্সি শক্তম তাকপা মহাকাব্যনি। মহাকাব্য অসি হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লবা মতুংদা পাপ পুন্যগী উফমদা হৈদুনা শাগৎখিবা মহাকাব্যগী মশকসি থৃগাইদুনা মণিপুরীশিংগী অশেংবা য়েলহৌঙৈগী পুন্সিগী মশক উৎপদা যুম্ফম ওইব মহাকাব্যগী শকফমদা হঞ্জিন্দুনা নৌনা মহাকাব্য অমা শাগৎনবা হোৎনবা হায়বসিসু মথৌ তারক্লি।

মোইরাং শাইওনগী মরমদা ইরম্বা রেকোর্দ ওইনা ফংবসি ইহান হানবদা *লাংওন- লংদায়* হায়বা পুয়াসিনি। মসিগী মতুংদা মচেৎ-মকায় ওইনা ইংরেজিদা জি ঐচ ডমন্টনা 'দি ষ্টোরি ওফ খম্বা থোইবী' হায়বসি ১৮৫৯ দা *এন্টিকরি* হায়বা চেফোঙদা ফোঙখি। মণিপুরী লোন্দা ইহান হান্না ওইনা প্রিন্টেদ ফোমদা লাইরিক ওইনা খৃষ্টকী ১৮৯৯ দা হাওদৈজাম্বা চৈতন্যনা *খম্বা থোইবীগী ৱারীনি* হায়বসি পুথোরকখি। চৈতন্যনা ইরম্বা লাইরিক্কী ৱাহৌদোক্তা লাইরিক অসি অরিবা মীতৈগী কোর্ব্বেক পুয়াদগী শিন্দোকপনি হায়রম্মী। অমরোমদসু শাইওনগী ৱারীসি *লাংওন লংদায়* পুয়াদা ইরম্বসিনা অরিবা মীতৈ ময়েক্তা মোইরাং শাইওন ইরম্লে হায়না লৌবা য়ারে। হৃদসন্না খৃষ্ট কুম ১৯০৮ দা ফোঙবদি *মৈথৈজ* হায়বসিদসু 'খম্বা এণ্ড থোইবী' হায়বা তাংক্কক অমা য়াওরি। মোইরাং শাইওনগী ৱারীবু মহাকাব্যগী থাক্তা পুখত্তুনা ইহান হান্না নৈনবা হৌখিবা মীশক্তি সাহিত্য রত্ন খ্বাইরাকপম চাউবনি। মহাক্কী 'খম্বা থোইবীগী ৱারী অমসু মহাকাব্য' হায়বসি খৃষ্ট কুম ১৯৩৮ দা *জ্যোতি* চেফোঙগী মরিশুবা মশীংদা ফোঙলকপদগীনি। অদুগা মসিনা মহাকাব্যগী থাক্তা কাখৎলক্তুনা শকখঙনবকখিবসিনা খৃষ্টকী ১৯৪০ দগী ১৯৪৪ ফাওবগী মনুংদা তাংক্কক নাইনা *খম্ব- থোইবী শৈরেং* ফোঙলকপদগীনি। কাব্য অসি ইবগীদমক হিজম অঙাংহলবু মহাকবি অদুগা মহাক্কী কাব্যসিবুনা মহাকাব্যনি হায়না য়ানখ্রবনি। ভারতকী শীংথান্নরবা পণ্ডিত সুনিটিকুমার চেট্রর্জিনসু এন তোম্বীনা ইবা *খম্ব থোইবী ঃ অনক্কেল হায়ট ওফ লভ* কী ৱাহৌদোক্তা খম্বা থোইবীগী ৱারীবু মহাকাব্য অমনি হায়রম্লবনি। মণিপুরী জাতিগী মহাকাব্যগী মশক শাগৎলকপদা মহাকবি হিজম অঙাংহলগী *খম্ব- থোইবী শৈরেং* অসিমত্তং নৈনবনদি মপূং ফাবা ঙম্লোই। মহাক্কী হোৎনজমন অসিগীদমক্তি থাগৎনীংঙায়নি। জাতিসিনা মহাক্কী লমন তোল্লবনি। মহাক্কী কাব্যসি শিঙ্গার, বীর অমদি করুণ রসনা মপূং ওইবা, পরেং অমদা সেলেবল তরামরি য়াওবা পরেং লীশিং কুন্থ্রামরিরোমগীনি। মোইরাং শাইওনগী শাইওন পূম্নমক মশীং শুনা য়াওরবা খ্বাইদগী মপূং ফাবা লাইরিক শরাংথেম বরমনিগী *মোইবাং শাইওন* অমদি সৌগাইজম রুহিনিকুমারগী *ইরাংলোন থাদোই* হায়রিবশিংসিনি। হৈস্নাম মঙ্গোলজাওনসু *খম্বা থোইবীগী পুন্সি ৱারী* হায়বা লাইরিক অসিগী অহানবা তাংক্কক্তা খৃষ্টকী ১৯৭৯ দা অনীশুবা তাংক্কক্তা ১৯৮১ দা ফোঙখি। হৌজিক্তি মোইরাং শাইওনগী মরমদা ইবা ৱারেং, শৈরেং, খণ্ড কাব্য অমদি ড্রামানচিংবগী লাইরিক চামগী মথক্তা তোঙান- তোঙানবা অইবশিংনা ইদুনা ফোঙখ্রে। লাইরিক ইজরিবনা ইশাগী ৱাখল মীৎয়েং অমদি কল্পনা শাগৎলকপদা অপান্ননা অইবা অমদি লাইরিক্কী মমিং পীরুদ্রবসু অফংবা লাইরিক পূম্নমক্তগী ৱাখল মীৎয়েং লৌবা ঙাক্তনি।

মোইরাং শাইওনগী মরমদা লাইরিক ইবশিংনা শাইওনগী মথং মনাও শিন্দোরকপদা ইতিহাস নৎত্রগা হিষ্ট্রিওসিটিগী মীৎয়েংদগী মথং মনাও শাগৎনবা

হোৎনবসি অরানবা মিৎয়েংনি। মরমদি ইতিহাসনা মহাকাব্যবু মশক তাকপা ঙমদে। মহাকাব্যদগী ইতিহাসকী মচাক থিনবা হোৎনবা ফাওবদি য়াই। মহাকাব্যদা ইতিহাস মরু ওইদে, মহাকাব্যদি মহাকাব্যনি। ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী মোইরাং শাইওনবু নৈনরবদি চয়েৎনবদা পুশিন্দুনা অমগা অমগা পংয়েৎ য়েৎনবা নত্তনা ব্রাখৈ অমা পুরকপা ঙম্লোই। অদুগা মদু চুমসু চুমদে। মরমদি মহাকাব্য হায়বসি ইতিহাসকী শক তারিখতগী শাগৎপা নত্তে। মোইরাং শাইওনগী মথং-মনাও শিন্দোকপসি *লাংওন লংদায়* দা পীরিবসিনা খ্বাইদগী চাননা থোকই। পুয়া অসিদা নোংপোক নিংথৌ অমদি পান্থোইবী অনীদগী হৌরগা মখোয় অনীনা পাউশান্নদুনা মখোয়না পোক্কদবা মপোক তরেৎকী মমিং মথং মনাও নাইনা পীরি। মদুদি – ১। নোংপোক নিংথৌ – পান্থোইবী ২। অকোংজাম্বা– ফৌওইবী ৩। হেঞ্জুনহা– লাইরৌলেম্বী ৪। কদেং থাংজহনবা– তোনু লাইজিংলেম্বী ৫। উরা নহা খোংজোম্বা– পিদোনু ৬। খোয়োন হাওবা– য়াইথিং কোনু ৭। খম্বা– থোইবী অসিনি। পীরিবা শাইওনগী মশীং অসি খেন্নবা মওংদা শরাংথেম বরমনিনা শাইওন মশীং মাপলনি হায়না পীরি। শাইওন মশীং মাপল অসিদা বরমনি অমদি হৈস্নাম মঙ্গোলজাও অনী য়ান্নবা লৈরবসু মথং মনাও শিন্দোকপগী মতাং অমদি মমিং মথাগী মতাংদদি খেন্নবা কয়ামরুম লৈরি। সোসিওলোজিগী নৈনরোল মতুংইন্নসু ইতিহাসকী য়াওল থিনবা হোৎনবদা সমাজগী পুন্সি ঈচেল, মখোয়গী ব্রাখল মীৎয়েং অমদি মখোয়না হিংলম্বা সমাজগী যূম্ফমদগী মথং মনাও শিন্দোক্তুনা সমাজগী খোঙচৎ তাকপসি তৌই। মথং মনাও অসি শিন্দোরকপা মতমদা সমাজ অদুগী চাওখৎপগী থাক লেপ্পদা সমাজ অদুগী লাইনীং, চৎনরোল, যূম্লে-কৈরৈ, ফিজেৎ- চাকচা, পোৎলম - চৈরম অমদি মীওইবগী অওইবা মতৌগা নকশিন্নবা য়েংলগা লেপকদবনি। মীৎয়েংসোমদগী য়েংবদা বরমনিনা পীরিবা মথং মনাওসি য়ানিংবা ব্রাৎলি। মহাক্না পীরিবা মথং মনাওদি – ১। হেঞ্জুনহা– লাইরৌলেম্বী ২। লমগানবা–য়াইথিংকোন ৩। পূংদিংহনবা–ফি শাহৈবী ৪। ঙ্গনবা– শংলৌলেম্বী ৫। খোয়োন হাওবা–য়াইথিং কোনু ৬। অকোংজাম্বা– ফৌওইবী ৭। খম্বা– থোইবী ৮। কদেং থাংজহনবা– তোনু লাইজিংলেম্বী ৯। খোংজোম্বা–পিদোনু অসিনি। *লাংওন লংদায়* পুয়াদা পীরিবা শাইওনশিং বরমনিগীসিদা য়াওদ্রিবসি নোংপোক নিংথৌ – পান্থোইবীগী শাইওনসিনি। অদুগা হেঙ্গৎলক্লিবা শাইওনশিংসিনা লমগানবা–য়াইদিংকোনু, পূংদিংহনবা–ফিশাহৈবী, ঙানবা–শংলৌলেম্বী হায়রিবশিংসিনি। অদুগা মঙ্গোলজাউনা হাপচিল্লকপনা হাওশি– নমোই অমদি য়াংহনবা– কুঞ্জরেম্বীনি। অদু ওইরবদি মোইরাং শাইওনগী মশীং অসি তরানিথোই শুরে। অদুনা মোইরাং শাইওনগী ব্রারীসিদা য়াওরিবা শাইওনগী মশীং অসি ফনা য়াম্না নীংথিজনা হেঙ্গৎলকফম থোকই। গুরু শিদবনা তাইবঙ পানবদা

পোকপা শিবা তম্বিরু হায়না থারকখিবা পোইরৈতোন অমদি লাইনাওতাবীদগী শাইওনগী ব্লারীসি হৌখ্রবনি। মসিগা হাপচিল্লবদি শাইওনগী মশীং অসি তরাহুমদোই শুরে। শাইওনগী ব্লারীসিদা পোঞ্জেল নিংথৌগী মমোম ইতিবেন অমদি চালাম্বগা নুংশিনবা অমদি কায়নখিবগী অৱা পোলোইনখিবগী মতাংশিংসি য়াওরি। অদুদি মোইরাং শাইওনগী মশীং অসি তরেৎ নৎত্রগা মাপলগী ব্লারী নত্তে, লোইবা নাইদ্রবা মপোক লাংওনশিংনা লোনশিন্নদুনা লৈরি। শাইওন পূম্নমকসি মপূং ফাবা তাংঙ্কক অমমম ওইনা য়াওরিবনি। ব্লারী মপূংদু খম্বা থোইবীগী মপোক্না ওইবদনি। অদুনা মোইরাং শাইওন অসি ব্লারী কয়ামরুম পূনশিল্লক্তুনা ঈচেল পূম্নমক্কী ইতিনফম ওইরকই।

শাইওনগী ব্লারীসিদা য়াওরিবা শাবী- শানৌশিংনা মখোয়গী মতুং তাবকপা মপোকশিংবু মশানা মশক খঙদবদৌনা অয়াম্বনা তৌই। হায়বদি মরী লৈনদবা মপোকশিংনি। মপোক লাংওন পূম্নমকপু পূন্না মশক খঙবা ঙম্লিবদি নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবী অনীনি। মখোয় অনীনা পাউশানবদা মখোয়না পোক্কদবা মপোকশিংগী মমিং- মথানচিংবা হায়নখিবসিনা মখোয়দি মশাগী মপোকশিং মশক খঙবদৌনা তৌই। মসি নত্তবদা খম্নুং য়াইদিংকোনুসু মহাক্কী মথংগী মপোক মশক খঙবদৌনা তৌই। অতৈ মপোকশিংদি মপোক অমগা মপোক অমগা মরী লৈনদে। মরী লৈনরিবা হায়ববু মখোয়গী থৱায়না তোঙান তোঙানবা মফম মতমদা খেন্নবা মমিংশিংদা হিংদুনা নুংশি নুংওনগী লীলা মপূং ফানা শরুক য়ারম্বদনি। মপোকশিংসি অমগা অমগা মরী লৈনহন্দে। শাবী শানৌনা পোক্লিবা অসিসু করিগুম্বদনা শিন্মী, করিগুম্বদনা শিন্মী অমগী মচা নৎত্রগা করিগুম্বদনা লৈমা নিংথৌ, য়োইবু য়োইহেন, অঙম অথৌগী মচা মশু ওইনা পোকপনি। চপ মান্নবা হিংবগী থাক্তা শাবী- শানৌবু থম্বগী মহুৎ অনেম- অৱাং খল খেন্ননা উৎলিবসিনা থাক খায়বা, লাইর ইনাক খুনবা নাইবা সমাজগী চৎনবীবু পামদবা নৎত্রগা মীওইবগী হিংবগী থাক্কী মতুংইন্না পূক্লিং ব্লাখলগী মশক হোংবা নাইবদু উৎনিংলম্বা য়াই। নাপল কানদবা অমদি থাক খাইদবা সমাজ অমগী অপাম্বা শক্লাই মিংনাইদ্রবা অশৈবশিংদুগী অপাম্বা ওইরম্বা য়াই। ভারত অমদি নোংচুপকী এপিক্কী নিয়ম ওইনা নায়ক্কী মশক তাকপদা নিংথৌ, অঙম অথৌ নৎত্রগা কলচরেল হিরো ওইগদবনি হায়বদু মোইরাং শাইওন্দা থোইনা লৈতে।

শাইওনগী ব্লারী অয়াম্বদা শাবী শানৌ অনীবু খেন্নবা থাক্তা থম্মী। খম্বা থোইবীগী শাইওন্দা থোইবীবু মোইরাং নিংথৌগী মনাওনুপাগী মচা নিঙোল ওইনা পোকহল্লি। মপন নিংথৌনা মচা নিঙোলগুম নাওয়োকহন্দুনা শাইওনশিংদা য়াওরিবা

নায়িকাশিংগী মনুংদা থোইবীবু খ্বাইদগী মতীক মগুণ লৈবী, মশক মতৌ চঙখোনবী ওইনা শেন্মী। মসি বাংলা কবি হুমায়ুন অহমেদকী কাহীনীদা য়াওবা চরিত্র অমগী ৱার্থডে সেলেব্রেসন পাংথোক্লবগুম মোইরাং থোইবীগী মপোক নুমিৎ লমদাগী নিনি পানবসি মোইরাং থোইবীগী মপোক নুমিৎ পালন নোংমা তৌনরকপসু য়ারি। শাইওনগী ৱারীসি চখোক চদোন পূংবগী মায়কৈদা য়েংলবদি শাইওন পুম্নমক্তগী খম্বা থোইবীগী মপোকসিনা খ্বাইদগী মপূং ফাবা ওইরি। মরমসিনা খম্বা থোইবীগী মপোকসিনা অরোইবা মপোক ওইবদা চাশিন্নবা হেল্লি। অতৈ শাইওনশিংগা চাংদম্নরুবদা খম্বা থোইবীগী ৱারীদা য়াওরিবা চরিত্রশিং অমদি মখোয়গী পূক্নিং ৱাখলগা শাগোন্নবা লোনচৎ, লৈঙাক্লোন অমদি যূম্লে- কৈরৈগী থাক পুম্নমক উৎপসিনা য়েংবদা খ্বাইদগী মপূং ফাবা পুন্সিরোলগী মশক উবা ফংই। অমদি মচেৎ- মকায় ওইনা লৈরিবা মীওইবগী চরিত্র পূম্বা পূম্লগা মপূং ফারবা লমচৎকী মশক অদু খম্বা থোইবীদা উবা ফংই। হৌজিক্কী পুন্সিগী মশক্কা চাশিন্নদুনা য়েংবদসু খম্বা থোইবীদি হৌজিক্কী মীওই লমচত্তগী য়াম্না লাপথোক্লখিদ্রি। য়াম্নমক নকশিন্না চরিত্র অমগী মপূং ফাবা অমদি মরিক চুম্বা হায়বসিসু মদুবু শাগৎলিবা অশৈবদুগী মপূং ফাবা ৱাখলগা শাগোন্না লৈবনি। চরিত্র অমগী মশক্কা মদুগী অশৈবগা লৈনরিবা মরীদগী য়েংবদসু খম্বা, থোইবী, নোংবান অসিনা অরোইবা মপোক ওইগনি। খম্বনা কৈ ফাদুনা খম্বা থোইবী অনীনা লুহোংলবা মতুং থা অহুম লৈবগা হিন্দুগী সতীগী চাংয়েংদা খম্বা থোইবী অনীবু মথৱায় মাঙহনখি। মসি ময়ায় চনবা যুগকী মণিপুরী সমাজদা 'সতীদহ' চৎনরকপদগী ওইহনখিবনি। মদুগী প্রমান্দি সতী খোংনাং অমদি খোংনাং মৈকিবীনা শাক্ষি ওইরি। মোইরাং শাইওনগী ফংলিবা লাইরিকশিংগী ৱারী মপূংদি লাইরিক পুম্নমক্তা অমগা অমগা ইমান মান্নে। অদুবু থৌদোক, ৱারী অমদি চরিত্র খরগী মমিং মথা লোয়নননা ৱাহল্লোক্তা অমগা অমগা খেন্নবা নৎত্রগা থৈদোক থৈজিন খরা লৈদুনসু মপূংদি অমত্তনি। মদুনা ৱারীগী ঈচেলদা থোইনা অকায়বা পীদে। লোক সাহিত্যগী মহৌশা ওইনা লৈজরবা খেন্নবা হায়বসি লৈদুনসু ৱারীদি অমত্তনি। ফৌওইবী- অকোংজাম্বগী ৱারীসি অতৈ শাইওনশিংগা নকশিন্নৌ হায়বা য়াদবতা নত্তনা চাশিন্নবা ৱাৎলি। মরক্তা তোপশিল্লকপা মাল্লি। শাইওন অতৈদি মীগী শাইওন মাল্লবসু অকোংজাম্বা- ফৌওইবীদি লাইগী মতৌনা হেল্লি। ফৌওইবীবু লক্ষ্মীগা মাননা লৌরকপসিনা মসি হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লবা মতুংদা মেন্যুপুলেট তৌখিবা ওইগনি। তৌবগীসু খম্বা থোইবীগী ৱারীসি হিন্দু লাইনীংনা চঙলক্লবা মতুংদা লাইনীংসিগা চাশিন্নবা মওংদা শৈশেমখিবনা মৈতৈশিংগী ৱারী মাল্লক্তবা মতাং মতাংদা থেংনৈ। অঙাংহল অমদি মঙ্গোলজাউ অনীগী লাইরিক্তা মখোয়গী মতমগী সমাজগী নাক য়েৎকী ফিভমগা চূশিন্ননবা হোৎনবদা হেঞ্জিন্না হিন্দু সমাজগী মশক অমা হাপচিল্লিবসি মতাং কয়াদা য়াম্না চান্নজদবা অমদি নুংঙাইহন্দবা থোকহল্লি। মহাকাব্য অসিবু লাইনীংগী মীৎয়েংদা

পুশিন্দুনা পাপ- পুন্যগী মশক তাক্লনবা হোৎনবা হায়বসিমক্তি হেঞ্জিনবা ওইনা থোকই। মরমদি অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদা পাপ-পুন্যগী মশক তাক্তুনা ইবসি মণিপুরীশিংগী পুন্সিরোলগী পান্দম ওইরমদে। মীওইবগী লমচৎক্কী লোনচৎ অদুনা পুজরকপা মশানা তাজবা পুন্সিগী পোলোই অদু উৎপনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক ওইরম্মী। পেনা শকপশিংনা হিন্দু কাব্যশাস্ত্রগী মীৎয়েংদগী খন্বা থোইবীগী ৱারীসি ফত্তে হায়দুনা লুহোংবদা লোইশিল্লি। অদুবু ডমন্ট অমদি মঙ্গোলজাউদি শিবদা লোইশিল্লি। তোম্বীনদি খন্বা থোইবীনা শিথ্রবা মতুংদা মোইরাং লৈবাক্লা লৈখা তারকপা ফাওবা উত্তুনা ৱারীসি লোইশিল্লি।

মোইরাং শাইওনগী ৱারীসি চয়েৎনবনা পীক থল্লি। লৈরিবা চয়েৎনবসি য়াম্না কৃপথনা মমূৎ তানা নৈনদুনা মওং তানা এডিট তৌরবা ষ্টেণ্ডরাইজ তৌরবা ভর্জন অমা থন্বা চঙলি। হৌজিক লৈরিবা মহাকাব্যসিগা মরী লৈনবা লাইরিক মশীং নাইদনা লৈরবসু চীন্থাংদগী ইশিনখিবা ঙাক্তা ওইনা তৌবনা মফম কয়ামরুমদা খেন্নবা কয়ামরুম লৈরি। চয়েৎনবা লৈরিবসিদগী ৱারীগী পরীং অমা থাদোকপা হায়বসি তৌদবা য়াদবা অমনি। মোইরাং শাইওনগী মরমদা খরদং মপূং ফানা ইবা অফোঙবা লাইরিক্তি শবাংথেম বরমনিনা ইবা *মোইরাং শাইওন* নি। মহাক্কী লাইরিক অসিসু চুম্নতগী অশৈবশিংনা শৈশক্লরিবা শাইওনগী ৱারীশিংবু ইশিনবনি। কৃপ্না এডিট তৌরবা ওথেন্টিক ওইরবা অমদি ওথোরিটি ওইবা য়ারবা শাইওনগী ৱারীগী পরীংমক্তি নৎত্রি। খেন্নবা অমসুং চয়েৎনবা ময়ামসি ময়েক শেংদোকহনবা হায়বসি মতমসিগী সাহিত্যগী নৈনরোয়শিংগী মাঙদা তাদুনা লৈরিবা তৌফম থোকপা থৌদাংনি। চয়েৎনবসিদা য়াওশিনগদবা নত্তে। চয়েৎনবসিদগী মফম খঙনা লংজিন চিংথোক্তুনা চয়েৎনহন্দনবা হোৎনগদবনি। চয়েৎনবদা য়াওশিন্দুনা অমনা অমা হায় অমনা অমা হায় মথোং মরম খঙবা জাৎ নত্তে হায়রবদি দায়ত্র য়াওদবগী মতৌনি। য়েৎনরিবসি হোৎনরবদি শোয়দনা লংজিল অমা পুথোকপা ঙমগনি। চয়েৎনবসি ঐঙোন্দা পোৎলূম অমা থোঙ্গৎপা ওইনা থোক্তে। শাইওনগী চয়েৎনদবা ৱারী পরীং অমা শাগৎনবা হোৎনবনা ঐগী পান্দম্মি। পান্দম অসিদা অচুম্ববু থিবগী মায়কৈদা খোঙ থাংজিন্নবা হোৎনবনি। চহী খরসিদা ফনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনসু কংলৈরোনগী ৱারী অমদি চরিত্রশিংগী মরক্তা লৈরিবা কিশিশিং থোক্লনবা ফনা হোৎনরবসু মচেৎ মকায় ওইনা চোইজায়ননা তাদুনা লৈখি। মপূং ফারবা অপূনবা মশক অমদি শাগৎপা ঙমদনা লৈরকখি। অদুবু হীরমসিগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং হেক ঙম্বমখৈ খোমজিন্দুনা পারুবদগী অনৌবা থৌনা খরা ফংবা ঙমখি। অদুনা হৌজিক ওইরিবা মওংসিদা লাইরিক অসিগী মশক অমদি ওইবা য়ারব্রা হায়বগী

ব্রাখলদা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। ইরিবা খরসিনা মপূং ফারবা মখা তানা ইনিংঙায় লৈত্রবনি হায়বদুমক্তি হায়রুবা য়াদ্রি। মরমদি ফনা কন্না হোৎনদুনা অফংবা মচাকমখৈ খোমজিন্দুনা নৈনরবসু মতাং কয়াদা ভাবনা শাগত্তুনা শেমজিন শাজিনবা নত্তনা চপ চাবা দোকুমেন্টশিংনা সপোর্ট তৌদবা মতাংশিং মফম কয়াদা য়াওরি। মতাংসিদা ঐহাক থম্মোয় শেংবা তাবনি। মসি নত্তনা ঐনা খঞ্জবদা অতোপ্পা লম্বী অমা উখিদবননি। লাইরিকসিগী অরোইবা শরুক্তা পীরিবা 'হাপচিনবা' লম্মীৎ- তুম্মিৎ তাকপা মেপ অমা য়াওরিবা অসিগী সোর্ছ অসি মোইরাংগী পণ্ডিত নোদিয়া ঙাঙোইচাদগী লৌবনি। অদুগা নিংথৌরোন তাকপা অসিদা পীরিবা নিংথৌশিংসিদা খেন্নবা মত কয়ামরুম লৈবা য়াই। মদু পূম্নমক ইতিহাসকারশিংগীদমক থাদোকচরে। ঐগী পান্দমদি মোইরাংগী সভ্যতা অমসুং মোইরাং শাইওনবু নৈনবনি। মদুগী মীৎয়েংদা নিংথৌরোন অসি হাপ্পবগী ব্রাদনি। মোইরাং শাইওনগী মশীং অসিসু চপ চানা মশীং লেপথোকপা ঙমদবনা মপূং ওইবা শাইওন তরাখক পীবিবসিসু মসিনা লোইরে হায়বদি নত্তে।

# চীংঙু থাংজিং অমসুং মহাক্কী লীলা শগুদিং

মোইরাং শাইওনগী ৱারী অমদি থৌদোক পুম্নমক্কী হৌরকফম মরূদি চীংঙু থাংজিং কৌবা মপু মহাক্নি। থাংজিং অসি গুরু নোংশাবা অমসুং মহাক্কী লোয়নবী শরূ লৈমগী মচানি। নোংশাবা হায়বা লাই অসি তাইবঙপানবগী মপু খোইয়ূম/গুরু শিদবগী মপারী অতিয়া শিদবনি হায়বসু থেংনৈ। অতিয়া শিদবা/নোংশাবা অসি শিদবা মপুগা তেথোক-তেশিন্না অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবা লাইনি। মতমগী মতুংইন্না খোইয়ূম শিদববু গুরু শিদবা হায়না খঙনরকখি। খোইয়ূম নোংশাববুসু গুরু নোংশাবা হায়না কোনুংদা লাৎনরকই! লাইনিংথৌ নোংশাববু চীংলেন নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোম্বা হায়নসু খঙনৈ। লাইনিংথৌ নোংশাবা অসি শাইওন য়াম্বা ওন্নিংবতা ওনবা লাইনি। খোইয়ূম লাইনিংথৌনা খুম্থোকপগী মতাংদা লাইনা মীগা অহানবা থেংনরে হায়বগীদমক থাংজিং নৎত্রগা গুরুগা হেক থংননা শেমই হায়বগীদমক থাংজিং কৌবনি হায়বা থেংনৈ। থাংজিংনা নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা শগোল অঙৌবা অমা তোংলগা মোইরাংসি মহাক্কী লম্নি খম্দুনা কুমথরকখিবনি। খুম্থোকপগী মতাংদনা থাংজিংনা থাংজিং চীংজাউ মতুংইন্না লাক্লগা ঙাংখ খুনগী খুনয়ায় খাইনা খুম্দাখি। খোইয়ূম লাইনিংথৌ য়াইবী পালোয় তাবনা মালেম লৈশেম্বদা মপল খোইয়ূম অৱাং পাখঙ য়োইরেম্বনা মালেমদা লৈতাবিরকপদা য়োইরেম্বনা শকলোৎপদা থংননা থিবা খঙবগী থংবসু চাউবসু শাংবসু কোয়রেল লাই কৌখি। চীংঙু নিংথৌ শোরারেন পোংনিংথৌগী মচানিপা খোরী ফাবা/কোয়রি হাইবনা মশানৌ কোয়রেল লৈমগা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা থাংজিং চীংদগী কুমথরক্লুনা খুম্থোকপা নুমিৎ মঙানি শুবদা মপাবুংদা মীৎয়েং তাবিরনবা হায়জরুবদা শোরারেননা মচাগী মতীক য়েংনিংদুনা লৈনুংদা লোত্তুনা লৈবদু খোরী ফাবনা খঙলবদা শোরারেননা কোয়রেল অহুমগী মথক্তা পানবা থাংজিং কোয়রেল হায়না মিংথোনবিখি হায়বা ৱাসু লৈরি। লাইনিংথৌ থাংজিংনা খুম্থোক্লকপা মতমদা কোনশৌরেন য়াইবীরেন শিদবা হায়বা শীংথানরিবসি অতিয়া গুরু শিদববুনি।

থাংজিংগী মপা-মপুশিং অসি কৌব্রুদগী মোইরাং থাংজিংগী লমখৈদা খুম্থোরকখিবা ওইরমগনি হায়না মত পীনবসু য়াওই। খ্বাই নুংজেং পীবা য়েকমা হাওতংলানা তাহুইরেং অহনবু হাৎখ্রবদা নুমিৎ সনা খোমদোন অতোনবনা থাংজিংগী মশাইগোন্দা লোত্তুনা লৈরবদা থাংজিংগী খৃজিলদগী কংলৈ খুঙ্গাহনখি। শাগৎপদা খরা ৱানা থোকপা মওংদা ফংবা ৱা অমনা 'লাই' হায়বা ৱাহৈ অসি তাই কাঙলূপকী

অসুপ্পা ইশ্বরনি হায়বসিনি। অদুগা শেনবী হায়বসিনা সিযামেসি (siamese)গী লাইনি। থাংজিং হায়বসি লাই কাঙলূপকী মীওই নৎত্রগা নিংথৌ অমনি। থাংজিংনা মতীক- মগুণ লৈবক্তুনা থাংজিং কোয়রেল লাই হায়নরকপদগী ব্রাহস্থোক হোংখিদুনা লাইবু 'চীংঙু', 'খোইমোম' অমদি 'খোইয়ূম' নচিংবগী অর্থদা খঙনখ্রে হায়বসিনি। অতোপ্পা অমনা খোইয়ূম লাইয়াম্না কোয়শিল্লগা পাল্লি হায়বগী থাংজিং কোয়রেল লাই কৌবনি হায়। লাইয়ামশিংসি থাংজিংনা পূংজৈ ওইরগা অতৈনা অকোযবদা লৈদুনা লৈবনি। উমংলাইশিংগী মনুংদা নোংশাবনা খ্বাইদগী চাউবনি। মহাক্না থাংজিংবু মোইবাংগী মকোক থোংবা লাই ওইনা হাপখি। লৈশেম্লোন অরিবগী মতুংইন্নদি মায়কৈ ঙাকপা লাই নিপালগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মহাক্না শন্দোং মায়কৈ ঙাকই। লৈশেমঙৈদা থাংজিং চীংগী চীংদোন্দা চীংশাং নাপোম তরেৎ ফাংবদা খোইয়ূম লাইনিংথৌ মাপল, শবোই শুম্ফুমাথোই, লাইনুরা তরেৎ, লাই পাখঙ তরেৎ, লম লৈমা- তুরৈমা মাপল অমদি লাইয়াম খিবিক্কা লোয়ননা লাইকুপলেংনা তিন্না তূ-শরেং চীংগী চীংমৈদগী খোঙদাবা হৌবল্লগা পনবী তূরেল লান্না কেগে মোইরাং খুনয়াযদা শজিবু থাগী নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা খুনগুম্লকখি। মোইরাং হায়বা মমিংসি থোনখিবগী মবমদি থাংজিংনা খোয়োন ঙাংখ লময়ায় খাইদুনা খুন্দানবা মোংলরে হায়না মোংবহনবা, মোংবহনবা য়ায়শেন্নু ঙাংঙোই য়োইরেন মপূংয়ায় খুন্দা- লৈতাদুনা মোংবহনবগী মরানয়ায় ওই হাযবগীদমক মফমসিবু মোইরাং কৌখিবনি। মোইরাংদা খুন্দারিবা মীওই কাঙলূপ অসি কেবা-মৌবা পান্না অমদি চাওথোকচবা মীওইশিংনি নৎত্রগা গুরুনা খুম্থোকপদা থোঙলোন মাপলবু কে কে লাউনা হাংদোকখি হায়বগীদমক কেগে কৌখিবনি হায়বসু থেংনৈ। কৌব্রুদগী খুম্থোরকপা ঙাংঙোই কৌবা অঙাংঙানা পাল্লম্মী হাযদুনা ঙাঙোইসু কৌনৈ।

থাংজিং চীং হাযবসি মোইরাংগী নোংচুপথংবা শরুক্তা লৈ। চীং অসি সমুদ্র ঈমায়দগী চাউরাক্না মিটর ২, ১০৪ রোম ব্রাংই। চীংজাউ অসি য়াংপুজিলোং চীংগী চীংশাংনি। চীং অসিগী চীংদোন্দা মৈতৈশিংগী খা-নোংচুপ থংবা মায়কৈ ঙাকপা লাই থাংজিং কোয়রেল নিংথৌগী অরিবা খুভম লৈ। মসিগী মনাক্তা থাংজিং কোয়রেল নিংথৌগী যূম্ফমসিগী মনাক্তা 'শঙ্গুরৈ পোকপী' কৌবা লাইফম লৈ। যূম্ফম অসিদা থাংজিংগী য়াইওন্ননবা নূং অমা, সনাগী কাংচূপ, সনাগী থাঙ, সনাগী চৈশু লৈ। শঙ্গুরৈ পোকপী লাইফমসিগী মনাক্তা তলা শিদবা কৌবা ঊ অমগা খোংনাং পান্নী অমগসু হৌই। মদুগী মনাক্তা ঈশিং থোকপা লাইকোম অমগী মনাক নক্না 'নোংদ্রেংখোম্বা' কৌবা শামু অঙৌবা পোকপা কৌবা শোরারেনগী খুভম ওইনবা নূং অঙৌবা অমগা নোংশা পোকপা নূং অঙাঙবা অমগা লৈ। নূং অসিগী মনাক্তা 'লৈহিংনু চাশৌবী' কৌবা

সনা, লুপা, কোরী, শেন, তম্ফা, পিথ্রাই অমদি মণি থোকই থাজনবা নূং অমসু লৈ হায়না অরিবা পুয়াশিংদা ইরি। থাংজিং চীংগী মতোন্দা সনা শঙ্গাই মনুংদা লৈবা নূং মথক্তা ফম্লগা থাংজিংনা মমায় নোংচুপ লাইজি পাংনা য়েংদুনা লৈ থাজনৈ। মদুগী মমাঙদ হৌবা উথুম পান্বীগী মখা থংবদা নুংশিংথোঙ অহুম লৈ। কোয়রেল লৈমগী শঙ্গাই মনাক্তা পুখ্রী অনী লৈ। অমদগী ঈশিং থক্লগনা মী ওই অদুগা অতোপ্পা অমদগী থক্লগন লাই ওই থাজন্নৈ। মদুগী মনাক্তা মোইবুং মচীনগুম্বা পুখ্রী অমসু লৈ, মদুদগী চেস্থরকপ ঈশিংনা মোইরাং তূরেলদা তাখি। থাংজিং লাইকোনগী থোঙ মরিনি। অৱাং, মখ অমদি নোংচুপ মায়কৈগী থোঙশিংদি চঙহেদে। নোংপোক থোঙদা চঙলবদি লাই মাপলগী খুভম লৈবা মতোল ৱাংবা চপ মান্নবা চীংলোন মাপলগী লাইকোন ফংই। থাংজিং চীংগী চীংজাউদা লৈরিবা থাংজিংগী খুভমদা চহী খুদিংগী শজিবু থাদা চৈরাউবা মতুংগী থংনব নোংমাইজিং নুমিত্তা মণিপুরীশিংনা হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা নুংঙাই য়াইফনবা অমদি পুন্সি নুংশাংনবা লোয়ননা খুঞ্জাউ লৈচাউবা পীবিনবা খুরুম্নৈ। মোইরাং থাংজিং হরাওবদি মখল অহুম থোকই —কুম অমদনা খোং চিংবা, কুম অমদনা লম থোকপা অদুগা অতোপ্পা কুম অমদনা য়ূম ফম্বা কৌই।

থাংজিংগী তালোয় অনীনি -- ঙাংশাবী নৎত্রগা কোয়বেল লৈমনা নুপী অহলনি অদুগা অয়াংলৈমনা অনীশুবনি। লাই হরাওবদা কোয়রেল লৈমনা থাংজিংগী ওযদা ফমই। অদুবু আসামগী কাছার দিষ্টিক্তা পাংথোকপা থাংজিং হরাওবদদি অয়াংলৈমনা থাংজিংগী ওয়দা ফমই। থাংজিংগী লাইশঙনা মমায় নোংচুপ ওন্না ফাৎলিবসি থাংজিং লাইনা থাংজিং চীংবু মতম পূম্বদা য়েংদুনা লৈবননি থাজনৈ। ইবুধৌ থাংজিং হরাওবদা য়াওবা অতৈ লাইশিংদি—থিপি থিরেন, চাউবেন, লাইকাচেং, নোঙ্গাচেং, নূংঙাপাক, নূংমাযচেং, মকুরোল, অমসুং হাপ্পু খেমাবনি। মায়চৌ খরনা পীবা মমিংশিংসিদা খেন্নবা খরা য়াওই অদুবু মপূংদদি মায়ে। মোইরাংগী মীয়াম্না য়ান্নবা লাইশিংদি—নোংপোক হরাবা, শোবারেন, ঊরী খোংনাং, লৈগোই, খোরী ফাবা, খানা চাউবা অমদি লাইনিংথৌ সনামহীনি। মসিগী মথক্তা মোইরাংদা লাৎনবা শাগৈগী ওইবা লাইশিংসু লৈরি—তম্পাক লাইনিংথৌ, অয়াংলৈমা, লোক্লাং লৈমা, লৈকোই নিংথৌ, মহারাবা অসিনচিংবনি।

হিষ্টোরিয়ানশিংগী মীৎয়েংদদি থাংজিং হায়বসি মোইরাং লমদম্বু শেমগৎলম্বা মী অমনি হায়নীংই। মোইরাংগী মীওইশিংনদি লাইনি হায়না লাৎনৈ। মোইরাংগী মীয়াম্না মহাকপু মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা লাইনি লৌনদুনা লুহোংবা মতমদা মঙোন্দা ইহান হান্না হৈরুক কৎপতা নত্তনা লৌউ- শিংউগা মরী লৈনবা লাই ওইনসু লৌনদুনা লৌ- তাবা মতমদা থাংজিংগী মফমদা লৌ-তাই। হিন্দু লাইনিংনা

চঙুলক্লবা মতুংদা থাংজিং অসি অশিনিকুমারগা মান্নে হায়না *বিজয় পঞ্চালিদা* ইরি। মোইরাং হায়বা কাঙলূপ অসিসু মপা- মপু ইরাৎচবা কাঙবুনি। লাইওইশ্রবা মপা- মপুশিংবু ইরাৎ-থৌনি পাংথোকপসি অরিবা গ্রীকশিংসু তৌই। মপা- মপু লাইশিং এথেনিয়ানশিংনা মার্চ নৎত্রগা এপ্রিল থাদা ইরাৎ-থৌনি তৌই । পাংথোকফম অদুবুনা অশেংবা মফম্নি হায়দুনা 'শ্রাইন' কৌই। মসি মোইরাং থাংজিং হরাউবগী লাইশঙগুম অশেংবনি। হিষ্টোরিয়ানশিংনদি থাংজিং হায়বসি মোইরাংদা মতম শাংনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা মীশক্তি লৌই। পাখঙবনা কংলৈদা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবদগীদি লাইগী থৌরম-থৌদা পাংথোক্তুনা লাইরুপ- তিল্লুপ খাইদোক্তুনা শলাইশিংগী লম য়েম্থোক্লদুনা লৈবাক ঙাক্লরবদা মোইরাংদা কেগে ঙাংঙোই অমদি মোইরাং শলাইনা পানখি। অঙনবা মতমদা মোইরাংগী লমখৈ ওইরম্বা য়াবসি– মখা মায়কৈদা লালুব্রা তূরেল লাল্লগা চুবাচান্দপুর, অব্রাং মায়কৈদা লম্মাংদোং ফাওবা, নোংপোক্তা মণিপুর রিভব অদুগা নোংচুপ মায়কৈদনা থাংজিং চীংশাং ফাওবনি হায়না নোদিয়া ঙাংঙোইচানা ইরি। আর কে ঝলজিৎনদি কেগে মোইরাংগী লমখৈসি অব্রাং নোংপোক্তা লোক্তাক পাৎ, নোংপোক্তা ইম্ফাল তূরেল, মখা অমসুং নোংচুপ্তা চীংগী খুনশিং অদুগা অব্রাংদা লুব্রাংগী লমশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈ হায়না মত পী। মসিনা মতমদুদা লৈরম্বা কেগে মোইরাং লৈবাক্কী লমখৈনি। মোইরাং লৈবাকসি মতমদুদা লৈঙাক্লোন্দা খুদোং চানবা লৈকাই নিপাল থোক্লা খাইদোকই–ঙাংখ লৈকাই, খোয়োন লৈকাই, খম্বী লৈকাই, হিগা লৈকাই, ওকচিন লৈকাই, চেংগৈ লৈকাই, ঙাংলৌ অমসুং য়াওসু লৈকাইনি। লৈকাইশিংসিদা লৈরিবা কৈথেল মাপলদি –ঙাংখ কৈথেল, খোয়োন কৈথেল, ঙাংলৌ কৈথেল, খাম্বী কৈথেল, খোরী কৈথেল, ওকচিল কৈথেল, চেংগৈ কৈথেল, হিসা কৈথেল অমসুং য়াওসু কৈথেলনি।

মোইবাং হায়বা লৈবাকসি ইবুধৌ থাংজিংনা তাইবঙ মীওইবদা মহাক্কী লীলা শঙদিং উৎননবা শেমখিবনি থাজনৈ। লোক্তাক পাৎকী নোংচুপ থংবদা ঙাম্থোইদুনা লৈরি থাংজিংগী মশাইগোন। চীংজাউ অসিগী মমাঙ ওইরপ্না লোক্তাক পাৎচাউ ময়াদা কেগে মোইরাং লমদম লৈরি। মফমসিদনি থাংজিংনা মহাক্কী লীলা শঙদিং চত্থগদৌরিবসি। মোইরাং তূরেলগী নোংপোক্কী লম মখৈবু কেগে অদুগা নোংচুপকী লম মখৈবুনা ঙাঙোই কৌই। অদুনা লমদমসিবু কেগে ঙাঙোইসু কৌনৈ। মোইরাংবু শেম্বা লোইরবা মতুংদা চীংঙু থাংজিংনা মাগী লীলা শঙদিং উৎপা হৌননবা খোইয়ুম শিদবনা লাইরৈম্মা লৈশিরেন লৈপুবীদা মচানিঙোল খোইমোম লাইরৈম্মা নোংথাংলৈমবু ফৌওইবী থাংয়ি অহোংবী ওইনা তাইবঙ পানবদা লাংওন শক্তম লৌরুনবা থৌশিখিবদগী পাম্থোইবীনা ফৌওইবীগী শাইওন লৌদুনা মোইরাং লৈবাক্তা পোক্লরে। পাম্থোইবী অসি

নোংথাংলৈমগী শাইওন লাইচানি। *লাংওন লংদায়* পুয়াগী মতুংইন্নদি নোংপোক নিংথৌ অমদি পাম্থোইবী অনীনা পাউশানদুনা মখোয়না তাইবঙ মীওইপোক্তা তরেৎলক হন্না পোক্তুনা তাইবঙ লীলা শান্নরবগী ৱা ইরি। অদুনা ফৌওইবী–হেঞ্জুনহাদগী শাইওনগী ৱারী চৎথবা হৌরকই। থাংজিংনা শান্নরিবা লীলা অসিনা মীওইবগী মপোক অসি খঙবা ঙমদ্রবা নোংদম্বা অমগী থৌশিননি হায়বসি চেৎশিনহন্নবা তৌবা মাল্লি। মহাক্না শান্নরিবা লীলাসিদা লাইয়ামসু শরুক য়ারি। মোইরাং শাইওনগী তাইবঙ লীলাসিদা য়াওরিবা লাইশিং অসি মতম পূম্নমক্তা তাইবঙ মীওইবদগী ৱাংনা চাউনা লাপথোক্না খক লৈতে। লাইশিং অসি তাইবঙ মীওইবা অমদি অতৈ জীব পানবশিংগী মরক্তা মরূপ- মপাং ওইনা য়াম্না নকশিন্ননা লৈ। মোইরাংদা লাই হরাওবসি মোইরাং থাংজিং হরাওবদগী হৌই লৌনদুনা থাংজিং হরাওদ্রিঙৈদা অতৈ উমংলাই অমত্তা হরাওনদে। মোইরাং শাইওনগী অরোইবা মপোক খম্বা থোইবীগী জগোয় অসি মৈতৈশিংগী লাই হরাওবদা মপূং ওইনা শানৈ। শাইওনগী ৱারীসি মৈতৈগী ৱাংউরোল, লাইগী নোংদম নৎত্রগা লাইগী শান্নফম ওইবা তাইবঙ ফম্বাক্লি, মীওইবদি চূম্নদগী শক্তম লাংবদনি, অশেংবা লীলা শান্নরিবদি থাংজিং অমদি লাইয়াম্নি তাক্লবা হোৎনবা মাল্লি।

ঈশ্বরগী মপাওবু হায়বদি লাইবাওবু চকপা লম্লাং মাইবী খোম্লেন মঙজং তানবীনা লৱাই লাথ্রৈ কোক্তা থোং, শরিক চোমজাও পায়দুনা চীংঙু থাংজিং লাইমাঙদা ফমদুনা লাইবাও চেনবা খোইয়ূম লাইবাওনা অরোইবনি। মসি অরিবা সমাজ পূম্নমক্তা লাই- তীনগা মরী লৈনবদা মাইবীনা লাইগা হকথেংনদুনা লাইগী মৱা- মপাও লৌরগা মদুদগী মতুংইন্না খোইয়ূম লাইনা পেনবিনবা ঈরাৎ- পুজা তৌবা অসিনা অরিবা সমাজগী য়ূম্ফম্নি। মোইরাং শাইওন্দা থোক্লি- ওইরিবা থৌদোক পূম্নমক্কী মরুমদা থাংজিংনা লোত্তুনা লৈ, পূম্নমক মহাক্কী খূজিননি। মহাক্না শান্নবা লীলানি। মসিনা তাইবঙ মীওইবসি খূজিন হৈবা নোংদম্বা অমগী লীচিং মখাদা লৈরিবনি হায়বগী থাজবসি চেৎশিনহল্লি। মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা লাইবক্কী অচৌবা খূৎ অমা লৈবি, খূৎসিগী লীচিংদা মীওইবা হায়বসি পাম্বৈ লৈজদ্রবা শান্নপোৎনি। পুন্সিগী লীক্লমদা মীওইবনা চৎলিবসি য়াথোক্লবা লম্বীগী পরীং অমদনি, মসিদগী মনীংতম্লবা মীওইবগী থৌরাং করিসু লৈতে হায়বা থাজহন্দুনা মীওইবগী পুন্সিগী পোলোইদি শকউদবা খূৎ অমগী লীচিংদা মশাগী অনীংবদা লেপ্পা ঙমদনা চৎখিবা ঙাক্তনি। থাংজিংগী লীলা শঙদিংসিদা মীওইবতা নত্তনা জীবশিং অমদি অতৈ পোৎলমশিংসু চিংথবা তৌদনা শরুক য়াহল্লি। পূম্নমকসি থাংজিংনা খুজিন তৌদুনা থমখ্রবনি। থাংজিংগী লীলাসিদা কাওরেন ষণ, কৈ, শামু, শঙাই, উচেক ফাওবদা থাংজিংগী শাইওনগুম্না লীলা শঙদিংদা য়াওরিবনি। মসিনা মতমগী মনুংদা অরোৎ- অফোঙ শান্নরিবা পোকপা শিবা নাইবা মীওইবগী মপোক্তা ঈশ্বর, মীওইবা অমদি প্রকৃতিগী চুংশিন্নবা মতৌদু উৎলি।

মোইরাং শাইওনগী ৱারী হৌরকপগা লোয়ননা থাংজিংগী লীলা শঙদিং হৌরে। হেঞ্জুনহাগী অপোকপা লাংলেনহনবনা হি অমা শারগা নিংথৌদা কংকে খন্দুনা থাংজিং চীঙ্গোন্দা চঙদুনা তলা ঊজাও নাচুম্বা অমা য়াল্লুরে। ঊজাওদু থাংজিং মাগী শাইওন ওইরম্বদগী পামেন ঊরাং ঊশক খঙদনা য়ানবগী থাংজিংনা মায়কৈ ঙাকপা লাই মরি অমদি ঊমংলাই শরোই হুম্ফুমাপলগা পূল্লগা খুন্দিনরবা মতুংদা মাগী তালোয় অহল কোয়রেল লৈমা খঙহন্দনা খারম পুরিবা ৱাংব্রেন খানা চাউববু থৌশিদুনা অথেংবা অহিংদা লাংলেনহনবগী মথৱায় লৌহল্লুই। চাওবা শারেপ ফারবা হেঞ্জুনহা লাইরৌলেম্বী অনীবু থাংজিংনা শকখঙ- মায়খঙনহন্দুনা 'চীংঙুনা পূনখ্রবা লৈপূননি, খোইয়ুম্না য়োমখ্রবা খয়োম্নি' হায়দুনা লৈখায় পী। লমদাগী অহানবা থাংজদা মোইরাং কুরাক লমদাইবা নুমিত্তো খুন্দিনবীগী লময়ায়দা শরোই হুম্ফুমাপল খুন্দিন্নবদা লমলৈমা তরেৎনা খুম্হোকপা, উমংলাই মাপলনা য়াথোকপা, মায়কৈ ঙাকপা লাইয়াম্না য়াতাবা, শজিক থাবা মপুরোই তাবুরোই পূম্নমক্না মখূত্তা চৈকক পায়দুনা শীংথাগদবা, থাংজিং লাইনা শীংশৎকদবা, তীনমু ফত্তবা ঙাওবনা মচীঞ্জাক হুন্দুনা ঈ খুদেং লাই খুদেং ইরাৎকদবা নুমিৎসিদা হেঞ্জুনহা মমাগী য়াথংনা ইমুংদগী থোকহন্দনা থমখি। হেঞ্জুনহানা তুমথবদা অশোমদা লাইবৌলেম্বীনা মশাবীবু মপূক্লিং.চঙনা ঙাইজবদু চীংঙু থাংজিংগী মতালোয় অয়াংলৈমনা উবিরদুনা মবুংঙোদা হায়জরবদা, কেগে পোকপা শোরারেন মোইরাং শেম্বা লাইনিংথৌ থাংজিং কোন্দুম য়াই মরূ শম্হোং পূংমায় লেপ্পা খোইয়ুম য়াইবীরেন শিদবা মপুনা মশানৌ পাম্হোইবীবু কৌদুনা থৌশিবা মতুংইন্না পাম্হোইবীনা হেঞ্জুনহাগী মঙলানচাদা লাক্লুনা লাইরৌলেম্বীনা থাঙ্গা নিঙোল কাদা মহাকপু ঙাইরিবদু উহন্দুনা হৌদোক্লে। হেঞ্জুনহানা খোঙলৈ থুনা হৌগৎলগা কাংজৈ কাংহু হিংজন হুই থাদবা অমা পায়রদুনা মশানৌ উন্নবা থোরক্লে। চীংঙু থাংজিংগী খুভম লমলেন খুন্দিনবীগী লম্লোং অহুম ফাংবদা লাইয়াম্না খুন্দিনরম্বদু হেঞ্জুনহানা ওক্লরুরে। হেঞ্জুনহানা পাখৎনা মশানৌ কৌরদুনা চেল্লকই । অদুবু লাইরৌলেম্বীদি লমলৈমা তরেৎনা নাউশুমদুনা থমখিবনা তাবা লৈখিদ্রে। হেঞ্জুনহাবু তান্নরক্লিবা লাইয়াম্না কোম্হোং লাইগা লৌতুনদুনা হেঞ্জুনহাগী লুতুং শমদু ফাদুনা লাইরৌলেম্বীগী ময়ূমগী ইচুম তাফমদা লোংনা ইম্থুদুনা ফারগা ৱাংব্রেন খানা চাউবনা হেঞ্জুনহাগী মথৱায় মঙাবু পুদুনা চৎখ্রে। লাইয়াম্না চৎখ্রবদা পাম্হোইবীনা খোম্লেন তুংখুন তাল্লিবী থোংনাং লাইরৌলেম্বীগী মমঙদা ফাওবিবদগী লাইরৌলেম্বী খোঙলৈ থুনা মপান্দা চেম্হোক্লুনা য়েংলুবদদি মশাবীনা শিদুনা লৈরম্লবদা লাইরৌলেম্বীসু মতোমতা থাঙনা থিঞ্জিঞ্জদুনা শিজখ্রে। নুরা পাখঙ অনীগী থৱায়না চীংগী খুনু খোংজোম্বী তমগী খুনু থারিকপীগী শক্তম লৌরগা শাগল তিংনা খম্ব্রাংননা শাখপ তমিন্নদুনা কোরৌ নোংমদোন তম্না পাইখ্রে। শাবী শানৌ অনীগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদু মোইরাংগী লাইহল্লি তূরেল তোবর্বান্দা লৈরোল চনখি।

মাঙফদ্রবা নুরা পাখঙ অনীগী থৱায়দু চীংঙু নোংদমখোলদগী লমগানবা অমদি য়াইথিংকোনু ওইনা শাইওল্লকখি। মোইরাং থাংজিং হরাওবদা থাংজিংগী লাইমাঙদা জগোয় খুত্থেক তম্নবা পম্বৌগী মরানয়ায় মাঙ্গোলদা য়াইথিংকোনুনা জগোয় তল্লিঙৈদা লমগানবনা পাউজেল হূইগা লোয়ননা কোয়থোরকপদা থাংজিংনা লমজিংদুনা লমগানবা অমদি য়াইথিংকোনুবু থেংনহল্লি। অহানবা উন্নবমক্তদা শাবী- শানৌ অনীদু অপাম নুংশি পোক্লদুনা লৌন- লৈনশি শরী পন্দোল লোম্লখি। খম্বুং য়াইথিংকোনুনা তাইবঙদা খোঙদারক্লিঙৈদা খম্বুং নিংথৌ থোঙারেন অহলনা য়াইথিংকোনুবু তালোয় শীংদা চনগে খন্দুনা থমজরকপনি। অদুবু য়াইথিংকোনুবু মতম খরদং তাইবঙ চীঙাক চারুনবা থারকই। য়াইথিংকোনুনা চৎলমদায়দা মপাল ঙৌনা শাৎপা লৈরাং পাম্বী অমা থারম্মী। করিগুম্বা মহাক্লা তাইবঙ চীঙাক চাদুনা মপূক্লিং ওল্লক্লবদি অমুবা মচুগী লৈরাং শাৎলক্কনি হায়রম্মী। য়াইথিংকোনুনা লমগানবগা শরী পন্দোল লোম্লখিবা নুমিত্তগী মহাক্লা থাজরম্বা লৈরাংগী লৈচু ওন্দুনা মুনা শাৎলক্লে। খম্বুং নিংথৌনা মনাওনুপা অতোনবদা য়াইথিংকোনুগী মথৱায়বু লৌরুনবা থৌশিরকই। খম্বুং নিংথৌগী মনাওনুপানা তাইবঙ মীরমলেন্দা লাক্লুনা কমদৌরগা য়াইথিংকোনুগী য়াইবী লৌশিংগে খন্দুনা পোলাংখোক্তা য়াল্লিবা লংবৌগী পৌ মনুংদা চঙদুনা লৈরে। য়াইথিংকোনুনা ফৌরিবা লংয়ামদু খোমজিল্লগা লংখল খাইদোক্লুনা মখূৎনা লং কনবা হৌরকপদা পৌ মনুংদা নাথুপ্লুনা লৈরিবা থোঙারেনগী মনাও অতোনবনা পৌ থুদেক্লগা লং কল্লিবা নিঙোলগী লৱাই লেম্ফুদা অতেকপা পৌনা থাদুনা অশিবগুম তাদুনা লৈরবদা থোঙারেলনগী মনাওনুপানা য়াইথিংকোনুগী য়াইবী থৱায় মরি পুদুনা চৎখ্রে। মশানৌগী অশিবা হকচাংগা কোন্ননা লমগানবসু কূ অমদা হাপ্লুনা লৈরোন চনখি। লমগানবগী থৱায়না চেক্লাগী শক্তম লৌদুনা খম্বুং থোঙারেনগী লৈবাক্তা য়ৌরগা য়াইথিংকোনুগী থৱায়বু তাইবঙপান্দা থাবিরক্লবা হায়জরে। থোঙারেননা নুংশিবীরদুনা শাবী- শানৌ অনীগী থৱায়বু তাইবঙদা অমুক হঞরো হায়না থাবিরকখি।

লাইনিংথৌ নোংদ্রেন পাখঙবনা লোইবী হাও পাখঙগী মশক লৌদুনা মেন্দে নিংথৌ শোরাবগী মচানিঙোল থংমাই লৈমনা পাম য়াল্লিঙৈদা লাক্লগা শকখঙনরে। মদুগী মতুংদদি লোঞ্জা-লোম্বুপ্পনা হেক হেক উন্নবসি মপানা খঙলক্কদ্রা হায়বগী ৱাখলদা থংমাই লৈমনা মথৱায় ৱাজরম্মী। থংমাই লৈমগী অৱাবসি পাখঙবনা খঙবিরদুনা নিংথৌ শোরাবগী মনাক্তা লাকখি। পাখঙবগী নুংশিবা অমদি অকিবা য়ান্নরবা মায়থোঙ অদু উবদা অচম্বা নমু তাইবঙ নত্তে খঙবদগী শোরাবনা মরানয়ায়দা শঙ অহনবা অমা শারগা পাখঙববু মচানিঙোল থংমাই লৈমগা তোপ্না লৈহল্লে। লোইদাম থাবুম ফাবদা পাখঙবা মফমদুদগী চৎপ্রে। চহী ওল্লকপদা থংমাই লৈমদু মচানুপা অমা ফংজরে, মমিং শারাবা থোল্লে। শারাবনা চাওবা মপূং ফাদুনা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা নোংমা মমাদা মহাক্কী মপা

কনানো হংলক্লে। থংমাই লৈমনা মচাগী ব্রাহংগী পাউখুম পীফম খঙদনা অব্রাবা মতৌদা লৈরিবদু পাখঙবনা উরিবদুনা থংমাই লৈমগী মমঙদা ব্রারম পূম্না তাকপিরে। পাখঙবনা তাকপিরম্বা মতুংইন্না থংমাই লৈমনা মচাবু য়েনবোন অমদা য়েন অমা হাপ্লগা পুহন্দুনা লম্বীদা লাকমিন্নরে। য়েনবোন্দা য়াওরিবা য়েনদুনা ক্রে ক্রে কে খোংদুনা য়েনবোন্দগী চোংথবদা খুদক্তা পাখঙবা ওহ্লোকখ্রে। পাখঙবনা মচানুপাদা মহাক মপানি মশক তাক্লবা মতুংদা মচানুপাদা অনৌবা য়ুমজাউ অমা শারগা লৈরবদি নুংঙাই- য়াইফগনি তাকপিখি। য়ুমজাউদু শাবদা চঙগদবা খাংঙবু লোই অহুমদু মহাক্না পীগনি তাকপিরম্লবা মতুংদা মাঙথোকখ্রে। শারাবনা মপানা তাক্লম্বা উফমদা চঙদুনা খাংঙবু লোই অহুম য়ান্দুনা য়ুমজাউ অমা শারগা লৈরবদা মেন্দে লৈবাক চাকহোং ঙাহোংলে । মতমগী মতুংইন্না শাবাবগী মচানিঙোল হাইনু চানবী লৈশাবী মপূং ফারক্লে । মহাক্কী মশক- মতৌ চঙখোনবগী ব্রা মোইরাং নিংথৌ লাইফাচেংনা তারে । লাইফাচেংনা মেন্দে নিংথৌ শারাবদা হায়জদুনা হাইনু চানবীগা লুহোংলে । নোংমা পুরিক্লাই লাইফাচেংনা হাইনু চানবীদা মহাক্কী মপাম লমদম মেন্দেনা অসুক নুংঙাই- য়াইফরিবসি কমদৌননো হংলম্মী। হাইনু চানবীনা মপাগী য়ুমদা হাপ্লিবা অঙকপা খাংঙবু লোই অহুমদুগী ব্রাদু মপুবোইবদা তম্লে। ব্রাদু তাবদা পুরিক্লাইনা হাইনু চানবীবু মপামদা চত্নুনা লোইখাঙ অমা মপাদগী লৌরুনবা থাখ্রে । হাইনু চানবীনা মপাদা লোইখাঙ অমত্তং পীবিনবা হায়জরুবদা শাবাবনা মচা নিঙোলদা লোইখাঙ অমা পীবিরে । হাইনু চানবীনা লোইখাঙদু পুদুনা ময়ুমদা হল্লকপদা উরাংফাই য়ৌরকপদা নুমিৎ তাখিবদগী মফমদুদা থম্লম্লগা হল্লক্লে । মহাক্কী মতুংদা লোইবুরেল অদুদি মতোমতা লোক্তাক্তা চৎখিদুনা লূপখ্রে ।

লাইফাচেংগী য়াথংদগী হাইনু চানবীনা অমুক হন্না মপামদা চৎখিদুনা মপাদা হাযজরুবদা শারাবনা লোইবু অদু য়ানখিবা মফমদা চঙদুনা য়েংলুবদা চীংয়েনশিন উচুং অদুদা চোংলম্না উপাম্বী মচা অমদগী মকক অমা কক্লগা পীরবদা হাইনু চানবী ময়ুমদা হল্লক্লে । মোইরাং নিংথৌনা উকক অদু লমগানবগী মথং মপোক পূংদিংহনবা কৌদুনা য়াইবুং শাহল্লগা কংলা পূংজাউগী মনুংদা হাপচিল্লে । মসিদগী পূংজাউদু মখোল হৌবা হেঙ্গৎলে মদুগা লোয়ননা মোইরাং লৈবাকসু খুঞ্জাও লৈচাওরে । পূংদিংহনবনা মশানৌ ফিশাহৈবীগা শিন্দান্নদুনা পূংদিংহনবনা পূং অমা তিংবা অদুগা ফিশাহৈবীনা ফি অমা শাবা মদু লোইরগা থাংজিং লাইমাঙদা পূংদু য়ৈদুনা জগোয় শামিন্নসি লেপ্লদুনা মশ মশাগী মশিন পায়নখি । পূংদিংহনবনা পূংদু তিংবা লোইরবকান্দা নিংথৌগী য়াথংন নিংথৌগী মচানুপী লৈমা তরেংবীগা পূং অদু য়ৈদুনা থাংজিংগী লাইমাঙদা জগোয় শামিন্নখি। পাউসি তারবদা ফিশাহৈবী মতোমদা থাঙনা থিঞ্জিঞ্জদুনা শিজখি । মশানৌন শিখ্রবদা পূংদিংহনবসু মতোমতা শিজখি । মখোয়গী থব্রায়না চেক্লা লমখুনু ওল্লগা খম্লু

থোঙারেনগী মনাক্তা লাকখি । খম্লুং থোঙারেলগী তালোয়না মবুংঙোগী মফমদা মখোয় অনীগী থব্রায় তাইবঙ মীরমলেন্দা হলহনবিখিনবা হায়জবদগী য়াবিরে। মখোয়না হল্লকপা মতমদদি মখোয় অনীগী হকচাংদি মৈ থাদোক্নুনা মাঙহনখ্রবনা চঙফম খঙদনা কঙাওননা লৈবদু থোঙারেন্না উবিরদুনা পূংদিংহৈবগী থব্রায়বুনা হরি অদগা ফিশাহৈবীগী থব্রায়বুনা নুংনা ওইনা মতম চূপ্পগী লৈহনখি ।

মপাগী শিঙ্খা মতুংইন্না শৌবোন য়াইরেন চনু মচীন- মনাওনা তারা চয়োম পুরগা পামদা লাক্নুনা লৈতৌরম্মী। তাঞ্জাসিদা য়োইময়াই তাউদনবা অঙানবনা লাক্নুনা হায়ররে 'শাবী থম্বাল মানবী অনীমক পাউখোং অমা চনগে, ফোঙবা ঙম্লবদি নখোয়না পাম্বদু পীগে'। ব্রাদু তাবদা মচীন- মনাওনা য়োৎলৈ কাংবা লেপ্তুনা 'পাউখোং চনবিরো ফোঙজগে' হায়রে । নুমিৎনা 'নচীন- মনাওনা ঙসিগী নুমিৎসিদা য়োৎলৈ কাংলিবদু য়োৎলৈ মশীং হায়য়ু' হায়রবদা মচীন- মনাওদু পাউখুম পীবা ঙমদনা ইকায়না ময়ূমদা হল্লকই । ব্রাফমসি মচীন- মনাওনা মপাবুং নিংথৌ মপুথিবদা তম্লুবদা মপাবুংনা ব্রারুগনু থেমজিনবিবগা লোয়ননা লৌশিং অমা তাকপিরে । নোংঙাল্লগা মচীন- মনাওনা পামদা লাক্নুনা য়োৎলৈ কাংবা হৌরকপদা নুমিৎ লাক্নুনা পাউখোং ফোঙনবা হায়ররে। মচীন- মনাও অনীনা 'চীংঙু নহাক্না নশাইগোন্দগী শগোল খোঙনেৎনরগা ইচীন- ইনাওগী খালৈ লৌফমসি যৌরকপা ফাওবগী শগোলগী খোঙথাং মশীং হায়বিবা ঙম্লবদি নহাক্কী পাউখোংদু ফোঙজগে' খুম্মী। মসি তাবদা য়োইময়াই তাওদনবনা ব্রাঙাং অসি মচীন- মনাও অনীগী মপৃকথোক্কী ব্রা নত্তে, মখোয়বু পোকপা মপানা তাকপা ওইরমগনি খঙদুনা নিংথৌ মপুথিববু থিরকই । নিংথৌ মপুথিবদি লৌরি কাচিন্দা ব্রাইখু খোঙলোংবা ওল্লগা মথক্তা য়েম্পাক কুপশিন্দুনা লোৎলম্বদু কোরৌহনবনা উরদুনা মখোঙনেৎ থৌথরক্নুনা নিংথৌ মপুথিবগী মনঙ্গন্দা নেৎলহনবদা শগোলগী খোঙ্গুল মমি তারে । নুমিৎসিদগী হৌরদুনা ব্রাইখুগী মনঙ্গন্দা শগোলগী লোংখুম মমি তাবা হৌখি ।

কেগে হিগা লৈকাইদা লৈবা নিংথৌগী য়েখাং লাংলেনহনবা শারুংহনবা অঙম্বনা মতম শাংনা মমিত্তা মচা উদ্রবদা লাইথোঙ খুদিং চত্তুনা ঈরাৎ থৌনিজবদগী চীংঙু থাংজিংনা থৌজানবিদুনা মপারী অমা ফংজরে । অঙাংদুগী মমিংনা ঙানবা থোঞ্জরে। ঙানবনা পাখঙ ফারকপা মতমদা লৈবাক নিংথৌগা শকখঙনহল্লগে নীংদুনা থাংজিং লাইনা কেগে মোইরাং লৈবাক অব্রা তুরৈ চলহল্লে, অনং ঈরৈ লাংহল্লে। তোর্বুং থুমখোং মাপল থুমহী কংহল্লে । অব্রাবা তারবদা লৈবাক্না নিংথৌ তান্নরগা চীংঙু থাংজিং লাইমাঙদা চকপা লম্লাং মাইবী খোম্লেন মঙজং তানবিনা লাংথ্রে কোক্তা থোং

শরীক চোমজাও থাগোন্নদুনা খোইয়ূম লাইমাঙদা ফমদুনা খোইয়ূম মপাউ লৌহল্লে। কেগে পোকপা শোরারেন মোইরাং পোকপা লাইনিংথৌ থাংজিং কোন্দুম য়াইমরু শিদবনা পু- পাং শুদবা কেগে মচা অমবু থুমখোং ঈরাৎলবদি থুমহী অথোক্তবা থোক্কনি, কেগে অৱাবা কোক্কনি চীংঙু লাইপাউ পীরক্লবদা লৈবাক নিংথৌ পূম্বা তৌফম খঙদনা লৈনরে। কেগে নৌরেনহনবনা মপা হাক্তক্তা লন্নাই য়ান্নখিদবা অমগী লমন খুম্নবা ঙানববু থুমখোং ইরাৎনবা হোৎনখি। থৌরাংদু মায় পাক্তবদা ঙানবগী মহুৎ শিন্দুনা মশামক্লা থুমখোং ঈরাৎনখি। কংলুরবা থুমখোং নৌনা থুমহী থোক্লখি। থাংজিংগী লীলাদা অমুকসু লৈবাক অৱাবা তারবদা চকপা লম্লাং মাইবীনা লাইবাও লৌরুবদা লেম্লে ঙারম চামা মশীং শুনা ফারগা থাংজিংদা কৎলু তাকপিরে। ঙারম মশীং শুনা ফানবা খুমন, লূৱাং অমদি মোইরাং লৈবাক অহুমগী প্রজাশিংনা ঙানৈদুনা ঙা ফাবদা ঙাশীং শুবা ঙমখিদে। ঙানবনা পলেম মমাগী য়াথং মতুংইন্না পাখঙলাকপা অঙম্বগী মফমদা চঙজরুই। পাখঙলাকপনা কেগে লোক্তাক ঈশা মাপলগী লৈখারোন লাইজ ঈরম তরেৎনা খোংলম ঈফাওনবিবা ঙারম শুনা লৈরিবা শিংনাং তৌজা পাম্বীনা নেম্বী ফৈরোই খাদুনা উরোং খিনবগুম থল্লিবা চীংঙু নোংদ্রেন লাইরেল পাখঙবগী শাইওন পাউবীলাইগী য়াথোকফম লাইরেল মাগী য়াতাফম ঈরেন্দা হৈরম-লৈরম শুনা হাপ্লগা খয়োম লাক্তুনা 'খোইয়ূম নশোং কাংবিগনু' হায়না ঈবাৎচরবদি অৱাৎপা ঙারম শুনা ফাবা ঙমগনি হায়না ঙানবদা তাকপিখি।

লূৱাং নিংথৌ থাংতেক সুক্লাইবনা নিংথৌ ওইবা মতমদা লৈত্রেং ঈশিং চাইবা অঙম্বনা নিংথৌগা তান্নরগা লূৱাংগী লম চাউথোক্লনবা ঊমংলাইশিংগী লাইকোন থূগাইদুনা ফুমজিল্লি। ঊমংলাইশিংনা শাউনরকপদগী শরোই লাই হুম্ফুমাপল, য়াথংলোই তবেৎ, ঊমংলাই চহুম হুম্ফুনা চীংঙু থাংজিংদা ৱাকলুরবদা কেগে খুন্দিনবীগী লময়ায়দা লাইয়াম খুন্দিন্নবদা লৈত্রেং ঈশিং চাইববু য়াইবী মথৱায় লৌবদা লেপ্লখি। লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা নোংমা কোনুংদগী থেংনা ময়ূমদা হল্লকপদা লাই শরোইশিংনা ঈশিং চাইবগী শগোল ফাদুনা থমখি। ঈশিং চাইবনা শগোলদগী চোংথরগা মতালোয় কৌ-কৌদুনা ময়ূমদা চেনশিল্লকপদু লাইয়াম্না তান্নরক্তুনা মশম পায়দুনা ফারগা মথৱায় মরি পুদুনা চৎখি। থিন্দনা পাউ হেক তাবগা কবুই তোম্বা লাক্তুনা মতাওবু খরাই লাইকন্নবদা ঙমদনা লৈত্রেং ঈশিং চাইবা শিখি।

লূৱাং নিংথৌ থাংতেক সুক্লাইবনা মপারী মমোম অমত্তং ফংজনবা লেম্লে ঙারম চামা ফারগা থাংজিংদা কৎননবা খুমন, লূৱাং অমদি মোইরাংগী মীয়াম হুপ্পা চঙদুনা লোক্তাক ঙানৈবা হৌরম্মী। ঙানৈবা হুম্নি চনবা নুমিৎকী নুমিৎ য়ূংবা মতমদা

চীংউ নোংদ্রেন পাখণ্ডবগী শাইওন পাউবী লাইনা লম চামরোম শাংনা ঈমায়দা তাওখৎলক্লগা শাউদুনা ময়া কাথোক্তুনা কান্নকপদা মীয়াম কায়দুনা চেন্নরে। ঈশিংদা কুমদুনা ঙা ফারিবা মীয়াম ফাদুনা চাবা হৌরকপদা নত্তনা হৈকক য়েলি হেকচবা নুপী অঙাং ফাওবদা ফাদুনা চাবা হৌরক্লে। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না অঙম- অথৌনচিংবা লাম্মীশিংনা মখূৎ মখূত্তা থাঙ-তানচিংবা খূৎলায় পায়দুনা পাউবীলাই তম্না হোৎচিন্নরকপদুদা পাউবীলাইনা মকোক থাঙ্গত্তুনা কান্নকপদা মৈরি ফ্রং ফ্রং হৌদুনা মী কয়া মৈনা চাক্তুনা শিরে নিংথৌনা শীংনবদা য়াররোই খঙদুনা অমাইবীশিংগা লোয়ননা অথেনপোৎ লাংদুনা নিংথৌ অহুম্না মঙক্তা ফি য়েক্তুনা মখূ লৈদা তাদুনা মখূৎ লোন্নদুনা পাউবীলাইদা হায়জরে। পাউবীলাইনা মঙক থাঙ্গত্তুনা লৈরবদা শরিক চোমজাউ পায়বী লৈবাক্কী অমাইবীনা চীংউ লাইবাও পীরকই ‘ লোক্তাক খোংজিন্দা ঊনা খারা অমা চাওনা শারগা নুমিৎ খুদিংগী মী অমমমগা চাক শংবাই অমমমগা চাকথাক কায়দ্রবদি লোক্তাক্তা কুমদুনা ঙাথিবদা অকাইবা লৈররোই ’। চীংঙু লাইবাও অসি কায়হনগুমসি হায়না নিংথৌ অহুম য়ানখ্রে। লূৱাংশিংনা অহানবা পালি তাদুনা পাউবীলাইগী চাকথাক হুল্লকপা নুমিৎ কুনমাপল শুরদুনা কুন্থানি শুবা নুমিৎ অদুদি খ্বাই লাংমৈ অমসুং চহুই লৈরোংপানবা লুখ্রাবী মমা মচাগী পাল্লি তারে। মমা মচা অনীদু ‘ঐ চৎকে, ঐ চৎকে’ হায়না ঙাংনরম্বদগী লাংমৈনা মপুরোইবগা তিনরম্বা কবুই তোম্বা নীংশিংলকপদগী মচাবু কবুই তোম্বগী মনাক্তা থাখ্রে। চহুই লৈরোংপানবগী ৱা তাবদা কবুই তোম্বনা লৈরোংপানবগা লোয়নদুনা লাক্লগা লাংমৈনা থোংলম্বা চাক শংবাইদু পুদুনা পাউবীলাইগী চাকথাক থাফমদা লাক্লে। কবুই তোম্বনা মাগী থাংজ তরেৎ চঙনা শাবা থাঙদু পায়দুনা লোক্তাক খোংনুংদা কুমথরগা মপোপু চুম্বা লুৱাং তৌ অমা মখোঙ থেংনা কক্লগা মখোক অদু তরেৎ থোক্লা খাইদোক্লগা লোঙশা তরেৎ লোংবা লোঙ শারগা খারা মথক্তা চাক শংবাইদু থম্লগা লোঙদু পায়দুনা ঈয়ায়দা মনঙ্গল ওম্থোক্লগা ফমদুনা লৈরে। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা পাউবীলাইনা তাওখৎলকপদা কবুই তোম্বনা চাক চখোম চখোম নিংঙাইদনা চারিবদু উবদা শাওদুনা মমৈনা হাইরকপদা লোক্তাক্কী ঈশিং লৈনাং তাদুনা ঙা ঈমায়দা তাওখৎলক্লে। পাউবীলাইনা ময়া কাথোক্তুনা কবুই তোম্বু য়োৎকদবগী চঙশিল্লকপদা কবুই তোম্বনা খূৎলৈ থুনা লুৱাংতৌ লোঙশা মাপলদুদা লাইৱা শোনবদা লোঙশাশিংদু মৈ ফ্রং ফ্রং হৌরক্তুনা মৈরীনা পূমঙাং ঙাংলে। লোঙদুনা পাউবীলাইগী লূশমদা থিনবদা পাউবীলাইদু চৈনাখোল খাঙবা ঙমদনা চেল্লে। মৈশা খাঙবা ঙমদবদগী পাউবীলাইদু কংফান্দা কাখত্তুনা ঙায়হাক ওন- থোয়রম্লগা খুদক্তা শিরে। কবুই তোম্বনা মহাক্কী থাঙদুনা পাউবীলাইবু মতূপ তরেৎ থোক্লা ককথৎলগা চীংঙু নোংদ্রেন লাইরেন পাখণ্ডবগী শাইওন পাউবীলাইগী ঈরেন্দা কুমদুনা লাইৱা তীনরা শোন্দুনা চীংঙু খয়োম লাক্লে। চহুই লৈরোং পানবনা থাংজিং লাইবু থাগৎলগ্নবদুনা অৱাংপা ঙারম শুনা ফারে। অমাইবা অমাইবীশিংনা

চীংঙু খুয়খাদা ঙাশীং শুনা কৎপদা থাংজিং লাইনা পেনবিরদুনা চাকহোং-ঙাহোংবা খুঞ্জাউ লৈচাউবা পীনবিরে।

খুল্লাকপা আইনাগী নাইতোম পোকচবী মমোম নিঙোন কৌবী মশক মতৌ চঙখোনবী অমা লৈজে। লৈশাবীসি মপা- মপুনা নীংবা লাই নীংবগী মহুৎ অমম- অঙান খাইরিবা মীচঙ মীখায় নাইদবা নুমিৎ খুদিংগী মীৎনা উজরিবা য়োইময়াই তাউদনবা নুমিৎ কৌবা লাইবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌরগা লৈশাবী ফারকপা ফাওবা নীংজরকই। নুমিৎ খুদিংগী নীংথিজনা ইরু- মায়থজরগা ফিশেং শেত্তুনা হৈরাং- লৈরাং কত্তুনা নুমিৎপু পেন্না য়েংজরগা লেনজে। নুমিৎ মশক উবা ফংদবা নুমিত্তদি চরা ফাওবা হেল্লি। মহাক্কী নীংজবা কনবসিদা চীংঙু অপানবা কোরৌহনবনা পেনবিরদুনা মপাগী পামদা পাম য়াল্লিবী নিঙোলগী নাক্তা তাইবঙ মীগী শক্তম লৌরগা অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা নমদা তেন্দোং য়াল্লদুনা মখূত্তা লীরুং পায়রগা শগোল অঙৌবা অমা তোংলগা শাদানবা শাদুনা লাক্লে। থেংনবমক্তদা অপাম নুংশি ৱাচান্নদুনা লোয়নরবদা চীংঙু মাগী খুজিলদগী হৈরাং মমি তমখিদুনা মীকূপ তরানা থাবুম তরা শক্তুনা নিঙোলদু অঙাং নৱা অমা পোক্লে । লাইবক চাউবী নিঙোলনা মপূক্লিং ৱারদুনা কপ্পা হৌরক্লবদা কোরৌহনবনা থেমজরকই ঐনি নহাক্লা নুমিৎ খুদিংগী নীংজরিবা কোরৌ থক্তা ঙাল্লিবা কোরৌহনবা হায়বদো। নহাক্লা ৱারিবদু করিমত্তা ৱাগনু নপারী অসি অয়ূক নুংথিলগী মতমদদি চৈশু ওইনা থম্মু অদুগা নুমিদাংগী মতমদনা নপারী শক্লা নাওকোল্লু, লেম্না মাঙবা য়াবা অঙাং নত্তে' হায়রম্লগা মাঙথোকখ্রে। নুমিৎ তাখিবগা অঙাংদু ফজরবা চৈশু অমা ওম্থোকখ্রে, নিঙোলনা চৈশুদু পুদুনা ময়ূমদা হল্লক্লে। নিঙোলনা চৈশুদু লূখুমদা ঙাদুনা থম্বদু আইনা খুল্লাকপনা উরদুনা কোয়থোকপা চৎপদা পুরুগে হায়বদা নিঙোলনা পীদবা তারবদি মপানা নুংঙাইখ্ররোই খন্দুনা চেকশিন্না পুবিয়ু অদুগা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা অমুক শীন্নবিনবা হায়রগা পীখ্রে। আইনা খুল্লাকপনা চৈশুদু পায়দুনা ঙাংখ খুন্দা লৈবা খোয়োন শাগৈগী মতাও ঙাংগরুবগী ময়ূমদা কোয়থোকপা চৎলি। ঙাংগরুবনা আইনাগী চৈশুদু পামদুনা লৌজরগে হায়বদা মচা নিঙোলনা শাওনি হায়দুনা য়াদ্রে। অদুবু নোংমতংগী ওইনা থম্বীরম্লবা হায়বদদি য়াদবা ঙমদ্রদুনা পীরম্লগা ময়ূমদা হনখ্রে। ঙাংগরুবনা ফম্বদা চৈশুদু মতম্বাক্তা থম্বদু নুমিৎ তাখিবগা চৈশুদু ফজরবা অঙাং অমা ওম্থোরক্লবদা ইঙক ঙক্লদুনা ফুঙ্গা লাইরুদা থম্লুরে। অঙাংদু খুদক্তা কোংয়াং চৈশু ওল্লগা ৱানৌ চোংদুনা ৱা পাম্বী ওইনা হৌরক্লে। ঙাংগরুবনা নোংঙানবগা নিংথৌদা পাউ পীরুগে খন্না কিন- কিনা তুমথরুবদা মমঙদা কোরৌহনবনা লাক্তুনা হায়বরে 'নঙগী ফুঙ্গা লাইকদা হৌরিবা ৱা পাম্বীদু অচম্বা ৱা পাম্বী নত্তে, চীংঙু ঐগী শাইওননি। হৌজিকমক ৱা পাম্বীদু ফুক্লগা কেগে কনা খঙহন্দনা মোইরাং নানবী তূরেলগী ঈচেলদা থাদখো'। চীংঙু মহাক্কী মৱা মতুংইন্দুনা থবক অদু ঙাংগরুবনা

পাংথোক্লে। ব্রা পাম্বীদু তূরেলগী ঈচেলনা পুথখিদুনা লোক্তাক য়ৌখ্রে। লোক্তাক্কী ঈথক- ইপোম্না থাঙ্গা করাং চীংগী চীংজিন্দা ব্রা পাম্বীদু থেংজিনবদা ব্রামিৎ অদু কেনখিদুনা নূংলক্তা তাদুনা মফমদুদা ব্রামিত্তগী ব্রা পাম্বী ওইনা হৌগৎলক্লে। থাঙ্গা কারাং চীংগী চীংজিন্দা থন্নম্বা ব্রাদুসু মপূং ফানা হৌরক্লে। ব্রা মতাং অমদা ব্রামিৎ অনী অনী পান্দুনা মতাং কুনমঙা পাল্লি। নোংমা মোইরাংগী থারাম নহানা থাঙ্গা কারাং চীংদা শীং চনবা চৎপদা ব্রা পাম্বীদু থেংনরুদুনা ব্রারু য়াওনা ফুক্তুনা পুরক্লগা মোইরাং নিংথৌদা কচে। নিংথৌনা অঙম-অথৌশিংগা তান্নরগা মখোক- মতোন মান্নবা ব্রাগী মকোক থংবা মতাং তরামঙা কক্লগা নিংথৌগী খূৎশু তাগী মখোক ওইনরগা মতোনগী মতাং তরানা মোইরাং থোয়াদা হুন্দোকখ্রে। ব্রা মতোনগী ব্রামিৎ তাহৌফমদা ব্রানৌ অমুক চোংলক্তুনা ব্রা পাম্বী হৌগৎলক্তুনা ব্রাপল ফারে। মফমদুবু থোয়া ব্রাপুং হায়না মতুংদা খঙনখ্রে। ব্রা মতোন অদুদি ইথক্লা পুদুনা চৎখ্রগা ঙাংখ খুলদা লৈবা খোয়োল ঙাংগরুবগী ইখোলদা হুনগৎলম্লে। মফমদুদা ব্রা পাম্বী হৌগৎলক্তুনা ব্রাপল ফারকপদা ব্রাপলদুদা চঙলু চঙলুবা ওক, য়েন, ষণ, মী খাক্তনা শিরবদা মোইরাং নিংথৌনা লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবীশিং তান্নরগা চীংঙু থাংজিংগী মফমদা কবোক-হৈবোক কত্তুনা ইরাৎলে। চকপা লম্লাং মাইবী খোম্লেন মঙজং তানবীনা শরিক চোমজাউ থাগোন্ননা চীংঙু লাইমাঙ ফমদুনা খোইয়ূম লাইবাউ লৌরুবদা 'ব্রাসিগী মমিং খোয়োল তেবী তেশাব্রা থোন্দুনা তেশা ব্রাহোংঙু খোয়োন ঙাংগরুববু হঞ্জবা হাপ্তুনা তেশা ব্রাখোঙ শেংহল্লু, তয়াল মরী থৎহল্লু' হায়না তাকপিরক্লে। নিংথৌনা হায়রিবদুমক পাংথোক্লবদা মোইরাং চাকহোং ঙাহোংনা খুঞ্জাও লৈচাউরে।

ফম মুন্নবগী হিকাপ তেনকাপ্পবদা তেনবানবদগী থৌদোক অমদা খোয়োন ঙৌবগী মপারী খুম্হৌরেম্বা অমদি খুম্হৌরেম্বী মতালোয় ফমদা তাদুনা অনা লোইদুনা লৈরি। খম্নুংকিকোয় লৌওনবীনা তাউজিং মকাউহৈ পায়দুনা মাংশোক ফমশেন্নরক্লবদা খম্নুং শব্রা তানা অমং য়াইথোং কুম য়াইবী থব্রায় মঙানা চীংগী খুনু খোংজোম্বী তমগী খুনু থারিকপী চেক্লাচাদি লমখুনুগী শক্তম লৌদুনা শজিক মতুং ইন থাবা মমৈ ব্রায়না চেক্লা অনীদো খম্ব্রাংননা পাইমিন্নখি। খুম্হৌরেম্বনা মচানুপা হাওববু মহাক্কী মরূপ কেগে নৌরেনহনবদা শিন্নরম্মী। নৌরেনহনবীনা তাথি- তাওইনা তৌবদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা হাওবনা পূংকক চাওরকপদা মশাবু কৈনা চাদুনা শিজনবা কৈশিংগী য়ারেকফম য়ারৌ শাশিংগী চাক্তাফম থাংজিং উনুংদা চঙলকই। চীংঙু থাংজিংনা হাওবা শিবা তারে খন্দুনা শাশিংবু শুমজিদুনা থমখি। কৈনা চাবিদ্রবদা হাওবনা লোক্তাক পাৎ খোয়োল ঙৌবী শোইদা লৈখি। শজিবু লাকয়েন কিশি তাই কোংবা লৈথোং ফাৎপদা মোইরাংগী লৈশাবী মৌশিং চাক চাননবা লোক্তাক্তা ঙা ফাগদবা নুমিৎকী মমাঙগী অহিংদা চীংঙু

থাংজিংনা মশানৌ অয়াংলৈমা পাম্থোইবী কৌরগা মপোক লাংওন অমদা অপাম- নুংশি ৱায়থুংনশি ৱাশক্লখিবা হুইনিংশুম্নগী মমোল্লোই কোনু লাংঙতোম্বীগা মমানমচা খোয়োন হাওবগা শকখঙনহন্দুনা নুংশি ৱায়থুংনহল্লু হায়রকখি। চীংঙু ময়াথং মতুংইন্না অয়াংলৈমনা কোনুগী মমঙদা লাক্তুনা মমাঙগী মপোক্তা শরী ৱাশক্লখিবা পূম্বা তমদুনা তাহল্লবদা কোনুনা মিকপ থোক্লবদা তৌফম খঙদনা লৈখি।

কেগে লৈবাক্তা অৱা তূরৈ চেল্লকপা অনং ঈরৈ লাংলক্লবদা কেগে চনু নিঙোলশিংনা হৈরম লৈরম থিদুনা চীংঙু থাংজিংদা কত্তুনা অমাইবী হঞ্জবীনা খোইয়ূম লাইবাও লৌরকই। কেগে পোকপা শোরারেল মোইরাং পোকপা কশারেল অমম্বদা থৌদাবা অঙানবদা ৱায়েনবা চীংঙু থাংজিং লাইনা খোইয়ূম লাইবাও পীরকউ 'খোয়োন খুম্থৌরেম্বনা থল্লম্বা ফৌদি চারা মপারী হাওববু থিরগা খোয়োন তেবী তেশাৱা তেশা ৱাখোঙ শেংহল্লু তয়াল মরী থৎহল্লু অদু ওইরবদি কেগে মোইরাং খুঞ্জাও-লৈচাওদুনা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না অৱাৎ- অপা লৈতনা পানগনি '। খোইয়ূম লাইবাও মতুংইন্না নিংথৌ অমদি লৈবাক মীয়াম চঙদুনা হাওববু থিনবদা খোয়োল ঙৌবী শোইদা হাওবগা ফংনদুনা পুরক্লগা খোয়োন তেবী তেশাৱা তেশা ৱাখোঙ শেংহন তয়াল মরী থৎহল্লবদা মোইরাং চাহোং ঙাহোংদুনা খুঞ্জাও লৈচাওখি। হাওবা অমদি কোনুগী মচানুপী থোইনু অমদি মচানুপা হাওদঙ্গোন তকোন লৌথিবনা খুমনদগী মোইরাংদা লাকপগী লম্বীদা য়াঙ্গোই তূরেল ঈশিংনা পানা চেল্লন্নবদা লানবা ঙমদনা কপ্তুনা লৈবদু থাংজিং কোয়রেল লাইনা উবিদুনা পাম্বা কৈগী মশক লৌদুনা থোইনু মচীন মৌপ্পাগী মনাক্তা লাক্লগা মমৈনা লৈপাক্তা পুপ পুপ থাদুনা ঙংলক্লবদা থোইনুনা কিদুনা ৱাম্থখিৱৈঙদা পাম্বা কৈনা মচীন মৌপ্পাবু য়াঙ্গোই তূরেল লাম্থোকপিরম্মী।

চীংঙু নোংপোক অপানবনা নমু তাইবঙ মীগী মশক লৌরগা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা লাকপদা নীংথিজরবা শঙাই হাতম অমা থেংনরুরে। নোংপোক অপানবনা শঙাইদুবু থেমদুনা য়াহল্লগা মরী লৈনরুবদগী শঙাই অমোম্না তাইবঙ মীগী মশক ওইবা মপারী অমা ফংজরে। শঙাই অমোম্না মথৱায় ৱারবদা নোংপোক অপানবনা শঙাইবু থেমজিনবিখি। অদুগা মপারীগী মমিংবু অহানবা থেংনবদা শঙাই অমোম্না কিদুনা ৱাকোংবগুম য়েংজবদু নীংশিংদুনা অকোংজাম্বা থোল্লে। মচাসি মতুংদা লৈবাক্নী ফম্নাইবা ওইদুনা মিংচৎ লৈবা মীশক ওইরক্কদৌরিবা মীশক্তি হায়দুনা শঙাই অমোম্নু থেমজিনবিরগা নোংপোক অপানবনা মপারীবু পুদুনা চৎখ্রে। অদুগা মমিত্তা মপারী মমোম উজবা ফংজদ্রবা কেগে ঙাংলৌ লৈকাইদা লৈবা অহল ওইরবা শৌ নিংথৌ খারেপ্পদা শিন্নরক্লগা চৎখ্রে। থাংজিং লাইনা কেগে মোইরাং লৈবাকসি চাকহোং ঙাহোংনা

অৱাৎ- অপা লৈতনা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না পান্নবা লোইমোম ফৌওইবী লাইরেম্বীবু নমু তাইবঙ মী ওইনা শাইওলহল্লগা অপাম নুংশি খোঙদাহন্না লৈমিন্নহল্লে পায়মা নুংদা লেপখি। চীংঙু থাংজিংগী ৱাফমসি ফৌওইবীনা য়ারদুনা মপারী মমোম পোক্তবা লংমাই কুমপা নাউশাবগী ইংখোলগী ফোইদিং মরক্তা নাৱাগী শক্তম লৌদুনা হংঙা মিকপ তল্লে। নাউশাবগী তালোই নাউশাবীগী মঙলানচাদা চীংউ থাংজিং লাক্তুনা খোইয়ূম লাইনুরাগী শাইওন নমোম অমা ফংজরো, মমিং ফৌওইবী থোন্দুনা চাকমাং পীজদনা ফিমন শেৎলহন্দনা য়োকউ তাকপিরে। নাউশাবীনা মিকপ খঙথোক থোরকপদা অঙাং অমা ইংখোল মতাইদা হৌবা ফোইদিং চরোৎ মরক্তা কপ্তুনা লৈরম্বদগী খুল্লগা য়োকখি।

তাইবঙপানগী মপুরেল লাইনিংথৌ অতিয়া শিদবনা কংলৈ পূংময়োলসি ৱাঙম লৈচাওহনগে পোইরৈ খুঞ্জাওহনগে, চাকহোং ঙাহোংনা অৱাৎ- অপা লৈতনা পালহনগে উনগোয়নুংদা খন্দুনা লোইমোম ফৌওইবী, হাইনু লৈমা হাইশিংনবী, চীংনু লৈমা চীংমিনবী, লেম্লৈ ঙারাক ঙাওইবী, নোইনু লুমওইবী, তৌই কোনমিংনবী অমসুং কোল্লাং লাইরেম্বী তরেত্তা থৌদাদুনা কংলৈ পুংময়োলদা খুম্থোরক্লে। লাইরেম্বী তরেৎনা পোইরৈ শীনবা থুংনা চক্তুনা অৱাৎ- অপা য়েংশিল্লবদা খুঞ্জাও লৈচাওনা চাকহোং ঙাহোংনা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লে। লাইরেম্বী তরেৎনা মখোয়গী মথৌদাং লোইরদুনা পোইরৈ মৈত্রবাক থাদোক্তুনা থোংনাং ময়াংলমদা চৎখিনবা লমলেন লোইজিংদা লোন্না ৱাতান্নবদু মায়কৈ শেন্নবা লমলৈমশিংনা তারদুনা থাংজিং, কৌব্রু, ৱাংব্রেন অমদি মার্জিংদা পাউদল্লে। লাইরেম্বী মখোয় তরেৎনা মৈত্রবাক থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি কংলৈ পুংময়োলসি লৈত- লায়রা নংলনি খন্নরদুনা মায়কৈ ঙাকপা লাইয়ামগা তান্নরগা মানা মানা পুরিবা মায়কৈ শিন থুংনা ঙাকহল্লে। ফৌওইবীনা মতা তরেৎকা লোয়ননা চৎখিনবা থৌরাং তৌদুনা কৌব্রু মায়কৈ পাংলকপদা কৌব্রুনা ঈরৈ তূরেলগী ঈচেন থিঙ্গত্তুনা থম্বদগী তোবর্বান চাংজৌ পানা চেল্লবদা অচৌবা ঈপাক ওইনা উহল্লে। মতা তরুক্তি অকিবা লৈতনা ঈশিংদু ঈরান্নখ্রে। ফৌওইবীদি ঈরানবা ঙমদবদগী ফৈয়েংদা নুমিৎ নীনী ফাইদুনা লৈরন্নগা হাওরৈ খা পাংনা লম্লেন খোম্বীতোক লান্দুনা লাকপদা লম্লেন লম্লোংগৈ য়ৌরকপদা লুৱাং খাবৈ য়ুঙৈজাম্বনা ফক্লোং চরাই তিংথোক্তুনা মতোমতা লৌ য়ৈদুনা লৈরম্বা উরুবদা নুংশিবীরদুনা ফৌগৈ থন্না ফৌ হাপ্পিরগে খন্দুনা ফৌবোন মনুংদা চঙদুনা লৈরে। য়ুঙৈজাম্বনা ফৌ হোনবদা লোইবা নাইরক্তবদগী শাওরদুনা ফৌবোন মথক্তা চৈরোংনা ফুরুবদা ফৌওইবীনা চোংথোরক্তুনা নুংঙাই- য়াইফনা পাল্লু তাকপিরন্নগা কেগে মোইরাং পাংলক্লে। থাংজিং অমদি ৱাংব্রেন অনীনা ঈশিং চাওহন্দুনা থল্লবদা ফৌওইবীনা ঈশিং লানবা ঙমদবদগী মথৱায় ৱানা লৈরিঙৈদা ৱাংব্রেন্না শক্তি লৌনম্বী ওন্দুনা ঈশিংগী

ঈপাক্তা কুমথদুনা ফৌওইবীগী মমাঙদা লিপৎ লিপৎ চৎলরে। ফৌওইবীনা শজিদুদা ঈশিংদু কয়াম লূবগে হংলুবদা মরৌ চাউবা শজিনা অথেনবা ঈশিংদা কুম্লগা খূরু খূদক কুন্দুনা অরুবা মালহল্লগা অথেনবা মফমদা ঈরোয়দুনা চৎশিন্নরগা অথেনবা মালহল্লে। মদু উবদা ফৌওইবীনা কোপ্তেংনা হি ওই, কৌদ্রাকোন কৌবা নাপীনা নৌ ওইরগা, চেক্লা শেম্বাংনা হিনাও শারগা ঈপাক লাল্লকপদা ঈয়ায় য়ৌরকপদা থাংজিংনা নোংলৈ- নুংশিৎ ওইনা হুন্নক্কুনা ঈরাক্লহল্লবদা নাউশেক্লা উরদুনা কনগে চেনশিল্লক্লে। নাউশেক্কী মথাদা ফৌওইবীনা কোল্লগা কংফান্দা কাখৎলকই। কংফান্দা থুংলবদা ফৌওইবীনা হরাওদুনা নাউশেক্কা মতা শান্নরে অমসুং নাউশেক্লা মহাক্কী মথল্লায় কনবিখিবদু মতম কুইনা নীংশিংদুনা লৈনবা নাউশেক্কী মথাদু শাবা ওইসনু তাকপিরে। অসুম্না লাইরেম্বী মতা তরুক্লা কংলৈপুং থাদোক্কুনা চৎখ্রগা ফৌওইবীনা মফমসিদা অসুম লৈহৌরে।

অকোংজাম্বনা পাখঙ ফারকপদা নোংমা মাগী মঙলানচাদা নোংপোক অপানবনা শৌ নিংথৌ খারেকপগী মমঙদা লাক্কুনা মচানুপাবু তলোয় তুংইন তমহন্নবা হায়বিরম্মী। চীংঙু থাংজিংনা কেগে অকোংজাম্ববু লৈবাক মীয়ামদা শকখঙনহল্লগে খল্লদুনা লোইবী চীঙ্গোলদা নাইতোম চাক্তাবা চীংঙু লাইশা য়াঙ্গোই শামু হকচাওববু মচুম তানা ঙাওহল্লে। শামুনা খুল্লক্তা, চঙদুনা য়ূম-কৈ থুদেক্কুনা লন-থুম মাঙহনবদা থিংবা ঙমদবগী লৈবাক নিংথৌনা ব্রান্নরিঙৈসিদা অকোংজাম্বনা শামুদু ফারগা নিংথৌগী খোঙনেৎশা ওইনবা শীন্নরে। নিংথৌনা পেনবগী ঙমখৈ লৈখিদবদগী অকোংজাম্ববু নিংথৌগী য়েখাং হাপ্পিরে। শামুদুবুনা 'মোইরাংশা' মিংথোন্দুনা নিংথৌগী খোঙনেৎশা ওইনখ্রে। চীংঙু থাংজিংনা মোইরাং নিংথৌগী মমঙদা লাক্কুনা মোইরাংশাদু অচম্বা শামু নত্তে থাংজিংগী শাইওননি তাকপীরম্বা মতুংইন্না শামুদু থাদোকখি। চীংঙু থাংজিংগী খূজিলনা কেগে য়াংদৌ লমখাঙদা ফোইদিং নুরা অথোইবী ফৌওইবীগা অকোংজাম্বগা শকখঙন্নহল্লে।

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা অমুক হন্না চহী কুমজা অহুম থংন-থংননা ঈকং থোকপদগী মহৈ- মরোং অমত্তা লোক্লদ্রে। লোক্তাক শোইমিং মাপল কংখিদুনা ঙা ফাবা ফংনদ্রে, লৈবাক নিংথৌ পানবা ঙম্লক্তে। চীংঙু থাংজিংগী লাইবাও লৌরুবদা ইবুধৌ থাংজিং কোয়রেল লাই মোইরাং লাংবূম অরিবা পালোই তাবা লাইনিংথৌ শিদবা মপুগী চীংঙু লাইবাওখোল তাকপিরকই। মদুদি শারম চামা ঙারম চামনা খূজিং ওই কংলা উত্রা শঙলাংমৈদা চাহোং ঙাহোংলবদি কেগে চাকহোংগনি, মোইরাং খুঞ্জাও লৈচাওগনি, লৈবাক নিংথৌ মরা তপ্পা পানগনি। হায়রিবসি লোইদাম থাবুম অহুম

লান্দনা পাংথোক্কদবনি। কদেং থাংজহনবা অমদি কদাং ঙারুংহনবা অনীনা শারম চামা ঙারম চামা ফাদুনা মোইরাং নিংথৌদা শিন্নখি। নিংথৌনা চীংঙু থাংজিং লাইমাঙদা হৈরম লৈরম চামা চামনা খূজিং ওইদুনা শাহোং ঙাহোংদুনা অমাইবী হঞ্জবীনা লৈবাক্কী অঙম- অথৌশিংগা লোয়না নীজরে। চীংঙু খোয়দাবিয়ু খোইয়ূম্না পেনবিয়ু হায়না লৈশি- লৈথোন্দুনা খূয়াখাদা হঙ্গৎচরবদা কেগে পোকপা শোরারেন মোইরাং ঙাক- শেনবা লাইনিংথৌ থাংজিং কোন্দুম য়াইমরূ, মোইরাং লাংবুম অরিবা শম্ফোং পূংমায় লেপ্পা সনা ফম্বাল থেঙ্গানবা নূংবী শিদবা খোঙনেৎনবা নুংনাং নাদববু খুন্দানবা পামেল উথম্বাল নমঙানবা পালোই তাবা মপুরেল মপু সনা মখোঙ খূয়াখাদা খূবাক চাংজৌ তারা লোন্নদুনা খুরুম্লবদা চীংঙু থাংজিং লাইনা পেনবিরে। কোয়রেল লৈমা লাইরেম্বীসু মায়থোঙ মকা লামদুনা লৈবাক নিংথৌগী য়াইফবা, মপারী মমোম পোক্তুনা খুঞ্জাও-লৈচাওনা অশোয়- অঙাম য়াওদনা অৱাৎ- অপা লৈতনা পানবা পীনবিখি।

চীংঙু থাংজিং লাইনা মোইরাং নিংথৌগী মঙালানচাদা লাক্তুনা কেগে মোইরাং লৈচাওনবা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়ননবা নিংথৌগী মহীশাংবু মূত্তনবা কেগে ফম্বাল কাবা য়াবা মৈনা ৱাই তাংনা শম্না নিংথৌ খূভম শিননবা কেগে তীনথি- লাইথিরগা মচা শক্লা নাওকোম্লু হায়না তাকপিরকখি। নিংথৌনা লেংখৎলগা চীংঙু লাইবাও অদু অঙম অথৌশিং কৌখত্তুনা ৱাতান্নখি। নিংথৌ তালোয়শীংদগী শিঙেল লৈচা শেৎনা কদেং থাংজহনবদা পীবিখিবদু নীংশিংনরকই। তোনু লাইজিংলেম্বীনা অরোনবা পাউ অসি তারদুনা পীক্লিবা মচানুপা খোংজোম্বা পুদুনা মচানা চাওবা কাংদোং ফাদ্রিবা ফাওবা চীংদা শাইদাংফম লৌরুনবা চেনখি। মমা মচানা চেনখিবা অসি উবিরদুনা চীংঙু থাংজিংনা মশানৌ অয়াংলৈমদা মমা মচাবু তেংবাংবিরুনবা থৌশিখিবা মতুংইন্না পাম্ফোইবীনা য়ারৌ শায়াম অমদি তীনমু-লাইমুদগী নাথৈবিদুনা লমজিংবিরম্মী।

চীংঙু নিংথৌ শোরারেন অৱাং পাখঙ য়োইরেনবগী মমোমলোয় খোইমোম লাইরেমা লাইনুরা তরেৎনা অহিং খুদিংদা লাক্লগা মুংয়াম চাউবগী ঙাইতে লৌকোন থম্বাল নোংশা লৌদা লৈবা মরাক ময়ূং চাওবা মান্না শেম্বা পুখ্রিদা ইরোয়দুনা শান্নরে। মখোয়না পুখ্রি মপান্দা লাক্লগা মখোয়না শেৎলি- ইল্লিবা ফিজেৎ-লৈতেং লৌথোক্তুনা থম্লগা ঈশিংদা কুমদুনা ঈরোয়দুনা শান্নরগা নোংঙাল্লমদায়দা হনখি। অসুম্না তৌবসিদা পুখ্রিদা শাৎলিবা থরো থম্বাল থদত্তুনা থম্লবতা নত্তনা কংফান্দা শাৎপা লৈশিংবু হেক্তত্তুনা নুংতিগী মাঙহল্লবদা মুংয়াম চাউবনা শাওরদুনা লমহেনবা কেগে মচা কনানো মতীক চানা ৱারক্কে খন্দুনা নোংমদি ময়ূমদা হন্দনা মচি অমদা থূপ্তুনা লৈপ্লে। নুমিৎ তারকপা মতমদা খোইমোম লাইরেমা তরেৎনা নোক-খেদুনা হৈরাং-লৈরাং থদত্তুনা

শান্নরিবদু খঙলক্লে। শজিক্লুম লংলবী থাবাগুম মশক মতৌ হেন্না চঙখোল্লবী লাইনুরা তরেৎনা মশাদা শেৎলি ইল্লিবা চরৈ নমথাং ফিজেৎ-লৈতেং পুন্নমক লৌথোক্লগা পুখ্রিদা চোংথদুনা শান্নবা হৌরক্লে। শাওরবা মুংয়াম চাউবনা কেগে চনু নিঙোলনি খন্দুনা মোইরাংগী অঙম্বা কনাগী মমোমশিংনো ৱাথোক ওইরবসু অদুমঙায়রে মনম শীংনা শানা ফুগে খন্দুনা মখুত্তা ৱাশা শাজে পায়দুনা পুখ্রি মপান তম্না চঙশিল্লক্লে। নমু মীগী মনম ফংবদা পুখ্রিদগী লাইনুরাশিংদু কংফালদা কাখত্তুনা মফি শেৎচিন্নরে। মুংয়াম চাউবনা শাওং শাদা চঙখোনবা থাজগুম ফজরবী লাইনুরা তরেৎকী মায়থোঙ উরকপদা মীংকূপ খরদি ঙকচাননা ঙায়হাক লৈরগা মহাক্কী মাঙলিবা হৈরাং- লৈরাং অমত্তা ৱাত্তনা শীংলমদ্রমদি চৎখিবা য়ারোই থিংলে। লাইনুরা অহলনা হায়জরকই 'মুংয়াম চাউবা ! ঐখোয়দি মোইরাংগী চনুরা নত্তে খোইমোম লাইনুরাশিংনি'। শাওরবা মুংয়াম্বা চাউবনা হায় 'নমু মী ঐখোয়না লাল্লবদি খোইয়ূম লাইনা ৱায়েল্লি, খোইয়ূম নখোয়না লাল্লবনিনা নমু তাইবঙ ঐনা ৱায়েনবা তারে'। লাল্লুরবা কৌবনিনা লাইনুরা তরেৎনা মুংয়াম চাউবদা মহাক্না অপাম্বা পুন্নমক পীজরগে হায়না য়ারে। মতমসিদা অৱাং পাখঙ য়োইরেনবা চীংঙু শোরারেনগী শিদ- নাদা য়াইগী পুংখোল তারক্লে। মুংয়াম চাউবনা য়াম্না হৈ- শিংনা মহাক্না অপাম্বদু শোয়দনা পীগনি হায়না ৱাশকহল্লবা মতুংদা খোইমোম লাইনুরা তরেৎকী অতোনবী অরাইলৈমবু মহাক্কী তালোয় ওইজগে থম্বিরম্মু হায়রে। শরী ৱাশকথোক্লুরবা কৌবনা মনাওনুপী অতোম্বীবু মচেমশিংনা মুংয়াম চাউবদা শীন্নরম্লগা চৎখ্রে। নোংঙানবগা মুংয়াম চাউবনা পুখ্রি মপান্দুদা য়ূম অহনবা অমা শারগা নুমিৎ হুম্নি চূপ্পা অরাইলৈমগা লৈমিন্নরে। মুংয়াম চাউবনা ময়ূম নীংশিংলকপদগী শাগৈ- নাতৈ মরক্তা হন্নিংলক্তুনা অরাইলৈমবু লাইরম্লেন্দা তিল্লুরো হায়রুবদা অরাইলৈমনা ৱারৌনা হায়রকই 'ইচেম তরুক্তগী লৌবিহৌরবনি লাইরুপ্তা তিলহনবিররোই অদুনা পুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নরসি'। মুংয়াম চাউবনা থেম্বদা য়াররোই খঙবদগী অয়াংলৈমনা তূন্নিঙৈদা লোন্না চেনখিবদু অরাইলৈমনা শাহুম ফংখ্রে। অরাইলৈমনা হৌগৎলগা মরাল লৈজদ্রবা মহাকপু থাদোক্তুনা চেনখ্রবনিনা নহাকসু মোংবা নরান য়ৌবা নংদনা য়াইবী মাঙবা ওইয়ু অদুগা থিন্দনা নহাক্কী থৱায়না কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নুপা অমা ওইনা পোক্লগা নুংশি ৱায়থুংবা চীংঙু থাংজিংনা কুবিসনু হায়না মমিত্তা মপী তানা হায়জরে। ময়ূম য়ৌননবা চেল্লিবা মুংয়াম চাউবদু থোঙ্গাল ময়াদা খুদি থিদুনা তুবদা খুদক্তা য়াইবী মথৱায় মাঙলে।

চীংঙু থাংজিংনা মুংয়াম চাউবগী য়াইবী থৱায় মঙাদু খুমন পারেম্বগী মশানৌ লাইরেঞ্জম চনুদা চঙহনদুনা মপারী অমা পোক্লে। মমিংনা পুরেম্বা কৌরে। পুরেম্বা পোকখ্রে হায়বসি অরাইলৈমগী মঙলান্দা মঙফাওহনবিরে। অরাইলেমনা হরাওদুনা মবুংঙোনা চাওবা শারেপ ফারকপা ঙাইদুনা লৈরে। মতুংদা পুরেম্বনা চাউবা লেপ্তুম ফারক্লবা মতমদা

মোইরাংদা অঙম্বা ওইরক্লদুনা কবুই শলাং খুন্দা লোইপোৎ থৌবা লাকপদা পুরেম্বা অমসুং অরাইলৈমনা শাইওনবা ঙাংখলৈমা অনীবু থেংনহল্লে। ব্রায়থুংনরমদায়দা ঙাংখলৈমবু মোইরাং নিংথৌনা পুরেম্বদগী নিদুনা তালোয় শীংদা চনখ্রে। ঙাংখলৈমগী থম্মোয়গী মৈচাক্তু চীংঙু থাংজিংনা উবিরদুনা কায়না মৈশা লাংলবী শাবী শানৌ অনীবু ব্রায়থুংনহলগে খন্দুনা লাই শরোই মপালবু কৌরগা কৈরেল ওল্লগা লমলেন তোবর্বুং লমজাওদা শাহিং ঙাহিং চাদুনা নুমিৎ খরনিদং লৈরুনবা থৌদারক্লে। মখোয়না মায়োক্লবা মতমদা কিদুনা চেল্লবা মী হাৎকনু অদুনা মখোয় মাপলমক খুমন পুরেম্বগী মখৃত্তা য়াইবী মথব্রায় মাঙলবা মতুংদা খোইয়ুম লাইরুপ্তা তিঞ্জরুনবা য়াথংসু পীরক্লে। চীংঙু থাংজিংগী ময়াথং মতুংইন্না লাই শরোই মাপলনা পাম্বা কৈরেল ওন্দুনা তোবর্বুংদা লৈখ্রে। মখোয়না তোবর্বুংদা লৈখিবদগী শা- ষণদগী হেন্দোক্তুনা তাইবঙ মী ফাওবা পাম্বা কৈনা শোক্লক্লবদা নিংথৌনা য়াইবুং হঞ্জবদা য়াইবুং য়েহন্দুনা লৈবাক্কী অকন- অথৌ পুম্বা কৌখৎলগা তোবর্বুংদা কৈবল শেমদুনা নিংথৌ য়াওনা শাদাল্লে। কৈশিংনা মোইরাং নিংথৌবু য়াখোঙ লোল্লমদায়দা পুরেম্বনা চোংশিল্লক্তুনা কৈশিংবু হাৎলগা নিংথৌবু কনবিরে। মদুদা পেনবিখিবদগী মোইরাং নিংথৌনা খুমন পুরেম্বগী মপৃক্লিং খঙনা মহাক্কী তালোয় অতোম্বী ঙাংখলৈমবু পুরেম্বদা পীবিখি। পুরেম্বা ঙাংখলৈমা অনী পান্নদুনা মচা নিঙোল খম্নু অমসুং পীবা খম্বা পোক্লবা মতুংদা তাইবঙপান থাদোকখি।

খোইমোম লাইরৈমা য়াখমলোয় তরেৎনা লোন্না কেগে লৈবাক্তা চঙলক্লে। পোইরৈ খানা পাংবা লমদগী চেক্লাগী মশক লৌরগা অথেংবা অহিং নোংয়ায় মীচিক মীরাওখোল তান্নদ্রবা মতমদা কোরৌ নোংমদোল খেৎনা খাক-লাওদুনা অতিয়া মকোয়দা পাইরক্লে। মখোয়না পাইরকপগী মরম থোক্লবা মায়কৈদা মীশি মীনা থোক্তুনা মীকপ মীরাওখোলনা নীল্লক্লে। মঙা চাগে মঙা শিরে, তরেং চাগে তরেৎ শিরে, চামা চাগে চামা শিরে। অসুম্না য়াখমলোয় তরেৎনা ওৎ-নৈবদা কেগে লৈকাই নিপাল মোইরাং লৈবাক শিনবা থুংলক্লে। মোইরাং নিংথৌনা লৈকাই লাকপা নিপাল, কৈথেল্লাপা মাপল, ফমদৌ হুম্ফুমরি অমদি লৈবাক্কী খমদোং য়াইতোংবা ফম্নাইবা অঙম- অথৌশিং কৌখত্তুনা কংলাদা ব্রা তান্নরকই। খোইয়ুম লাইরুপ খঙবা চীংঙু লাইতায় ঙম্বা খুমু লৈরিজাম্বনা চীংঙু থাংজিং থাগোন্নজনা খোইমোম ফত্তবা লাইয়াম্বু তায়নজগে চোংথোরক্লবদা নিংথৌনা পেল্লদুনা মথৌ লেপ্পমক পাংবা ঙমজৌ তাকপিরে। লৈরিজাম্বা অঙম্বনা মচানুপা য়াওনা তম্বা নুপা কুম্লাগা লোয়ননা শাফি লানফি শেৎ থাঙলেন নাক্তা য়ানশিল্লগা তেন্দোং নমদা পোশিল্লগা খৃত্তা লোয়নরদুনা লমলেন খোরী কৈথেলদা লাল্লুমদুনা লৈখি। অহিং তাংলৌ ব্রায়রকপা নোংয়াই চবুক লোল্লকপদা চেক্লা তরেৎনা শাহুম চাওনা খেক্লা লাওনা খোংদুনা কোরৌ নোংমদোল নিন্না পাইরক্লবদা খুমু লৈরিজাম্বা অথৌবনা

চীংঙু থাংজিংবু থম্মোয়নুংদা চেৎনা থাগোন্নজরগা শমু নমদা পোরিবা তেন্দোংদগী মচীন পাবা তেন অমা শৎলগা মচীন্দা লাইশোন- তীনশোন্দুনা লিরি তেঙ্গা থোং পাম্বোম লৃজাও তিংনা চেক্লাশিং তম্না ব্রায়রা তেন কাপ্লক্লবদা তেঞ্জিন্দা মৈরী ফ্রং ফ্রং কাদুনা পাইশিল্লক্লে। চেক্লা তরেৎনা মদু উবদা য়াইবী থব্রায় মাঙবা তারে খন্দুনা তেনমাঙ থানা হাওরৈ শন্দোং পাংনা মোইরাং তোবর্বুং কেগে তোরফাই তান্না পাইশিনখি।

লৈরিজাম্বগী কাঙবুনা লেপ্তুনা তান্নরক্লবদা চেক্লা তরেৎ অদো মতালোক্তা কুমদুনা লাইজ ঈশিং খবোম থন্না থক্তুনা মীৎকৃপ অমত্তং পোত্থারম্নগা পামেন উচানগী উকোন্নুং লমলেন চেক্লাফাইদা অহিং অমা য়ারেক্লে। খোইমোম লাইরৈম্মা তরেৎনা কেগে মোইরাংদা চঙবসু কি, লাইরৈবাক্তা হনবসু ইকায়বদগী অব্রাং নোংপোক পাংনা পাইরক্তুনা কেগে মোইরাংবু ঙাক-শেনবিরিবা লাইনিংথৌ পাখঙবগী মশাইগোন্দা চঙজরকই। লাইরৈমশিংনা মথব্রায় শোক্লা ব্রাকৎলরবদা পাখঙবনা লৈরিজাম্বা হাত্তুনা লাইরৈমশিংগী অব্রাবা কোকপিরগে য়াখ্রে। পাখঙবনা লাইনিংথৌ তুবী লাইরেনগী শক্তম লৌ চীরোং চীফাং হাপ্তুনা কেগে লোক্তাক ব্রাংফুরেল ঈশায় মাপলগী ঈয়ায় খাইনা লাক্তুনা মোইরাং নানবী তৃরেলগী ঈচীন মতুংইন্না কাখৎলক্তুনা খুমু লৈরিজাম্বা অথৌবগী মরানয়ায় থামৈকোনপৃং য়ৌরক্লে। পাখঙবনা লৈরিজাম্বা অথৌববু হাৎনবা হোৎনরকপদা খোইযূম লাইশক খঙবা লাইব্রা- তীনব্রা হৈবা লৈরিজাম্বনা চীংঙু থাংজিংবু থাগোন্না লাইহৎলোন থিংকাম কামদুনা থিংলকই। খোইযূম শাইওন য়াম্বা পাখঙবনা অহিং তাংলৌ অথেংবদা লৈরিজাম্বগী শুমাঙ তান্না চঙক্লগা চাওরবা লাইরেন ওন্দুনা অকিবা শক্তম উত্তুনা মখয়াৎ লাওনা কাথোক্তুনা ময়ূমগা কোন্না য়োৎকে মতাগুম চুরী ঈচুম তাফমদা ঙাইদুনা লৈরে। লৈরিজাম্বা অঙম্বনা তৌরিবদু খঙলদুনা মখুৎসু তিমেন তা খৃদুম চেৎনা পায়দুনা লাইহৎলোন কামদুনা থেঙ্গৌরোল চোংদুনা লাম্থেংনরক্লবদা পাখঙবনা লাকচবা ঙমখিদে। লৈরিজাম্বা অথৌবগী মথৌনাদা পেনবিরদুনা লাইনিংথৌ পাখঙবা মশাইগোন্দা হনখি। অদুগা লাইরৈমশিংবুসু মশাইগোন্দা হলহনখি। চীংঙু থাংজিং লাইগী খৃজিন্দগী অরাইলৈমনা চীংনুংশোইদা হুন্দোক্লম্বা অঙাংদু চাউবা নোংথোম্বনা ফৈরোইজাম্বা মিংথোন্দুনা মচা শক্লা য়োকখিবদু অঙাং চাওবা মপৃং ফারক্লে চাউববু মোইরাং নিংথৌ অমদি লৈবাক মীয়ামগা শকখঙনহল্লগে খোইযূম ব্রাখল তৌরদুনা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা ওইনা পুথোক্লে।

চীংঙু থাংজিংনা মতম চাদ্রি, মপাঙ্গল মপৃং ফাদ্রি খন্দুনা তাবনুংদা থুপচাননা থম্বা চরৈ ফিগুম লোত্তুনা থল্লিবা খম্বা খম্নু মচীন- মৌপ্বাবু কেগে কনা খঙহন্দনা মোইরাং কনা উহন্দনা মতম খরা লোৎলগে খোইযূম পায়মা উনগোইনুংদা খল্লদুনা মশানৌ

অয়াংলৈমা পাম্থোইবীদা থৌদারক্লে। চীংঙু য়াথং ইন্দুনা পাম্থোইবীনা খম্নুংগী মঙলানচাদা পলেম মমা ঙাংখলৈমা শাদুনা লাক্লগা মচীন-মৌপ্পাবু কৌথোরক্লবদা খম্নুনা মীকপ থোরক্লুনা মৌপ্পাবু নমদা পোরগা অথেংবা অহিং তাংলৌদা থোংলেনগী য়ূমগী নাকল থোঙ হাংদোক্লুনা লোন্না থোকখ্রে। খুন্দিনবীগী লল্লোং অহুম ফাংবা মপা য়ৌরকপদা অকনবা নোং-নুংশিৎ নংবদগী মচীন-মৌপ্পা লমূক্লখিবদগী ময়ুম চঙলমদনা ঙাংখ লৱাই তম্না চৎখ্রে। অদুগা ঙাংখবা অমদি ঙাংখবীগী ইস্থোলদা চঙখিদুনা শঙ্গোন্দা থূপ্লিঙৈদা মতৈ মনাওনা থেংনরুবদগী ইমুংদা পুশিনবিরে। পারী পুরী মরী মখোঙ হংলুবদা মতাও পু রেম্বা অমদি ঙাংখলৈমগী মচানি খঙবদগী মচা শক্লা য়োকচখি।

থোংলেন, চাউবা অনীনা পুরেম্বগী ময়ূমদা চৎখিদুনা মাঙখ্রবা মচীন- মৌপ্পাগী খোঙ্গুল লিরক্লে। চীংঙু থাংজিং লাইনা মচীন মৌপ্পাবু কনাসু খঙহন উহন্দনা মপাঙ্গল শারেপ ফাদ্রিবা ফাওবা লোৎলগে খনবদু মপূং ফাহন্নবা পাম্বা কৈগী মশক লৌরগা পুরেম্বগী মরানয়াইদা লাক্লুনা খরাই থোঙ্গালদগী ইমুং ফাওবা কৈগী খোঙ্গুল চাওনা তাহল্লে। তাইবং মীগী ঈখেং তৈরবা শরু-শয়াং শুমাঙ থূংনা চাইথোক্লুনা থল্লে। অঙকপা থৌদোক অদু উবদা থোংলেন অমদি চাউবনা মচীন-মৌপ্পাবু কৈনা চাদুনা শিখ্রমাল্লে খন্নদুনা নুংঙাইতনা মরানয়ায়দা হন্নখি। অয়াংলৈম পাম্থোইবীনা শলাং নিংথৌগী খোল্লেন মঙলানচাদা ফাওরকপদগী শলাং নিংথৌনা তূম্বা হৌগৎলগা মরোয় হাও পাখঙ অনীগা লোয়নদুনা ঙাংখবা ঙাংখবীগী ময়ূমদগী  পুখিদুনা খম্বা খম্নুবু শলাং খুন্দা পুদুনা য়োকখি। শলাং নিংথৌনা মচীন মৌপ্পাবু শারেপ কাংদোং ফাদ্রিবা ফাওবা য়োকচগে খঞ্জরিবদু অঙানবদা লমজিংবা অমম্বদা থৌদাবা চীংঙু থাংজিংনা মনীং থুংহল্লগে খন্দুনা মপূক্লিংদা অকাউববু মাঙওইনহনখি।  শলাং মাইবনা নোংমতা মতাও চাউবা অমদি থোংলেনবু উন্নগে খন্না খন্না উনদনা লৈখিবনা চহী কুমজা কয়া হৌখ্রে। মতুংদা মচাশিংনা চাওবা শারেপ ফারক্লবা মতুংদা মোইরাংদা থিনবিখি।

চীংঙু থাংজিংনা মতম কুইনা লোত্তুনা থল্লিবা খম্বা খম্নু মচীন- মৌপ্পাবু লৈবাক নিংথৌগা শকখঙনহল্লগে খোইয়ূম ৱাখল তৌদুনা মপান থোকউ য়ারমদবা খম্বদো কেগে পনবান লান্না শীলংদুনা মচেমগী মতেং পাংলগে খন্দুনা মচেম্না লৈবিবা থাংজৌদু পায়রদুনা থাংজিং চীংজাও কাদুনা পালেম শীংজা চল্লক্লে, পাত্তা কুমদুনা লেম্লে ঙারম তাল্লক্লে। মৌপ্পানা পুরকপা শীং অমদি ঙাদুনা মচেম্না কৈথেলদা য়োন্দুনা হিংলকই। নোংমা খম্বনা থাংজিং চীংজাও কাদুনা য়াল্লুবা শীং কোকথোং পুরগা ময়ূমদা হল্লকপগী লম্বীদা চেংগৈ পাত্তোন্দা তারী নামোইজাম্বগা থেংনরুরে। খম্বগী শাওং-শাবান উবদা পারী নামোইজাম্বনা নুংঙাইরদুনা মমিং-মথা হংবিরে। মদুগা লোয়ননা ৱাঙ্গোন নিংথৌগী

ষণ অঙাওবা অমা লৈ, ষণদু শেল্লবদি নোংমদা চেংকোক অহুম ফংগনি হায়বসু তাকপিখি। খম্বনা শীলংবা চৎপদা ৱাঙ্গোন নিংথৌগী তম্পাকয়ুমদা চঙলুবদা থোইবীগা অহানবা উনবমক্তদা থোইবীনা চীংঙু থাংজিংবু খুরুমজে 'চীংঙু থাংজিং কোয়রেল্লাই পালোই তাবা লাইনিংথৌ লাইবক চাওবী থোইবীনা তাইবঙ মীরোল খঙলকপদগী হৌনা চীংঙু খুয়াখাদা হৈরাং-লৈরাং কৎলগা হৈমন চাবী লৈমন খুনবিনি । শকখঙদবা পাখঙ অসিগা নশু লাইবক চাওবীগা চীংঙু লংলা পাদম্লবিয়ু লৈপুন খয়োম শেম্বীয়ু অপাম নুংশি ৱাইথুংনজগে'। খম্ববু মচেম্মা শীল্লংবা থিংগ্রবদা থোইবীনা খম্ববু উজবা ফংদবগী মথমোয়দা চাক্লিবা মৈরীদু তাইবঙ কনানা উবিদ্রবসু চীংঙু থাংজিংনা উবিরে । থোইবীগী মপূক্লিংগী মৈচাক অদু কোকহনবিরগে খল্লদুনা চীংঙু থাংজিংনা মশানৌ অয়াংলৈমা পাম্ব্বোইবীদা থৌদাদুনা থোইবীগী মঙলানচাদা লাক্তুনা মথংলেনগী মপাও তম্লম্মী। থমংখোংদা থোইবীনা ঈন চিংলিঙৈদা ঈনগী পৌরা লিজাও তত্তুনা ঈন চিংবা য়াদ্রবদা মপূক্লিং নুংঙাইতবদু অয়াংলৈমা পাম্ব্বোইবীনা উবিরদুনা নুরাগী মতেং পাংবিরগে খনখি। খোংনাং পাম্বীগী উশাদা তোংদুনা মচেম্মা ঈন চিংবা য়েংলম্বা খম্বনা মরানয়ায়দা হল্লগে খন্দুনা উথক্তগী কুমথরক্লগা হি তোংদুনা ঈমায় শম্লকপদা খঙহৌদনা মালং নুংশিৎ অকনবা অমা লাক্তুনা হিরম থৎলম্বা ফুমজাও হুমদোকখিবদগী খম্বগী হিদু মায়কৈ শলাই খঙদনা হুমদুনা পুরক্লগা হিমায় চুম্বা ঙমদনা থোইবী ঈন মথক্তা থৌজিল্লকই । থাংজিংগী লীলাসিদা মাঙজৌননা থৌরাং তৌদুনা করাং চীংথক্তা খম্বগী তাখোক ওইননবা 'নানপ খোক করাং খোক মতোং লৈচ্রেং থাইনখোক' কৌদুনা খম্বগী তা মখোক 'মকোক লীশিং য়েনখোক' ওইনবা থৌরাং তৌদুনা থমখ্রবনি ।

খম্বনা মোইরাং থাংজিং হরাওবদা লৈ- লাংনবা লৈ হেকপা চৎপদা লল্লেন থবীলোক্তা লম্মাংনদুনা লৈরবা মতমদা অয়াং লৈমা পাম্ব্বোইবীনা উবিরদুনা খম্বগী মমাঙদা চৈশু পালোয়নবী হাওনুবী অমা শাদুনা থোরক্লগা লম্বী চিংবিরম্মী । খম্বনা হাওনুবীগী মতুং ইন্দুনা লাক্লগা লিক্লাই পুনেক লমগালম থাংজিং নম্লে ান অৱাংবা, কাংঙোই থুমগোং মচিংলেন চীং কাখৎলক্তুনা পাইথ লমজাও য়ৌবদা মমাঙদা চৎলম্বা হাওনুবীদো মাঙথোকখ্রে । খম্বনা ৱারদুনা হকচিক লাংলিঙৈদা লৈনম ফাওরকপদগী লৈ শাংফম থিরকপদা উগী উতোন্দা শাৎলিবা লৈরাং চরোং উরকপদা ঙবোং তিংথোক্লগা উতোন লোম্মা কাখিদুনা ফজ-ফজরবা পুম্মুম শাৎলিবা লৈরাংশিং হেক্লগা চীংঙু থাংজিংদা লৈ- লাংখি । লৈ লাংবা মতাংদা নোংবাননা লাংবা লৈমনবু লৎনবগীদমক থাংজিংনা থোবীবু থাবুম অহুম কায়নবগী চৈরাক পীখি। চীংখু অখুবনা মচানিঙোল থোইবীবু শেনবী কবো পদাংখোংদা লোই থাখিবা থাবুম অহুম ফারকপদা চীংঙু থাংজীংগী থৌশিন্না অয়াংলৈমা পাম্ব্বোইবীনা ৱাঙ্গোন নিংথৌ অমদি মমা তরামাথোইগী খোল্লেন মঙলানচাদা

মমোম লাংলেন থোইবীবু চরৈ ফিমন শেৎ, খ্বাঙচেৎ মচী লাংদুনা চীংদা কাদুনা শীং চনবা পাত্তা কুমদুনা লেপ্লে ঙারম তান্দুনা অব্রাবা খাঙলিবদু উহল্লবদা মমা তরামাথোইদু মখোন থোক্লা কপ্লরক্লে। চীংখুবনা তৌফম খঙদবদগী তম্পাক ময়ূম হঞ্জবা কৌদুনা মচাবু লোই কারক্লবা হায়রু হায়দুনা থাখ্রে। মসিগী মতুংদা পাম্বা কৈরেন ফাবদা নোংবাননা মথব্রায় থাখ্রবদা খম্বা থোইবী লুহোংলে। লুহোংবা মতুং থা অহুম ফাবদা নুংশি চাংয়েংদা খম্বা থোইবী অনীগী নুংশি ব্রারী পিরাং মরক্তা পিখম্লখ্রে।

শাইওন পূম্নমকসি চীংঙু থাংজিংনা শিনবনি। অদুনা খম্বা থোইবীনা শিবদা লাইয়াম্না হরাওদুনা থাংজিংবু থাগৎনরকপদু তাবদা থাংজিংনা লাইয়ামদা 'থাংজিং ঐনা শিনবদি লীলা শঙদিং ওইজরে' লাওথোকই। শাবী শানৌগী নুংশিবা হায়বসি করিনো মশক তাক্লবা থাংজিংনা শাইওনগী হৌরকপদগী অপীকপা ঈচেল অমা ওইনা পুথরকপদু মপাল নাইদ্রবা নুংশি ঈপাক অমদা ঈতিলহন্দুনা নুংশিবা হাযবসি করিনো তাকপা ঙমখিবতা নত্তনা হিংদুনা লৈরিঙৈ তাইবঙ মীওইপোক্পী পুক্লিংগী ইথিল মশক তাক্লুনা শাইওনগী ব্রারী লোইশিল্লি। মসিগা লোয়ননা মীওইবগী পুন্সিদা শকখঙদবা থৌশিল হৈবা অমনা শান্নদুনা পুরিবা লাইবক্কী নোংদমসু উৎলি। মহাকাব্যসি লাই- তিন, ইতিহাস অমদি সাহিত্যগী পোথোক ওইবতা নত্তনা লাইনীং লীচৎকী অচেৎপা চৎনবীশিংগা চেৎনা শাগোন্নদুনা লৈ। শাইওনশিংসিগী মনুংদা শাইওন অহুমদি লাইগী শাইওননি হায়রবসু মমিং মথাগী মতাংদদি মত মান্নদবা কয়ামরুম লৈরি। মোইরাং শাইওনগী ব্রারীসিদা ঐখোয়না থেংনরিবা থোক্লি ওইরিবা থৌদোক খুদিংমক চীংঙু থাংজিং কোরেল্লাই মোইরাং শাংবুম অরিবা পালোই তাবা লাইনিংথৌ মহাক্কী মপূকথোক্কী অনীংবা অপাম্বা মতুংইন্না থোকহন ওইহনবা ঙাক্তনি। মহাক্লা শান্নবা লীলানি। মহাকাব্যসি সাহিত্যগী মচল অমা ওইবতা নত্তনা মণিপুরী জাতিগী লাইনীং লীচৎকী অচেৎপা চৎনবীশিংগা চেৎনা শাগোন্নদুনা লৈরি।

# ঈৱাং পুরিল্লাই

মোইরাং কংলৈরোন্দা ময়ূম কেগেদা পাল্লম্বা ঈৱাং পুরিল্লাইশিং অমদি মখোয়গী মতমদা থোকখিবা ইতিহাসকী ওইবা থৌদোকশিং য়াওরি । কেগে মোইরাং লৈবাক্লা মাগী অকোয়বদা লৈমিন্নরিবা মৈতৈ, লুৱাং, খুমন অমদি অঙোম্মচিংবগী লৈবাকশিংগা লৈনরম্বা ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক- ৱাথোকশিং অমদি পল্লিবা শলাইশিং অসিগগী মরক্তা লৈনরম্বা লৈঙাক্লোন, লাইনীং, শেম্মীৎলোন, চারৌ-মোরৌনবা, লমশেম- তুশেম্বা, ফিজেৎ- চাকচা, উহোং-ৱাহোংবগী কুম্মৈশিং, লাম্হেংনবা অদুগা করিগুম্বদনা তেংবাংনবা হায়রিবা ইতিহাসকী মচাক কয়ামরুমসি শাইওনগী ৱারিসিদা তোৎশিন-য়ানশিন্নদুনা য়াওরি । মোইরাং হায়বা লৈবাক অসি খৃষ্টকী অহানবা চহীচাদা পাখঙবনা কংলাদা নিংথৌ ওইনা পানখিবা মতমদুগা থৌমু- নাওমু ওইনা মোইরাংসু লৈবাক অমা ওইনা পাল্লক্লে হায়না থাজনৈ । লৈবাকসি খৃষ্টকী কুম লিশিং অমা চামরি কুম্থ্রামগা ফাওবদা মনীংতম্না পাল্লম্বা মী কাঙলূপ মচা অমগী শলাই লৈবাক অমনি । পুরিল্লাই ঙাংনিংশিংনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদা মোইরাংগী সমাজগী ফিভম লাকশিনবদা ৱানা থোক্লবসু ঙাংনিংশিংনা মোইরাংদা লাক্লুনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা অপীক-অপীকপা কাঙলূপ মচাশিংনা পূনশিন্দুনা মোইরাং হায়বা মমিংসিদা লৈবাক অমা ওইনা শাগৎলম্বা য়াবগী শক্তমদুদি শাগৎপা ঙম্বা য়াই ।

ঙাংনিংশিংগী মপা-মপুগী মতাংদা খেন্নবা মত কয়ামরুম লৈ মদুদি ঙাংনিংশিং হায়বসি উরেনহনবা অমদি ঙাংশবীগী মচানিপানি । মচানিপা অহল ঙাংহুনথোক্লা মপা মপুগী লম কৌবুদা নিংথৌ ওইদুনা পালহৌরগা মচানিপা অতোনবা ঙাংনিংশিংনা মোইরাংগী নিংথৌ ওইখিবনি । অমদনা পুরিল্লাই পোংলেনহনবা অমদি লৈমরেন ঙাংশবীগী মচানিপানি হায় । অতোপ্পা অমদা হায়রিবনা থাংজিংগী মথংদা মচানিপা ঙাংনিংশিংনা মোইরাংগী নিংথৌ ওইখি হায়বসিনি । মসি নত্তবা অতৈ মতশিংসু লৈরমখিবা য়ারি । মোইরাং নিংথৌরোলগী মতুংইন্না য়েংলবদি মোইরাংগী ইতিহাস অসি ঙাংনিংশিংদগী হৌই হায়বসিদি অয়াম্বনা য়ান্নরি । ঙাংনিংশিং অতেংবগী মতমদা লমলোন্নবা লৈবাকশিং লৌশিন্দুনা মোইরাংগী লমখৈ পাকথোক- চাওথোকহনখি । মহাক্কী মতুংদা পানখিবনি হায়রিবা ঈৱাং পুরিল্লাইশিং— হামচা, ফাংলিল্লাই, য়োইবো , নারোঙ, ময়ারি অমদি সুনুজা হায়বশিং অয়াম্বা মোইরাং নিংথৌরোন নৈনবশিংনা য়ান্নদে । মখোয়শিং অসি ইতিহাসকী মমাঙদা পাল্লম্বনি হায়বা অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা ঙাংনিংশিংদগী মোইরাংগী ইতিহাস হৌই হায়বসি খম্থনিংঙাই ওইরি । মৈদিংঙু পাখঙবগী

মখা চত্থরকপা নিংথৌরোল অহুমদি লাইগী নিংথৌনি হায়নবগুম ঈৱাং পুরিল্লাই ঙাংনিংশিংগী মতুং তারকপা নিংথৌ অহুমদি লাইগী নিংথৌনি থাজনৈ । লাই- তিনগী ৱারীগা খরা নকশিন্না লৈরিবা ৱারী অমদি ফাংফাং পোংলেনহনবনা পানবা মতমসিদা মোইরাং লৈবাক্কী মতীক—মগুণ অসি ৱাংখৎলকপদগী লৈবাক মীয়াম্না থাংজিংবু তুংওইনরগা পোংলেনহনববু থাগৎনরকপদা থাংজিংনা মাগী মতীক মগুণ খঙহল্লগে খল্লদুনা অকি—তুজুংবা পোকহনবা খোঞ্জেল তাহনবদগী লৈবাক মীয়াম হুপ্না তুম্বা হিপ্পা ঙম্নখিদে । মদুদা অমাইবী হঞ্জবীনা থাংজিং লাইগী লাইবাও লৌরুবদা থাংজিং লাই মশামক্লা তৌবা ওইরম্বদগী মীয়াম্না থাংজিং লাইনা পেনবিনবা থাংজিং অমদি লাইয়াম্বু ঈরাৎ- থৌনিজরবদা থাংজিং লাইনা পেনবিরদুনা চাকহোং- ঙাহোংবা, নুংঙাহ—য়াইফবা পীনবিখি । মদুদগী হৌনা মোইরাং থাজিং হরাওবা হৌখি হায়বসিনি । অতোপ্পা অমদনা থাংজিংনা মোইরাংদা খুনগুম্নকখিবা নৎত্রেগা খুম্থোক্লকখিবা নোংমাইজিং নুমিৎসি লৌদুনা চহী অমগী মনুংদা কালেন থাদা থবি লান্নংদবা থাবা চৈচেন্দবা অফবা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা তাইবঙ নমু পোং ওইবা মশুশিংনা হরাও শকশেম তমদুনা থৌগল তৌবদগী থোইরাং থাংজিং হরাওবা হৌখিবনি হায়বসিনি ।

পুরিল্লাই ফাং ফাংতেংবনা মোইরাংদা মপাঙ্গল লৈনা পাল্লিঙৈদা মরৈবাক্কী লমখৈ পাকথোক-চাওথোকহন্দুনা মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা হোৎনরিঙৈদা লমলোন্নরিবা খুয়োনশিংনা মোইরাংদা চেল্লক্কুনা লৈরিবা পাখঙবগা পূল্লগা মোইরাংগী মথক্তা লান হৌরক্লবদা পুরিল্লাই অতেংবনা পাখঙবদা মহাক্কী লৈমা অমা পীদুনা ৱা তেশিন্নখিবা অদুগা 'তেবী তেশাৱা' গা করিগুম্বা মরী খরা লৈরম্বসু য়ারি । ফাং ফাং পোংলেনহনবগী হাক্তক্তা পুরিল্লাইসিনা খূৎকন পাঙ্গন্না পাল্লিঙৈদা চীংঙু থাংজিংনা মদাইরেম খোয়োন লাইমৈবা মোরী অমাইবদা মঙফাওনবিদুনা কেগে থেমিং অরুবা মোইরাং থিপূং য়াইপূং কয়াবু তীনথি- লাইথিরগা ঈরাৎ থৌনিজরবদি কেগে মনিল নাই মোইরাং হৌনা অৱাৎ- অপা লৈতনা পানগনি তাকপিখি । অদুবু মোইরাং লৈবাক্কী মীশিংনা মশা মশাগী নীংজবা মতুংইন্না নুমিৎ, কোরেক, লাইখোং, তেবী তেশাৱা, লৈচিন নোংফাই, হিপূং য়াইপূং, লৌকু -লৌকানচিংবা লাৎনখি । অসুম্না কেগে মীয়াম্না মাগী মাগী থাজনবা মতুংইন্না পারী পুরী থিন্দুনা কেগে থোইয়া তরামরি, মোইরাং থোইয়া তরামঙাবু ঈরাৎ থৌনিজখি । পুরিল্লাইসিগী হাক্তক্তগী থাংজিং হরাওবা হৌখি হায়না মত পীনবসু য়াওই । লাই হরাওবা, ঔগ্রী শকপা, মায়কৈ ঙাকপা লাই থম্বা, ঈরাৎ- লমদাইবনচিংবগী চৎনবীসু মোইরাংদা চৎনবা হৌরকখি । হাক্তকসিদা— ঙাংখ, খোয়োন, ঙাংলৌ, খাম্বী, হিগা, ওকচীন, চেংগৈ, য়াওসু হায়না লৈকাই নিপাল থোক্লা খাইখি । মসিগী মথক্তা কৈথেল মাপল, চেংগৈ তরেৎ, ফৌগৈ তরেৎসু শেমখি। লৈঙাক্লোনগী লমদসু খুদোংচাবা

য়েংদুনা অপান ফম মরি, লৈকাই লাকপা নিপাল, ফমদৌ হুম্ফুমরি, পানা মরি অমদি খুম্বক- খুনখা শেমদুনা মমিং থোনখি। অমাইবীগী য়াকাশঙ, অশৈবগী য়োইরেনশঙ, নামুং অতেংশঙ, চৈশিং কক্লা ব্রায়েনবা ব্রারোইফম্নচিংবা শঙশিং লিংখৎখি। লৈবাক্কী ব্রায়েন থৌদা, হৌন-লোনচৎ, লমচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচা, ব্রাঙাং-শঙাং, চাকচা-য়িথক, থবক-ইনখাং, চৎনবোন, থৌগল্লোল, নিংথৌরোল পুম্নমকসি পুরিক্লাইসিগী হক্তক্তা শেমদোক শেমজিন তৌখি। অঙম- অথৌ, ফম্নাইবা- ফমদৌশিংগী থৌকাশঙ, কেগে কংলা উত্রা শঙলাংমৈ শাখি। য়াঙ্গোই শামু হকচাওবা, লাঙ্গোই শগোল অমসুং কাওরেন ষণয়ামসু য়োকপা হৌখি। ফাং ফাং পোংলেনহনবনা খমতোন নিংথৌ চনু লৈমা লৈহৌবী পান্নদুনা চহী মরিফু মোইরাংদা নিংথৌ ওইনা পানখি। মহাক মোইরাংদা পানখিবা মীগী অহানবা নিংথৌনি হায়না লৌনৈ। পুরিক্লাইসিনা থাঙ্গাগী খুনশিং অমদি লম কয়ামরুম লৌশিন্দুনা মোইরাংদা পুনশিনখি।

মোইরাং শাইওনগী ব্রারীসিদা পুরিক্লাই লাইফাচেংগী হাক্তক্তা কংলা য়াইবুংগী ব্রাহৌদা খুমন অমসুং মোইবাংগী মরক্তা নুংঙাইনখিদবগী ব্রা যাওরবসু ইতিহাসকী মচাক ওইনদি থোইদোকপা ফংবা ঙমদে। শাইওনগী ব্রারী পবীংদা লুব্রাং শলাইগী নিংথৌ থাংতেক শোক্লাইবগী ব্রারীসু পুশিল্লকই। অদুবু পাউবী লাই অমদি শোক্লাইবনা শুনুলেম্বীবু তাল্লোয় শীংদা চননবা হোৎনবগী মতাংশিংসিসু ইতিহাস নত্তে। খুমন নিংথৌ য়োইথোংঙাই অমদি ঙানুরোল কাইরেমা অনীগী মচানিপা অহুম হাওবম অহন, হাওবম যাইমা অমদি হাওবম অতোম্বগী ব্রাবী খুমনগী ইতিহাসকী মচাক ওইনা ফংই। পুন্না চাওবা লেপ্তুম ফামিন্নবকপা মচীন- মনাও অহুমসিনা অঙাং ওইরিঙৈদা কপ্পকপদা মমানা খুল্লকপা লিক্লাং অমা পীরগা কপ্পা তোকই। ফান্তেক ফুরুপগী ফান্তেক শোক্লাইবনা লমাংদোংদা অহোঙ কুম্মৈ তৌবা য়েংনবা চৎপদা হাওরম অহলনা মমাদা হায়জদুনা লিক্লাংদু লৌবগা মঙক্তা শীরগা চৎখি। হাওরম অতোনবসু কুম্মৈ য়েংবা চৎপদা শীনবা লিক্লাং অদু মমাদা পীয়ু হায়বরে। মমানা লিক্লাংদুদি মযাম্বনা শীরগা চৎখ্রে হায়রুবদা হাওরমতোন্না ময়াম্বনা হল্লক্কদবা লম্বীদা লৈবা খুরোইবা থিংবকোন্দা থাঙ পায়দুনা ঙাইদুনা লৈরে। হাবমহন্না হল্লকপা উবদা লিক্লাং অদু তম্না থাঙ হাইথরকপদা লিক্লাংগা কোন্ননা হাওরমহন মঙকসু য়াওখিবগী ব্রারীসি *খুমন নিংথৌরোল লম্বুবদা ইতিহাসকী মচাক ওইনা য়াওই।* শোক্লাইবগী মতমদা লৈরম্বা লুব্রাং লালোয় তরেৎ নৎত্রগা য়াইস্কুল লালোয় তরেৎ হায়না খঙনবা মখোযগী ব্রারীদি ইতিহাসকী মচাক ওইনা ফংই।

মোইরাং শাইওনগী ব্রারীসিদা তত্তনা থোকইবা চয়েৎনবা অমদি ব্রারীসি তশেংনা থোকখিব্রা নৎত্রগা অশৈবশিংগী কল্পনাগী পোথোক্লা হায়বসিনি। শাজিনবনি

হায়গে হায়রবসু শাইওনগী ৱারী মরক্তা ইতিহাসকী ওইবা লৈমা নিংথৌশিংগী মমিং- মথা পীরম্বসিনা তশেংনমক থোকখি- ওইখিবা ওইনা খলহনবা, অদুগা তশেংনা থোকখিবনি হায়গে হায়রবসু পল্লিবা পুরিক্লাইশিংগী মরক্তা অমগা অমগা মত মান্নরক্কবা অদুগা থৌদোক থোকখিবগী থাবান অমদি থাজৎ পীরগা ইতিহাসকী ওইনা খ্বাইদগী মরু ওইরিবা কুমশিং পীরমদবসিনা অশেংবনি হায়না থাজহনবা ঙমদে। মোইরাং শাইওন অসি মোইরাং নিংথৌরোলগা থান্নদুনা য়েংবদা চাশিন্নৌ য়াদবা মতাং অমদি থৌদোক্লচিংবা কয়া থেংনরবসু শাইওনগী চরিত্র খরদি তশেংনমক ইতিহাসকী চরিত্রশিং ওইনা ফংই। মদুদি– চীংখুনহা তেলহৈবা, হেঞ্জুনহা– লাইরৌলেম্বী, ঙানবা–শংলৌলেম্বী, খোযোন হাওবা– লাঙতোম্বী, য়াইথিংকোনু, পুংদিংহনবা–ফিশাহৈবী, থাংজহনবা– লাইজিংলেম্বী, অকোংজাম্বা–ফৌওইবী, নোংদম শুজা– কৈশিংতোম্বী। হাওবম নিঙ্গোয় য়াইমনা খুমন থাদোক্লুনা মোইরাংদা শৈদাংফম লৌখিবগী ৱা পূম্নমকসি ইতিহাসকী মচাকশিং ওইনা ফংই। মোইরাং শাইওন্দা খম্বা- থোইবীগী শাইওনসিদা চীংখুবগী চবিত্র নত্তনা থোংলেন, চাউবা, পরেম্বা, খম্বা, খম্লু, নোংবান, ফৈরোইজাম্বা, শেনু, তারী নামোইজাম্বনচিংবদি ইতিহাসতা মমিং থেংনদে। মথক্তা পনখিবা ইতিহাসকী চরিত্রশিংগী মথক্তা ইৱাং পুরিক্লাইশিংগী ৱারীশিংসু য়াওবি।

শবাংথেম বরমনিনা মোইরাংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মথং মনাও মতুং ইন্দুনা শাইওনগী মথং- মনাওসু শিন্দোক্লুনা পীবি। ফাং ফাং পোংলেনহনবা (হেঞ্জুনহা-- থোংনাং লাইরৌলেম্বী), ইৱাং তেলহৈবা শাম্বা নহা লমগানবা – খম্লুং য়াইদিংকোনু), লাইফাচেং (ৱাংদেন পুংদিংহনবা –চকপা য়াইনু ফিশাহৈবী), উরা ঙাঙোইবা/খুন্দাবা (ঙানবা-- শংলৌলেম্বী), সনা রৌখ্বা (খোয়োন হাওবা য়াইথিংকোনু), তুশেম্বা (অকোংজাম্বা--ফৌওইবী/ফোইদিং নুবা অথোইবী), চীংখু তেলহৈবা/ চীংখুলেম্বা (খম্বা–থোইবী) অমসুং ঙাঙোই পুন্সিবা/লাইজিংসু (কদেং থাংজহনবা–তোনু লাইজিংলেম্বী, উবা নহা খোংজোম্বা -- পিদোনু) হায়না মথং; মনাও শিন্দোক্লুনা ইৱাং পুরিক্লাইশিংনা পাল্লম্বা চহী মশীংগা কোননা পীরি। ঙাঙোই পুন্সিবগী মতমদা শাইওন অনী থোকহনবসি নত্তনা অতৈদি নিংথৌ অমমমগী হাক্তক্তা শাইওন অমমমদা থোকহল্লি। শাইওন অমগা নিংথৌ অমনা পানবগী মতমগা হেন্দোক-হেনঞ্জিন অমত্তা লৈহন্দ্রিবসিসু ওইথোক্তবনি। মরমদি কনাগুম্বা নিংথৌ অমগী হাক্তক্তা শাইওন অমগী নাযক-নায়িকাগী থৌদোক ৱারী থোক্লম্বদি য়াই অদুবু নিংথৌ অমনা নিংথৌ হেক ওইবগা অককুবা শাইওনদুগী ৱারী হৌরগা নিংথৌ অদুনা ফম থাদোকপা নৎত্রগা শিবদা শাইওন অদু লোইশিনবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। অদুগা মরম অমনমুক পুরিক্লাইশিংনা পানবগী চহী মশীং অসি নিফুদগীনা মরিফু ফাওবগী চহীশিং পীরি অদুগা শাইওন পূম্নমক্কী ৱারীদা

শাবী-শানৌশিং লোয়নমক লৈশাবী পাখঙ ওইনা হায়বদি য়াম্না নহা ওইনা শিখিবা ঙাক্লি। অদুনা নিংথৌরোলগা শাইওনগা মখোক মতোন, হৌবা লোইবা চপ মান্নহনবসিনসু মসি শাজিন্নবনি হায়বসি ময়েক শেংই। অদুনা বরমনিনা নিংথৌরোল নিপালদা শাইওন মাপল শিন্দোক্তুনা পীরিবসি অচাবা মরম অমত্তা লৈতে। অয়াম্বা অইবশিংনা পীরিবা শাইওনগী মথং মনাওসি বরমনিনা পীরিবসিগা মান্নদবতা নত্তনা খম্বা থোইবীগী শাইওনসি অয়াম্বা অইবশিংনা অরোইবা শাইওন্দা থম্লবসু বরমনিনদি অনী কাখৎলগা তরেৎশুবদা থম্মী। মসিসু নিংথৌরোলগী মথং মনাও কায়দনবা থম্বা মওং অমনি। শাইওনগী ৱারী অসি ইতিহাসকা মরী লৈনহন্দুনা শাইওনশিংবু ইতিহাসনা মশক তাকহন্ননবা হোৎনবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। শাইওনগী ৱারীসিগী হৌরকফম মরী- মখোঙ ইতিহাসতগী থিবদি ঙম্লিবমখৈ অফবনি অদুবু মসি থোকখি থোকখিদে হায়না ইতিহাসকা থান্নদুনা য়েংনবা হোৎনরবদি অচুম্বা থোকহনবগী মহুত্তা চয়েৎননবা মরম ওইরক্কনি। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা, মোইরাং নিংথৌরোল, খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা অমদি চৈথারোল কুম্বাবনচিংবগা মোইরাং শাইওনগা থান্নদুনা য়েংবদা নিংথৌরোলশিংসি অমত্তা চাশিন্নৌ হায়বা য়াদ্রি। মসিগী অশেংবদু খঙদোকপা ঙম্লনবা শাইওনগী ৱারীসিদা য়াওরিবা ইৱাং পুরিক্লাইশিং অমদি মখোয়গা মরী লৈনবা থৌদোকশিং য়েংশিনবা য়াই। বরমনিগী মতুংইন্নদি পোংলেনহনবদগী ঙাঙোই পুন্সিবা (লাইজিংসু পুন্সিবা) ফাওবগী নিংথৌ নিপালসি থংনা- থংননা মথং মনাও চখ্খরবসু মোইরাং নিংথৌরোলদদি পোংলেনহনবদগী নিংথৌরোল মঙা, হায়বদি ইৱাং তেলহৈবা, লাইফাচেং, উরা ঙাঙোইবা, সনা বৌখ্বা ফাওবদি থংনরগা নিংথৌরোল নিপালদগী তবানিথোই ফাওবা চখরগা তরাহুমদোইশুবা কাল্লগা তরা মরিশুবদা পুরিক্লাই তূশেম্বা লৈরগা কুনমাথোইশুবদা চীংখু তেলহৈবা অদুগা মথংদা ঙাঙোই পুন্সিবা লৈ, অদুবু পীবিবা চহী মশীংগী ওইনদি য়াম্না চাশিন্নৈ।

বরমনিনা পীরিবা শাইওনগী মথং মনাও অসিদগী মীৎয়েং থমদুনা লৈনবদা ইতিহাসকী মচাক্লি হায়না পুথোকপা য়াবা অদুমখৈ য়েংবদি য়াই। কেগে মোইরাং লৈবাক্তা ঈৱাং পুরিক্লাই তূশেম্বগী হাক্তক্তা অকোংজাম্বা—ফৌওইবীগী নুংশি- নুঙোনগী ৱারী অসি থোকখি। নিংথৌসিগী সনা হাক্তক্তা লোইবী চীঙ্গোন্দা নাইতোম চাক্তাবা চীংঙু লাইশা য়াঙ্গোই হকচাবনা মচূম তানা ঙাওরক্তুনা চীঙ্গোল থাদোক্তুনা কেগে খুম্লক্তা চঙদুনা যূম- কৈ থুদেকপা, লন-থুম মাঙহনবতা নত্তনা অউ-অউবা মী ফাওবা অমত্তা খাক্তনা হাৎপা হৌরক্লবদা কেগে মীয়াম থোঙ্গাল লানবা ঙমদদুনা কৈথেল থোকপা ঙম্লদ্রে। নিংথৌনা অঙম-অথৌ ফম্লাইবা পূম্নমক শুনা কৌখৎলগা ৱাতাদুনসু কেগে থৌনা ফবা কনা অমত্তনসু শামু লাক্কে চোংথোক্লক্রবদা নিংথৌ য়াম্নমক ৱাখি। লৈবাক্কী অৱাবা পাউসি তাবদা অকোংজাম্বনা কেগে কনাসু তাহন্দনা অহিং তাংলৌ অথেংবদা

লমজাওদা থোক্কুনা চীংঙু লাইশা য়াঙ্গোই শামু অঙাওবা ফারগা তেহল্লবা মতুংদা মপুগী খোঙনেৎশা ওইবিয়ু হায়না নিংথৌদা কৎচরম্মী। অকোংজাম্বগী মতীক-মথৌনাদা পেনবিদুনা মোইরাং নিংথৌনা অকোংজাম্ববু মপুগী য়েথাং হাপ্পিবতা নত্তনা লৈবাক্তা মশক তাকপিরে। অকোংজাম্বনা কৎলবা শামুদুবু 'মোইরাংশা' মমিং থোন্দুনা নিথৌগী খোঙনেৎশা ওইনরে। য়াঙ্গোইশা লুৱাংবা মোইরাংশাবু ঙাংখরাকপগী মপারী য়াংলৈপানববু শারুংহনবা হাপ্তুনা শামু অদুবু শেন্নহল্লি। নিংথৌগী মমঙদা থাংজিংনা নিংথৌগী খোঙনেৎশা ওইরিবা মোইরাংশা অসি অচম্বা শামু নত্তে চীংঙু থাংজিং মহাকমক্কী লাইশানি, মরৌ চাওবা শামুসিনা অমুক হন্না ঙাওরক্লবদি ফান্ন- পূন্নবা ঙমদনা লৈবাক্কী অমাঙবা থোক্কনি তাকপিরকপদা নিংথৌনা য়াংলৈপান তখেল শারুংহনবা কৌরগা অহিং তাংলৌ অথেংবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা উরা খুন্দাপুংদা শামুদুবু থাদোকহনখি। অদুগা নোংঙাল্লগা তখেল শারুংহনবনা অহিংদা শামু নাম্থোক্কুনা চেনখ্রে থিবা ফংদ্রে হায়না লৈবাক মীয়ামদা পাউ শন্দোখি।

পুরিক্লাই ফাং ফাং পোংলেনহনবগী হাক্তক্তা হেঞ্জুনহা অমদি লাইরৌলেম্বী পোকখি। লমদাগী অহানবা থাংজদা নিংথৌগী থৌদা পুরিবা কেগে লৈকাই লাকপনা লৈকাই থুংনা চত্তুনা অহিং লাইয়াম খুন্দিনগদৌরি অদুনা ওককোন য়েঙ্গোন্দগী ওক-য়েন থাদোকপা য়াদে, তাইবঙ মীসু থোঙ্গাল লান্দুনা খুল্লক- ইরক্তা চৎফরোই লাওথোক্লে। কৈরোই-লৈকাইগী নুপীশিংনা চেঙ অমদি মনা- মশিং খাইনরগা লৈবাক চাকহোং- ঙাহোংনবা, লৈবাক খুজাও লৈচাওনবা খোইয়ূম লাইয়ামদা তাইবঙ মীগী মতুং ইন্দুনা মীনম তাবিগনু লাইগা লাইগা ওনশিন্নবিয়ু হায়জদুনা থাংজ তরেৎ চঙনা শাবা থাঙনা লৈই তরেৎ চিংদুনা 'হা হুম হুম হুম হা হুম' শোন্দুনা তাইরেন পুংফাই হাইদোক্তুনা খুরুম্লবদা চীংঙু খোইয়ূম্না পেনবিরে খন্দুনা হরাও নুংঙাইনা ঈশৈ শক্তুনা তূং হন্না য়েংবা তৌদনা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখিবগী ৱা অমা য়াওরিবসিনা লমদাগী অহানবা থাংজদা শরোই খাঙবগী চৎনবী অসি কুইরবা মতমদগী চৎনরকপগী মশক উবা ফংই। লমদা থাংজগী অহিং অসিদা হেঞ্জুনহানা হায়নখিবা মতুংইন্না লাইরৌলেম্বীবু উন্নবা লাকপদা লাইয়াম্না হাৎখিবা অমদি মশাবী শিরে খঙলবদা লাইরৌলেম্বীসু মতোম থাঙনা থিঞ্জিজদুনা শিজখিবগী মতাং য়াওরি। পুরিক্লাই পোংলেনহনবনা নুরা পাখঙ অনীগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং পোলাংদু কাইরেন কুফাং চন্দুনা লাইহল্লি তূরেল তোবর্বান্দা লৈরোল চন্নবা মনাইশিংদা য়াথং পীখি।

পুরিক্লাই লাইফাচেং অতেংবগী হাক্তক্তা ৱাংলেন পূংদিংহনবা অমদি চকপ্রম য়াইনু ফিশাহৈবী পোকখি। ঈৱাং পুরিক্লাইনা পুংদিংহনববু কংলা পুংজাও তিংহল্লগা

'পৃংদিংবা' মিংথোনবিখি। পুবিক্লাই লাইফাচেং অতেংবনা কংলা থৌবুবা মনাইশিং থারক্কুনা পৃংদিংহনববু কৌখৎলগা কনামতা খঙহন্দনা উকক অমা পীরগা পৃং তিংহল্লি। পৃংদিংহনববনা পৃং তিংবা লোইরগা নিংথৌদা কচ্চরে। নিংথৌনা পৃংদুবু 'য়াইপুং' হায়না মমিং থোন্দুনা হান্নগী কংলা পৃংজাউ অদুগী মনুংদা হাপচিল্লগা 'কংলা য়াইপুং' হায়না মমিং থোন্দুনা মনাইশিংবু ঙাক- শেলহন্দুনা থমখি। হৌজিক কংলা য়াইপৃং অদু য়ৈবদা হান্নদগী শরুক কয়ামরুম হৌবা হেঙ্গৎলক্কুনা কংলা য়াইপৃংগী মখোলসি মোইরাং লৈকাই নিপাল লাম্লোকখিদুনা লপ্লোয়বা লৈবাকশিং- খুমন, লুৱাং, চেংলৈ অমদি চীংগী লমশিংদসু শন্দোকখ্রে। নিংথৌনা পেনবিরদুনা পৃংদিংহনববু 'কংলা য়াইপৃং হঞ্জবা' হায়বা ফমথোন থিন্দোকপিরে। কংলা য়াইপৃংসি লৈবদগী মোইরাং লৈবাক চাকহোং- ঙাহোংনা নুংঙাইনা পাল্লে। পাউ অসি তাবদগী খুমন নিংথৌনা খুমন মরমগী অকনবা তম্বা নুপা তরাবু মোইরাংদগী 'শাবল য়াংবা কাইনা তানবা হিয়াং হিরেন তোংহন্দুনা কংলা পৃংজাওদু লৌরুনবা থারক্লে। খুমনগী অকনবশিংদুনা লোক্তাক লান্দুনা চৎখ্রগা মোইবাংগী কংলা য়াইপৃংদু হুন্তোক্কুনা মনুংদা য়াওরিবা যাইপৃংদু পুরদুনা মায়পাকপগী লাল্লাও লাওর- লাওরদুনা চৎখ্রে। য়াইপৃং ঙাক্লিবা লোইশঙ মচাশিংনা চেনখিদুনা পাউসি ঈৱাং পুরিক্লাইদা তম্লুবে। নিংথৌনা থিন্দনা মথৌনা ফবা মোইবাংগী অকনবা তবামঙ্গাবু 'লৈতাঙম্বা খারা পৃংমায় লেপ্পা' হিয়াং হিরেন তোংহন্দুনা খুমন মচাশিংদুবু তান্নহল্লক্লে। খৃৎপু অনীদু লাইইখুপাত্তা থেংনরদুনা অকনবা লান থেংনবকপদা খুমনশিংগী হি চেপথদুনা যাইপৃংদু ঈশিংদা তাশিনখ্রে। কাঙবু অনীদু লাম্থেংনবা তোক্কুনা ঈশিংদা চোংথনদুনা য়াইপৃংদু থিন্নরকপদা ফংদবদগী নীংবা কায়না মবম মরমদা হন্নখি। য়াইপৃংগী ৱাহৌদগী মোইরাংনা খুমনশিংবু য়াম্নমক শাওনখি। পুরিক্লাইসিগী হাক্তক্তা লৈবাক খুঞ্জাও-লৈচাওনবা খুন্থক-খুনথাগী চনু নিঙোলশিংনা কাং শীংনদুনা শান্নবা অমদি থাংজিং লাই হরাওবদা লৈশাবী পাখঙশিংনা চীংঙু লাইমাঙদা জগোয শামিন্নখি।

ঈৱাং পুরিক্লাই উরা খুন্দাবগী মতমদা ঙানবা শংলৌলেম্বীগী থৌদোক থোকহল্লি। পুবিক্লাইসিগী হাক্তক্তা থাংজিং লাইগী লাইবাও লৌকবদা কেগে লমজা মচা অমবু থুমখোং ঈরাংনৌ নৎত্রবদি কংলিবা থুমখোংশিং থুমহী থোক্লোই হায়না ফাওবিরক্লে। নিংথৌনা লৈবাক তিন্দুনা কেগে নৌরেনহনবনা কেগে লমজা মচা অমা মশানা য়ানা থুমখোং ঈরাংপিয়ু মদোম চোংথোকচরক্লে হায়রে। করিগুম্বা কেগে লমজা মচাদু ফংদ্রবদি মশামক থুমখোং ঈরাংম্নবিয়ু হায়না শরি ৱাশক্লে। নিংথৌনা কেগে লমজা মচা থুমখোং ঈরাংপা হায়বসি মপৃক্লিংনা য়ানিংখিদে। কেগে নৌরেনহনবনা ঙানববু থুমখোং ঈরাংনগে হায়না থিবকপদা থিবা খঙখিদবদগী মমৈথংদা মশামক থুমখোং ঈরাংখি। অদুদগীদি কংলুরবা থুমখোংশিং থুমহী থোক্লক্কুনা লৈবাক নিংথৌ নুংঙাইনা

পানখি। পুরিল্লাই সনা রৌখ্বনা মোইরাং লৈবাক্তা পানবা মতমদা খোয়োন হাওবা অর্মাদ য়াইথিংকোনুগী শাইওন থোকহল্লি। পুরিল্লাইসিনা খোয়োন ঙৌবগী মপাবী খুম্হৌরেম্বনা মপা মপু হাক্তক্তগী কায়দনা ঈরাৎ থৌনীরকপা খোয়োন তেবী তেশাৱাবু নৌহৌননা তেশা ৱাখোং শেংদুনা তয়াল মরী থত্তুনা হৈরাং-লৈবাং কৎনা ঈরাৎ থৌনীজদুনা তেশা ৱাহোংবদগী কেগে মোইবাং লৈবাকসি লৈবাক নিংথৌ য়াইফনা কেগে লৈবাক খুঞ্জাওনা মোইরাং চাকহোং-ঙাহোংনা পানখি।

ঈৱাং পুবিল্লাই চীংখু তেলহৈবনা মোইরাংদা পানবা মতমাসিদা মৈতৈ কংলৈপাকদা মৈদিংঙু থংবী লাম্বনা পাল্লি। মহাক্কী মতমসিদা খম্বা থোইবীগী শাইওন থোকহল্লি। নিঙ্গোয় য়াইমগী নুপী অনী হায়বদি—লোই মচা অহোং চনু অর্মাদ ঙানুবোন কাইবৈম্বান। অহোং চনুদগী পলেমকাই, পলেমকাইদগী পাবেম্বা, পারেম্বদগী পুবেম্বা, পুবেম্বদগী খম্বনি। খম্বা য়ুবেঞ্জম মচানি । খরা খেন্নবা মত অমদনা ঙানুরোন কাইবৈমগী মচা থাংলৌহৈবগী মচা যুবেনখম্বনা য়ুরেঞ্জম ওনখি হাযদুনা পীবিবসিদনা হাওরেম যাইমদগী নুংনাংখোম্বা, নুংনাংখোনম্বনা লাম্বাবা থিংগোনহনবা, থিংগোনহনবনা পুখেনচা অমাদ পুবেম্বা পোকই অসিনি। থিংগোনহনবনা থিঙ্গুজম অদুগা পুবেম্বনা পুখ্রম্বম যুম্লাকাশংসি ওইখিবদৌনা হায়রি। ইতিহাসকী মীৎযেংদগী যেংবদা মোইবাং পুবিল্লাই চীংখু তেলহৈবা যাংবা নহা পাজুম্বসি মোইবাংদা নিংথৌ ওইনা চহী য়াঙ্খে মঙা পাল্লম্মা। মতাক অসি মোইরাংগী নিংথৌ ওইরম্বা শোংলেন লাম্বাবা অর্মাদ মোইবাং লৈমা মৈতৈ নিংথৌ খুম্বোম্বগী মচানিঙোল ৱাঙম্বোন হাওখা লাম্বাবী পান্নরগা পোকখিবনি। অতোম্বা অমদনা অতেল্লাক্কি লোইচা অঙম্বা অমদি হাওখা লাম্বাবী মচানুপা অহলান ইরি। সুনিতানদি *মোইরাং শাইওন* হায়বা লাইবিক্তা পুরিল্লাই লাইচিংখু উম্বা তৈলহৈবা হায়বা নিংথৌসিদ পোংলেনহনবা অদুগা মনাও ইবুংঙোবুনা চীংখু য়াইমা তেলহৈবা কৌই হায়না ইবি। মোইরাং নিংথৌ চীংখু তেলহৈবা (চীংখুলেম্বা য়ামখুতেনবা) গী মচানিপা অনী পোকই, মদুদি- ঙাংঙোই পুঙ্গিবা অমসুং সনাবনি। চীংখুলেম্বগী মতুংদা ঙাংঙোই পুঙ্গিবনা মোইবাংগী নিংথৌ ওইখি।

মৈনা ৱাই তাংনা শম মোইবাং লৈবাক্তা পানখিবা নিংথৌশিংগী মবক্তা চীংখু তেলহৈবসু অমনি। মনাও ইবুংঙোনা মচানিঙোল থোইবীবু নোংবানদা লৈয়ু য়াদে হায়না কবোদা লোই থাখি। থোইবীনা লোই কুম্বগী লম্বীদা তম্পাকয়ূম হঞ্জবনা লীব। ৱারীদা —শেলোই লংমাই মনাক্তা খুন্দারম্বা চকপা খুঙ্গং তরা, কৈশাক্লা লৈতোনপোকপীদা চাইরেন নিংথৌ ওইনা পাল্লিঙৈদা লৈমা তাইদুংনু পাম্মরগা মচানিপা তোংহন অর্মাদ নশাং কৌবা মচা পোক্লগা লৈবা, চীংঙুথেন্দা চাইবনা চকপা নিংথৌ ওইনা মতম খবা

পাল্লল্লগা হৈয়োইপোকপীদা হোংলকপা অদুগা লৈমা শেরিংনু পান্নদুনা মেনাংবা অমদি কনাংবা পোকপা, মচীন- মনাওনা চাওরক্লগা কবোবু লান্দা মায়থীবা পীদুনা কবোদগী শকহেনবী শিরিক্লু ফাদুনা পুরক্লগা তালোই শীংদা চনবা অমসুং মহাক্লা চকপগী নিংথৌ ওইখিবা; মেনাংবনা য়াইফুরাকপা অমদি য়াওলাকপা মচীন- মনাও পোকখি। য়াইফুরাকপা অমদি ঈৱাং পুরিক্লাই ঙাংনিংশিং মরূপ শান্নদুনা মচা মচা পীন্নসি হায়নখিবা অসিনচিংবা লৈমা নিংথৌ কয়াগী মমিং- মথানচিংবা পল্লবসু ইতিহাসকী মচাক থোইনা য়াওদে। মসিদা মপূং ওইনা ফংলিবসিদি লম্মীৎলোনগী মচাক ওইনা তৌই।

ঈৱাং পুরিক্লাই চীংখু তেলহৈবনা মোইরাংদা পাল্লিঙৈ মতমদা মৈদিংঙু মোরাম্বা (খৃষ্ট কুম ১২৮৭- ১৩০২) না মোইরাংদা লাম্মী ময়াম পুদুনা লান্দারকখিবা, চীংখু নহা তেলহৈবনা মোইরাংগী লাম্মী পুদুনা লাক্লগা নিংথৌখোংদা লান শোক্লবদা মীতৈশিংনা লান ঙমদুনা মশীং য়াল্লবা মোইরাংগী লাম্মীশিং ফাদুনা পুখিবগী ৱা চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওরি। মোইরাং নিংথৌশিংনা মীতৈ নিংথৌশিংগা ইতিহাসকী অঙনবা শরুক্তগী হৌনা লৈঙাক্লোন অমদি পুন্সিরোলদা মরী লৈনরম্বা অমদি শাথেং- লাম্থেংনরম্বগী ইতিহাসতা লৈরি। মোইরাং শাইওনগা মরী লৈননা য়াওরিবা ইতিহাসকী তাঙ্কক্তি শকাব্দ ১২০০ (খৃষ্ট কুম ১১২৪) দা মীতৈগী কংলাদা পানখিবা মৈদিংঙু মোবাম্বগী মচানিপা মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবা (শকাব্দ ১২২৮- ৪৬) গী মতমনি। ঈৱাং পুরিক্লাই চীংখু তেলহৈবগী মচানুপী য়োইরেন তোম্পোকপীবু মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবনা পীবিনবা হায়জরুবদা য়ারক্তে হায়দুনা মোইরাংদা লান্দারক্তুনা মীতৈশিংনা মোইরাংবু মায়থীবা পীখি হায়বসিদনি। অদুবু নিংথৌরোল লম্বুবদনা ৱারী অসি খজিক শাংদোংক্লা ইরি। মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবগী মমিং অসি য়োইরেন তেম্পোকপা হায়না কৌই। মহাক্কী মমিংগা ঈৱাং পুরিক্লাই চীংখু তেলহৈবগী মচা নিঙোল য়োইরেন তোম্পোকপীগা য়াম্না চুশিন্নে। অদুনা মোইরাং নিংথৌদা মচানুপীবু মঙোন্দা থাজবীনবা হায়জরুনবা মনাই হাউবা লম্লাং খম্লৌ লাইতোন অমদি ৱাংখৈ লৌরেম্বম পীবাগা অনীবু মোইরাংদা থারকই। মৈদিংঙুগী মনাই অনীনা ঈৱাং পুরিক্লাইগী মফমদা ৱাফমদু হঙ্গৎলুবদা নিংথৌনা মহাক্কীদি মচানিঙোল পোক্তে হায়না ৱাদু কম্থোরক্লে। মৈদিংঙুগী মনাই অনীনা হল্লকপগী লম্বীদা য়োইরেন তোম্পোকপীনা লৱাইলৌ তাউথোং লৌরেনবা লৈরাং চাউহৈইপোক্তা থৃপ্তুনা লৈবম্মী। য়োইরেন তোম্পোকপীনা থংবী লাম্বাবদা লান হৌরক্তুনা মহাকপু লৌবিরোলাও হায়না মৈদিংঙু লাম্বুবদা পাউ তম্বীরুনবা হায়জখি। মনাই অনীনা মীতৈ কংলাদা হল্লক্তুনা য়োইরেন তোম্পোকপীগী পাউদু মৈদিংঙুদা হঙ্গৎচরে। মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবনা থিন্দনা মোইরাংদা লান তারক্তুনা মোইরাংশিংবু মায়থীবা পীরগা য়োইরেন তোম্পোকপীবু পুদুনা চৎখি। থংবী লাম্বাবনা য়োইরেন তেম্পোকপীগা পান্নরগা খুম্নোম্বা পুনিংনবা

পোকই। মৈদিংঙু থংবী লাম্থাবগী তালোয় তরুক্লি। মোইরাং শাইওন্দদি ৱারী অসি য়াওদে। মোইরাংদা লৈবা পণ্ডিতশিংনদি খম্বা থোইবীগী ৱারী অসি ইতিহাস ওইনা য়েংনবা হোৎনৈ। চীংখু তেলহৈবগী মতুংদা মৈদিংঙু ঙাংঙোই পুক্সিবনা মোইরাংগী নিংথৌ ওইখি।

মোইরাং শাইওনগী ৱারীসি তশেংনমক থোকখি ওইখিবা ইতিহাস মান্না উরক্লিবসিগী মনুংদা মরম খরদি মোতুৱা বহাদুরবুনা ইবা মণিপুর আর্টকী ৱারী শীংবুন হায়বা লাইরিকসিদা ফূরিৎ অনীখক পুথোরকই। ফূরিৎ অমনা ঙাংখ লৱাইদগী অদুগা অমনা নিংথৌখোংদগী ফংবনি। ফুরিৎকী মচুদি নাপু, অঙাঙবা অমদি মুনা ঙাঙবনি। মদুদা তিল কাংগী মওং কয়ামরুম লোল্লি। খম্বা থোইবীনা শিরবা মতুংদা ফুমখি হায়রিবা মফমদুদগী অর্কিওলোজিকেল স্কেভেসন্দা খম্বনা পায়রম্বনি থাজনবা তা অমদি খুদোপ মোতুৱা বহাদুরনা পুথোরক্লি। খম্বা নোংবান্না লমজেল থাফম ক্কাক্তা, থোইবীনা লৌশিপাত্তা লোং খোনবদা তিম্ফানা চিক্লকই হায়দুনা শাপ তৌখিবা তিম্ফা লৈলোম্বীগী ৱারী, ঈথায় তুরেল মপান্দা মমানা য়োল্লকপা চয়োমগী লা অমদি খম্বনা খুদোল ওইনা পীরম্বা চৈশুগী মতাং কক্কুনা মথক- মখা ওন্দুনা থারম্বদু হৌরিবা পুন্নমকসিনা শাইওনগী ৱারীবু ইতিহাস মান্না উহল্লকই। নাৎকী মীৎয়েংদগীসু থাংজিং লাই হরাওবদা মফম কল্লিবা লৈ হেকপা, ফি ৱাইবা, লৈ-লাংবা, জগোয়, মেরাগী তরানি পানবদা উকায় কাপ্পা, লুহোংবগী ফিজেৎ লৈতেং, কাং শান্নবা ময়ামসি শাগোন্ননা চথরক্লিবা মোইরাং লমদম্বু শক্তাকপদা তশেং- তশেংবা ইতিহাসকী মচাকশিং মালহল্লকই।

থাংজিং লাইগী লাইশঙগী ফক্লাংদা খম্বা থোইবী অমদি মোইরাং নিংথৌনচিংবা অঙম্বশিংগী মুর্ত্তিশিং ভদ্রনা য়েক্কুনা থল্লি। মসিদসু নত্তনা খম্বনা শেৎলম্বা নিংখম, চিল্লম্বা শমজিন অমদি থোইবীনা শেৎলম্বা ফনেক, ইন্নফিনি হায়রিবা পোৎলমশিং ঙাংখা লৱাইদা লৈরি। খম্বা, থোইবী অমদি নোংবাননচিংবগী মংফম অমদি মখোয়গী খূৎফম কয়ামরুম মোইরাংদা লৈরি। থোইবীনা লোং খোল্লম্বা লৌশি পাৎ হায়রিবা লৌকোনসিদা তিম্ফা চিক্তে, মরৈ লোম্মী। মফমসিবু থোইবী পাৎ হায়না কৌনরি। পাৎ অসিগী মমাঙদা লৈবা শোরা চীংদসু থোইবীনা শীং চল্লম্মী হায়রি। বর্মিজ এক্সপাঞ্সন ইন মনিপুর হায়বদুদা কবোগী কোনুং অসি ককচিং খুলেনগী ময়ায়, হৌজিক্কী আর্মি কেম্প লৈরিবা মফমসিদনি হায়না ইরি। থোইবী পাৎ হায়বসি হৌজিক ব্রুম্মাগী মনুংদা লৈরিবা পাৎসি ওইরম্ফম থোক্তে। তম্পাকময়ূম হঞ্জবনা মোইরাংদগী থোইবীবু কবোদা লোই থিল্লম্লগা অহিং লেন্দনা হনখি অদুগা লোই কারকপদসু অহিং লেনখিদে। মসিদসু নত্তনা থোইবীনা কবোদা লৈরিঙৈদা খম্বনা মবাই ফৈরোইজাম্বগা লোয়ননা অহিংদা লাক্কুনা থোইবীবু উন্নরম্লগা নোংঙান্দ্রিঙৈদা মোইরাংদা হনখি। মখোয়না চৎখিবগী লম্বীদি মোইরাংদগী

কুম্বি, কুম্বীদগী পুম্লেন পাৎ লাল্লগা শরিক কোঞ্জিল, ৱাংঙু, ৱাইখোং অমদি লম্মাংদোং তারগা খুনসিগী মমাঙদা ককচিং ফাওবা শন্দোকখ্রিবা কান্দু চীংশাং লাল্লগা ককচিং মমাঙদা লৈবা কবোগী কোনুং য়ৌই হায়না ইরি। হৌজিক কবোদা লৈরিবা থোইবী পাৎ হায়বসিদি খোঙনা চৎপদা নোংমদা য়ৌবা ঙম্বা মফম নত্তে। থোইবীনা কবোদা লৈরিঙৈদা শোরা চীংদা শীং চনবা, লৌশি পাত্তা লোং খোনবা নোংমগী মনুংদা লাকপা ঙম্ফম থোক্তে। শাইওনগী ৱারীদা মী শিরগা করিগুম্বদনা মৈ থারগা পোলোইবা অদুগা করিগুম্বদনা ফুম্বা উৎলম্বসিনা অঙনবা মতমদা মোইরাংদা মী শিবগা পোলোইরম্বা ? নৎত্রগা ফুম্বা চৎনরম্ব্রা হায়বগী চয়েৎনবা অমসু লৈরিবনি। মোইরাং লৈবাক্তা অঙনবা মতমগী ফিশক ফিজু খঙনা শেৎ- চারকই। অদুগা লোয়ননা লৈঙাক শাসনগী কাঙলোন নাইবা মশক, ৱায়েন- বিচারগী মওং তাবা মশক লৈরকই। চাউবগী ৱায়েন বিচার হৈবগী মতৌদু কংলা বিচারগী মতাংদা থেংনৈ। মহাক্কী বিচার অসিদা ৱাখল ময়েক শেংবা অমদি হৈ- শিংবগী খুৎফম কয়া উবা ফংই। পুম্নমকসিনা অঙনবা মতমদগী মোইরাং জাতিনা মশাগী সভ্যতা অমগা লোয়ননা চত্থবকই হায়বগী খুদম ওইরি।

# মোইরাংগী যূম্বীরেল অহুম

অঙনবা রোম সম্রাজদা থ্রি পিলরস হায়রগা খঙনখিবা জুলিয়স সিজর, ব্রুটস অমদি মার্ক এন্টোনিগুম মোইরাং লমদমগী ওইনা লৈরি যূম্বীরেল অহুম—পুরেম্বা, থোংলেন অমদি চাউবা নোংথোন। মরূপ অহুমসি মোইরাংদা ঈরাং পুবিক্লাই চীংখু নহা তেলহৈবনা পানবা মতমদা মোইরাংদা খ্বাইদগী চাওনা ফমথোন নাইখিবা চান্নরবা মরূপশিংনি। অদুবু মখোয় অহুমগী মরক্তা শাথীনা য়ান্নদবগী অমদি থম্মোয়দা নাইনু কিশি থাংনবা অমদি মতাং চাবদা অমনা অমবু ঙাক্লখিদবা মীওইশিং ওইনা খলহল্লি। মসিগী মরমদি মখোয় অহুমসি ফমথোন চাওনা নাইবা মতীক- মথৌনা লৈবা অঙম্বশিং ওইরম্বগী ব্রা ঙাক্তা নত্তে। মপাম্ভোংদা মতীক মথৌনা লৈবা লৈবাক নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা ওইবগী লৈবাক মীমাঙদা অমনা অমবু ইকায় খুম্নবা উৎনরবসু মপূক্লিংদদি অমনা অমগী অচেংবা তাঞ্জা ঙাইনদুনা লৈনখিবা মাল্লি। থোংলেন অসি ঈরাং পুবিক্লাই লাইযু অতেংবা পুম্বিবনা মোইবাংদা পানবা মতমদা মীতৈগী লম থাদোক্তুনা মোইরাংদা শাইদাংখিবনি। মহাক্কী মপোক মরিনি—খোইজা, শাংবুম অরিবা, কাক্লেন সুজা অমদি থোংলেন। লাইরিক খরদদি থোংলেনগী অঙাং ওইরিঙৈগী মমিং অসি খুচুপ চৈমিয়াং কৌই হায়না ইবি। থোংলেনগী যূম্নাক নিংথৌখোংজমনি, মীতৈ মচানি হায়রি। লাইবিক খরদনা থোংলেনগী যূম্নাক ইরুংবম্নি, মহাক পুবৈবোম্বা খোংনাখোঙদা পোক্লগা খুরাই তুঙ্গোলব্রায়দা লৈবম্লনি হায়। মহাক্কী নুপী হাৎখিবগীদমক লালোয তরুকপু থিবকপদা লালোযশিং নম্বোল মনাক্তা লৈবা চীংগী মোংশোংদা লোত্তুনা লৈরম্বদগী লালোয তরুকপু হাৎখি। লালোয়শিংনা লোৎলম্মী হায়বগী চীংদুগী মমিং লোৎপা চীং কৌরম্বদগী থৈথখিদুনা লোকপা চীং কৌনখিবনি। লোকপা চীংগী মখা পাংবদা হৌজিক ফাওবা থোংলেনগী যূম্ফম লৈরিবসিনা মহাক মফমদুদা লৈরম্লা হায়বসু হংনিংঙায় ওইরি।

চাউবগী হৌরকফমগী মতাংদা মান্নদবা মীৎয়েং অনী থেংনৈ —অহানবদা মহাক্কী মপানা অঙোম নোংবান কোকপা ব্রাংবা অদুগা মমানা লূব্রাং চনু লূব্রাংলৈমনি হায়বা অমা। অনীশুবদা খুমন কায়নশিংবা অমদি থৌবান কয়না তোম্বীগী মচানি হায়বা অমা। চাউবগী অঙাং ওইরিঙৈগী মমিংদি নোংবান খাইতোন লৌথিবা কৌই হায়রি। পুরেম্বগী হৌরকফম শলাইদি খুমননি। মহাক্কী মপাবুং পলেমকাই (পারেম্বা) অসি খুমন নিংথৌ য়োইথোংঙাইগী মচানুপা য়াইমা হাওরম নিংঙ্গোয় য়াইমগী মচানুপানি। লিক্লাং অমগী ব্রাহৌদগী মনাওনুপা অতোনবা হাওরম নিঙ্গোয় অতোনবনা ময়াম্বা হাওরম

অহলবু মঙক কক্তুনা হাৎখিবদগী শাওরম  হাওরম য়াইম তোন্দ্রেদা কফেবনা হাওরমতোন লৌথিববু পেন্দবদগী খুমন মরমদম থাদোক্তুনা মোইরাংদা শাইদাংলকখিবনি। পুরেম্বনা মোইরাং কংলাদা পুখ্রম্বা ফম পুরম্মী। থোংলেন, পুরেম্বা, চাউবা অহুমসি চান্নরবা মরূপশিং ওইনা লৈরম্লবসু মখোয় অমনা অমগী মফমদা থম্মোয়দা নাইনু কিশি থাংনবদৌনা উরিবসিগী মনুংদা করিনা  মরম ওইরম্বা য়াই  খু দুনা য়েংবদা নুংঙাইগনি। নৎত্রগা মখোয়সি শামান-লেংমান্নবা ওইবগী অমগা অমগা উশিৎনদ্রিব্রা? মখোয় অহুমসি মাগী মাগী হীরম অমমমদা মপা তাম্বা মীশক মীওইশিংনি। পুরেম্বনা মপাঙ্গল মথৌনাদা, থোংলেননা মহে- মশিং অমদি লাইৱা-তীনৱাদা অদুগা চাউবনা মবুধি- মরৌশিং অমদি কুতনীতিদা। মখোয় অহুমসি মতমদুগী মোইরাংগী য়ূম্বীরেল অহুম্নি। মতমদুগী ওইনা ওজা গুরুশিংদগী মহে- মশিং তমশিন- খঙজিনবা অমদি হৈবদা কুবুই শলাং মাইবনা অথোইবনি। থোংলেননা অনীশুবা অদুগা পুরেম্বনা অহুমশুবনি।

মতাংসিদা য়েংবা য়ারিবদি থোংলেন অমদি চাউবগী মরক্তা করম্বা মূক্লবা লৈখিবগে ? মসিদা মান্নদবা ৱারী অনী শৈশক্লোন অমদি কংরৌন্দা খেন্ননা ফংই। মদুদি থোংলেনগী অসি মোইরাং লৈবাক্কী অৱাং পম্বোং ঙাক্লম্বা অথৌবা কক্লেন নোংদম সুজাগী মচানি। লমজেন্দা কাকয়েনগুম্না য়াংই হায়বগীদমক লাইচিংলেন কাক্লেন পাইবা অদুগা হয়িংগুম্না শাওনা পাইবগীদমক হয়িং সুজাসু কৌনৈ। মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা, লাইৱা- তীনৱা হৈবা লাইরুপ লাইশক খঙবা মরম্না তীনমু- লাইমু ফওবা লাইয়াম তায়ন্নবা কেগে পম্বোং লৈবাক নিংথৌনা ঙাকহল্লি। থোংলেবু লৈবাক্কী থৌয়াম পুবগীদমক 'থৌরেন' হায়নরম্বদগী মমৈথংদা থোংলেন মিঙ্গৌনখি। নোংয়াই পুরেম্বা অমদি থোংলেন অনীসি শামান- লেংমান্নবা মরূপনি। মপা তাম্বা কাওরেল ষণ  নৎত্রগা শারেন নোংশানি। মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা মরূপ অনীসিনা  ঈৱাং পুরিক্লাইগী য়েথাং- ওয়থাং ওইদুনা কেগে মোইরাং লৈবাক ঙাক-শেন্দুনা লৈবনা অকোয়বগী লৈবাকশিংনা লান্দারকপা ঙমদনা লৈবাক মরা তপ্লা পানবা ঙম্লিবনি।

পুরেম্বগী মমাঙগী মপোক মুংয়াম চাউবনা চীংঙু শোরারেন অরাং পাখঙ য়োইরেম্বগী মমোম্লোয় অতোনবী  অরাইলৈমবু মহাক্কী পুখ্রিবু মপু তাক্তনা নৈখাইরম্বা অমদি লৈ- শু থদত্তুনা মাঙহল্লুবা অমদি মুংয়াম চাউবগী  অপাম্বা মতুংইন্না মচেম তরুক্কী ৱাশক্লা পুন্দুনা অরাইলৈমা তাইবঙ  মীরম্লেন্দা লৈহৌই। মতুংদা মুংয়াম চাউবনা মশাগী অপাম্বা ফংলবা মতুংদা মহাকপু লংথোকপিরন্নবদা নুপীজা মহাক্কী নীংজবা কনবদগী মুংয়াম চাউবা ময়ূম য়ৌবা নংদনা মথৱায় থাখি। অদুগা মথংগী মপোক্তা পুরেম্বা ওইনা

পোকখি। পুরেম্বনা শলাংথেন্দা লোইপোৎ থৌরুরগা শগোন তোংদুনা হল্লকপগী লম্বীদা তোবর্বুং লমজাও মপা য়ৌরকপদা শগোল মমাঙদা থৎলদুনা অরাই লৈমনা মমাঙথক্কী ৱারী তাহনবগা লোয়ননা মহাকপু পুরগা চৎপিনবা হায়জবগী মতুংইন্না মশক মতৌ চঙখোল্লবী অরাইলৈমবু পুরেম্বনা পুরগা হল্লকখি। অতোপ্পা ৱারী অমদনা পুরেম্বনা শলাংথেন্দগী লোইপোৎ থৌরুরগা হল্লকপগী লম্বীদা মশক- মতৌ চঙখোনবী নুরা অমা থেংনরুবদা পুরেম্বনা অঙকপগা লোয়ননা হংলকই 'শকহেনবী নঙবু কনানো? শুমাঙ উরোং খিনবিরা ? খোঙজি লংশুং পুনবিরা ? কোলোয়না করি কৌবগে'? অরাই লৈমনা থোইনা মোং হাবা তৌদনা খুম্লকই 'কোলোয় মিংলেন লৈজদ্রি, ইয়ুমসু মশক খঙজদে, কদায়দা লৈজৌ হায়বগে ? লৈজৌ হায়বা মফমদা ঐগীদি পুন্সি খাংপোক্লি'। অরাই লৈমনা শলাংথেনগী লম্বীদা লৈরম্বসি পুরেম্বা পোক্তুনা পাখঙ মপুং ফারক্লে অমসুং শলাংথেন্দা লাক্কনি হায়বা খঙবা মতুংইন্না মহাক্কী খোইজিখাদা মীতমখিবা মুংয়াম চাউবগী ঈদু তাইবঙ ফাওহল্লবা ম্নতুংদা লম্ফাংদা লংথোক্লম্লগা পুরেম্ববু ঙাইদুনা লৈরম্বনি। মতাংসিদা খনবা য়াবদি ঙাংখলৈমা অসি শলাং নিংথৌনা পুরেম্বগী মতীক- মথৌনাদা পেনবদগী পীরকপা কবুই নুপী অমা ওইরম্বা য়ারি। অরাই লৈমনা পীরিবা পাউখুম অদু পুরেম্বগী ৱাহং পাউখুম অনীমক য়াওরবনি। মশক- মতৌ চঙখোল্লবী অরাইলৈমবু পুরগা পুরেম্বা কোনুংদা হল্লকখি। অরাই লৈমগী নীংজবা থুংলমদায়দা মরাইবক থৈখি। ঙাংখ খুন্দগী ফংলকপনি হায়দুনা ঙাংখলৈমা মিংঙ্গৌনরবী অরাই লৈমবু নিংথৌনা পুরেম্বগী মফমদগী নীরকখি। নিংথৌগী কা থোকখিবনা পুরেম্বা মপাঙ্গল থোকখিদে, মখুৎ লানবদা তাখি। ঙাংখলৈমা মশাবী কায়নবগী মৈদা ঙৌদুনা খাঙখি। লাইবক ফবদগী মোইরাং নিংথৌনা শাদানবা চৎপদা পাম্বা কৈরেলনা য়াখোঙ লোল্লমদায়দা পুরেম্বনা পাম্বা কৈরেল মাপল হাত্তুনা য়াইবী থৱায় কনবিবগীদমক পুরেম্বগী মপূক্লিং খঙনা পুরেম্বগী মখুত্তো ঙাংখরৈমবু শিন্নবিখি। ঙাংখলৈমনা মোইরাং নিংথৌগী লৈমা ওইনা লৈরম্বসি শুপ্লগী থা অহুমখক্তনি।

থোংলেনগী মরমদা খেন্নবা মত অনী লৈরি। থোংলেন অসি কাক্লেন সুজাগী মচানুপা চৈমিয়াংনি হায়বা অমা, নত্তে হায়বা অমা। থাংতেক সুক্লাইবনা খুমনদা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা 'লূৱাং শঙলেন মোংবা য়ুমজাও' কৌবা শঙ অমা শাদুনা হোংননবা শারম- ঙারম মশীং শুনবা থিরকপদা শারম মশীং শুবা ঙমখিদে। অমরোমদসু মহাক্লা পীক্লিঙৈদগী খোইদাজরকপী লূৱাং চনু হাওনু কৈশিংতোম্বী কৈজেংতোম্বীনা কাক্লেন সুজাদা ময়ূম পানখিবসি লূৱাং লৈবাক মাঙদা মহাকপু ইকায়বা পিবনি খন্দুনা মদুগী লমন খুম্ননবা লূৱাং লালোয় তরেৎ থাদুনা হাওনু কৈশিংতোম্বীগী মকোক কক্তুনা শাশিং শুহন্নবা য়াথং পীখি। খুমন নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না কাক্লেন সুজানা মচানুপা চৈমিয়াংগী

য়ূপান্নবা লেমৈ্লে ঙারম ফারুনবা চংখ্রিঙৈদা লূৱাং লালোয় তরেৎনা হাওনু কৈশিংতোম্বীগী তাংজ কক্তুনা পুরগা চংখি। কাকয়েননা ময়ূমদা হল্লকপদা মশানৌগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংনা তাদুনা লৈবক্লবদা মতালোয়গী মংশক তান্নবা ঈগী খোঙ্গুল লীদুনা চংখি। লম্বীদা লূৱাং লালোয় তরেৎকা থেংনদুনা মখোয় তরেৎকা চায়নরবা মতুংদা মায়থীবা পীরগা মকোক কক্তুনা মশানৌগী মংশক তানখি। নিংঙমখিদবা অসিদগী অৱা লোয়রবা কাক্লেন সুজানা মচানুপা চৈমিয়াংবূ মতাও লৈরিজাম্বগী মফমদা শিন্নরল্লগা নোঙ্গাখি। মোইরাংগী মখা পন্থোং ঙাক্লিবা খুমু লৈরিজাম্বনা চৈমিয়াংবু মপা শক্লা শা- লান নীংথিজনা তাকপী তম্বীদুনা নাওকোল্লকই। চৈমিয়াংনা পাখঙ ফারকপা মতমদা নোংমা খোইমোম লাইবেন্মা তবেৎনা চেক্লাগী মশক লৌদুনা পাইরক্লগা শা- ঙাদগী হেন্দোক্তুনা তাইবঙ মী ফাওবদা চাবক্লবদা লৈরিজাম্বা অথৌবনা মচানুপা চৈমিয়াং অমদি নুপা কুম্লাগা লোয়নদুনা লাইরেম্মা তরেৎ মোইরাংদগী তান্থোকখি। লৈরিজাম্বগী মথৌনাদা কেগে নিংথৌনা পেনবিবদুনা মনা - মথুম চাওনা পীবিবতা নত্তনা চৈমিযাংবুসু নিংথৌগী যেথাং হাপ্লুনা মপাগী মন্থুৎ শিন্দূনা মখা পন্থোং ঙাকহনখি।

লূৱাং লালোয় তবেৎ হাযবিবসি কনা কনানো ? লালোয় তরেৎকী মনুংদা চাউবসু লালোয অমনি। লাইবিক খরদনা মহাক্লা লালোয অহলনি অদুগা খরদনা লালোয় অতোম্বনি হাযনা ইবি। চাউবা অঙোম মচানি, মপা ঙন্না লৈখিদবদগী মমানা মপাম লূৱাং লমদা পুরগা যোকখিবনি। চাউবনা চাওবা শরেপ ফারক্লবা মতমদা মোইরাংদা চন্দুনা অঙোম শাগৈদা তিঞ্জরগে হায়জরুই। অদুবু অঙোমগী অহল- লমনশিংনা মখোয় তাক্তুনা লূৱাংদা লৈরুই হায়দুনা যাবিদ্রে। মসিদগী চাউবনা শাওখিবদগী লূৱাংদা হনখ্রগা লূৱাং মচা তকুক খোল্লগা মখোয তরেৎনা খূৎশু- খূৎলায় নিংথিজনা তম্বা হৌখি। মতুংদা মখোয তবেৎকী খূৎসিবু লূৱাং লালোয় তরেৎ হায়না লৈবাক্লা শকখঙনরকখি। তবেৎ খূৎনা মোইরাংদা লান্দানবগী থন্নবিঙৈদা মীতৈশিংনা লূৱাংদা লান্দারকপদা মশীং যাল্লবা মীতৈগী লান্মীশিংনা লূৱাংগী লান্মীশিং ফাদুনা পুখিবদা লালোই তরেৎসু য়াওখি। মখোয়বু য়াইস্কুলদা ফাদোকশঙ শাদুনা থমখি। মতম খরগী মতুংদা খুমননা মীতৈশিংগী মথক্তা লান্দারক্তুনা লানফাশিং পুখিবদা লালোয় তরেৎসু অমুক হন্না য়াওখি। অদুদগীদি তরেৎ খূৎ অসিবু য়াইস্কুল লালোয় তরেৎ হায়না অনৌবা মিংথোলগা লোয়ননা শকখঙনবকখি। খুমন নিংথৌগী মমঙদা শাশিং- লানশিং চামা ফাবা ঙম্বা নুপা অমগী মকোক লালু চনবা ঙল্লবদি মীতৈ, খুমন, মোইরাং শলাই অহুমগী মনুংদা মকোক থোংবা ঙমগনি হায়না তুবী লাইবেন পাখঙবনা তাকপিরম্মী। খুমন নিংথৌনা মঙতাক অসি লৈবাক প্রজাশিংদা পুথোক্তুনা থন্নবদা শাশিং- লানশিং চামা ফাবা ঙম্বা মীশক্তি থোংলেনতনি লেপ্লখি। অদুবু থোংলেনগী মতীক মথৌনা খঙবা মরম্মা থোংলেন মকোক

কক্কে হায়না কনাসু চোংথোক্করক্ত্রে। মোইরাং মচা হাৎকে হায়না শীংদুনা লৈবিবা লালোয় তরেৎনা থোংলেনগী মকোক কক্কুনা নিংথৌদা কৎচগে হায়না নিংথৌগী মমাঙদা চোংথোকখি। মদুদা পেনবিরদুনা খুমন নিংথৌনা তরেৎ খৃৎনা থোংলেন মকোক কক্কুনা পুরকপা ঙম্লবদি নাই কোকপিগনি হায়বগী থাজবা পীখি। মখোয়না মথৌ পাংথোক্লনবা থোংলেনগী ময়ূমদা লাকখি। মতমদুদা থোংলেনদি মচাগী য়ূপাল লাংননবা ঙারম মশীং উন্নবা থিবা চৎখি। লালোয় তরেৎনা থোংলেনগী তালোয় হাওনু কৈশিংতোম্বীগী মকোক কক্লগা পুদুনা চৎখি। থোংলেননা ময়ূমদা হল্লকপা মতমদি মশানৌগী মকোক য়াওদ্রবা হকচাংদগী মচানুপানা খোল্লাং থক্কুনা লৈরম্বা থেংনরুবদগী নোং খোংবগুম থম্মোয় শোক্লা তেংথাখি। থিন্দনা মীহাৎপশিংগী খোঙ্গুল লীরকপদা ফুবাল্লাদা লালোয় তরেৎকা থেংনদুনা লালোয় তকক হাৎলে। চাউবনা মোইরাংদা চেনখিদুনা পুরেম্বগী মফমদা মথৱায় কনবিনবা চঙজখি। মতাংসিদসু মান্নদবা ৱারী অনী ফংই। মদুদি পুরেম্বনা চাউববু নোংমতংদি লোক্তুনা থল্লবা মতুংদা মতাও থোংলেন, নুংঙাইখিরোই খনবদগী চাউববু ময়ূমদগী তাম্হোকখি। চাউবনা মোইরাং নিংথৌগী লৈমা অঙনবীগী মফমদা মথৱায় কনবিনবা চঙজরুবদগী মোইবাং লৈমন্য খৃৎশিল তৌদুনা থোংলেনবু কৌরগা য়াম্না হৈ- শিংনা ৱাশকহল্লগা চাউবগী মথৱায়বু নীজদুনা চাউববু কনবিখিবনি। অদুগা চাউববু ফুবালাদা কৈ পান্নবগী থবক পীবিবগা লোয়ননা চাউববু থোংলেনগা ইতাওসু শান্নহনখি।

খজিক্তুং খেন্নবা মওংদা ফংলিবা ৱাবী অমদনা চাউবা অসি লালোয় অতোম্বনি। লাল্লোয় অতোম্বনা নোংমা হকচিক লাংগে হায়না চথোরকপদা মশক মতৌ চঙখোনবী লফু লয়োন খোক্কুম্বী মবেপকা মঙানগা য়েংনবদা মবেপ্পা ঙম্লপ তৌবী লৈপুং ৱাগুম তানাপ্পী ফিরান ৱাগুম তাঞ্জুম্বী, হাইথরকপা পাম্বোম্না থম্বৌ হেবা ঙমজবী, তাথবকপা ফৈবোম্না লফু নেত্রা ঙমজবী হাওনু কৈশিংতোম্বীনা ঈমুগী ময়োল শৎলম্বা থেংনকবদগী অহানবা উবমক্তদা অপাম-- নুংশি পোকখি। মপূক্লিংগী ৱাদু কৈশিংতোম্বীগী মফমদা ফোঙদোক্লবদা মহাক্কী শক্তাক লালোয় অতোম্বনি হায়বসি তাবদা কৈশিংতোম্বীনা অকিবা পোকখি। য়াইস্কুল লালোয়শিংদি মীহাৎ- মীথিন কনবা, হূরান, চীম্থি অমদি ফত্তবা থবক তৌবদা অকিবা লৈতবা কাঙবুনি। অসি খল্লদুনা লালোয় অতোম্বদা পুন্সি চূপ্পা য়ূম পাল্লরোই হায়না পাউখুম্লকখি। মায়থীবদগী ইকায়বা, ইকায়বদগী অশাওবা ওল্লকপা, অশাওবদগী ৱাখন খনবা ঙমহন্দবা মতৌদু চাউববু ওইনখি। চাউবনা কৈজেংতোম্বী মমাঙদা মখূৎনা পায়রিবা থাঙ অদু ময়ানা চিক্লগা শরী ৱাশকখি 'য়ূম পান্দবা থোক্লবদি ফৈ,করিগুম্বা নয়ূম পানবা থোক্লবদি য়েন্দেম থবাক শোইবগুম, মাউবী পোৎশং য়ানবগুম লালু চোমায় লৌদুনা তাংজ লুরেল কক্কনি'। অসি হায়বম্লগা হনখি।

মোইরাংদা মথৌনা ফবা, মতীক- মগুন লৈবা নোংদা সুজাদা ময়ূম পাল্লবদি লালোয় তরেৎনা করিসু তৌবা ঙম্নরোই খন্দুনা কৈশিংতোম্বীনা মপূক্লিংদা লৈপূন খয়োম চন্ননবা থাংজিংগী মফমদা নীজরম্মী। মতমগা খোঙবু ওইরিবা হাওনু কৈশিংতোম্বী মপূং মরৈ ফাবকপগা লোয়ননা নীংজবগী মহৈনা কাক্লেন সুজাদা লৈপূন খয়োম ফংখি। মতম খবা লৈরগা মচানুপা অমা ফংজরে। মচানুপা চহী মঙা ফারকপদা শরম- ঙাবম তরেৎ, হৈরম- লৈরম তরেৎ, তরেৎ তরেৎ খুজিং ওইদুনা চাউম্লনবা তগুউ লৈমা ঈথিংকোল খোয়োন ঙৌবী মশোয়মাঙ, শৈন্দ্রা ঈরেল ঈৱায়কোন ফকম্নময়াৎ লম্নুংশি, লম্লেন ঈথিং কোম্লাংখোং, থমংখোং ঙারমপাৎ, মোইরাং যণশেন নাউরোমতাক, তোবর্বুং ক্বাক্তা খোইবেন্তাক থুংনা চত্তুনা শাবম ঙারম থিরকপদা শাশিংদি শুরদুনা ঙারম শুননবা কেগে মোইরাংগী মখা পাংবা মায়কৈদা খোঙশাল্লকপদা কেগে থমংখোংনুং তোবর্বুং লান্দুনা খোইবেন্তাক য়ৌবকপদা শাথি ঙাথিদুনা উচেক ফাদুনা লৈবম্না য়াইশ্বুল লালোয় তবেৎকা ওক্লকবে। হেক উবমক্তদা লালোয় অতোম্বনা করি লৈদুনা শায়াম ফাবিবনো হংলকপদা সুজানা মচাগী ইপান থানবনি খুম্মী। লালোয় অতোম্বনা 'লাইবক ফবী কনানো তালোই শীংদা চল্লিবদো' হংবদা সুজানা ' কৈশিংতোম্বী কৌই ' পাউখুম্লকপদা লালোয় অতোম্বগী মচীম্বান্দা অশেম্বা মীনোক্তা অফবা শাদুনা হবাও নুংঙাইবা ফোঙদোরকই। অদুবু মপূক্লিংদদি মমাঙথক্কী থৌদোক অমদি মশাগী ৱাশক নীংশিংদুনা হাওনু কৈশিংতোম্বীগী লাল্লু চোমায় লৌগে লেপখি। নোংদম সুজাগা কায়নবগা থিম্বা তৌদনা লালোয় অতোম্বনা সুজাগী ময়ূমদা চৎখিদুনা সুজাগী মখোন শাদুনা হাওনু কৈশিংতোম্বীবু থোঙ হাংদোক্লনবা হায়ম্মী। কৈজেংতোম্বীনা থোঙ হাংদোবকপদা লালোয় অতোম্বনা লেপ্তুনা লৈবম্বদু উবদা চঙকক্লবিঙৈদা লালোয় অতোম্বনা 'শবি নামুং কাউফদে' হায়দুনা কৈশিংতোম্বীগী লালু চোমায় লৌখ্রে।

নোংদম সুজানা শারম- ঙারম মশীং শুনা ফাবদুনা ময়ূম হল্লক্লে। ময়ূমদা কৈশিংতোম্বীনা ঈঙাঙ পাংতক্লনা লৈরম্বা উরুবদগী অশাও- খাম্বী মৈচুরদুনা মমীৎ অনীমক শাই মৈতাল অরাবগুম ঙাঙশিল্লকখি। মখূৎশু থাঙ পায়দুনা মীহাৎপশিংগী খোঙ্গুল লীবকপদা লালোয় তবেৎকা থেংনদুনা লাম্থেংনবদা লালোয় তককপু হাৎখি। লালোয় অতোম্বদি নাম্থোক্তুনা চেনখ্রগা মোইরাং নিংথৌগী মকাদা চঙজখি। সুজানা লালোয় অতোম্ববু মঙক কক্লনি হায়না শরী নামুংবগা লোয়ননা কোয়থি থিরকখি। মোইরাং নিংথৌনা সুজাগী ৱাশক হন্দোকউ য়াররোই খঙবদগী লালোয় অতোম্বদা পুরেম্বগী মফমদা চঙজদুনা মশাগী মথৱায় কঞ্জবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈত্রে তাকপিরে। লালোয় অতোম্বনা পুরেম্বগী মফমদা চঙজদুনা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক তম্লবা মতুংদা

মহাক্কী মথৱায় কনবিয়ু হায়জরম্মী। চঙজরকপবু কনবিবা অথোইবা মগুণ চেনবা পুরেম্বনা লালোয় অতোম্ববু লোত্তুনা থম্বিরে। পুরেম্বগী ময়ূমদা লালোয় অতোম্বা লৈবে খঙলদুনা সুজানা পুরেম্বদা লালোয় অতোম্ববু মহাক্কী মখুত্তা শিন্নদুনা মশানৌ হাৎখিবগী লমন খুমদুনা মশাগী ৱাশক ঙাকপা ঙমহল্লু হায়রম্মী। পুরেম্বনা সুজাদা হায় 'লালোয় অতোম্বসু মশাগী ৱাশক ঙাক্লনবা কৈশিংতোম্বীবু হাৎলুবনি। অদুগা নহাকসু নশাগী ৱাশক ঙাক্লনবা লালোয় তকুক হাৎখ্রিবদুনা শক্লবা য়াবে। অমহিকসু লালোয় অতোম্ববু ঐনা কল্লুরে'। মরূপ অনীমক মশা- মশাগী ৱাশক ঙাক্লনবা হোৎনবকপদা অতেকপা নৃংগুম শমজিন্নবা য়াদনা লৈনখি।

পুবেম্বা সুজা অনীনা ঙাংলৌ লমজাও লম্পাক্তা চায়ন পূং থোন্নদুনা থাঙলেন তাবেন পাযদুনা পাম্বা শারেনগুম, মপা তাম্বা কাওরেন ষণগুম নৎত্রগা মচুম তারবা শামু লমশা অনীগুম অহিং নুংথিল খঙদনা লম্বানদুনা চায়ন খোঙফেন শুন্নরে। হনবা নাইদনা লাম্বেংনবদা অহিং অমা হৌখ্রে, অশোক - অপন যাওনবে অদুবু হনবা কৌবা লৈনখিদ্রে। চায়ন খোঙফেন্নবগী পাউদু তাবদুনা মোইরাং নিংথৌ মশামক খোঙলেংলক্তুনা মনাই অনীবু খামদোক্লরে। মখোয় অনীমক মশা মশাগী খোঙফম হন্দোক্লদবদগী কান্নরবোই খঙলদুনা নরাইবক য়েংনরো হায়রম্লগা কোনুংদা হনখি। নীনী চনবা নুমিৎকী অঙনবা অয়ূক ফাওবদা লম্বানরকপদা সুজাগী শুক্কুম্না কল্লবা মপাম্বোম অনীদু মপাঙ্গল য়াওরক্রে, নৃংগুম্বা হকচাংদু চোকথবক্লে। মহাক চাক্তি লাযবদুনা ঈশিং ফাওবা থক্লুনা পোথারক্তবা কৈশিংতোম্বীনা লৈখিদবদগী নুমিৎ মরিনি শুরবনি, মদুগীসু মথক্তা লালোয় তকুক্কসু লাম্বানরক্লবনি। চোকথরবা সুজানা মতাও পুবেম্বদা হায়দুনা লম্বেংনবা লেপ্পবে। সুজানা পুরেম্বদা হায় 'সুজাদি শিবা নাইদবনি, পুবেম্বদি শিবা নাইবনি; ঐনা থাংলেন্দা লাইৱা শোন্দুনা ইতাওগী মিবেল কক্লবদি ইতাও শিবগনি অদু ওইরবদি ইতাওনা কনবা পাম্লিবা লালোয় অতোম্বগী মথৱায়সু কনবা ঙম্লোই, নহাক্কী ৱাশকসু ঙাকপা ঙম্নরোই অদুনা কনাগুম্বা নুপা অমগী শামু হকচাংনা লালোয় অতোম্বগী মহুৎ শিনবা য়াগনি, তৌবতবু লালোয় অতোম্বগী অশেংবা ঈ খুজোক অমদি পীবিয়ু'। সুজাগী ৱাফমসি পুরেম্বনা য়াবদুনা মরূপ অনীমক পুরেম্বগী ময়ূমদা হল্লক্তুনা ঈরু - মায়থজরগা চামিন- থকমিন্নরে। লালোয় অতোম্বসু কিনা কিনা চাবা থকপা য়াওবরে। চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা পুরেম্বা মশামক লালোয় অতোম্বগী মহুৎ- মরেং শিন্দুনা থাংজিংদা শরেন চনবদা লেপ্পরে। লালোয় অতোম্বনা পুরেম্ববু শরেন চনবগী মহুৎ মশামক শরেন চনবিয়ু হায়জখি। হায়দোকখিবা ৱা হোংবা য়াদবা পুরেম্বনা য়াবা কৌবা লৈখিদে। মতাংসিদা থাংজিংদা শরেন চনবগী ৱাফম অমা য়াওরিবসিনা অঙনবা মতমদা মণিপুর সমাজদা মীবু বলি তৌদুনা লাইদা পুজা তৌবগী চৎনবী অমা লৈরম্বা হায়বগী ৱাহং অমা

লাকই। লালোয় অতোনবগী মশাদগী ঈখেং খূজোক অমা সুজানা লৌরগা মচানুপা খূচুপ চরময়াই / চৈমিয়াংগী লৱায় কোয়রেলথক্তা চাইথদুনা মহাক্কী ৱাশক ঙাকখ্রে। সুজানা পুরেম্ববু মঙক্তা থাংনা লেন্দুনা থাংজিংদা শরেন চনবগী মহুৎ পুরেম্বগী মিরেলদা থাং থাদুনা শরেন চনখ্রে। পুরেম্বা নোংম-নোংমগী হকচাং শোন্থরক্লে। সুজানা য়াইস্কুল লালোয় অতোম্বদা মহাক্কী মচানুপা চৈ মিয়াং ফৈনা শিন্নরগা লালোয় অতোম্বনা ফৈনা লৌই হায়দুনা পুবেম্বনা অঙাং অদুগী মমিং ফৈরোইজাম্বা / ফৈরোইচানবা থোল্লে। পুরেম্বনা মচানিঙোল খম্নুবু ফৈরোইজাম্বদা থাজবগা লোয়ননা লালোয় অতোম্ববু মোইরাংদা লৈফম অমা পীবিনবা অদুগা কোনুংদা মফম নাইহন্নবা থৌদাসু সুজাদা শিন্নরে। মসিদা সুজা হায়রিবসি সুজা নত্তে থোংলেননি হায়না হায়নবসু য়াওরি। মদুনসু মরম চায় মরমদি শাইওনগী ৱাবীদা থোংলেন অমদি পুরেম্বা চহী লোঙ্গা ওইনা তৌবা মমান্নবা ওইনা উৎলি। সুজা ওইবা তারবদি থোংলেন অসি পুরেম্বগী মচাগী লোঙ্গা ওইগদৌরি।

পুরেম্বগী থৱায়বু থোংলেননা নুঙ্গোইবীদা লালু চনশিনখিবদগী পুরেম্বা শিখিবনি। বরমনিগী মতুংইন্নদি পুরেম্বনা ঙাংখলৈমা লৌরবা মতুংদা খম্নু পোক্কনা চহী তবেৎ শুরকপদা খম্বা পোকই। পুরেম্বনা মচানুপা পোকপগী হরাওমনখিদুনা কনাসু তাক্লমদনা নৎত্রগা নিংথৌগী অয়াবা লৌরগা শাবাউ-লানবাউ চেন্নবদা য়ৈন্নবা পুংজাওবু মখূৎমক্লা য়ৈরুবদগী শাওরবা থোংলেননা পুরেম্ববু ময়াম মমাঙদা 'লালে' হায়জহন্নবগীদমক নুঙ্গোইবীদা লালু চনখিবনি হায়রি। মদুদা চাউবদি কোনুং কারক্লগা নোক্কনা হনখি হায়রি। পুরেম্বগী থৱায়বু নুঙ্গোইবীদা লালু চনখিবা থা অনী ফারকপদা খঙহৌদনা পুরেম্বা অনা লোয়রকখি। মতমদুদা পুরেম্বনা মতাও থোংলেননা হায়খিবা ৱাফমদু নীংশিংলকখি। পাউ তাবদুনা কবুই শলাং মাইবা লাক্কনা ফমদা অনা লোয়নদুনা লৈববা পুরেম্বগী মথৱায়বু অথেংবা অহিং তাংলৌদা লালু চনখ্রবা য়াইবী থৱায় মঙাবু কৌবকপদা থোঙ্গাল লানশিল্লকউ হায়বা য়াখিদ্রে। শলাং মাইবনা মথৱায় ৱাবদুনা মতাও পুরেম্বদা থোংলেনগী মফমদা লাল্লে হায়জদুনা মশাগী মথৱায় কন্নবা হোৎনৌ হায়বদা পুরেম্বনা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। নুপা ওইনা পোকপা মপোক্তা মশানা লাল্লে খঙনা খঙনা তৌরুবা থবক্কীদমক মীঙোন্দা 'লাল্লে' হায়জবা পামখিদে। অমরোমদসু মীওইবা হায়বসি অশিবা মচানি পোক্লবদি অমুক শিবা তাবনি হায়না শিখাং খাংদুনা লৈখি। শলাং মাইবনা থেম্বদা য়াদ্রবদুদদি মদু ওইরবদি থোংলেননা হান্না নুঙ্গোইবীদা শরেন চনখ্রবসু পরেম্বনসু থোংলেনগী মথৱায় মমি ফাদুনা শরেন চল্লবদি মখোয় অনীমক শিমিন্নগদবনি হায়বদসু য়াবা তৌখিদে। মখোয় অনীমক শিমিন্নখিবা তারবদি লল্লোন্নবা লৈবাকশিংনা লান্দাবকপদা মোইরাংবু কনবা ঙল্লোই। অদুনা মবৈবাক্কী মনীংতম্বা মতম কুইনগী ঙাক-শেন্নবগীদমক পুরেম্বনা থোংলেন কোন্নদনা মতোমতা শিজখি। করিগুম্বা নহাক্লা

পাম্লবদি মতাও থোংলেন্দা হায়জরগা মহাক্কী মথৱায় কঞ্জবা য়ারম্বনি মদুসু মহাক তৌখিদ্রে। পুরেম্বনা থোংলেনগী মফমদা হায়জবা পামখিদবা অদুগা থোংলেননসু 'লালে' হায়জদ্রিবমখৈ পুরেম্ববু ঙাকপিখিদবসি মনুংদা থরুম অমা লৈনখিবা মল্লি।

পুরেম্বনা ঙন্না শিখিবসি মূংয়াম চাউবগী পুক্সি মতেক লোইরকপগীরা হায়বসিসু ৱাহং ওইনা লৈহৌরবনি। অদুনা হেলোয় অতোম্বীনা মহাক্কী ৱাশক থুংলদুনা কনামতদা হায়রমদনা হনখিবনি। ঙাংখলৈমা শিখিব্রা নৎত্রগা হনখিব্রা হায়বগী ৱাহংসি থোইদোক্লা মরু ওইদে মরমদি তাইবঙ পুক্সি লোইদুনা চৎখিবসু শিবনি, মীওইবগী মপোক্তি পুক্সি লোইরগা শি অসিখক্তনি। ৱাফম অমনা ঙাংখলৈমা পুরেম্বনা শিরবা মতুংদা মতোমতা মাঙখিবনি হায়বসিনি। মসিগা মরী লৈনরিবা ৱাফম্না অদুঙৈ মচেম তরুক্লা মনাওনুপী অতোম্বীবু থল্লম্বা মতমদা মূংয়াম চাউবগী পুক্সি লোইবগা হল্লক্কুনা মচীন- মনাও লাইরুপ্তা পুনশি হায়নখিবা অদুনি। অদুবু মূংয়াম চাউবনা মহাকপু লংথোক্কুনা চৎখিবদগী মতোমতা শিরবা মতুংদা হেলোয় অতোম্বীনা পুবেম্বনা চাওবা মপূং ফারকপা ফাওবগী চহী কুনগী মতম অমা ঙাইবা তাখি। মতুংদা পুবেম্বনা মথৱায় থাববা মতুং নুমিৎ নিপালনি নৎত্রগা থা অহুম লৈরগা মচেম তরুক্লা শিন্নরম্বা থৌদাং লোইরক্লবদা তাইবঙপান থাদোক্কুনা লাইরুপ্তা তিনখি। মূংয়াম চাউবনা মহাকপু থাদোক্লম্বা মতমদুদদি মহাক্কী থৌদাং মপূং ফানা লোইদ্রি মরমদি মূংয়াম চাউবদি মহাক্কী শাপ্তগী শিখিবনি। মহাক্কী মথৱায়না পুরেম্বা ওইনা পোক্লক্কুনা পুক্সি লোইখিবা ফাওবদা মহাক্কী থৌদাং লোইদ্রি।

চয়েনরিবা ৱাফম অমদি ফৈরোইজাম্বসি পুরেম্বগী মমাঙগী মপোক মূংয়াম চাউবনা শোরারেনগী মচানুপী অতোম্বী অরাইলৈমা পান্নরগা পোকখিবনি হায়বা অমা, চাউবগী অশেংবা মচানি হায়বা অমা অমদি সুজাগী মচানি হায়বা অমা। ফৈরোইজাম্বসি থোংলেন, মূংয়াম চাউবা অমদি চাউবা নোংথোন কনাগী মচানো ? মান্নবিবা অমত্তংদি ফৈরোইজাম্বসি থোংলেন অমদি কৈশিংতোম্বী/কৈজেংতোম্বীগী মচাবু ওইরবসু মূংয়াম চাউবা অমদি অরাইলৈমগী মচাবু ওইববসু চাউবগী অশেংবা মচামক্তি নৎত্রে। চাওবসি ময়ুম- মকৈ পানবগী ৱাফম কাব্যসিদা থেংনদে। পুরেম্বগী মমাঙগী মপোক মূংয়াম চাউবা অমদি অরাইলৈমনা ফৈরোইজাম্বা পোকখিবনি হায়বসি অচুম্বা ওইবা তারবদি পুবেম্বা পোক্লিঙৈদা ফৈরোইজাম্বা হান্না পোকখ্রে। অদুনা পুরেম্বদগী ফৈরোইজাম্বনা হনবা তারক্লি। মতাও পুরেম্বনা হায়জরম্বা মতুংইন্না থোংলেননা মোইরাং নিংথৌদা হায়জদুনা লালোয় অতোম্ববু ফুবালাদা হাংদুনা লৈরিবা কৈ পান্নবগী ফম হাপ্লিরে। চাউবনা ফুবালাদা লৈরিঙৈ মতমসিদা লু কায়বা চৎপদা অঙাং অমা তারম্বা থেংনরুবদগী ফৈনা পমদুনা

পুরক্লগা য়োকখি হায়বগী ফৈরোইজাম্বা কৌখিবনি। হায়রিবা মতমসিদা চাউবা মোইরাংদা লৈবাক্কী ফম্নাইবা ওইদ্রি। ৱাফমসিনা চুম্লবদি ফৈরোইজাম্বা খম্নুগী মপাগী মথক্কী অহলনি, চাউবসু পুরেম্বগী মপাগী লোননি, মরূপ মপাং ওইবগী চহী মতাং নত্তে। নংত্রবদি ফৈবোইজাম্বসি অরাইলৈমগী সিয়োম্নুংদা চহী কুন নাওপুহন্দুনা লৈবদা তাই।

পুরেম্ববু থম্মোয় শেংনা নুংশিজখিবা অমদি মহাক্কী ফনবা খনখিবা, মতম পুম্নমক্তা অৱা- অনা থিদনা মহাক্কীদমক চোংথোকখিবা মীশক অমদি কবুই শলাং মাইবনি। কবুই শলাং মাইবা হায়বসি মীতৈশিংনা থোনবা মিংনি। কবুইশিংনা 'পাপু' কৌই। কবুই হায়বিবা জাতি অসি মখেল কৌবা মফমদগী নুং অমগী মখাদগী হৌরকখিবনি হায়না থাজনৈ। মখেল হায়বসি ইম্ফালগী খা- নোংচুপ থংবদা লৈবা মাওগী অদুৱ ইদনি। কবুইশিংসি অহানবদা রোংমৈ কৌরম্মী। কবুই হায়বসিদি বৃটিশকী মতমদা কৌখিবনি। কবুইশিংনা শলাং মাইবা হায়বসি তশেংনা হিংলম্বা চরিত্র অমনি হায়না লৌবগা লোয়ননা কবুই ধর্ম্ম সভা, মণিপুরনা শিন্দুনা চহী অমা চুপ্পা চথগদবা কবুই শলাং মাইবগী চহী লীশিং অমা শুরকপগী নীংশিং থৌরম লোয়ননা খন্ন নৈনবগী থৌরম ফাওবা পাংথোকখ্রে । শলাং খুন হায়বসি লমাংদোং, বিষ্ণুপুর মনাক্তা লৈরো তিংপুই হায়বা খুলসিনি । শলাং মাইবা হায়বসি মণিপুরগী চীং অমদি তম অনীমক্তা মাইবগী থবক্তা মমিং য়াম্না চংখিবা মীশক্নি। থবকসিদা মহাক্না হৈবসি পোলোয়দ্রিবা অশিবা মীগী হকচাংদা মথৱায় কৌশিল্লগা হাপ্তুনা হিঙ্গৎহনবা ঙম্বগী মন্ত্র ফাওবা হৈরম্মী। মহাকপু লাইগী শক্তি চেনবা মীশক অমা ওইনা খন্নৈ ! মহাক্না অশিবগী থৱায় মিরেনবু লাইগা তায়নদুনা কৌরগা পুবক্তুনা অশিবা মী হিঙ্গৎহনবা ঙম্মী হায়নৈ । মসিদসু নত্তনা মহাক্না ঈবং অমদি বরাক্লচিংবা লানবদা লাইরেল হাৎখিবগী অঙকপা ৱাবী কয়ামরুম লৈ । মহাক্কী চান্নজববা মরূপতি পুরেম্বনি । পুরেম্বনা শলাং খুন্দা লোইপোৎ থৌবা লাকপদা মহাক্কী মতীক- মথৌনা উবদগী কবুই শলাং মাইবনা অপেনবা পোক্তুনা মতাও শান্নখি । ইকোপ্পা য়াবেক্লম্বা চীংঙু লাইশা অঙৌবা ঙারা পুংদোংবা কৌবা কাওগা লাঙনুবী ষণবীগা অনীনা খুমন য়াংবীদা লৈমিন্নরগা পোকপা ঙাংবা কৌবা ষণনা শলাংথেনগী হৈকোল- লৈকোল কয়া নৈখায়দুনা মাঙহল্লে । ষণ অদুবু কিবদগী খুঞ্জাশিংনা করি তৌবা ঙম্নদ্রে, ময়ূম ময়ূমদগী মপান ফাওবা থোক্লবা ঙম্নরক্তে । শলাং নিংথৌনা পুরেম্বদা ষণ অদু ফারগা মোইরাংদা পুরগা য়োব-চরুরো হায়জরবদা পুরেম্বদা ষণ অদু ফাদুনা শলাং মাইবগী অৱাবা কোকহনখি । অনাল নান্দো খুনগী নিংথৌগী নাইতোম পোকচবী মশক- মতৌ ফজবদা শীংথানরিবী সোম্নু লৈমবু শলাং মাইবনা য়াম্নমক পামজরম্মী । অদুবু মবুং তরেৎ অমদি মপা নিংথৌ কিবদগী করিসু পাঙ্গল থোক্তনা মৈচাক খাঙদুনা লৈরিবদু পুরেম্বনা তারদুনা শলাং মাইববু পুরগা সোম্নু নিংথৌগী নাক্তা লাক্তুনা মচানুপীবু

শলাং নিংথৌদা থাজবিয়ু হায়ররে। সোম্বু নিংথৌনা য়ারক্ত্রবদা পুরেম্বনা লাপ্লেংনদুনা মায়থীবা পীরগা সোম্বু লৈমবু পুরক্কুনা শলাং নিংথৌগী তালোয়শীংদা চনহন্দুনা শলাং লৈমা হায়নসু মমিং থোনবিরে। মদুদা পেল্লদুনা শলাং মাইবনা মহাক্কী চেকশিন্না থমজবা হৈথুম কোল্লা হৌবা ফজরবা হৈকোল অনী পুরেম্বদা পীথোকখি। তুংকোয়নসু মরূপ মপাং ওইবগী মরী তৎনদনা লৈনখি। শলাং মাইবনা পুরেম্বগী মফমদা করিগুম্বা অৱাবা অমা তাবগী পাউ ফংবগা চেল্লক্কুনা মতেং পাংলৈ।

পুরেম্বদগী হেন্দোক্কুনা পুরেম্বনা মশাগী ৱাশক ঙাকপদা অমং য়াইথোং কুমখিবা অমদি ঙাংখলৈমনা থাবা মমৈ ৱায়খ্রবা ফাওবদা পীক্লা লংথোক্লম্লবা খম্বা খম্নু মচীন- মৌপ্পাবু কবুই শলাং মাইবনা চহী কুন চূপ্পা চাওনবা নাওয়োক- নাওকোনবিরকখি। চাওবা মপূং ফারক্লবা মতমদা মচাশিংগী মপূক্লিং খঙনা মোইরাংদা থিনবিবকখি। মোইবাং খোবী কৈথেলদা খম্ববু শামু খোঙয়েৎপদা অশিবগা পাংখক্লনা তাদুনা লৈবদু শলাং মাইবগী মমঙদা ফাওবকপদগী মোইরাং তম্লা চেল্লকই। খম্বগী থৱাযনা চৎফম খঙদনা যুমগী হুমদাং মবক্তা কুফেৎ- কাফেৎ ঙান্দুনা লৈবম্বদগী শলাং মাইবনা খম্বগী হকচাংদা মফম চানা কৌশিন্দুনা হাপচিনবদগী খম্বা হিঙ্গৎলকপনি হায়। মসি নত্তবা অমনা খম্ববু শামু খোঙযেৎকদৌবে হায়বসি শলাং মাইবনা মাঙজৌননা খঙবদগী মোইরাংদা চেল্লক্কুনা খম্বগী মথৱায় কনখিবনি হায়রি।

মোইরাং নিংথৌনা অঙম- অথৌশিংগা লোয়ননা শাদানবা চৎপদা য়ারৌ শাবম থৎন্নবা কবো শেনবী কদাংখোংদা মৈ থারুবদগী নুংশিৎ মাইবম থোক্কুনা মৈরীনা শন্দোকখিদুনা কবোগী পূক্কে- লঙ্গৈ তূম্লা মৈ চাকখি। কবো নিংথৌ তুমুরাকপনা শাওবনা মৈচ্রাং পাইদুনা মোইরাংগী কোনুংদা লাক্কুনা মৈ চাকখ্রবা মখোয়গী পূক্কে- লঙ্গৈ শিংঙু হায়রে। মোইবাং নিংথৌ অমসুং অঙম- অথৌ য়াওনা ময়াম তৌফম খঙদনা লৈনবে। তাঞ্জাসিদা ফুবালাদগী কোনুংদা চেঙ থিঙ্গৎলকপা চাউবনা থেংনরুবদগী নৎত্রগা লৈবাক্কী ফম্লাইবশিংবু মবুধি য়াওদে হায়না থওই-উশিত্তনা চৈরুবদগী ওইববসু নিংথৌগী মফমদা হঙ্গৎচরগা কবো নিংথৌগা ঙমদায়নবকই। কবো মখোয়গী চাকখিবা লন- থুম পূম্বা শিংগনি তৌবতবু সনা লুপা খোমজিনবদা মতম খবা চঙ্গদবা লৈবনা চয়োল মবিদংগী মতম ঙাইবিয়ু হায়রে। কবো নিংথৌনা ৱাফমদু য়াবদুনা মরমদা হনখি। চাউবনা মোইরাং নিংথৌদা হায়দুনা শঙশাং তরেৎ শাহল্লে। অদুগা উপু পরেং শঙশাং থুংনা থম্লে। উপু পরেংগী মমাঙথংবা উপু মঙা তবুক্তা চোয়নৌ সনা থন্না হাপচিল্লে। মতৌদুগুম্লা ওয়থংবা পরেংগী উপুদা লুপা থন্না হাপচিল্লে। অতৈ লেমহৌরিবা উপুশিংদনা লৈঙোই থন্না হাপ্সিল্লে। অদুগা মোইরাংগী নুপামখৈ হুপ্পা মশা মশাগী কৈদগী অরৈবা ফৌমখৈ লোক্তাক

তোবর্বান্দা হোন্দোক্লগা নুপীমখৈনা খোর্দাক অমদি লোক্তাক্তা ফৌহাম খপথহল্লে। তাওথবী ময়ামসু ঈশিং ঈয়ায়দা চাইখায়রে। চাউবনা নিংথৌদা কবো নিংথৌনা লাক্কদবা নুমিৎ অদুমতংগী ওইনা ফম্লাইবা ওইহনবিয়ু কবো নিংথৌনা ঙাংনবদা লায়না লৌখিদনবা হায়না হায়জরে। নিংথৌনা অপাম্বা ফম ফংজৌ তাকপিরবদা চাউবনা 'নোংথোনফম' পাম্মী হঙ্গৎচরে। নিংথৌনা য়াবিবা মতুংইন্না নোংথেনফমগা মান্নবা ফিজেৎ-লৈতেং শেৎ- চারদুনা কবো নিংথৌনা লাকপা ঙাইদুনা লৈরে। হায়নখিবা নুমিৎ মশীং শুরদুনা কবো নিংথৌ তুমুবাকপনা সনা লুপা লৌবা মনাইশিংগা লোয়ননা থুংলরে। চাউবনা সনা লুপা থন্না য়াওবা উপু খরদু হাংদোক্কুনা য়েংহল্লে। তুমুরাকপনা পেনবিরদুনা মতম থেংখিনবনি মখা তানা য়েংদ্রবসু য়ারে হায়রে।

চাউবনা তুমুরাকপবু লোক্তাক খোংবান, খোর্দ্দাক্কী ঈচিন্দা পুদুনা চৎলগা লোক্তাক্তা তাওরিবা ফৌহাম অমদি তাওথবীগী চরু ময়ামদু য়েংহল্লে। অদুগা হায়রকই ' কবোদগী চেন্থরকপা ঈশিংনা মোইরাংদা ঈশিং চাওদুনা অমাঙ অতা থোকহনবসি চহী অনী অহুম কাংদননি। অদুগা মোইরাং শাদানবদা শারম থৎন্নবা থাবা মৈনা শন্দোকখিদুনা কবোদা অমাঙ- অতা থোকহনবদি হন্দক্তনি। মমাঙদসু থোকখিদ্রি, মতুংদসু থোকহল্লোই। অদুগা মৈ-ঈশিং হায়বসিদি মীওইবনা থিংবা ঙম্বসু নত্তে, অদুনা অনীসিদি লমন থৌনগনুশি হায়রে। মোইরাংদা ঈশিং ঈচাওনা মাঙহন- তাকহনখিবা ময়ামদু শিংঙ্গু হায়রক্লদ্রা চিংনদুনা তুমুরাকপনা লন- থুম, অমাঙ- অতা তোক্লরসি হায়রক্লে। চাউবনা তুমুবাকপদা হায় তোক্লরসি হায়রবদি কবোনা মোইরাংদা লোইপোৎ কাবিবা তাই, কাগদবা কাঙ্গৎনা কাব্রং লংগোন কুন্থ্রাগা সনা ৱাইখু তরাগা পীগদবনি। কুম কয়াগী মাঙখি- তাকখিবা ময়ামদু শীংগদবগী শরুক কাঙ্গৎ কাবনা ফরে খল্লদুনা তুমুরাকপনা কাঙ্গৎ পীবদা য়ারম্লগা হনখি। ৱারী খজিক থেন্নবা মওংদা ফংবদনা চাউবনা কবোগী নিংথৌগা ঙমদায়নবা অসি কবোদা চৎলগা পাংথোক্লবনি হায়বসিনি।

চাউবগী মতীক- মথৌনাদা লৈবাক নিংথৌনা থাগৎনরে। থোংলেননা মতাং চানা নিংথৌদা খুকমজদুনা চাউববু মশক নাইবা ফমথোন অমা পীবিয়ু হায়না নীজরে। নিংথৌনা পেনবিদুনা চাউবা মশানা পামজবা ফম হায়য়ু হায়বদা চাউবনা হাংদুনা লৈরিবা নোংথোন ফম পামই হায়না হায়রবদা নিংথৌনা নোংথোনফম থিন্দোক্লে। মমিংসু লালোয় অতোম্বা হায়রম্বদগী 'চাউবা' হায়না নৌনা থোনবিরে। মতাও পুরেম্বনা থোংলেনগী মফমদা শিন্নরম্বা থৌদাং পাংথোক্লে। নোংমতগী নোংথোন ফম পুরম্বদু মতম চূপ্পগী নোংথোনবা ওইখ্রে। চাউবা নোংথোনগী মতীক- মগুণবু অশৈবশিংনা

শৈথারকপদা 'কেগে চাউবা নোংথোনবা, মোইরাং চাউবা লূৱাংশু, লূদগীনা ঙানপলূ, খাউদগীনা ঙবোংখাউ, হৈয়ু মনুং শঙদরি, মহুই ময়েন্নি লাইগী, ককৱাই ফবা নুপানি, হায়বা ৱাইহেশিংসি হায়দুনা শীংথাই । মশাগী হৈ- শিংবা অমদি মঙক য়োন্দুনা চাউবা নোংথোন ফম কাখি । চাউবগী পুন্সি অমদি হৈ- শিংবগী ৱারী লোইবা নাইদে । চাউবগী ৱায়েন- তাইবঙ মীওইবগী চৎনরোলদগী ৱাখল লৌশিংনা তৌবা বিচারনি । থোংলেনগী ৱায়েন্না লাইগী অমদি কন-থৌবনা তৌবনি, বুধিনা তৌবা বিচার নত্তে । মহাক্কী বিচারদদি মোইরাং নিংথৌসু মরাল লৈ মরমদি মচানিঙোলসু নত্তবা থোইবীবু মচা শাদুনা খম্বদা থাজরুবগী, ৱাঙ্গোন নিংথৌসু মরাল লৈ মচা নিঙোলবু নুপা অনীদা মীশক হোংনা থাজবগী, খম্বসু লাল্লি থোইবীনা য়ারি হায়দুনা নুংশি পামজরুবগী নিঙোলগী মপানা য়াদে খঙনা খঙদনা, নোংবানগী মরালনা নিঙোল মশানা য়াদে খঙনা পামজরুবগী, থোংলেন মশা অমদি চাউবসু মরাল লৈ মীগী মচা নিঙোল থাজবদা মথৌ নত্তনা মথৌ শাদুনা য়াওশিল্লুবগী অদুনা থোংলেনগী ৱায়েলদি খোইরেন্তাক্কী লময়ায়দা চাক্তারিবা পাম্বা কৈরেলবু খম্বা নোংবান থাজিন্দুনা ফাহনবা । অঙম্বনা থোইবী লৌবা, ঙমদবনা পাম্বা কৈরেলগী য়াখোঙদা মথৱায় মাঙবনি । মহাক্তি মীওইবগী কনবা থৌবদা থাজবা মীশক্লি ।

খম্ববু শামু খোঙদা য়েত্তুনা শিবা মচেৎ খাক্লা ওৎ- নৈরম্বগী ফৈরোইজাম্বনা মশেন খম্ববু পোদুনা চৈরাপ্তা পুখৎলক্লগা ৱাকৎলৈ। অঙনবা অয়ূক ওইবনা চাউবা নোংথোন অমদি ৱাঙ্গোন নিংথৌ অনী নত্তনা কন্নাসু লোয়শঙ কানরক্ত্রি । ফৈরোইজাম্বনা মশেন খম্ববু হাৎকে তৌরম্বগী অচুম্বা ৱায়েন তৌবিনবা অহুম্লক হন্না লাওরবসু ৱাঙ্গোন নিংথৌনা পাউখুম অমত্তা পীরক্ত্রবদা চাউবনা খুম্লকই । 'মচাগী ৱাকৎপু অচুম্বনি হায়দুনসু মপানা লৌবা য়াব্রা ? নঙনা অতৈ ফম্বদৌনা উরিবদুদি মী নত্তে, শুনু তৈবা ফক্লাংদা ঙাবা মচু শঙবা কংলাগী য়ূম্বীনি; অমরোমদা মপা থোংলেন মপন চাউবা নোংথোন অমদি ফৈরোইজাম্বা নঙ অমগা হিংলিঙৈদা মশেনগী য়াইবী তেমশীংনবদি লায়রি মতু তূবুম অমফাও শোক্লগদবা মীদি কেগে মোইরাং লৈবাক্তা মরু ইহুন তমদ্রি, মপা ফাওবা পোক্ত্রি, নৱা লৌবা য়াদে চৎস্ত্রো'। চাউবগী অনাবা মচীন ফাংবা করেম্লবগী ৱাঙাং তাবদা চীংখুবা খাঙবা ঙমদনা ফিঙ্গৎলকই 'করি চাউবা মপুনা খরা চাল্লগা নচীন-নয়া হেনবদি ৱারক-ৱাতেম ঙম্বা মনাও ইবুংঙো চীংখু তেলহৈবা হিংলি কাওবোইনা'। চাউবসু মৈদা নেত্তুনা পাউখুম পীরকই ' মপুনা মপু ওইবগী থবক তৌরক্ত্রবদা করি থৌগল্লোন উৎকনি হায়বা ফম্নাইবা চাউবসু খঙজৈ অদুগা চাউবসু হিংলি'। য়েৎনবা মখা চত্থরকই 'করি চাউবা, কৈমচা লোইমচা নঙ্গন্দা তারা চেংকোক পুবগী চেঙনম কোক্ত্রিবা, নরেংবান্দা নোইনি থুমপোৎ পুবগী পোৎপু মমি লৈরিবা

মীনায়মচা নঙ অঙাং ওন্নিংব্রা'? শাওবদা লুতোন য়ৌরবা চাউবসু খুম্লকই ' মীনায় ঐনা থোনবা মমল য়াম্লবা কব্রং মুক্বী মুকানা শাবা চরৈ নমথাং নিংথৌ নচীন-ননাওদা নত্তনা লৈমশিং ফাওবা শেৎ-চাদুনা মীমাঙদা ইকায়বা ঙাকপিরিবদু খক কাওবিগনু ব্রাঙ্গোন নিংথৌ। অদুগা ননাইনা পায়জরিবা থাঙ অসিসু ফজনবা পায়বা নত্তে, মপুগী তুংইন্না থৌগল ফংবদা মতীক মপা চারবা হুয়েন থাঙকক শোয়দবা ইনিংথৌনা পীবা মনা থাঙনি' । অসুম্না মপু-মনাই ফিঙ্গৎনরক্তুনা নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লদুনা ব্রাকৎনরবে । নিংথৌনা ব্রায়েন বিচার চত্থনবা সনাবুধি তৌখি ।

খম্ববু শামু খোঙয়েত্তুনা শিবা চঙবা খঙদনা লৈরে হায়বা পাউ হেক ফংবগা থোংলেননা মনাই-মশন খোমদুনা লানগী থৌরাং লোইখ্রে । মুবা মেরা মনাই অনীনা মতুং ইন্দুনা মমৈ মনা কক্লবা লূব্রাং হুইজাও মবিনা মাঙ থারদুনা লাঙ্গোই শগোল খোঙদাংবা তোংদুনা হুইয়েল লাল্লাও লাওর-লাওরদুনা কংলা তম্না ফুগৎলক্লে । অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎকী মাঙ থাদুনা লমজাওখোন্না চাকপা থাম্বী মৈজাওনা পাইশিল্লকপা নৎত্রগা ফুজিল্লকপগুম হাইগৎলক্লে । থোংলেনগী শাবাউ লানবাউ তাবদা মীয়াম পূম্নমক কায়দুনা চেন্নরে । থোংলেননা লংলকপা অরাম্বাইনা কংলাগী থোঙজিন্দা যূংলবে । থোংলেনগী অপনবা লৈতনা চঙশিল্লকপা লানগী লানওং উবদা কংলা মনুংদা কনামত্তা ফম্বা ঙম্নরক্তুদুনা ফূক ফূক হৌগৎনরক্লে । নিংথৌনা মবুধি চঙখোনবা চাউবদা লান খাম্বীয়ু হায়রকই । চাউবনা খুম্লকই 'অহল ওইরবা চাউবনা থোংলেনগী লান খাম্বা ইতিক নত্তে । মনাওইবুংগো শাদা-লান্দা থৌবা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ লৈরি চিংনবিগনু '। চাউবগী কবেম্লবা ব্রাঙাংসিদা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ চঙ ফংনা তৌবমখৈ চোপ্পা ফংখি । মোইবাং নিংথৌগী অব্রাবা য়েংবা ঙমদ্রদুনা চাউবনা থোংলেনগী অশাওবা নেমথহন্নবা ফৈরোইজাম্ববু খম্বা শাদুনা পুথোক্লে । থোংলেননা শাওবা ফরবদা অশেংবা ব্রারম পূম্নমক তশেংনা খঙহল্লে । মোইরাং নিংথৌনা মূক্লরিদু তায়শিন্নবা য়াম্না হৈ-শিংনা শিন্দুনা শামু খোঙয়েৎপগী কংলা বিচাবগী থৌদাং থোংলেন অমদি চাউবদা শিন্নরে। থোংলেননা মনাই মুবা মেরাদা লূব্রাং হুইজাও পুদুনা নোংবান থিকনবা য়াথং পীদুনা থাখ্রে । থোংলেনগী মনাইশিংনা হুইজাওশিংগা লোয়ননা লোংউপ তান্দুনা থিরকপদা তৌজেন পোকপী লাই থম্বালগী তুখুন্দা তৌরাং মরক্তা লোত্তুনা লৈবম্বা নোংবানবু ফারগা কংলাদা পুরক্লে । চাউবনা কংলা বিচারগী অরোইবা ব্রায়েন লাওথোক্লে। খম্বনা শিবা তারবদি ব্রাঙ্গোন নিংথৌ অমসুং নোংবানবু অঙাং ওলহনবা, খম্ববু লায়কননবা থোইবীবু খম্বগী ময়ূমদা থাবা, ব্রাঙ্গোন নিংথৌবু ময়ূমদগী হেন্দোকহন্দনা থম্বা, ফত্তবা নোংবানবুনা কৈশুমশঙদা কুরাউ হংলাল চন্দুনা থম্বা, খম্বনা কংলা কাবা ঙম্বা নুমিত্তা মখোয়বুসু কংলা কাহনবা, নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা নিংথৌগী খোঙনেৎশা পুথোক্তুনা

শামু খোঙয়েৎপগী তখেল শারুংহনবগী লৌচা কক্তুনা লাল্লুপ পুহনবা অসুম্না কংলা ৱায়েন লোইশিনখি ।

থোংলেন মহাভারতকী ভীস্মগা পাংখক্লি । থোংলেননা শিখিব মওংসিসু চয়েৎনবা কয়া লৈরি । থোংলেনবু হাৎখিবসি খুমন মচা হাওরোং খোম্বা, খম্নুগী মচা নৎত্রগা নোংবানগী তালোয় অতোম্বীগী মচা নাঙ্গং য়াংবা শারাবনি হায়রি । থোংলেননা নোংমা লোক্তাক মপান্দা শাবল লময়েংবা চখোরকপদা খুমন মচা থোকপা কৌবা অমা থেংনরদুনা চায়নসি হৌই । থোকপনা কিরদুনা নেখিনবা তৌরকপদা থোংলেন কবিগুম্বা চেনবা তারবদি হাৎকনি হায়না কিহল্লি অদুগা তা লংদুনা চায়নসি হায়খি । মখোয় অনী তা লংনবদা থোংলেননা থোকপবু তা হান্না লংহনখি । থোকপনা লংলকপা তানা থোংলেনগী খোংবীদা পানবদগী থোংলেননা মশামক্কী খৃৎশু থাঙলেনবু থোকপদা পীদুনা মঙক ককহনখি । অতোপ্পা অমদনা খম্নুগী মচা নাঙ্গং য়াংবা শারাবনা মমাগী নাহোং মনুংদগী লাঙ্গোমগী তেঞ্জেনা মীৎ নহাদা কাপ্তুনা থোংলেন হাৎখি । পৃমতোপ তোপ্পা অমদনা নোংবানগী নুপী অতোম্বীগী মচা নাঙ্গং শাংবা শাৱাবনা হাৎখি।, অসুম্না থোংলেন শিখি । থোংলেন শিবগী মতাংদা চয়েৎনবা খরা লৈরবসু মহাক খুমন মচা অমগী মখৃত্তা নৎত্রগা অঙোম মচা অমগী মখৃত্তা শিখি হায়বসিদি অচুম্বনি । থোকপদা থাঙ পীদুনা মঙক ককহন্দুনা শিখি হায়বসিনা হেন্না থাজনিংঙায়দি ওই । থোংলেনগী পুন্সি অসিমক মশানা শিংকক শিংথাদুনা মশাগী পুন্সি শেমগৎচরকপনি । মহাক্না শিখিবা অসিমকসু থবক পাংনা পাংনা শিবা হায়বা শিবগী ফজবা মওং অমনি । থৌনা লৈবা মীশক অমনা শিগদবা মওংদুনি । অকিবা য়াওদনা নুপা থোকপা মীশিদা শিখিবনি । মহাক্না শিখিবসি মতম শাংনা মোইরাং শলাইবু অকোয়বগী লৈবাকশিংদগী ঙাক-কন্দুনা থমজরকখিবা মহাক্কী থৌদাং লোইরবগুম্বনি, মহাক শিবা য়ারবনি । মহাক শিবদা মোইরাং শলাইগী ওইনদি সনাগী যৃম্বী অহুমগী মনুংদা অনীশুব যৃম্বী তেকখ্রবনি । অহানবা যৃম্বীদু পুরেম্বনা ওইরম্বনি । হৌজিক মোইরাংদা চাউবা মতোমতা ঙায়হৌরে অহুমশুবা যৃম্বী ওইনা লৈহৌরিবসি । অদুবু খম্বা থোইবীগী শাইওনসিদা খম্বা থোইবীনা শিখ্রবা মতুংদা থোংলেননা শিখিবা অসিদগী ৱারীসি মখা অমুক চত্থরকখিদ্রে । অদুগা মসি অইবা ওইনসু মখা তাবা ৱারী ফংদ্রে । মদুতসু নত্তনা চীম্থাংদা করিগুম্বা ৱারী খবা লৈরমখিগদ্রা হায়বসু থিবদা খঙখিদ্রে ।

# শিনাইদ্রবা নুংশিবা

খম্বা থোইবী লাংওনগী ৱারীদা য়াওরিবা মপূং ওইবা চরিত্রশিংদি—খম্বা, থোইবী অমসুং নোংবাননি । মখোয় অহুমগী মচীন অহুম ফাংবা নুংশিবা অসিদগী ৱারী অসি চত্থরকপনি । কাব্যসিগী নায়ক খুমন খম্বা অসি পুরেম্বা লৌশিয়াংবনা ঙাংখলৈমা পান্নরগা পোকখিবনি । পুরেম্বনা মচানুপা পোক্তবদগী নুংঙাইজদদুনা থাংজিং লাইদা নীজরুবদা থাংজিংনা উমংলাইশিংদা শিন্নরকপদগী নোংপোক নিংথৌনা ঙাংখলৈমগী শিয়োম্নুংদা চঙলগা মিতমদুনা খম্বা পোকখি । খম্বা হায়বসি খম চীংমী কাঙলূপগী নুপা অমনি হায়বসু থেংনৈ। খম চীংমী কাঙলূপ অসি মমৈথংদা খুমন কাঙলূপ্তা চনখি হায়বগী থাজনবা অমসু লৈরি । 'খম্বা' হায়বা মিং অসি কবুই শলাং মাইবনা থোনখিবনি। মিংসি নত্তবা খম্বগী অতৈ মমিংশিংদি—থোংলেননা খম্ববু অহিং নোংয়ায়দা পোকই হায়দুনা 'অমুদোন নোংয়াই' অমদি শাহৌ-শাবান ফজে হায়দুনা পারী 'শাজৌবা', চাউবনা মতোমতা তোপ্পা পোকই হায়দুনা 'তোম্পোক', ঙাংখলৈমনা ফৈরাথক্তা খোল্লাং মায়োক্ন ঙৈদা 'ফৈরা তাঞ্জৌবা' কৌই; মোইরাং নিংথৌনা 'কংলা নিংথৌদা', খুমন নিংথৌনা কাও ফাঙৈদা 'খুমন লৈকোয় নিংথৌবা' হায়নসু থোনবিখি । মচেম খম্নুনদি মচীন-মনাওগী অখম্বনি হায়দুনা 'অখমতোন' মিঙ্গৌজে । খম্বনা থা অহুম ফারকপদা মপা পুরেম্বা লৈখিদ্রে অদুগা পুরেম্বা লৈখিদবা মতুং থা খরা লৈরগা মমা ঙাংখলৈমসু নোঙ্গাখিবনা খম্ববু মচেম খম্নুনা য়াম্না ৱানা চাওনবা য়োক্লকই ।

থোইবী পোকপগী মতাংদা ফংলিবা খেন্নবা মতশিংদি ৱাঙ্গোন নিংথৌগী তালোয়শিং শাবন লমথোকপা কোংবা লময়েংবা চথোরকপদা থাংজিং লাইকোন্দা থাংজিং খুরুম্লগা কুমথরক্নুনা লাইরেন ফিবৌফম য়ৌরকপদা অঙাং অমা থেংনরুরে । 'অঙাংসি ফজেদা' হায়নরিঙৈদা অঙাংদু মাঙথোকখ্রে । অদুগা ঈশিং তুংবা মফম অমদা খেঞ্জোং য়াওদবা থম্বাল অমা শাৎপা উরে । অশাৎপা থম্বাল অদু মনাইশিংনা হেক্লগা চীংঙু থাংজিংদা কৎননবা পীবদা লৈমা অহলনা থম্বালদু মনম নম্লুবা নুমিৎ অদুদগী ইবেম্মগী খোইজিয়াদা থোইবী মীতমদুনা পোক্লকখি । অতোপ্পা ৱাবী অমদনা থেংনরুবা অঙাংদু মাঙখিদে । অঙাংদু মচা পোকচদবী ইবেম্মা য়েংখুরাংবীনা ময়ূমদা পুরক্লগা মৈনিং কুন্দুনা অঙাংদু য়োকখি । লৈবাক মীয়ামদনা মমোম অমা ফুইরে হায়না শন্দোকখি। ৱারী অনীসিদা খেন্নরিবসি থোইবী য়েংখুরাংবীগী মবুকথোক্কী মচানি হায়বা অমা খুল্লক্লগা য়োকখিবনি হায়বা অমা অসিনি । থোইবীবু থাদগী থোইনা নীংথিজে হায়দুনা থাদোইসু

কৌনে । থোইবীগা মতম পূন্নমক্তা থাদোক্লদনা লোয়নরিবা মতারোয়দি শেনুনি । শেনু হায়বী থোইবীগী অচানবী মনাই নুপী অসি য়েংখুরাংবীগীদা লৈবা নাই অমদা ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা মীৎয়েং তারুবদগী মীরোন্দুনা পোকখিবনি । ব্রারী অমদনা শেনু অসি থোইবীনা চহী অহুম শুরকপদা নোংমা শান্নমিন্নদুনা লৈরম্বনি । মমা- মপানা থিরক্তবদগী থোইবীগী লোয়নবী ওইননবা ঈশ্বরনা থারকপনি খন্দুনা তম্পাকয়ুমদা য়োকখি । অতোপ্পা অমদনা থোইবীনা চহী তরেৎ শুরকপা অদুব্রাইদা তম্পাকময়ূম হঞ্জবা কোনুংদা মতম শাংনা কারকখিখে। মরম খিগৎলুবদা মচা- মমৌ লৈখিদ্রবা তম্পাকময়ূম হঞ্জবনা পীক্লা লংথোক্লম্লবা চহী তরেত্তা শুরিবী শেনুবু শেন্নবদা কংলা থৌগাবা ঙমদবনি খঙখি। চীংখু অখুবনা তম্পাকময়ূম হঞ্জবদা শেনুবু পুখৎহল্লক্লগা তম্পাকয়ুমদা থোইবীগা পূন্না য়োকমিন্নখি। শেনুগী মপা মমাগী মমিংনা মায়ঙৌ অমসুং থারিক কৌই হায়। শেনুবু শোরারেনগী মচানিঙোল অতোম্বীনি হায়নসু শীংথানৈ । শেনুগী মমাঙগী মপোক অমদা অকোংজাম্বগী তালোয় অহল থোইবী চাম্বী ওইনা পোকখি । মদুদা থোইবীগী মপোক ওইরিবা ফৌওইবীনা অকোংজাম্বগী মগাইদা হাওনুবী শাদুনা লাক্লগা 'ইতৈ লৈব্রা'? হংলুবদা থোইবী চাম্বীনা শুমচিৎনা কনগে তৌরুবদগী ফৌওইবী লাইরেম্বীনা মপোক অমদা মহাক্কী নাই ওইয়ু হায়খিবা মতুংইন্না শেনু পোক্লকখিবনি । চাওবা শারেপ ফারক্লবা মতমদা শেনুবু থোইবীগী নাই ওইহনখি । থোইবী শেনু মপু-মনাই ওইববসু মীৎকৃপ অমত্তা থাদোক্লবা ঙম্লদবী মতারোয ওইনা লোয়নৈ । মণিপুবীগী ব্রাহৈদা থোইবী হায়বসি ফজবা, চীংলেম্বা, শেংজবা, অখাঙকনবা ময়ামসিগী মথক্তা মনীংতৌবা পূন্নমকসিদা অয়ৌবীনি । মণিপুবী নুপীগী ফজবা শীংথারকপদা 'থোইবী মান্নি' হায়রবদি মখা তানিংঙায় অমুক লৈত্রে । মণিপুবীশিংনা মচানিঙোলশিংবু নুংশিজনা থোইবী কৌজে অদুগা মমা মপাগী মতোমতা পোকচবী মচানিঙোলবুসু থোইবী কৌনৈ । পূন্নমক্তগী পূমহেন হেনবা পূমথোই থোইবদু থোইবীনি । অদুব্ থোইবী কৌবী পূন্নমক থোইবীগুম্না ফজগদবদি লৈতে । থোইবী শেনু মপু-মনাইনা খম্ববু মশক তাক্লবদা 'মানখ্রেদা অচানবী', 'মান্নি ইবেম্মা', ' শেনু নৎত্রনে', ' মান্নি মচাইবেম্মা' ব্রাহৈ খজিক্তদা খঙনৈ ।

খম্লুনা পোক্লবা মতুং চহী তরেৎ লৈরগা খম্বা মিতমখিবনি । খম্বনা ঙাংখলৈমগী শিয়োম্লুংদা লৈরিঙৈগী মতম থা তরা অমগা থারগা খম্লুনা খম্বগী চহী তরেৎকা থা তরাদি হল্লি । খম্বনা পোক্লবা মতুং থা অহুম লৈরগা পুরেম্বা নোংঙ্গাখি অদুগা পুরেম্বনা লৈখিদবা থা মঙা লৈরগা ঙাংখলৈমা লৈখিদবা ওইরবদি মদুগী মতুংদা চাউবা থোংলেননা মচীন-মৌপ্পাবু ময়ুমদা থা অমা য়োক্লবা, লৈকাইনা থা তরুক নাওকোনবা অদুদগী লমজা মচীন-মৌপ্পা অনীনা চাক্কি ফিনিদুনা মোইরাংদা থা তরুক অমগা লৈবা তারবদি মতমদুদা খম্বগী চহী অসি চহী অমগা থা নিপাল শুরে । অদুগা খম্বা খম্লুনা শলাং খুলদা

কবুই শলাং মাইবগীদা চহী কুন অমগা লৈরুরবা অদু ওইরবদি খম্বনা মোইরাংদা হল্লকপসিদা মশাগী চহী কুনমাথোইগা থা নিপাল শুরে। খম্বনা মোইরাংদা হল্লকপা পংকুই কুইদনা থোইবীগা থেংনরুরিবসি ফাইরেন থাদনি। মসিগী মতুংদা খম্বনা চীংদা কাদুনা শীং চনবা, মচেম খম্নুনা মৌপ্পানা চল্লুবা শীংজাদু পুদুনা মোইরাং অউন কৈথেন্দা য়োল্লুবদা থোইবীগা শকখঙনরক্তুনা মতা শান্নরকখিবনি। শজিবু চৈরাউবা লোইরগা কাংজৈ শান্নরে। কালেন থাদনা ইবুধৌ থাংজিং হরাউবগী লৈ লাংবা, ইঙাগী নোংমা পানবদা লমজেন, মথংগী চহীদনা কুম কাংদুনা লৈবাক অৱাবা তারক্লবদা নোংবান্না মাইবী চঙশিন্নদুনা ইকোপ পাত্তা চাক্তারিবা কাওবু খম্বদা ফাহন্দুনা মোইরাং নিংথৌদা শীন্নদুনা শরেন চনবা অসিন থৱান থাদনি। মেরাগী তরানি পানবদা উকায় কাপ্পা, হায়রিবা থাসিমক্তদা নোংবান অমদি খম্বনা থোইবীগী ময়ুমদা হৈজিং খরাই কারকই। হিয়াঙ্গৈগী তরাকমাপলনি পানবদা খম্ববু শামু খোঙয়েৎপা, অদুগী মতুংদা খম্ববু থা অহুম লায়কন্নদুনা লৈরবা মতুংদা নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মপাবুংনা থোইবীবু কবোদা লোই থাবা অদু কালেনগী কুননিপালনি পানবদা লোই কারকই। থোইবীনা কবোদা লৈরম্বসি থা অহুমখক্তনি। ইঙাগী নোংমা পানবদা খম্বা, নোংবান অনী কৈ ফাননবা হোৎনবদা নোংবালবু কৈন্না য়াখোঙ থুমখিবা, মসিগী মতুংদা খম্বা থোইবী অনী লুহোংখি। অদুগা খম্বা থোইবী অনীনা নোঙ্গখিবসিনা থৱানগী তরামাপলনি পানবদনি। অদুনা খম্বা থোইবী অনীনা অহানবা উনবদগী শিবা ফাওবসিদা চহী অমগা থা তরুক চঙঙি। মসিদা খম্বনা থোইবীগা উনদ্রিঙৈগী চহী কুনমাথোইগা থা নিপালসি হাপচিল্লবদি খম্বনা শিবা মতমদা মশাগী চহী কুনহুমদোইগা থা অনি, ঙায়রি। মসি মোইরাং শাইওন্দা পীরিবা থাবানগী মতুংইন্না পাবনি।

খম্বনা অঙাং ওইরিঙৈগী মতমসিদি মতম পাবদা থোইনা চেন্ননিংঙাই লৈতে। খম্বনা শলাং খুন্দগী মোইরাংদা হল্লকপগী মতমসি খ্বাইদগী শাংবা হিসাবতা পাবদা মপাবুং পুরেম্বগী য়ুমদা লৈবা চহী ফারবা মতুংদা শিল্লংবা চৎপদা থোইবীবু থেংনরুবা, থোইবীগা থেংনদনবা খম্বনা থা অহুম লোৎখিবা, থা অনীগী মতুংদা কাঙজৈ, অদুদগী থা অনী লৈরগা লমজেন, চহী অমা ফারকপদা কাও ফাবা, থা অনী লৈরগা উকায় কাপ্পা অমসুং হৈজিং খরায় কাবা, থা অমা লৈরগা শামু খোঙয়েৎপা, শোক্লবা খম্বনা থা অহুম ফমদা তাদুনা লৈবা থোইবীনা থা অহুম লোই কুম্লুবা অদুগা খম্বনা লুহোংলবা মতুং থা অহুম লৈরগা থোইবী শিমিন্নখিবা অদু ওইরবদি খম্বা থোইবীনা অহানবা উনবদগী শিখিবগী মতমসি ফাওবগী মতমসি চহী অহুমগা থা মরি অসি হাপচিল্লবদি খম্বনা শিবা মতমদা মশাগী চহী কুনমাঙাগা থা অমকখক্তনি। খম্বা থোইবীনা অহানবা উনবদগী শিবা ফাওবগী ৱারীগী খোঙচৎ অসি য়াম্না য়াংনা চেম্বা মরম্না শাবী শানৌ-অনীনা থেংনবদগী শিবা

ফাওবগী মতমসি চহী অমগা থা তরুক্কী মনুংদা থোকপা থৌদোক ওইবনা চান্নবা হেল্লি। খম্বদগী চহী তরেৎকা থা তরা হনবা খম্বুদি মতমদুদা মশাগী চহী কুন্থা শুফম থোক্লে। অদুগা চহী তরেৎ মনম লৈবাক তাদনা খুনখাগী পানা মকোক ওইদুনা লৈরম্লবা নোংবান্না য়ামদ্রবদা খম্বদগী চহী তরেত্তি হনফম থোকই। খম্বদগী নোংবান্না চহী ফনা য়াম্না হল্লমগনি হায়বসিদি খম্বনা ষণশেনয়াংবী তূরেল খোংবান্দা মনাওইবুংঙোগী ষণ শেল্লিঙৈদা নোংবান্না মানাইশিংদা খম্বা কৌরুনবা থারুবদা খম্বনা লাকউ হায়বা য়াদবদগী নোংবান মশামক খম্বগী মনাক্তা লাক্নুনা ঙাংন- শান্নরিবা মওং, নোংবান্না 'অঙাং' হাযবদা খম্বনা 'অহল' হায়না খুম্বা অমদি খম্বনা পাখঙ ফাগৎলকপা মতমসিদা নোংবান্দি হান্না চহী তরেৎ পানা মকোক ওইদুনা লৈবম্বসিদগী খরমখৈদি খঙবা ঙমই। অদুগী চহীগী থোইনা থিদনা খম্বা নোংবান শামান-লেংমান্না ওইনা 'ইতাও' কৌনৈ। নোংবান্দি হান্ননা নুপী তরেৎ থিরবা নুপানি। খম্বনা মনাও ইবুংঙোগীদা শিল্লংবা চৎপা মতমসি খম্বগী চহী তরাহুমদোই শুবে হায়না মত পীনবসু থেংনৈ অদুবু মসি হিসাব পূম্নমক্তগী য়েংবদা খন্ননিংঙায় ওইদে। খম্বনা কাও ফাবা মতমসিদা খুমন নিংথৌগী মচানিঙোল হয়াইনু চহী কুনহুমদোই শুবে হায়বি, মহাক্না খম্বদগী খবা হল্লি হায়। রাফম অমনা হিজম অঙাংহলনা খম্বা খম্বুনা মোইরাংদা লমজা ওইনা লৈবসি চহী মঙা অদুগা শলাংদগী হল্লক্লগা চহী মরিগী মতুংদা থোইবীগা উনবনি হায়রিবসিসু করুন রস মপূং ফানা হাপ্লবা হাযবা নত্তনা অতৈ অচাবা মবম উদে।

খম্বনা শলাং খুন্দগী মোইরাংদা হল্লক্লবা মতুংদা শিল্লংবা থোকপদা রাঙ্গোন নিংথৌগী ময়ূমদা চঙলুবদা মাঙ্গোলদা ফি শাদুনা লৈরম্বী চীংখুবগী নাইতোম পোকচবী থোইবীগা অহানবা শকখঙনখিবনি। খম্বা থোইবী অনীনা অহানবা থেংনবসি রুহিনি কুমারনা থোইবীনা শলাং খুন্দা লোইপোৎ থৌবা লাকপদা থেংনহল্লি। শলাং নিংথৌনা চহী কয়া লোইপোৎ কাবক্তবদগা মোইরাং নিংথৌনা থোইবীবু লোইপোৎ থৌবা থারকই। মদুদা শলাং খুন্দা শাইদাংলিবা খম্বগা থোইবীগা লাম্লেংন্নবা তৌরকই। শলাং নিংথৌনা মখোয় অনীবু খামদোক্লগা হৈ-রা চামিন্নহল্লি। মদুদগী খম্বা থোইবী অনীবু শকখঙ মায়খঙনহল্লি, মসি থোইবীবু কন-থৌবা ওইনা উৎনবা হোৎনবা থোইনা চূশিন্নৌ হায়বা য়াদে শাবী-শানৌ অনীগী নুংশিবসি অহানবা উনবমক্তদা ঙাওনদুনা অপাম নুংশি পোক্লবগী মতৌনি। খম্বনা মনাও ইবুংঙোগী অঙাওবা ষণ শেনবা, শিল্লংবা মতুংদা থোইবীনা মোইরাং খোরী কৈথেন্দা মনাই শেনুগা চখোরকপদা খম্বুগা থেংনদুনা মতা শান্নবা অমদি থোইবীনা মতাগী ময়ূমদা কোয়থোবকপদা খম্বগা থেংনবা, মসিগী মতুংদা মোইরাংগী নিঙোলশিংনা লোক্তাক ঙানৈবদা খম্বনা মচেম থিবকপদা শোয়দুনা খম্বনা থোইবীগী ঈন মথক্তা লুকায় হি হোঞ্জিল্লুবা, কাং শান্নবা, পানা কাংজৈ, লৈ হেকপা,

লৈ লাংবা অসিনচিংবা মতাংশিংসিনি। নুংশি-নুংওনগী মরীসি থোইবীনা গুরু অদুগা খম্বনা শিষ্যনি। লৈ হেক্লুবদগী খম্বনা হল্লকপদা থোইবীনা মনাই শেনুগা খুমন মরানয়ায়দা লাক্লুনা লৈ পোল্লাংগী পোমায় হায়দোক্লুনা য়েংলুবদা চন্নদবা লৈরাং ঙাক্তা উরুবদগী থোইবীনা 'নুপা অমনা নোং হেক ঙানবদগী চীংদা কাদুনা লৈ হেক্লুববু চন্নদবা লৈ ঙাক্তা হেক্লকই' হায়দুনা খোইশাওনরক্লবদা খম্বনা শাওদুনা খুল্লকই 'নোংবান্না হেক্লকপা মতীক চাবা লৈনা লৈ পরেং লেবিক্লরো' হায়বা মরৌ লৈবা ৱাঙাং তাবদা নৌনা পোমায়গী লৈরাং হন্দোক্লুনা য়েংলুবদদি মমল নাইদ্রবা লৈরাংগী লৈনম্মা পূক্লিং নুংওনবা শিঙেল লৈবাং থন্না উরুবদা ইকায় খাঙ ওইন্না থোইবীনা শেনুদা 'মীৎ ওন্দে' থংজিল্লি। খম্বগী মপূক্লিংদা চিংনরিবদু মতাং চানা শেংদোকই 'ইবুংঙোতোন হয়েং লাইবুং কাবদা অহানবদুনা ঙাইনরগা কেগে মোইরাংগী শেরোক য়াংবীথক্তা অঙোম নোংবানগী মমাঙদা লেন্নবগুম চৎমিন্নসি' মপা লৈতনা খূজিল হৈবী থোইবীনা খম্বগী অশোকপা থমোয়বু তায়শিলহনখি। অপংবী শেনুতনবু 'মোইবাংদা অপংবা লৈহৈদ্রে' হায়না শাওজবগী ৱাদনি।

মোইরাং থাংজিং হবাওবদা লৈ লাংবা চৎপগী লম্বীদা ফৈরোইজাম্বা, খম্লু, খম্বা, থোইবী, শেনু মপু- মনাইনা ৱারী-ৱাতায় শান্নদুনা চৎমিনৈ। মদু চাউবা নোংথোন্না কোনুং কারকপদা থেংনরুবদগী 'থাংজিং লাইবুং কাবদা লৈশাবী-পাখঙ নোক্রেম হাইগ্রেম্নমা চৎলি' হায়রকপদা 'কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নুরা-পাখঙগী লম্বী তোঙান্না শেম্বা'? হায়দুনা মরৌশিং চাওবা চাউবা নোংথোন ফাওবা মথৌ মশক খঙদবা তাহন্দুনা ময়া কুমহনখি। খম্লুনা লৈ লাংবা চৎপদা কুমিল শেৎলি। লৈ লাংবগী মতাংদা নোংবান নৎত্রগা খম্বনা লাংবা লৈবু লৎনরুবদগী থাংজিং নৎত্রগা অয়াংলৈমা পাম্থোইবীনা ৱারৌখি। খম্বনা লৈ লাংন্নবা লাইমাঙদা খূরু খূদক কুন্দুনা অমাইবীনা হৈ চনবা লোইবা ঙাইরিঙৈদা হৈ কৎপা চঙলকপা থোইবীনা হায় 'ইমা মাইবী খুম্ব্কী তাদা লৈরোই হঞ্জবসি লাই লম্লাল্লুরবা মাল্লে, তাইরেন মশানা অমুক্তা ফুদৎপিয়ু মমায় মমীৎ শিংনবা' মতাং চানা তৌরকপা ফাগিদা ৱাপা চানা পাউখুম পীবা ঙমদ্রবা খম্বনা ৱারৌনা য়েংলকপদা থোইবীনা নুংশি ইরাং উত্তুনা থেমজিল্লি। থোইবীদি মবুধি-মরৌশিং চঙখোনবতা নত্তনা মতাং চানা থবক তৌবগী পোরম শিনবদা মপা লৈতবীনি নৎত্রগা লময়োঁবীনি। খম্বনা নিংথৌদা লাংখিবা লৈশিংদি- শংব্রৈ, লাংথ্রৈ, লৈসং, মেলৈ লৈশ্না নোংজুমপাল অসিনচিংবনি। লোক্তাক ঙানৈবদা নুংশিংকী ইথিন্দা খম্বনা হোল্লকপা হিনা থোইবীগী ঈন মথক্তা হোঞ্জিন্দুনা পৌরা তেকপদা থোইবীনা শাওশিন্নৈ 'ফন্না চাওরিবা লোক্তাক্লি, ঐগী ঈন মথকসিদা নৎত্রবদি হি হোনফম লৈত্রব্রা ?' করিগী 'নুপা হায়বা ৱাহৈদু তাজনিংদ্রে পনবিবনু' হায়না মতা শেনুদা হায়রম্বা থোইবীনা থমংথোগী

খোংজিন্দা খম্বগা শনরিক মচুম থক্তুনা 'নুংশি পম্বুং য়ৌমিন্নশি' শরী পন্দোল লোম্মখ্রিবা। পূম্নমক নুংশিবগী মায়থোঙ য়াম্না শক্লোন্নি। উনিংলবসু হেঞ্জিনবা, শাওনিংলবসু হেঞ্জিনবা নুংশিরবসু হেঞ্জিনবা, পামদ্রবসু হেঞ্জিনবা, হেঞ্জিনবা হায়বসি নুংশি - নুংওলগী তাঙ্কশিংদা অদুম থোকই। হেঞ্জিন্দবা মফমদা অপাম-নুংশিগী লৈরাংনা মকা লাম্না শাৎকায়বা ঙমদে।

কাব্যসিগী মপূং ওইরিবা চরিত্র খম্ববু করিগুম্না মতাংদা লায়রবা অমদি লৌশিং ব্রাৎপা অপংবা অমগুম্না শীংথারিবসি কৃপশিন্না য়েংলবদি মহাক অপংবা অমদি লায়রবা অনীমক অমত্তা নত্তে। মহাক নুংঙাই য়াইফবা মচানি। অমহিকসু মবুধি- মরৌশিং চঙখোনবা মীশক্কি হায়বসি মতাং কয়ামরুমদা মহাক্না তৌথোরকপা থবক্তগী অমদি ঙাংথোক-শক্তোকরকপশিংদগী খঙই। লোয়ননা মহাক পাইরক্কী লৌশিংসু ব্রাংনা লৈ। মহাক্কী চরিত্রগী মতাংদা হায়বা য়াবসি মহাক চুং- ফিরাল চাই, মশা- মউ ফৈ, মপাঙ্গল কল্লি, মশক মতৌ ফজে, মথৌনা মরিংজেল লৈ, অখাঙ কল্লি, পূম্নমকসিগী মথক্তা তোররিংই লৌথূপ- লৌকোয় লৈতে, হায়নিংবদা পনবা লৈতে, খনবগা তৌবগা চীনগা-খূৎকা মানা চৎপা মীতানি। খম্বা অসি পান্থোইবী খোঙ্গুলদা য়াওরিবা নোংপোক নিংথৌগী চরিত্রগা য়াম্নমক মান্নবতা নত্তনা অরিবা মণিপুরী সহিত্যদা য়াওরিবা চবিত্রশিংগী মচেৎ- মকায় পূম্নমক পূনশিল্লগা মপূং ফাবা চরিত্র অমা ওইনা খম্ববু শেমগৎলকপা ওইনা পূক্লিংদা ফাওহল্লি। খম্বনা অচুম্বনি নোংবান্না অরানবনি।

ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা মচানিঙোল থোইবীবু মহাক্না থাজবা নোংবান্দা লৈয়ু য়াদে হায়বগীদমক নাইতোম পোকচবী থোইবীবু কবোদা লোই থাখি। লোই থাবসিদা থোইবীনা লোইদা চৎলমদবা যাবনি । মপল নিংথৌনা থোইবীদা মহাক লোই চৎকনু থিংখি । মপাবুং নম হাদুনা মহাকপু লোই থানবা হোৎরক্লবদি মহাক্না নিংথৌনি অদুনা মপাবুংবু ওইনা মরৈবাক্তগী তাম্থোক্কনি হায়দুনা থোইবীগী মিচংদা লেপ্পিখিবনি । অদুবু থোইবীনা মপাবুংগী য়াথংগী মায়োক্তা লেপখিদে । মসিনা হেন্না ফজবা মওং অমা ওইখি । মদুনা মপাবুংগী মফমদা মহাক মশাগী মপূক্লিংগী থাজবা অমদি পূক্লিং লেপ্পগী পাঙ্গলনা মপাবুংগী ব্রাখলবু মপূং ফানা মায়থীবা পীবা অমদি মচানিঙোল অমা ওইনা মপাগী য়াথং ঙাকপনি । মায়কৈ অমদনা চেগাইপোকপী লমদমদা উপ্লা তারে উপ্লা চিং লোংনা তারে লোংনা চিং শামু খোঙয়েৎপদা ঈঙাং পাংতক্লা ঈমু পামফেন হনখিবা মশাবী খম্ববু কয়াদা থম্মোয় শেংনা নুংশিজবগে হায়বসি মীয়াম খঙনা উৎপনি । মশানা মশাগী অনীংবদা মশাবু কয়াম মপূক্লিং লেপ্পবগে হায়না মথম্মোয়বু চাংয়েং তৌজহৌবগী তাঞ্জা অমা মাগী মফম খোইযূম লাইনা পীবিবনি । মশাগী মপূক্লিং লেপ্পদু মশানা চাংয়েং তৌজবনি । তাইবঙ

পানবদা মীওইবদি নুপা নুপী তিন্নরুরগা নুপীনা অঙাং পোকই । মসিদি অচম্বা খ্বাইদগী লায়বা পোকপা অমনি । অনীশুবদা তাইবঙ পানবদা পোক্লবা মীশক অদুনা সমাজকী পুন্সিবু মশক খঙনবা তমশিন-খঙজিন্নবা হোন্নে । শিক্ষাগী পান্বৈনা সমাজগী পুন্সিবু মশক খঙবা ঙম্বা অসি সমাজদা পোকপা কৌবা য়াই । অহুমশুবদা মশানা মশাবু মপূং ফানা মশক খঙদুনা মশাগী খূদুমদা পায়শিন্দুনা থম্বা ঙম্বা অসিবুনা মশানা মশাবু পোকপা কৌবা য়াই । সমাজদা হিংলিবা মী অয়াম্বা মমানা পোকপা অদুদগী সমাজদা পোকপা হায়রিবা থাক অনীসিদগীদি পাক্লা হাইগৎলক্কে । মশানা মশাবু পোকচরিবশিংদি লায়না মাঙবা নৎত্রগা মাঙহনবা ঙমদে। থোইবীসু মশানা মশাবু পোকচরবনি । লৈঙাক্লোনগী মায়কৈদসু মহাক্লা লোই কুম্বসিনা মহাকথক্কী খম্ববু শামু খোঙয়েৎলুবগী মপাইবুংঙো ব্রাঙ্গোন নিংথৌগা তাঞ্জা ঙাইনদুনা লৈনরিবা থোংলেন, চাউবা অমদি ফৈরোইজাম্বগী মরীদা মূক্লবদু চাং খরদং ওইরবসু হন্থহন্নবা তাঞ্জানি । থোইবীনা মপাগী য়াথং পুদুনা কবোদা মীনাই-নাইথাং ওইনা চৎখিবা অসি মহাক্কী মফমদা অচৌবা চৈনা অমা ওইবা তারবসু য়াবা তাখি । মদুনা মশাবী খম্বনা মশুংলাংগী শামু খোঙদা য়েত্তুনা শিবা মচেৎ খাক্লা চৈনাখোল খাঙখিবা, মপানা তৌখিবা অরানবশিংগী মচা অমা ওইনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা মশানা য়ানা লৌজবা মপা চাবা দন্দি অমগুম্বনি । মসিমক নুংশিবগী মমল খঙবা মতৌনি । থোইবীগী মফমদা থেংনবিবা খুদিংমক চাংয়েং ওইখি ।

চীংখুবা অখুবনা লোইকুম্বগী লম্বীদা মমাতোন থারক্কুনা মশাদা শেৎলি- শিরিবা চরৈ অহনবা, মরিক-মকোন অপূম্বা লৌহৌরগা ফিমন শেৎলহন্দুনা লোই কুমহনখি । থৌদৌ অসি মপা অমগী য়াথং ঙাক্কেবগী মচানিঙোলদা পীবা দন্দিদা হেঞ্জিনবা চৈরাক ওইনা থোকই । মচানিঙোলনা শাবা চরৈ ফিবু মহাক্কী ফুরিৎ তুদুনা লিৎনবা পীয়ু হায়রুবদা থোইবীনা কনাগুম্বা অমদা পীথোকখ্রে খমুবদা ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা শাওরিবসি হেনমল্লি । ফি অদু ময়াম্নুং নিংথৌ, থোংলেন, চাউবা অহুমসি নত্তবা কনাগুম্বা অমনা শেৎলম- ইল্লম্বা থোক্লবদি হাৎকনি হায়না শরী পন্দোন লোমখি । ব্রাশক অদু ঙাকপগুম উকায় কাপ্পা মতাংদা মহাক্লা কাপ্পা তেঞ্জৈবু খম্বনা চোংখত্তুনা শৎনবা হোৎনবদা খম্বগী মথক থংবা ফুরিৎ লৌদুনা শেগাইখিবদগী থোইবীনা শাবা পাইখু ফি তঞ্জাবীনা ফুরিৎ তুদুনা মনুংদা লিৎলম্বা উরকপদা খম্বদা অতম্লনা তেন নমকাপ কাপশিন্দুনা হাৎনবা হোৎনখি । অমসুং খম্ববু মতম পূম্নমক্কী য়েক্লবা ওইনা খনখি । পূম্নমকসি মপা অমগী হেঞ্জিনবা লমচৎ ওইনা থোকই । মসি হায়বা ইন্দবা মচা নিঙোল অমদা মপা অমনা তৌবা মতৌ মান্দে । অপাম-মিহৌবনা মাঙ থাদুনা খম্বনবগী মওং মাল্লি । মসিনা থোইবী অসি ব্রাঙ্গোন নিংথৌগী তশেংনা অপোকপা মচারা নৎত্রগা অয়োকপা মচারা হায়বগী ব্রাহংসি নৌনা হংনিংহল্লি । ফিগী ব্রারী অসিগী মমাঙদদি চীংখুবনা খম্ববু থোইনা য়েংথীবা লৈখিদে । মদুদি কাও ফাঙৈদা ফোঙনা লৈবাক মমাঙদা ময়াম্নুং নিংথৌনা থোইবীবু খম্বদা পীথোকপদা মহাক্লা য়াখিদবা লৈতে । থোইবী অসি ব্রাঙ্গোন নিংথৌ

অমদি য়েংখুরাংবীগী মচানি হায়রবসু থোইবী অমদি য়েংখুরাংবীগী মরক্তা লৈনরিবা মমা-মচাগী মরী থোইনা মপূং ওইনা উত্তে। থোইবীদি মতোমতা মনীংতম্না লৈবা মীশক ওইনা উৎলি। অদুগা মনাওইবুংঙো অমদি থোইবী অনীগী মরীসু মপাগা মচা নিঙোলগী ওইবীগগী মরী উৎপগী মহুৎ খম্বা নোংবানগী মূক্লবা অমদি অশেংবা নুংশিবগী মশক তাক্লনবা পুশিল্লকপদা ওইনা তৌই। থোইবী অমদি চীংখুবা অনীগী লৈনরিবা মরীদা কূপ্না য়েংশিনবদা ওডিপস কমপ্লেক্সগী মওং লৈবা উবা ফংই। খম্ববু হাৎনবা চীংখুবনা তৌখিবসি কমপ্লেক্সসিটি অমা য়াওই হায়দবা ঙমদে।

খম্বা অমদি নোংবানগী মরমদা অশৈবশিং/অইবশিংনা হেঞ্জিন্না থাগৎপা করিগুম্বদনা হেঞ্জিন্না শীথবা অসি তৌই। মদুনা খম্ববু অফবা ওইহন্দুনা নুংশিবা পোকহল্লবা, নোংবানবুনা ফত্তবা ওইহন্দুনা তাথীবা হেনগৎনবনি। চরিত্রশিংগী মশা মশাগী মরমচৎনা তাজরকপা নত্তবদা অশৈবা অইবশিংনা শৈথা-শীংথাবনা খম্ববু হেঞ্জিন্না থাগৎপা অদুগা নোংবাননা তৌবা ফত্তবা থবক অমগীনা হেঞ্জিন্না শীথবা অসি ৱায়াম শুবা মাল্লকই। চবিত্রশিংগী মশা মশাগী লোনচৎনা অপাবা অতাবশিংগী পূক্লিংদা থাজহনবগী মহুৎ অশৈবা / অইবশিংনা ৱারীদা য়াওশিন্দুনা মখোয়গী মীৎয়েংদগী চরিত্রশিংবু পুথোক্লবা হোৎনবসি মতাং কয়ামুক্তা তৌই। চরিত্র শেম্বদা অকক্লবা চরিত্র নৎত্রগা চরিত্র খরদা অশৈবা/ অইবনা য়াওশিনফম থোক্তে। চরিত্রগী মওং- মতৌনা অপাবা/ অতাবশিংগী পূক্লিংদা চরিত্রদুগী মশক শাগৎচহনগদবনি। অশৈবা/ অইবশিংনা চরিত্রগী মরমদা মত পীবসিনা অপাবা/ অতাবশিংগী খনবা ঙম্বগী শক্তিবু ইগনোর তৌই। মী অমগী খঞ্জবা ঙম্বগী শক্তিবু থাদোক্লগা মীগী মৱাদা থাজহন্দুনা মশানা অচুম-অরান লেপ্পদা মতীক চাদবা ওইহনবতা নত্তনা চরিত্রশিংসু মরোমদোম লেপচবা ঙমদবা চরিত্র ওইরকই। অপাবা/অতাবশিংবু করিগুম্বা খরদা থাজহনবা তম্বীবসিনা সাহিত্যগী পান্দম ওইফম থোক্তে। মশাগী ৱাখল লৌশিংনা পোৎশক নৎত্রগা থৌদোক অমবু মশক লেপচবা ঙম্বদুনি। তাংজবা ৱাখল্লোন্দু নত্তে, মনীংতম্বগা শকখঙনহনবনি। অশৈবা/ অইবশিংনা মহাক্কী ৱাখল্লোন্দা অতাবা/অপাবশিংবু পু-পুদুনা চৎপসিনা থাজবা ঙমহল্লক্তবা অমদি শেমজিন-শাজিনবা মানবা মতা কয়া য়াওরকই। মসি শাইওনগী ৱারীসি চুমই লাল্লি হায়না মত পীবগী অধিকার লৌবা নত্তে; অশেংবা শাইওনগী ৱারীবু খঙদোকপা ঙম্মনবা হোৎনবগী মীৎয়েংদা ৱাফমসি পল্লুবগী ৱাদনি। খম্বা নোংবান লৈ হেকমিন্নবা চৎপদা চয়োম চামিন্নবা মতাংদা খম্বনা হায়বা মতুংইন্না নোংবান্না লৈ হেকপা হল্লক্লগা নিঙোল্লাকপদা 'লৈমরোলশিং চাক চানখ্রিবা'? হংহল্লিবসি অর্থ থোক্তে। হংগে হায়রবদি অনকপা মচল তোরোদা হংলগা অচুম্বা ৱাফমদু খঙলম্বা য়াবনি। মদুনা অশীংবা মতৌসু ওইরমগনি। অমুকসু কোনুংদা মফম নাইদুনা নিংথৌ খনবা মনাই ওইরিবা খম্বগী থোঙাম্দা নোংবান্না মখোল ওম্থোক্লগা 'মোইরাং থাংজিং হরাউবদা অমনবা ফি-রোল, লিক-কোন শেৎপা শীবা য়ারোই; অদুগা ৱায়বসু য়ারোই মদু ঙাক্ত্রবদি

লোক্তাক ঙামী থেমগনি' লাউবদা মচীন-মৌপ্পানা অওইবা ওইনা থাজরুরিবসি মরম চাদনা পংশিনহনবনি। মসি কোনুংগা ঈ- পাউ ফাওনদবা নৎত্রেগা মোইরাং নিংথৌবু মশক খণ্ডদবা মাল্লি। মসিদি নোংবানগী খল নায়ক্কী ওইবা মীগী নুংঙাইতনবতা খনবা অমরোমদা লমজা মচীন-মৌপ্পাগী লায়র-নংনা লেনবা পুন্সিগী অৱাবদা অতাবা/ অপাবশিংগী পূক্লিংদা মচীন-মৌপ্পাগীদমক মীনুংশি পোকহন্দুনা খম্বগী নায়ক ওইবগী মগুণবু ৱাংখৎহনবা অদুগা নোংবালবু হেন্না পা-পী ওইহন্নবনি। অমরোমদনা খম্বা খম্ন মচীন-মৌপ্পা থোংলেনগী ময়ূমদা ফি ৱায়বা চৎহন্দুনা ৱারী মখা চখহন্দুনা ৱারীগী পম্বুং য়ৌহনবা য়াহন্নবতা ওইনা তৌই। হান্না তালোয তরেৎ লৈরবা নোংবান্দা চীংখুবনা মচানুপী থোইবী থাজবা পান্নোই হায়না মত পীনবসু য়াওই মদুগীদি থোইদোক্তে। মতমদুদা থোংলেনগী নুপী মাপননি, মোইরাং নিংথৌগী নুপী অহুম অদুগা ৱাঙ্গোন নিংথৌগীনা তালোয় তরামাথোইনি। মতমদুদদি নুপী মশীং য়াম্বনসু নুপা অমগী মতীক- মগুণ লেপ্পবগুম লৌনবম্বা মতম্লি। অদুনা নুপানা নুপী মশীং য়াম্না থিবা হায়বসি মতমদুগী চৎনবীদা অরানবা নত্তে।

থোইবীনা তম্পাক ময়ূম হঞ্জবগা লোয়ননা কবোদা লোই কুমখিবসি মহাক্কী মপোক নুমিৎ লমদাগী নিনি পানবদনি। মসি লোইকুম-লোইকাদা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈরি। থোইবীনা কবোদা চৎখিবগী লম্বীদি— কোজেংপূং, পুশ্রিপূং , হন্নখোং, লাইরেম্মা লাইখুরেম্বী লাল্লগা খুন্দিনবী তুংওইনবগা ওকচীনথোঙ য়েৎওইনরগা অউন কৈথেল ওয়দা থল্লম্লগা কেগে য়ৌরে; শঞ্জেম্বোঙ লাল্লে, লৈকোয়পূং য়েৎওইনদুনা পিশুম ওয়ওইনরম্লগা লাকপনা চীংঙু খান চাউবা লাই য়েৎওইনদুনা খুমন পোকপা ওয়ওইনদুনা লাকপনা খোরী কৈথেল য়ৌরগা খোরীফাবা তুংওইনদুনা লৈচ্রেংপোকপী খোং লাল্লগা চীংঙু নিংথৌ তোবর্বুং তুংওইনরগা নিংথৌ ওকপবুং য়েৎওইনবগা অয়াংলৈমা পাম্থোইবী অমদি থোংনাংলৈমা লান্দুনা চীংঙু নোংশাবা ওয়ওইনদুনা থাংজিং লাইকোন লান্দুনা ইরোইৱা যেৎওইনদুনা লাকপনা থোইয়া য়ৌরগা হোগ্রম থোং লাল্লে। ঙানুলৈমা য়েৎওইনদুনা লাক্লগা নিঙোল থোঙ লান্দুনা লমলেন মদায়মা কেগে কুমফমশোই মোইরাং কুমদম পাৎ তুওইনদুনা কাংশোইবী লাল্লে। শম্বোং লাইরেম্বী তেরাখা য়েৎওইনরগা খুগা লাল্লে অদুগা খেবপূং য়ৌরে। ইথায় খেবপূং তুংওইনদুনা মোংবা তুদোথোং তূরেল অচৌবা লাল্লগা হিয়াংথাং তারে। মনুংশোয় চীংজিন য়েৎওইনদুনা লাকপনা শরিক কোঞ্জিন লাল্লগা তোকপা য়েনফৈচীং লান্দুনা হারমান য়েৎওইনরে। অদুদগী পূকখ্রি লাইকোন য়ৌরক্লে। তোকপা য়েনফৈচীং ওয়ওইননা লাকপনা নূংপাকপী লান্দুনা মোন্দুমচীং য়েৎওইননা লাকপনা মরাম্বা থোঙ লাল্লগা ৱাহৌবী য়ৌরে। ৱাহৌবীদগী মৈনম্বী থুমখোং লাল্লগা ৱাইখোং শেকপী, থুমলৈমা, লৈমচীংজিন মথং মথং লান্দুনা ফান্দু লোকমাঙদা লাক্লুনা মচীন- মনাও চীং তুংওইনরগা চেল্লাংপোকপী লান্দুনা শেকমায় তূরেল লাল্লে। অদুদগী হৈত্রোয় পোকপী লমজাও ওয়ওইনরগা ঈরুম খোংমৈ লাল্লগা

লেম্বা লবূক শমদুনা লাকপনা কবো খরবান ফংলে। মদুগা লোয়ননা শেম্বী ককমাঙ তাদুনা তুমুরাকপগী শঙ্গায় য়ৌরকই হায়না অশৈবশিংনা শৈথারি।

থোইবীনা কবোদা তুমুরাকপগী ময়ূমদা লোই কুমদুনা লৈরিঙৈদা অহানবদদি তুমুরাকপগী মচানিঙোল শন্দ্রিক চংনিংখোম্বী /চনিংখোম্বীগা থাবূম অহুমদি লূনা চান্না নুংশিনা তিন্নরকই। মশক- মথৌ চঙখোনবী রাশি গুণ চেনবী; মবুধি- মরৌশিং চাউবী লমচৎ শাজৎ ফজবী, ৱাঙাং- শঙাং ফজবী থোইবীগা চনিংখোম্বীগা মতম শাংনা মতা ওইবা য়ারকখিদে। থোইবীগী মতীক- মগুণনা চনিংখোম্বীগী মরূপ-মপাংশিং নোংমা নোংমগী চিংশিনখিদুনা থোইবীনা খ্বাই পূন্নমক্কী অথোইবী ওইরকখি। খম্বনবদগী চনিংখোম্বীগী মপূক্লিংদা নাইনু কিশি থাংখিদুনা থোইবীবু মপূক্লিংদা যেক্লবা ওইনা খনবা হৌখি। অদুনা থোইবীবু শোরা চীংদা শীং চলহনবা, লৌশি পাত্তা লোং খোলহনবতা নত্তনা লবূক্তা থাদুনা য়েল্লাং কেঙোই ফাওবা হেকহল্লি। মশা ঙমদদুনা লৈরিবা থোইবীদা লোং খোন্দুনা ঙা ফারুনবা য়াথং পীরকপদগী চনু নিঙোল অনী ওনশিন্নদুনা খনরকখি। অঙম তান্নবা অসি হেঞ্জিন্নরকপদগী য়েংথীনবগী মৈ অসি মৃৎপা ঙমখিদে। চনিংখোম্বীনা থোইবীবু চীনবাম্থোংদা 'ইতা' কৌরবসু মপূক্লিংদা লৈরিবা য়েক্লবগী ৱাখলদু লোৎপা ঙমখিদে। অদুনা থোইবীদা শিনৌ লশিং মোইথাব অমা পীরগা নোংমগী মনুংদা লং নাইরগা ফিবূম অমা শারগা পীগদবনি হায়না য়াথং পীরকই। থোইবীদি ফাগি ওইরবোই নীংদুনা খুম্লকই 'ইতানা পীরিবা শীম্থাসি ইতানা পাংথোকপা ঙম্লবদি ঐদি ফিবূম অনী শারগা পীগে'। চনিংখোম্বীনা 'মপুনা পীবা শীম্থাদি পাংথোক্তনা মপুগী চম্থক্তা খুমই' হায়না তথী তথীনা চৈবদগী হেন্দোক্লুনা হায়রকই 'নপানা থাজবা নুংঙাই য়াইফবা নুপাদা লৈতনা পিদৎ-পাদৎপা লমজা- শরা খম্বদা লৈগনি হায়বা নরমচত্তুগী নপানা নাইথাং ওইহল্লকপদু মতীক হেক চাই'। মশুংলাংগীদমক মীনায় নাইথাং শীংদা **চল্লক্লবী মশাবী** খম্ববু পীবন- পাবনা চৈরকপা অকনবা ৱাদু তাবদা থোইবীনা চোংশিন্দুনা চনিংখোম্বীগী মখজায়দা খূপাক্লা থাখি। শাওরবা চনিংখোম্বীনা মপাদা ৱাকৎপা চৎখ্রে। লৌশিং চাওবী থোইবীনা খোংবান্দা হৌবা লম্বান মকা থৎলগা মতোমদা মনঙ্গন্দা ফুজদুনা থবৎ থবৎ তৎহল্লগা মপা তুমুরাকপগী মনাক্তা লাক্লুনা উৎলরে। কবো নিংথৌনা শাওনরিবা মচা নিঙোল অনীবু থেমজিনবিরে। অদুগা মুকি- মুগাগী লংখনশিং লঙ্গৈদগী লৌথোক্লগা মশা মশানা পাম্বা লং খলহল্লগা নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা ফি অমমম শাদুনা পীয়ু হায়না শিম্থাবিরে। মপাগী য়াথং মতুংইন্না মতা অনীনা শিন্দান্নদুনা ফি শাবা হৌনখ্রে। তরেৎনি শুবা নুমিত্তা থোইবী চনিংখোম্বী অনীনা চাকঙন চানরগা মপাদা ফি কৎপা লাক্লে। চনিংখোম্বীনা শাবা ফিদি চরৈ ফিনা য়োম্লগা পুরকই। থোইবীদি মহাক্লা শাবা ফিদু পীক্লা তাশিল্লগা ৱাগী উতোং অমদা হানজিল্লগা পুরক্লুনা কৎলৈ।

থোইবীনা কৎলবা লাইজ ঈয়ায়দা লেপ্লৈনা ঈরোয়দুনা শান্নবা কান্নং লংনা হত্তুনা শাবা ঙা শাবা ময়েক থোকপা চরৈ ফিদুদা হৎলিবা লেপ্লৈ ঙাশিংদু লাইজ ঈয়ায়দা থাদোক্লকবদি ঈরোয়দুনা চৎখিগদবা য়ৌনা মাল্লি। ফিদু উরুবদগী তুমুরাকপনা থোইবীবু অচম্বা নুপীমচা অমা নত্তে, লাইগী মচানি হায়না খনখি। চনিংখোম্বীনা থোইবীবু মহাক্না ঙন্মী হায়বা খঙহন্দুনা লৈবাক মাঙদা ইকায় পীননবা মপাবুংগী অয়াবা লৌরগা কাং শীংননবা থৌরাং তৌখি; মহাক্না থোইবীদগী হেন্না মতীক-মগুণ লৈবীনি হায়বা উৎনিংখি। চনিংখোম্বীনা মহাক্না লৌন-লৈনশি ব্রারেপ্পদুনা লৈরবা তবিংবগা তান্নরগা কাং হৈতবা কবোগী পাখং লৈশাবীমখৈ থোইবীগী কাংখূৎ ওইহল্লে। অদুগা নেনেবুনা পল ঙাকহল্লে। কাং অহৈবমখৈ খঙ্গৎলগা চনিংখোম্বীগী কাংখূৎ শেন্নগা তবিংববুনা পন ঙাকহল্লে। অদুবু নুমিত্তুদা শান্নবা কাংদুদা চনিংখোম্বীগী কাংখূৎনা কাং অমত্তা পানবা ঙমখিদে। থোইবীগী কাংখূৎনা মপূক্লিং চপ লেপ্তুনা শান্নবনা কাং যাম্না পান্দুনা পাঞ্জল থোইখি। নুমিৎ তারবা ফাওবা চনিংখোম্বীনা কাং শান্নবা তোকশি য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। মমৈথংদা মপা তুমুরাকপগী য়াথংনা নুমিত্তুগী কাং শান্নবা লোইশিনখি। থোইবীবু ইকায় পীনবা লাংঙুরগা চনিংখোম্বী মশামক ওইনা ইকায়বা নংদুনা মীমাঙদা চাং তাদুনা তোল্লবদা নুমিত্তু মহাক তুম্বা চাবা চঙখিদে। থোইবীনা কবোদা লোই কুমদুনা লৈবসি থা অহুম্নি।

খম্বা থোইবীগী নুংশি ব্রারীগী পোলোই অসিমক্তি চয়েৎনবনা পীক থল্লি। এপিক্কী অরোইবা মতাংদা থোইবীনা খম্ববু মশক খঙদবদগী ছুরি / তানা লংদুনা নৎত্রগা থিন্দুনা হাৎখিবনি। মসি সাহিত্য নৈনবোলদা পোইটিক লাইসেন্স হায়বদু ওইনা তৌই। নৎত্রগা ব্রাবীসিগী মনুংদা ব্রারী লীথোকপদা য়াওদবা ঐখোয়না খঙদবা অরোনবা ব্রাফম খরা লৈব্রা ? খম্বা খুমনদগী মোইবাংদা শৈদাংলকখিবা নিঙ্গোয় য়াইমগী শুথাংনি। মহাকসু খুমন মচানি, খুমননি। মতমদুগী খুমন অমদি মোইরাং লৈবাক অনীগী মরক্তা লৈঙাক্লোনগী মরী নৎত্রগা ডিপ্লোমেসি অসি কমদৌরমগদগে ? মোইরাং নিংথৌ অমদি মনাও ইবুংঙো অনীমক মচানুপা পোক্তে। নিঙোলসু থোইবী মতোমতা পোকপনি। অদুনা খম্বনা থোইবীবু লৌরবা মতুংদদি মোইরাং শলাইগী ফম্বালদা খম্বগী অধিকার লৈরক্লবনি। নুপীনা নিংথৌগী ফম্বালদা কাবা য়াদবা অমহিকসু মতমদা মোইরাংগী অকল- অথৌ, অহৈ- অশিং পূম্নমক খম্বগী মীচংদা লৈবা ঙাক্তনি। শা- লানগী অকনবা মপা থোংলেন, কুতনীতি/ ডিপ্লোমেসিদা মমান চাউবা নোংথোনবা, অকনবা মবাই ফৈরোইজাম্বা, ময়াম্বগুল্লবা তারী নামোইজাম্বা পূম্নমক খম্বগী মায়কৈদনি। অদুগা মতমদুদা য়ৃম্লোন্নবা খুমন লৈবাক্তসু নিংথৌ ওইরিবসি খম্বগী ময়াম্বশিং থোকপা খম্বগী মীনি। ফিভমসিদা খম্বনা মোইরাংদা নিংথৌ ওইবকপা অমা নৎত্রগা মোইরাং লৈবাক্না খুমন লৈবাক্তা তিনশিনখিবা অনীসিগী মরক্তা অমা ওইথোকপ্রা ? মতমদুগী মোইরাং লৈবাক্কী

অচৌবা ফম্নাইবা ওইরিবা থোংলেন অমদি চাউবা নোংথোন অমনা মীতৈ মচানি অদুগা অমনা অঙোম মচানি। পূম্নমকসি থোইবীনা কৈদৌঙেদসু কাওথোকপা ঙম্লম্লোই নৎত্রগা কাওথোকফম থোক্তে।

থোইবীনা খম্ববু হাৎলিবসি হাত্তবা য়াদবা অমরা ? নৎত্রগা মণিপুরীশিংসি এন্সেন্ট গ্রীকশিংগুম্না পুন্সি হায়বসি মোংফমদা খম্বা, অরাবদা লোইবনি হায়বগী ট্রেজিক এণ্ডিংগী রাংঙুরোলদা থাজবা কাঙবু অমা ওইরকপ্রা ? মদুনা নমদুনা খম্বা থোইবীগী অৱা পোলোই অসি তাহল্লিব্রা ? নৎত্রগা থোইবী হায়বসি মতম পূম্নমক্কী ওইনা ফজবগী সিম্বল অমা ওইনা তদেক তদেক্না থমদুনা মীরোল পূম্বদা মরূপ- মপাং ওইহন্দুনা 'থোইবীমুক ফজৈ' হায়বা রাহৈসি লেঙদনা থম্বা য়ানবা নহা ওইরিঙৈ, তদেক তদেক্লিঙৈদা শিহল্লিব্রা ? মীওইবা অমগী অহিংবা মশক অদু খবা হেন্না মপূং ফানা ফোঙদোকপসি থোইবীদগী খম্বদনা খরা হেন্না মপূং ফাই। শাইওনগী রারীদা য়াওরিবা চবিত্র পূম্নমকসি সিম্বলিক করেক্তর ঙাক্তনি হায়রবসু মীওইবা অমগী মশক্তগী নাম্থোকখিবদৌনা তৌরিবসি খম্বা, নোংবান, খম্নুনচিংদগী থোইবীনা য়াম্না লাপ্লে। থোইবী হায়বসি অচুম্বা, ফজবা, নুংশিবা হায়বদুগী সিম্বলনি। থোইবী অপংবী নুপীমচা নত্তে। মমিৎ- মনা শীংবা, ফীভম অমসুং তাঞ্জাগী মতুংইন্না থবক তৌবগী মগুণ লৈবীনি। করম্বা মতাংদা করি তৌগনি রাখল ময়েক শেংবীনি। মশক উদ্রবসু মখোলদা খঙবী, মখোল তাদ্রবসু মনমদা খঙবী, মনম ফংদ্রবসু ফীভম তাঞ্জাদা লাকশিনবা ঙম্বীনি। অমবোমদা মনাও ইবুংঙোগী নাইতোম পোকচবী মচানিঙোলনি। মপনগী ফম্বালগী রাফমদা থৌওইদবা য়াদবনি। অহল ওইরবা মপল নিংথৌ অমদি শাওগনবা মপা যুবরাজগী লৈঙাক্লোন্দা মহাক্কী দায়িত্ব চাওনা লৈরিবনি। মহাক্না খুমন খম্বদা মযূম পাল্লুবসি অপাম- নুংশিদা মঙাও থিবী নুপীমচা অমা ওইনা অফ- ফত্তা খঙদনা নমদুনা পম্থুং তাল্লুরিব্রা ? যূম্বাল্লবা মতুংদা যূম্বাল পুন্সি অমদি অপাম নুংশি হায়বসি করিনো মশক শেংনা খঙলক্লবা মতুংদা কল্পনা লোইখিদুনা ইতিহাস হৌবকপা মতমদা পূক্লিংদা করিগুম্বা খরা খল্লম্লোইদ্রা ? তান্নবগী ঈখৌলাংবদু হন্থখ্রবা মতুংদা মহাক্কী রাখলদা মহাক্কী নুংশিবা অমা ফংন্নবা মবৈবাক মোইরাংগী মতম শাংনদগী লৈরক্লবা মনীংতম্বা লৈবাক অমবু মীখূৎ চনখিবগী রাফমসি মহাক খল্লম্লোইদ্রা ? নৎত্রগা মদু খল্লুবদগী থোইবীনা মর্সি কিলিংদা কোল্ড ব্লড ওইনা পলিতিকেল মার্দবদা খম্ববু হাৎখিব্রা হংদবা ঙমদে। মসিদা হংনিংঙায় ওইরিবসি মরম অনীদনি খম্ববু হাৎখিবা অমদি খম্বা থোইবীনা শিমিন্নখিবা মতাংশিংসিনি। অদুবু থোইবীনা খম্ববু হাৎখিবসিনা ইতিহাসকী মীৎয়েংদা মোইরাংগী মথংগী নিংথৌ ওইনা ঙাংঙোই পুন্সিবা /লাইজিংসু পুন্সিবনা ফম্বাল তোংদুনা মোইরাং শলাই মনীং তম্না পালহৌরে। অদুগা থোইবীসু মতম পূম্বগী ওইনা ফজবগী সিম্বল ওইনা লৈহৌই। মসিগা লোয়ননা খম্বা থোইবীগী রারীসিসু অমরপ্রেম ওইনা লৈহৌরে।

# পোলোইদগী শৈহৌদা

খোইরেন্তাক্কী লময়ায়দা পাম্বা কৈরেনগী মখয়াত্তা য়াখোঙ থুমদুনা অপাম- নুংশি থুংনখিদ্রবা নোংবানগী পুন্সি পিখম্নদুনা পোলোই ওইখ্রে। পোলোই অসিদগী শকখঙবিখ্রিবা নুংশিবগী চৈনা পুবদা শিরবা ফাওবা পোথাবা ঙমদ্রবা নোংবানগী থৱায়না পিথাদোই চেক্লা ওন্দুনা চীংনু- মানুং, লোক- তায় খঙদনা নুংশিববু ফংঙমদবগী ঈথৌদা থাদোই থাদোই কৌদুনা নুংশিবা হায়বসি করিনো মশক তাকপগী শৈহৌ অমদা লাকখ্রে। নুংশিবগী তূংনফম ওইবিবা মহাক্তুগী শক্তম্না মাঙখ্রগা লেমহৌবা মচী ওইরবা মৈচাক মরক্তগী ফংবা পূক্লিংগী ঈথৌদা লূপচবা ঙম্বা লাইবক ফবা মখোয়দুগী মনুংদা নোংবানসু অমনি হাযগদ্রা ? নুংশিবগী ঈথৌ লাংবদি ফংলগা ঙাক কোক্কদবসু নত্তে অদুগা কায়নবদা লোইখিবসু নত্তে। নুংশিবা হায়বসি কায়না মৈফমদা চঙলগা হেন্না ময়েক লারকই হায়বসি উৎনবা পিথাদোইগী ৱারী অসি পুশিল্লকপা ওইরম্বসু য়াই। অপাম-নুংশি থুংনখিদ্রবা নোংবানগী থৱায়না পিথাদোই ওন্দুনা পাইখি। কায়না মৈশা লাংলবা মীগী মফমদদি মহৌশাগী খোঙচৎনা পীরিবা অহোংবগী ইথিল পূম্নমক তায়োন্নরকই। বসন্তগী হৈরাং-লৈরাং মরক্তা মালংগী শাহুম্না লীরি লীরি শীৎলকপা মতমদা পোম্বী চেক্লাশিংনা ফৈরাথক্তা কায়দোংদুনা নুংশি চিলোক্লবা উরুরে থোইনা মৈচাক হেঙ্গৎলি। অঙ্গংবা মালংগী শাহুম্না, বসন্তগী হৈরাং-লৈরাংনা, পোম্বী-চেক্লাগী নুংশি চিল্লোক্লবনা মশানৌ মহাকপু নীংশিংহন্নবা মরম ওইরক্তুনা নীংশিংহল্লি। থাদোই মহাকপু নীংশিংদুনা মৈচাক ফংহন্দুনা কপহল্লি, কপ্পুনা হিংহল্লি। মহৌশাগী নুংঙাইবশিংসি কায়না মৈচাক ফংলবা মীশক অমগী মফমদদি পূম্নমক তায়ওন্নবা মশক অমদা তাহল্লি। মসিনি পোথাবা ফংখিদ্রবা নোংবানগী আত্মাগী চৈনাখোল। ৱায়থুংনখিদবগী খম্নাইদ্রবা ঈথৌলাংবা মরিক অমগীদমক মালেম থুংনা কোয়দুনসু চোকথবা লৈহন্দবা মতৌনি। উৎলিবসি খম্বা নাইদ্রবা নুংশিবগী ৱাংলবা থাক অমনি। কৌরগতা পেঞ্জবা, নীংশিংলগা কপ্পা, পিরাং মরক্তা ফংবা নুংঙাইবা লোকচবা অঙকপা নুংশিবগী মরমচৎনি। কায়নবনা মপাম্ভোংগী হকচাংগী ওইনা লাপথোক্লখ্রগা শাংদোকহৈবা য়োহ্লিংনা চখোক্লগা থোইনা হেন্না পূনশিনবা মতৌনি। শেৎনরগা চাওখৎপা, খায়নরগা হেঙ্গৎপা নুংশিবগী মগুণনি। জীব পানবা খুদিংদা কাম হায়বসি লৈ অদুনা মালেমসি জীব পানবশিংনা লৈরিক-লৈরাক থল্লিবনি। কামগী ইরাংদগী খজিক হাইগৎখ্রগা সভ্য সমাজগী যুম্ফমদা অসিগুম্বা প্রেম হায়বসি তাংনা ফংদুনা জীবশিংগী মরক্তগী মীওইববু হেন্না ৱাংখৎহল্লি। অসিগুম্বা প্রেম অসিগী মপালতনা মীওইবা সমাজ অসিনা সমাজ লিংদুনা ঈংনা-চিক্লা নুংঙাইনা হিংমিন্নবা ঙমহল্লিবনি।

নোংবান্না পিথাদোই ওনখিবগী ব্রারীসি অশৈবশিংগী শৈশক্তদি থোইনা তাবা ফংদে। অদুবু জাতিসিগী মীয়ামগী মরক্তা অপাম- নুংশি থুংনখিদ্রবা নোংবানগী থৱায়না পিথাদোই ওনখিবগী ব্রা অসি অদুম ঙাংনবদি তাবা ফংই। অইবা ওইনা ফংলিবদি সাহিত্য রত্ন খ্বাইরাকপম চাউবনা ইবা 'পিথাদোইনা' শৈরেংনা অহানবনি। শৈরেংসিগী মতুংদা সহিত্য রত্ন অশাংবম মীনকেতন্না ইবা 'পিথাদোই' হায়বা খরা খজিক শাংদোক-চাওথোহল্লবা কাব্য অসিদনি। পিয়ে-থাদোইগী নুংশিবা নুংশিন্নবা নত্তে, নুংশিজবনি। নোংবানতনা থাদোই মহাকপু পংনুদা নুংশিজরুবনি। থোইবীনা নোংবানবু নুংশি-পামজরুবগী ব্রাফমদি মসিদা য়াওদে। নোংবানগী নুংশিবা অসি অপাম- মীহৌদগী হৌখ্রবসু কৈবন্দা পান্না কৈনা য়াথোঙ লোমদুনা শিখ্রবা মতুংদদি মহাক্কী থৱাযনা পিথাদোই ওন্দুনা পাইখিবদগীদি অশেংবা নুংশিবগী মায়কৈদা তপস্যা অমা ওইনা চঙখ্রবনি। ফংহৌদবগী মৈচাক্তগী শাইওনখিবা নোংবানগী থৱায় চেক্লা পিথাদোইনা তানবদা ফংলরোইদবা শক্তম অমবু নিংজবা, শক্তমদু মাঙখ্রো হায়বা য়াদনা মৈচাক্তি অসুম কনখৎলকই। অহানবদদি উরগা পান্নস্বদু উদ্রবা মতাংসিদনা মতম পূম্নমক্তা নীংজবগী সাধনা অমদা লাক্কুনা শক্তম লাৎচবগী থাক্তা য়ৌবকখি। থম্মোয় কায়রবা অৱাবা কযা খাঙলগা মমৈথংদা মহাক্কী নুংশি পুজা মপূং ফারকপনি। অপাম্বগা নুংশিবগদি খক থাদোক্লবা য়াদবা মাঙগা তুংগগুম্বনি। নুংশিবা হায়বসিগীসু মহৌশাগী ওইবা মশাগী খোঙচৎ অমা লৈজে। অহানবা উরু-থেংনকবদা নুংশিরুবা, মদুদগী অপাম্বা পোক্লুনা অপাম্ববু ফংনিংবা, ঐগী ওইনিংবা, অদুগুম্বদু ফংলগা নুংঙাইজবা, অদুদগী অপাম্বদু হস্থখ্রগা নুংশিবদু লেমহৌবা, অপাম্বদু ফংদ্রগনা মহাক্কীদমক কপচবা, নীংজবা, ৱাজবা। মতমদুদদি হৌখিবা থৌদোকশিং, লৈনখিবা মরী মথং মথং নীংশিংদুনা মৈচাক খাঙজবা, খাংবা ঙন্লক্লবা মতমদনা পূম্নমক কাওথোক্লবা হোৎনবা অদুবু কাওথোকপদি ঙমদনা চৈনা ফংদুনা লৈনবনি। অপাম নুংশিবনা ওৎপিবগা মমৈথংদা নুংশিজরিবা মহাক্কী অপাম মীহৌগী শক্তমদুনা অসুম লাপথোকখিদুনা মমি শামখ্রবা মতুংদা থম্মোয়নুংদা মমি তাহৌবা নুংশিবা অদুতং লেমহৌবা মরু ওইদুনা অশেংবা ওইনা লৈহৌই।

শাবী- শানৌশিংগী থম্মোয়দা অমগী লমচৎ- শাজৎ, ৱাঙং- শাঙাং, মশক- মতৌ নৎত্রগা করিগুম্বা মগুণ অমনা অতোপ্পা অমগী থম্মোযদা করিগুম্বা মমি নৎত্রগা শক্তম অমা য়েক্লনবা কন্নমক হোৎনদুনা লৈনৈ। যৌবনগী মতাংসিদদি মসি য়াম্না লায়না অমনা অমদা য়েক্লবসু ঙম্মী। পূক্লিংদা তারিবা মমি অদুনা মখোঙ পান্দুনা পূক্লিংগী মীৎলমদা হঙ্গৎ- হন্দা চৎলকই। মতমসিদা ৱাঙাং অমা, মীনোক অমা নৎত্রগা মীৎয়েং অমগী ৱাহম্লোক মপান নাইরক্তে। মীৎয়েং, মীনোক, ৱাঙাং অমগী অর্থ থিবদা নুং- পান ওনবমখৈ কঙাওনরকই। তৌফম খঙদ্রবা মতমদা মীৎকী পিদা থম্মোয়গী

অঙ্গংবা থিরকই। নোংবান্না থোইবীবু নুংশিরিবসি অপাম্বা নত্তবা অশেংবা থম্মোয় লাম্থোক্নুনা চঙজবা অমরা ? হেঞ্জিন্না নুংশিজবগী শক্লোন অমসু লৈজে, মদুদি মহাক্কী নুংশিবদু মীওই অমা নৎত্রগা শকফম অমদনি। হেঞ্জিন্না নুংশিরকপসিনা মহাক্কী নুংশিবদু ফংনবা হোৎনরকপদা মীশক অদুদগী মহাক্কী নুংশিবদুনা হেন্না মমল য়াম্লকই। অদুনা মহাক্কী নুংশিবদু ফংনবা হোৎনরকপদা নুংশিবগী কেন্দ্র ওইরিবা মীশক অদুবু বলি তৌবগী ফিভমদা লাকই। থাক অসি য়ৌরকপদদি মীশক অদু মহাক্তগী ওইনা শেম্লকপনি হায়নিংলকই নৎত্রগা লৌরকই। মদুমক্তা চান্নবা মওংদা ঙাং-শকপা অমদি লোনচৎ-শাজত্তা মতোমতা উথোকচরকই। মদু য়ৌরকপদদি নুংশিরুরিবা মহাক্কী থবক থৌওং পূম্নমক মহাক্কী পূক্লিংগা মরী লৈনদনা য়ারক্তে। মহাক্কী পূক্লিংগী অব্রা- নুংঙাই পূম্নমক্কী মমিদু নুংশিজরিবা মহাক্কী মায়থোঙদা মমি তাবা পাম্লকই। হকচাং, পূক্লিং, ব্রাখল মান্নদবা মীওইবনিনা মসি ফাওনবা য়াবা নত্তবনিনা মূক্লবা অমা থোক্লক্লগনি। মতমদুদদি নুংশিজরুরিবা মীশক অদুদগী তাথীবা মওং খরদি শোয়দনা ফংলগনি। মরমদি মহাক্কী নুংশিবদুনা নুংশিজরুরিবা মহাক্কী মফমদা নুংঙাইহন্দবতা নত্তনা নুংঙাইবা অমত্তা পীরক্তবনিনা মশানা তুক্কচরকপা ত্থাবনি। অদুনা নোংবান্না থোইবীবু নুংশিজরুরিবা অমদি ওইরক্লিবা মওংসি মদুমক্লা খন্নিংঙায় ওইরকই। থাদোই মহাক্তবু ফংনবা হোৎনবদা নোংবানগী লমচত্তা চীং-লেম্বা হায়বদু অমত্তা য়াওদনা পূংমাঙ মাঙহনখ্রবনি। নোংবান্না থোইবীবু তান্ন-তান্নরগা থোইবীদি মঙোন্দগী অসুম লাপথোকখি নোংখোং পরেংগী ব্রাংমা লান্না। নুংশিবদি পামজবা মীশক, শক্তম, মায়থোঙ, হকচাং অমদগী হৌখ্রবসু পূম্নমক্তু মাঙখ্রগা নুংশিবা হায়বা পূক্লিংগী ইথিল অদুতমক লৈহৌরবা মতুংদা নুংশিবগী অব্রাংবা থাক্তা কাখৎলকই। নোংবানগী মফমদা থোইবী হায়বসি মহাক্কী সেন্সশিং— উবা, তাবা, ফাওবা, মনম, মহাও অসিদগী চাইথোকখিদুনা মহৌশাগী লেংলি-পাল্লিবা পোৎলম- চৈরমশিংদা শন্দোকখিদুনা পূম্নমক্তুদা থাদোইগী মায়থোঙগী মমি উরকখি। নোংবান্দা থোইবী হায়বসি মাযথোঙ নৎত্রগা শক্তম অমা নত্তে; তাইবঙ পুন্সিবু য়োক্তুনা থল্লিবা মমল অমনি। মহাক্লা অদুবু থিবগী লোইবা নাইদনা চৎপগী খোঙচত্তা চৎলিবমখৈ য়ৌবা ঙমদবা অদুগা য়ৌবা ঙমদ্রে হায়দুনসু চত্তবসু য়াদ্রিবা পোলোই অমদগী শৈহৌ অমদা চৎপগী খোঙচৎনি। নোংবানগী নুংশিবসি ইচম- চম্বা মপাম্থোংগী নুংশিবা অমদগী হৌখ্রবসু অরোইবদদি সর্গ প্রেম হায়বদি লাইরম্লেনগী নুংশিবগী থাক্তা হাইগৎলকই।

নোংবানগী মপাগী মমিং থোইঙম্বা কৌই। ফম্না অঙোম নিংথৌ নৎত্রগা খদ্রাকপনি, মমানা খুরাই লৈমনি। অঙোম নিংথৌ হায়বসি নিংথৌ নত্তে, ফম অমখক ওইনা মোইরাংগী কোনুংদা লৈবনি। মনীংতম্বা লৈবাক অমগী নিংথৌ ওইনা লৈরম্বা নত্তে। নোংবান অসি তরং খোইনুচাগী শাইওননিসু হায়নৈ। মশাগী তালোয় অহুম/

মঙা লৈরবা নোংবান্না থোইবী মহাক্তগী নুংশিববু তান্নরুরিবসি করিগীনো ? নুংশিবদি নুংশিবনি অতৈ মরম লৈতে হায়বা পাউখুমদা পেন্থোক্লগদ্রা ? খম্ববু মোইরাংদা লমজা কেগেদা শরা হায়রিবসিদি অদুক হায়বা হায়বদুনি। মহাক অসি মোইরাংদা মীনৌ ওইনা উরবসু মহাক্তি শলাং খুন্দা মতীক-মগুণ চাওরবা মপা শলাং মাইবগী মফমদগী নুপা অমা ওইবগী মতীক ওকপা মহৈ- মশিংগী জ্ঞান ফংলগা মোইরাংদা লাকপনি। নোংবান্দি মরায় চায়থরকপা মতমগী হৌনবা কনানসু থওইবিরক্রুবা মতম্নি । খম্বগীনা ফিরাল মমায় চুমখৎলক্লিবা, য়াংজেন নহা মথোৎলকপগী হৌনবা মপাঙ্গল- মথৌনা হেঙ্গৎলক্লিবা মীনসু-লাইনসু য়াবা মতাংনি। অমরোমদা লমজা ওইনা হৌবক্লগা মপা মপুগী কুইনা মাঙলুরবা লঙ্গৈ ফংলবা মীশক্লি। মহাক্কী মীচংদা লৈরিবসি চীংঙু থাংজিংদগী হৌরগা লাইয়াম_ পান্থোইবী, অয়াংলৈমনচিংবনি। খম্ববু মতম পূন্নমক্তা থাংজিং মশামক নৎত্রগা অয়াংলৈমা, পান্থোইবী থাদুনা করিদা শোয়খিগদগে হায়দুনা কোয়শেন-শেন্নদুনা থল্লিবনি। অদুতনা থৌদোক পূন্নমক্তা খম্বনা মায় পাক্লিবনি। থাংজিংনা কোযশেন শেন্নরিবসি তোক্লবদি খম্বদগী নোংবান্না হেন্না মতীক চাবা চরিত্র ওইরক্কনি। থাংজিং হায়বসি অমরোমদা হায়রুরবদি করিমতা নত্তে, মীওইবগী লাইবক্কী নোংদম্নি হায়বসু যাই। খম্বগী চরিত্রদগী লাইবক্কী নোংদম নৎত্রগা থাংজিংগী খূজিল অসি খাইদোকখ্রবদি খম্বদি মশা- মউ ফবা ইচম চমজবা মীওই অমদগী হেন্না করিসু লেমহৌদে। খম্বদি লাইবক্কী নোংদমদা থাজদুনা হিংবনি অদুগা নোংবান্না মশাগী কর্ম্ম ফলদা থাজদুনা মশাগী লাইবক্কী নোংদমগা শীংনদুনা হিংলিবা অচংবা চরিত্র অমনি। চরিত্র অমা ওইনা নৈনরবদি খম্বদগী নোংবানগী চরিত্রনা হেন্না মপূং ফাবা অমদি কাচিন-কোয়া ময়েক শেংবা হেল্লি। নোংবান্দি কনামতগী মপান তাংদনা মতোমতা লেপ্পা ঙমজবা চরিত্র অমনি। লাইবক্কী নোংদম অসি য়াওরমদ্রবদি খম্বনা লৈ হেকপা, কাও অমদি কৈ ফাবা অমত্তা ঙল্ললোই। চীংঙু থাংজিংনা থৌজানবিদ্রবদি খম্বা মশাগী মরন্নাইগী মতীক-মগুণনা করিমতা মায়পাক্লা পাংথোকপা ঙল্লোই।

মতমদুদা মণিপুরী সমাজদা নুপী মশানা য়াদনা নুপাশিংনা মপাঙ্গল শীজিন্নদুনা নুপীশিংবু নমজা নমথেক্লদুনা মখূৎ চন্নবা নৎত্রগা মপাঙ্গল শীজিন্নদুনা অপাম্বা নুপী ফংনবা হোৎনরম্বগী মমি তাদে। ফত্তে হায়বিবা নোংবান ফাওবদা মচাইবেম্মা থোইবীনা মপূক্লিংনা পেনবিনবা হোৎনৈ। মদুদা অচোপ-অরেম খঙদবা থৌদৌ খরা য়াওখি হায়বমখৈদি হায়বা য়াই। অদুবু নমদুনা ইজজৎ মাঙহনবা নৎত্রগা ফা-পুন্দুনা মখূৎ চন্নবা হোৎনবদি তৌদে। নোংবান্নবু পাল্লবদি করিগুম্বা খরা হেক্তা তৌবা য়াবগী খুদোংচাবা মহাক ফংই, মরমদি চীংখুবনা মমোম লাংলেন থোইবীবু মহাক্কী মখূত্তা পূমশিন-শিন্নদুনা থল্লিবনি। শম্না হায়রবদা অদুগুম্বা হস্থবা শাজৎ মতমদুগী সমাজদা চৎনরমদে হায়বনি।

মসিতসু নত্তনা কুমাম চনু কুজলেম্বী/কুমজালেম্বী/ কুঞ্জমালানা মমা পোক্তবীগী য়াথংদগী খোইবেন্তাক্কী পুলৈনা শৌজিন শাবা হাওমুলোক্কী লোকমায়দা পুলৈ য়ানবদু কাঙপোৎ পুবা নুপা অনীনা অরাপ্পদা পামেল শীংজা চনবা উবদা মপূক্লিংগী অকিবা কোকখি।

মী মরক্তসু খম্বগী মীচংদা লেপ্লিবসি মপা লৈতনা থৌশিল হৈবা চাউবা নোংথোন, মোইরাংগী শা- লানগী অশুপ্পা শক্তি পায়রিবা থোংলেন অথৌবা, লাইগী শক্তি ফংলবা কবুই শলাং মাইবা, মবাই ফৈরোইজাম্বা, ময়াম্বগুল্লবা তারি নামোইজাম্বা, মহাকপু করিদা শোয়খিগদগে হায়না মীৎকৃপ খুদিং চেকশিন্না শেন্নজরিবী মমা শক্লবী মচেম খম্নু, থম্মোয়না খোয়জংনা পামজরিবা থোইবী মঙোন্দগী ফংলিবা নুংশিবগী পাঙ্গল অসিনচিংবনি। পূম্নমকসিদগী হেনবদা মচীন থোক্তবসু মোইরাংনিংথৌ, খুমন নিংথৌসু মনুংদদি খম্বগী মীচংনি। মখোয় পূম্নমক মতীং ফুদোকপা য়াদবগী তূমিন-তূমিন্না লৈনরবসু খম্বগী মীচং ঙাক্তনি। নোংবান মহাক্কীদি করি লৈ ? মহাক্তি চহী তরেৎ থংন-থংননা মূক্নাগী যাত্রা ওইরক্লবসু মপাঙ্গল মথৌনা হল্লকপনা কনানসু থানবিরক্তবা চহী য়াম্নক্লবা মীওইনি। মহাক্কী লৈরিবা হায়ববু কোনুংদা থোইনা মন্না চৎত্রবা অহল ওইরবা মপা খদ্রাকপা, লৌশিং ব্রাৎপা, শাওগনবা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ অমদি মরল ম্রথুম খবা অসি মথৈদনি। কনাগী মফমদগীসু পূক্লিং থৌগৎপা ব্রাহৈ অমত্তা ফাওবা তাবা ফংজদ্রবনি। মহাক্না ইনখৎলক্লিবা খম্বগা লাম্বানদুনা লমজেন, মূক্না-কাংজৈ, কাও ফাবা অমদি কৈবন্দা চঙদুনা কৈ ফারুবা পূম্নমকসি হকচাংগী পাঙ্গলনা নত্তে, মীনা লাকচবা য়াদ্রবা পূক্লিংগী পাঙ্গল অমদি থোইবীবু থম্মোয় শেংনা পামজরুবনা ওইফম থোকই। অপাম-নুংশিগী মৈনা চাক্তুনা লৈ হেকপা, কাও ফাবা, শামু খোঙয়েৎপা অমদি কৈ ফাবদা নোংবান্না ধর্ম্ম য়েংদনা অরানবা খরবুদি তৌখি হায়বসিদি ঐখোয়না য়াই। পাপ হায়বসি মপান্থোংগী থবক অদু নত্তে, পূক্লিংগী ফিভমদুনি। মীওইবগী পূক্লিংগী ফিভমদু মপান্থোংগী মতৌদা লোত্তুনা থম্বা য়াদে মদু মী মীদুগী শাজৎ লিচত্তা হেক্তমক ফোঙদোরকই। অপাম নুংশি হায়বসি ফংনবা হোৎনবদা নমথাক অমদি লান হায়বসি থোক্তবা লৈতে। মীয়েং অসোমদগী য়েংবদা নোংবন্না তৌরুরিবশিংসি তৌবা য়াবা ঙাক্তনি।

নোংবানগী চরিত্রদা উৎলিবা নাপ চাদবা ময়ামসি চাশিনৌ হায়বা য়াদে। মহাকপু মহাকাব্যসিদা ভিলাইন্ট অমা ওইনা য়েকপদগী ফাগিগী চরিত্র অমা ওইহনবনা হেনবদৌনা তৌই। নোংবানগী চরিত্র য়েকপদা ফত্তবা হায়বদুগী সিম্বল অমত্তমক ওইনা উৎপদা পান্দম ওইখিবনা মহাকপু মশাগী অফ- ফত্তগী লৌশিং-জ্ঞান লৈবা মীওই অমা ওইনা উৎপদগী খরখিৎ নাথৈদুনা খরা হেঞ্জিন্না য়েকখি হায়বা ফাওবদি ঐখোয়না য়াবা

তাবনি। ফত্তবা হায়বদুগী সিম্বল অমত্তমক ওইনা উৎপদা হেনমনখিদুনা অহিংবা মী মাল্লক্তবা মতাং কয়ামরুমদা য়াওরকই। চাবা থকপদগী হৌরগা ওইদবা ঙাংবা, ইকায়বা খঙদবা, মিনুংশি লৈতবা, ধর্ম্ম য়াওদবা ময়াম অসি পূল্লপ শুজিন্নবা হোৎনরকপদা মহাকপু মশাগী হিংবগী থাক্কা চাশিন্নদনা, মিনুংশি য়াওদনা, মহাক্কী চরিত্রবু উৎপদৌনা তৌই। খজিক্তং কৃপ্লা য়েংশিল্লুরবদি নোংবানগী চরিত্র অসি খলনায়ক্কী লমচৎ শেমগৎপদা মায়পাক্তবা ওইনদুম উহল্লি। চরিত্রনা লানবা মান্দে, চরিত্র শেমগৎ- শাগৎপদা থোকপা অরানবা মাল্লি। নোংবানগী চরিত্রসি মোইরাং শাইওনগী ৱারী হেক তারিবশিংনা চঙ ফংনা নুংশিনদে। অদুবু নোংবাননা করিবু হেন্না তৌখিবগে? মী লাই পূম্নমক খম্বগী মীচংনি। নোংবান্দি নাইতোম তারবা মীশক্লি। খম্বা নত্তে কেগেদা লমজা মোইরাংদা শরা ওইরিবসি নোংবাননি। খম্বদি খুমনগী অথৌবা পুরেম্বগী মচানুপানি। মশামকসু মতীক-মগুণ কয়ানা লৈতেংলবা মীশক অমা ওইবতা নত্তনা মহাকসি খুমন মরমদা নিংথৌ ফাওবা ওইবা য়াবগী অচৌবা হক লৈরিবা মীশক্লি। মরমদি মহাক খুমন নিংথৌ য়োইথোংঙাইগী অমত্তা ঙায়রবা শুথাং অহলনি। নোংবানবু ঐখোয় পূম্নমক্না মফম পূম্নমক্তা ফত্তনা উরি, অফবা অমত্তা হাযবিদে। নুংশিবদা অমনা খরা হেঞ্জিনবা হাযবসিদি হৌনশানি। নোংবানগী তালোয়শিংনা নোংবানবু তান্নে, নোংবাননা থোইবী মাবুতা তান্নে, থোইবীনা খম্বা মাবুতমক তান্নে। নুপীশিংগীসু মহৌশা অমা লৈজে মদুদি অপাম্বা নুংশিবনা অমৃত, পামদবা— য়ানিংদবনা হু। থোইবী হায়বা মিংসি নোংবানগী মৃতুশ্বরনি।

খম্বনা কাব্যসিদা থোক্লকখিবসি শলাং খুন্দা চহী কুন লৈরুরবা মতুংদা মশাগী চহী কুনগা খবা হেল্লক্লবা মতমদনি। মতমসিদা থোইবীসু মপূং- মরৈ ফারবী লৈশাবী অমা ওইন্না লৈরল্লবনি। অদুগা নোংবানসু মোইবাংগী রাজ সভাদা মফম নাইরিবা মীশক্লি। মপাঙ্গল মথৌনাদা মপা লৈতবা, চহী তরেৎ মনম লৈবাক তাদ্রিবা কাওরেন তোমচৎকুম লৈরিবনি। অদুনা খম্বনা থোক্লক্লিঙৈদা থোইবীগা নোংবানগা অমনা অমবু শকখঙ মায়খঙনরমফম থোকই। নোংবাননা থোইবীবু পামজবসি মতমদুদগী লৈরমফম থোকই। থোইবীনসু নোংবানবু অদুক হক্না মপূক্লিংনা য়ানিংলল্লোইদবগী মরম ফংদে। থোইবীনা ৱাঙ্গোন নিংথৌগী মচানি, অমুকসু কোনুংদা নিথৌ অমসুং মমানশিংগী মরক্তা চাওরকপনি। নোংবাননা মতীক-মথৌনা লৈবা অতোম-অবেং ওইনা কোনুংদা মফম নাইরল্লিবনি। হায়রিবা মতম অদু শমদৎলগা কাংজৈ শান্নবা মতাংদগীদা থোইবী অমসুং নোংবান শকখঙনহনবা অমদি নোংবাননা থোইবীবু পামজবা ওইনা উৎলিবসি মতা চাদনা থোক হেক থাংজিল্লকপা হায়বদি সুপর ইম্পোজ তৌরকপা ওইনা থোকই, মরম চাফাত্তে। খম্বা, থোইবী অনীনা নুংশিনরকখিবগী মতাংদি মবম অমদি থৌদোক ময়াম উৎলবসু নোংবাননা থোইবীবু নুংশি-পামজখিবগী মরমদদি করিমতা পীরমদে।

মসিনা ৱারী পরীংসি শাগৎলকপদা পরীং চাবা (লোজিকেল সেক্যুএন্স) অমা শীবা ঙমদবতা নত্তনা নোংবানবু খন্বগী লান্বা অমত্তমক ওইহন্নবা ৱাফমসি খাংতপ্পা পুশিল্লকইবসি মরম ইচা চাদে। মতাংসিদা হংনিংঙায় ওইরক্লিবা ৱাফমদি খন্বা থোক্লক্লিঙৈগী মমাঙদা নোংবান অমদি থোইবী অনীগী মরক্তা নুংশি- নুংওনগী মরী অসি লৈরমফম থোক্তব্রা? থোইবীগী শাজত্তা নুপাবু কিদবা, নুপা হায়বসি করিনো অদুগা লৈশাবী পাখঙগী নুংশিবা হায়বসি করিনো য়াম্না খঙবসু মাল্লি। মসিদি কোনুংদা পোক্লগা হেক্তা খঙবা য়ারোইদবা থেংনরগদা খঙগদবা ৱানি। অদুদি নোংবান, থোইবী অনীসি হান্ননা নুংশিনরম্লবা মতুংদা খন্বনা মোইরাংদা শাফোঙলকপদগী থোইবীনা খন্বদা নকশিনখিব্রা ? নৎত্রবদি নহানমখৈ থোইবীদা মপূক্লিং চঙলমদবা নোংবাননা থোইবীবু কাংজৈ শান্নবা মতাংদগী খঙপাম পামশিল্লকপসি মরম চাব্রা ? নোংবাননবু পাল্লবদি মহাক্না মোইরাংদা মপা লৈতনা মিংচৎ লৈরিঙৈগী মতমদা থোইবীবু লুহোংদুনা মাগী মখূৎ চনবদা লুনা থোক্কদবা অমত্তা লৈতে। মতমদুদগী য়েৎপিনবসু কনামত্তা লৈত্রি। মতমদুদা পাল্লমদ্রগনা কাংজৈ শান্নবা মতাংদগী খঙপাম-পামশিলহন্দুনা অপাম-মীহৈ পোকহনবসি চরিত্রশিংবু মশা-মশাগী পরীংগী ক্লোদা পুথবগী মহুৎ অশৈবশিংনা অপান্বা মওংদা পুবনি। মদু নৎত্রগনা নোংবান অমসুং থোইবী হান্না নুংশিনরম্লগা খন্বা থোক্লকপদগী থোইবীনা অহেনবা, অপান্বা থিদুনা নোংবানদগী মমায় লৈথোক্তুনা খন্বদা মমায় ওনশিনখিবনি।

অদুনদি নোংবান নত্তে খন্বা থোইবীগী নুংশি লম্বীদা মরক থৎনা লেপ্লরিবসি। খন্বনা নোংবান থোইবী অনীগী নুংশি লম্বীদা মরক থৎলনি। থোইবীনা খন্বদা নুংশিখরে হায়দুনসু মহাক্না পামদবসু নত্তনা মহাক্না পাম্না পাম্না থোইবীবু করিগী থাদোক্কদৌরিবনো ? থোইবীগী অপান্বা ঙাক্তা অপান্বা নত্তে, নোংবানগী অপান্বসু অপান্বা ওইবা তাবনি। অদু ওইরবদি নোংবাননা মহাক্কী নুংশি লম্বীদা অয়েৎপা পীরিবা, যেক্লবা খন্ববু মাঙনবা শীন্দুনা থোইবীবু মাগী ওইনা ফংননবা করিগী হোৎনরোইদৌরিবনো ? মহাক্তি মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা মপূক্লিং লায়না হোংগন্দবা মীওইনি। অদুদি লাল্লিবসি খন্বা নৎত্রগা থোইবী মখোয় অনীগী মনুংদা অমনি। থোইবীনা মপূক্লিং লেপতবা মওংদা নোংবানদা ওনশিনখিবা ওইরবদি থোইবীনা লানবনি। খন্বনা থোইবীবু নোংবানদগী মূনখিবা ওইরবা নৎত্রগা নোংবান অমদি থোইবী অনীগী নুংশি লম্বীদা অয়েৎপা পীরবা ওইরবসু খন্বনা লানবনি। নোংবানগীদি করি মরান লৈ। মহাক্তি নুপা থোকপা নুপা অমনা তৌফম থোকপদুমক তৌবনি। মহাক্কী মরালনি হায়বা য়াবা মরম শম্না মফৈ অমত্তা উদে। মসিনা হেন্না ৱারী পরীংদা চান্ননা থোকই। মসিগী মতাংদা মোইরাং শাইওন্দা মতীক চাবা মরম অমদি ৱারীগী লংজিল ফংদে। অদুবু ওইফম থোকপা হায়বগী মীৎয়েংদগী য়েংবদা ৱাফমসি অচুম্বা ওইরি।

নোংবান থোইবী অমদি খম্বা অহুম্না শিবদা মোইরাং শাইওনগী  ৱারী লোইরে। শাইওনশিংসু মখা অমুক চথখিবা তৌখিদ্রে। মখা চথহৌরিবদি নোংবানগী থৱায়না শাইওনবা চেক্লা পিথাদোইগী ৱারীদমক ঙায়হৌরবনি। নুংশিবদা হেঞ্জিনবা, ফংদবা য়াদে হায়বসি লৈতবা য়াদে। মদু য়াওদ্রবদি নুংশিবা অমদি নুংশিবা ফংবগী মগুণ করিসু লৈররোই। নুংশিবদবু ওইরো নৎত্রগা করিগুম্বা অমদবু ওইরো ঙাওবা ঙমদ্রবদি তাইবঙপানবদা হিংবগী হৈনিংবা লৈররোই। হৈনিংবা য়াওদনা হিংবা পুক্সিগীবু হিংবগী করি মমল লৈরুখিনি। নুংশিবা হায়বসিগী লোনচৎসু হেঞ্জিনবা হায়বসিনি। নুংশিবদা মীগী ৱাখল খঙদনা ফংদবা য়াদে হায়রবদি নুংশিজরিবা মঙোন্দগী ইকায়বা চোপ্পা অমদি মায়থীবা ফংবা হায়বসিসু শোয়দ্রবনি। ইকায়বা, চোপ্পা, মায়থীবা ফংগে হায়বমখৈ ফংজসনু মদুনা নুংশিবগী ৱারীবু লংখৎহনগদৌরিবনি। মদুমক্তনা নোংবানগী মথৱায় মঙানা পিথাদোই ওনবা ঙমখ্রিবনি। অমুকসু নুংশিবা হায়বসি য়াম্লমক খুবা লম্বীনি মী অমদগী হেন্না চৎপা চন্দবা। মসিদি য়াম্না পীকপা শংসার অমনি মহাক্লা খল্লিবদুনতা মচুমই হায়না খনগনবা; মদুনি নোংবানগী মফমদা থোক্লিবসি। থোইবীনা মহাক্কী অরোইবা মতমদা নোংবানবু নীংশিংলমগদ্রা ? নীংশিংফম থোকই। করিনা হায়রবদা মহাক্লা নোংবানদা লৈজরম্লবদি মহাক্লা খম্ববু  হাত্তবা য়াদবগী তানফম অদু লাক্লম্লোই। খম্ববু হাত্তুনা নুংশিবা মশক খঙদবী হন্থবা থাক্কী নুপীগী মশক্তগী কঞ্জনবা মহাক্কী মথৱায় মাঙনবগী মরমসি শুংলৈমক লৈরম্লোই। ৱাঙ্গোন নিংথৌনা থোইবীবু কবোদা লোই থারমদায়দা মহাক্লা খম্বদা লৈবদা য়ানিংদ্রিবগী মরমদু নোংমা খঙলখিনি হাযনা মাংজৌননা ঈঙ্গিৎ অমসু পীখ্রবনি। অদুবু থোইবীনা মহাক্লা নুংশিজবা অমদি পামজবা খম্ববু ফংনবা হোৎনবদা অকি- অখং  খঙদবী অঙাওবী ওইখি। করিগুম্বা থোইবীনা নোংবানদা লৈজরম্বা থোক্লবদি শিবদা পোলোই ওইবা কাব্য অসিগী পোলোই অসি তারমদবা য়াই।

কাব্যদা পীবম্বা মতুংইন্না য়েংলবদি নোংবানসু পাম্বা কৈরেলনা শোক্লবা অরোইবা পূংফমদুদা খঙলম্বা য়াই; অকন- অথৌ, লন- থুম, অঙম তানবা মতৌনা নুংশিবা হায়বসি ফংবা ঙমদে, থম্মোয়দি থম্মোয়তনা তানগদবনি, নুংশিনা তান্নরিবা অপাম্বগা শাগোন্নবা হকচাং কয়াৎকী ওইবা নুংশিবা (সেকুএল লভ) অদুগী ৱাংমদা লাইরম্লেনগী ওইবা নুংশিবা (ইটর্নেল লভ) অমদা থম্মোয়গী অঈংবা পোত্থাফম্লি হায়বসি। শাইওনগী ৱারীদা নোংবানবু মীগী নুংশি লম্বীদা তিঙ্খং ওইরুবগীদমক অপাবা/অতাবা মীপুম খুদিংমক্লা মখুৎ য়ান্দুনা চৈ। অদুবু নোংবাননা পাম্বা কৈগী খয়াত্তা তারবা মতমদদি মহাক্লা মতাও খম্বদা মহাক্কী তালোয় অতোনবী ঙৌনু লৈমা থা শুহৌরবনি শীন্নরকপা অমদি মহাক্কী মতুংদা য়েংশিনবিনবা হায়জরকপদদি ৱারী তারিবা পূম্নমক নোংবানবু

নুংশিদবা ঙম্মদে। নোংবানগী তালোয় অতোপ্পীনা মীরোন্দুনা পোকপা অঙাংদুগী মমিং খম্বনা নোংবান থোকপা শারাবা হায়না থোনবিখি হায়বা অমসু থেংনৈ।

নোংবাননা মাগী অরোইবা মতমদা ব্রাঙ্গোল নিংথৌগী মমোল্লোয় লাংলেন থোইবীবু নীংশিংলমগদ্রা ? নীংশিংফম থোকই, মহাকথক্কী মথৱায় মাঙগদৌরিবনি। থোইবীগী ফজবা শকফম্বু নীংশিংদুনা শৈথারমফম থোকই অশৈবা অমনা শৈথারম্বগুম –পামেল উয়োন্নুংগী শিংলেন লৈ কবোক্কুম লৈরাং ঙৌনা শাৎপা লৈগুম্বী খিং খিং কায়নৌ শমজি লৈগুম্বীগী পলেম পীবুক্কুংদগী শাফোংবী ইৱাংলোন নোংপোক কোয় চীংশাংগী লৈহাও লৈরেন্না শাৎকুম্বী, অঙাংবা নৃংহি নুংচংলৈ, অৱাওবদা হিগোক কুম্পালৈ, পানবা লাগুম নৌ থোইবী, কবোক্কেগুম পাম্ফোইবী ইৱাং নৱাং চীংনুং থরাক্কেগুম য়াংনাদবী ইৱাংলোন চেংলৌ শকপাম্ফোংবু লোইদাম মেরা থাগী য়াৱা থা নিংথৌগুম্বী মীৎয়েং থম্বাল লৈকামানবী, ইৱাংলোন পিশুম পাগোই থাংবু য়েংবসুং লকা তেজম্বগী, লীরি খেঞ্চো তিংগুম্বী ইৱাংলোন কায়নৌ শমজিবু য়েংবদি শল্লাং নাকতৈ পাংমনা ময়িম কোনখা ফল্লেন ঈগুম্বী ইৱাংলোন কায়নৌ শমজিবু পদু নিংথৌগী লুনিং হুক্কুম্বী অদোন লনচেনবম লযহনপাত্তা হুপ্পৌ খাঙপ লায়না চাকথোকপা পোংনু মচল কুরাউ তাওবী শানওন চেক থৌপান উদোং মৈনানা শমজি মমৈ চোমথোকপী শক্তম্নি; মচাইবেম্মগী ফাইরেন ঈগুম্বী, লুতুং তাবা শল্লাংনা তুংদা লেংপাক য়ৈনা থাদবা শেলোই উচান মনাগুম নাপ্পা কৃপ্পা শল্লাংসু শাবুম অমত্তা য়েৎহন্দে, শল্লাং অমত্তা চোইহন্দে অউপ লাংগী মওংগুম, লূমাঙ তাবা শল্লাংদো শিঙেল থাম্বাল লৈরিক্কুম জুম জুম তাবী হুম্নি পানবা থাজগুম শল্লাংগী মরক্তা লোত্তুনা ঙাল্লিবী মায়থোঙ থম্বানগী ফজবা চেংলৌ শক্তম উবদা মীৎফম হোংবা ঙমদবা, য়েংবগী পেনবা নাইদবী, নুরাগী পিশুম তোংদম তাববু য়েংলবসু খোইখোইবা খৃৎশু লিরুং মওংগুম্বী নিংঙোলগী নাতোন চিরাই অনীদা হুমাং ঈরিক কাবদি নীংথিজবী, করাং থেলগী হৈরাং তয়াল অমুনবগুম ফজবী চীম্বান্না খোইরুম মোমোন নোক্লপদা তাউজিং কফোই মরুগুম য়াতোন লংনা ফজবদু নুমিদাংদা তন্দন পরেং পাইবগুম ফজবী, মীৎমৈনা শজি মীতানি; তথক শঙাই মীৎয়েংনি, মীচিনা লৈরৌ লাংথাকপী, শওং শাদা য়েংলুরবসু ঙকশম তোংদম তাবনা চেক্লা কাংঙনা তমজনিংঙায় ওইবী, পাম্বোম তাথরকপনা থম্বৌ হেরা ঙমজবী, য়াংলেন মাগী লাইকালম শিনৌ লংচাক্কুম্বী, খুবোম্মা চোম চংবী লায়োন খোক্লি, খোঙনা খৃরুম খোঙদা ওইবী, খুমিংনা ঙাতেল ঙাগী মচীনগুম্বী খৃয়ানা য়াইঙং মচুনি, কুচুনা পুলৈ ময়োন ওইজবী অগ্নি লৈহাউ লৈরেনগুম্বী য়েংঙু খুদিংদা অৱাৎ অপা লৈতবী ফজবনা মশরুক ওইবী লেমজবদা তমজনিংঙায় ওইবীনি। অসিগুম্বা ফজবসিদা নোংবানগী পুক্সি পোম্থা ওইখি।

# মহৌশাগী মতম্পাক

লোক্তাক্না মিংশেল থাংজিং চীংনা উফম ওইরিবা তৈকক্লদি শৌজিনশা যেনানা ঈমায়শি চরাংনা পোমায় তুবিবা অশুন্না অশৈবশিংনা শৈথারন্মী। লোক্তাক পাৎ অসি মণিপুরী জাতিগী পুন্সি ঈচেলগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা ৱারী শীংবূন কয়াগা শাগোন্নদুনা লৈ। ৱারী শীংবূনশিংসি লৌথোকখ্রবদি লোক্তাক পাৎ হায়বসি ফুমদিনা কুপশিল্লবা নোংমা মাঙখিগদৌরবা ঈশিং তুংবা পাৎ অমদগী হেন্না করিসু ওইদে। অদুবু মণিপুবী জাতিনা পাৎ অসিবু অদুক লায়না তয়াং-তশোযনা লৌদে। মরমদি পাৎ অসি ননিপুরীশিংগী নাৎকা থাদোক্নবা য়াদ্রবা পুন্সিগী শরুক অমা ওইনা লৈ। মণিপুরদা চেল্লিবা অয়াম্বা খোং তুবেলশিংগী ঈশিংনা পাৎ মচাশিংদা তুংদুনা লৈকবা মতুংদা লোক্তাক্তা তিল্লে। চেনশিল্লকপা নৎত্রগা চেন্থোকখিবগী ঈচিনাশিংবু ঈশায় হায়না খঙনৈ। ঈশায় মাপলনা তিল্লি হায়দুনা লোক্তাক ঈশায় মপাল হাযনৈ। ঈশায়শিং অদুদি-মোইরাং তুরেল, না্‌া তুরেল, লমগানবী তুবেল, নিংথৌখোং তুরেল, থোংজাওরোক তুরেল, খোর্দাক তুবেল, যাঙ্গোই তুবেল, ইরুন্নী খোং অমসুং পাখঙ খোংনি। লোক্তাক পাৎকী মনুংদা পাৎ অসিগী মরুওইবা মশা ওইনা পাৎ মাপল অমসু লৈরি। মদুদি- তাকমু পাৎ, লোঙ্গুম পাৎ, খাজি তোলোং পাৎ, চীংহৌ পাৎ, লৈহৌখোং পাৎ, ইরুন্বী পাৎ, শৌ শৌবী পাৎ, শেন্দা ঈৱাযকোল অমদি লোক্তাক লময়ায়ানি। লোক্তাক পাৎকী ঈশিংনা চীনুংহুৎ তন্না চেন্থখিদুনা ঈরাবতী তুবেলদা তাথি।

লোক্তাক পাৎ অসি নোংজুথাগী মতমদা বর্গ মাইল নিফু অদুগা ইকং থাদনা বর্গ মাইল কুনমঙারোম শন্দোক্নুনা লৈবা ঈশিংগী ঈপাক্লি। পাৎ অসি সমুদ্র ঈমায়দগী মি ৭৬৫.১ ৱাংনা লৈ। লোক্তাক হায়বা মিং অসি কৌখিবগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা ৱাবী শীংবূন কয়ামকুম লৈ। পাখঙবনা খাবা নুংজেংবগা লান্থেংনবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা তাওরোইনাইগী চিরেন মথক্তা তোংদুনা থাংজিং উন্নগে হায়না লাকই। মদুদা থাংজিংনা পাখঙববু লক্লগে নীংদুনা লোক্তুনা লৌখি। পাখঙবনা থাংজিংবু থিবা খঙদ্রবদা খোইয়ুম লাইয়াম্না পাখঙবদা থাংজিংগী লোৎফম তাকখি হায়বগী মফমদুবু লোক্তাক কৌখিবনি। অতোপ্পা অমদনা চা কৌবা হিংচাবা কাঙবু অমনা লাইশিংবু তাথীনা ওৎপি-নৈবিববদা লাইয়াম্না চীংঙু থাংজিংদা ৱাকৎচরন্মী। থাংজিংনা চা হিংচাবা কাঙবুবু থিরকপদা লোক্তুনা লৈরম্বদগী চিংথোক্নুনা তক্লা হাৎখি হায়বগী মখোয়না লোৎলম্বা মফমদুবু লোক্তাক কৌখি হায়বসিনি। মোইরাং কংলৈরোনগা মবী লৈননা ফংবা ৱাবী অমদনা ফৌওইবী

অকোংজাম্বা অনীনা কোযথোবকপদা ফৌওইবীনা অকোংজাম্বদা পাৎকী মমিং হংখি। মদুদা অকোংজাম্বনা 'ঈতন ঈরেন পূর্ণনি' তাকখি হায়বগী লোক্তাক কৌখি। মসি নত্তবদা ইতিহাসকা মরী লৈনবা মানবা রারী অমদনা মীতৈ নিংথৌ লৈশাপাম্বা থৌগাইজাম্বা অথৌবগা মোইরাংগী লম্বুসুগা লম মুন্নরকপদগী চায়নবদা থৌগাইজাম্বনা লম্বুসুগী মকোক ককপদা নত্তনা অককপা মকোক অদু মোইরাং মচাশিংদা উত্তুনা পাউসু তাক্রম্মী হায়দুনা লোক্তাক কৌখিবনি হায়বগী রারমসু ফংই।

লোক্তাক পাৎ অসিগী নোংচুপ মায়কৈদা মোইরাং, মখারোমদা খুমন, অরাং থংবদা নূরাং অদুগা নোংপোক থংবা মায়কৈদনা নিংথৌজা শলাইনা মতম অমদা মনিং তম্না লৈবাক অমমম ওইনা পান্নবম্মী। লোক্তাক পাৎতা লৈবম্বা মরু ওইবা ঙাশিংদি -- পেংবা, ঙাতেন, ঙাতোন, ঙানোই, ঙাতিন, ঙাবং, শরেং, ঙাপেন, ঙাশেপ, শরেং খোইবী, ঙাক্রা, ঙামঙাং, ঙাচিং, ঙাশাং, ঙাখা অসিনাচিংবনি। পাৎসিদা লৈবম্বা ঙাশিং শুনা পনবা ঙমকম খোত্তে। শাইওনগী রারীসিদা ওতং - ত ওনা পাৎসিদগী ঙারম চানা ঙাশিং শুনা ফাবগা থাংজিংদা কৎখবগা না খেংবিবসিনি। শাইওনগী রারীগা লোক্তাক পাৎকা কৈদৌঙেদা থাদোক্নবা যাদে। শাইওনগী মপূং ওইনা রারীশিং লোক্তাক পাৎ অমদি মসিগী অকোযবা পাৎপানগী লমদমশিংদা থোকখিবা ওইনি। মতমখুগী মীযাম্না লোক্তাক পাৎকী অকোযবদা খুন্দা লৈতাদুনা সমাজ লিংদুনা পাৎ অসিদা তাংজদুনা হিংনবম্মী। মসিদসু নত্তনা শা- ঙা অমদি উচেক রায়শিংগীসু চাওকম ওইনম্মী।

মতৌশাগী চাং,পাৎ-তুরেল, উপাল লোপাল, খৈবাং লৈরাং পৃন্নমকসি লাইনি নৎত্রগা মখোয় পুন্নমকসি মীওইবা ঐখোযগা অমত্তনা ভাবনসি মোইরাং শাইওনগী রারীসিদা অচুম্বা ওইনি। মখোয় পুন্নমক থৌনা লেইবা, পোকপা শিবা নাইবা ঙাক্তনি। অদুনা মখোয় পুন্নমকসি মীওইবগা থাদোক্নবা যাদে হায়রসি তাকই। প্রকৃতি হায়বসি মীওইবগুম্না অহিংবনি নৎত্রগা মীওইবসি প্রকৃতিগী খ্বাইদগী পীকপা অহিংবা শরুক অমনি। শাইওনগী রারীসিদা ঈশ্বর, মীওইবা অমদি প্রকৃতি অহুমসিগী যুনিটি অমা লৈরি। পুন্নমকসি থাদোক্নবা যাদবা মতৌনি। শাইওনগী রারীসিদা প্রকৃতি হায়বসি শুপ্নতংগী মতৌশাগী শক্লোন অমা ওইনতা উৎপা নত্তে। বিজ্ঞানগী চাওখত্তিঙৈগী মতমদুদা লৈরম্বা মণিপুরী ইপা- ইপুশিংদুনা প্রকৃতিগা শাগোন্না লৈবম্না মখোযনা প্রকৃতিগী রায়েন্দগী খক নাথৈদুনা হিংবা ঙম্লমদে। অদুনা মখোযনা প্রকৃতিগী পোৎলমশিংবু মশক মূন্না খঙবা ঙমখি। প্রকৃতিগী পোৎলমশিংবু যেংলগা মখোয়না হায়বা ঙম্বা কয়ামরুম লৈ। খোঙ্গুমেলৈনা মপূং ফানা শাৎকায়রকপদা কুমগী নোং তারক্লগনি হায়বা খঙই। মীওইবনা মতৌশাগী পোৎলম-চৈবমশিংসি হিংবদা তঙায় ফদে। মতৌশাগী

লেংলি- পাল্লিবা জীবশিংবু মীওইবগুম্না চীন্নাইবা অমদি মপূক্লিং পালহনবগা লোয়ননা মীওইবগী থৱায়না শা- উচেক অমদি হৈরাং-লৈরাং ওইনা লাংওনখিবগী ৱাফম কয়াসু শাইওনগী ৱারীসিদা য়াওরি। থাংজিং লাই অমদি লাইরেম্মশিংনা মতাং-মতাংদা শাইওন কয়া লৌরিবসি মীওইবা ওইনতা নত্তে; করিগুম্বদা শা-উচেক, উপাল- ৱাপাল, ওইনসু শাইওল্লি। মোইরাং শাইওনগী ৱারীসিদা কাও, কৈ, শামু, শঙাই, উচেক লাংমৈদোং, হরি, পিথাদোই, তম্না কয়া য়াওরি। ৱারীশিংসিদা লৈশিংবু শীংথাবা লৈরোল, লম্মীৎ তুম্মিৎ থাবগী লম্মীৎলোন অমদি চীংশিংবু শৈথাবা চীঙ্গোয়বোলসু মফম চাউনা কল্লি। মদুগা লোয়ননা মীওইবা হায়বসিসু মহৌশাগী লেংলি-পাল্লিবা ওইনা পোকপা, চাওখৎলকপা, মপূং ফারকপা অমদি শিবা উৎলি। মসিনা মীওইবা অমদি মহৌশাগী পোৎলমশিংগগী মরক্তা লৈনরিবা তৎন- থানবা য়াদ্রবা মতৌদু ফোঙদোকপনি। কিনরবা কৈবু মীতৈশিংনা 'ইপুধৌ' কৌই। নুপা মতীক য়েংবদা পুবেম্বনা কৈ ফাবা অদুগা খম্বনা কাও ফাবা পূম্নমক মীওইবনা মহৌশাগী পোৎলমশিং অমদি জীবশিংগা লোয়ননা হিংমিন্নবকপগী পুন্সিবোলদুনি। লেংলি- পাল্লিবা জীবশিংবুসু মীওইবগুম্না পূক্লিং ৱাখল য়াওবা ওইনা য়েক্লিবা মীৎয়েংসি অঙনবা মতমগী খা-নোংপোক এসিয়াগী চৎনবী ওইনা লাকই। প্রকৃতিবু কাব্যসিদা চুম্নতগী মহৌশাগী ফিভম্ব শৈথা- শীংবতা নত্তে; মসি মতম মতমগী মীওইবগী ৱাখল মীৎয়েং অমদি মীওই পুন্সিগী মহৌশাগী খোঙচৎপু শকখঙনবা মহৌশাগী শক্তমদা তারিবা মীওইবগী পূক্লিং ৱাখলগী মমি অমদি মদুনা পীবা ঙম্বা পূক্লিং ৱাখলগী মকালাম্বা অদু উত্তুনা প্রকৃতিবু মীওইবগী পূক্লিং ৱাখলবু ফোঙদোক্লনবা মচাক অমা ওইনা উৎপনি। মীওইবগী হৌনশা উৎপদা মহৌশাবু পাম্বে অমা ওইনতা উৎপসু নৎত্রি। মহৌশা অসিমকপু পুন্সি ওইনা উৎপনি।

মীওইবদা অফবা গুণশিং হাপ্পনবা মীওইবা সমাজকী চৎনরোলদা নত্তনা মহৌশাগী জীবশিং অমদি লেংলি-পাল্লিবা প্রকৃতিগী পোৎলম-চৈবমশিদসু ঐখোয়গী পান্দম অদু হাপ্পা তাবনি। অদুনা জীবশিং অমদি মহৌশাগী পোৎলম-চৈরমশিংদসু মীওইবগী মগুণ হাপ্পুনা হ্যমেন্নাইজ তৌবা তাবনি। প্রকৃতিগী পোৎলম-চৈরমশিংগীসু তোঙানবা থম্মোয়গী ইহুল অমা লৈজবগী নাশোল অদু কাব্যসিদা য়াওহল্লম্বসি অঙনবা মতমগী মণিপুরীশিংনা ঈশ্বর, মীওইবা অমদি প্রকৃতি অহুমসিগী হার্মনি অমা লৈ হায়বগী থাজবা লৈরম্বননি। প্রকৃতিগী পোৎলম-চৈরমশিং অমদি চীং, পাৎ-তূরেল ফাওবা নুংশিনা কোনশিনবগী মশক উবা ফংই। মসিনা মহৌশাগা মীওইবগা লৈনরিবা মরীদগী, মহৌশাগী ফিভম্ব মীওইবনা নুংশিনা ঙাক-শেন্দুনা থম্বসি তৌফম থোকপা মথৌ অমা ওইনা উৎলি। শাইওনগী ৱারীদা প্রকৃতিগী পোৎলম পূম্নমক অসি মীওইবগী পূক্লিং য়াওনা পুথোক্লিবসি পূক্লিংনা কল্পনা তৌদুনা পংশা শাগৎপা নত্তে। মহৌশাগী লোন

খঙবা ঙম্বা পূক্লিংগী থৌহনৈশিন্না ওইহল্লকপনি। মসিদগী মতমদুগী মণিপুরী ইপা ইপুশিংনা মীওইবা অমদি মাগী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎলম-চৈরমশিংগা লৈনবা মরীদু কূপশিন্না য়েংশিল্লম্বা মশক, মহৌশাগী পোৎলমশিংগা মীওইবগা লৈনবা মরীদু খঙবা ঙম্বননি। কদেং থাংজহনবনা তোবর্বুংদা শারম চামা ফাবা চৎঙৈদা তোনু লাইজিংলেম্বীনা শঙাই অমত্তং ফাবিরকউ শিন্নখি। কদেংনা পূন্না চাক্তামিন্নরম্বা শঙাই পূংবা অমদগী শঙাই অমোমদু ফাদুনা পুরকখি। মশানৌ কায়নববা শঙাই লাবনা মথরায় শোকপদগী কদেং থাংজহনববু অপাম-নুংশি কাযনবা ওইযু হায়না শাপ তৌখিবা অদু লেপ্পমক ফংখি। কদেংনা শা ফাবা লোইদুনা মোইবাংদা হনখিবদা তোনু লাইজিংলেম্বীদি নিংথৌগী তালোয় ওইনবা কোনুংদা পুখিরম্মী। অসুম্না কদেংনা শঙাইগী শাপ্তগী তোনুগা মতম খরা ৱাযথুংনখিদে। শঙাই হায়বসি লূৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী ময়াম্বা লূৱাং পুতাং কোই খূৎকোয়বনা ওনখিবনি থাজনৈ। শঙাই অমোম অমনা অকোংজাম্বা পোকখি। চীংঙু নোংপোক অপানবনা নমু তাইবঙ মীগী শক্তম লৌদুনা কেগে মোইবাং লৈবাক্তা লাকপদা মশক- মতৌ ফজবী চুং- ফিবাল চারবী শঙাই অমোম হাতম অমা উরুবদগী অপাম ৱাখল পোক্নুনা শঙাই অমোমগী মফমদা মমাঙ মপোক্কী ৱারী লীরম্মী। মমাঙগী মপোক্তা শঙাই অমোমদু তাইবঙ মী ওইবম্মী অদুগা মহাক্কী তালোযসু ওইবর্ম্মী; অদুনা হন্দক্কী মপোক্তসু মহাক্কী তালোয় অদুম ওইবি হায়না থেম্নগা মপারী অমা পীবন্নগা চৎখি।

কাব্যসিদা কাওবেন যণবুসু মফম চাওনা পীরি। লাঙনুবী, ঙাবা পুংদোংবা অমদি ঙাংবা নিংথি পামহৈবনচিংবা কাওশিং যাওরিবসি হাজং চাবা জীব অমত্তমক ওইনা উৎপা নত্তে। মখোয়বু মীওইবনা তৌবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈবা থবক কযা তৌহল্লি। মীওইবনা অচুম অবান খঙলক্রুবা মতমদা অচুম অবান মশক তাক্লুনা অচুম্বনা মতম পূম্নমক্তা মায় পাকই হাযবগী খূদম ওইনা উৎলির্বনি। শাইওন্দা যাওবিবা ষণ অসি খম্বা, থোইবী অমসুং নোংবানগী লাংওন লোইশিন্নবা গুকনা লৈমরেলদা তাকপিখি। গুকনা ষণ লাবা অদুগা লৈমরেন্না ষণ অমোম ওল্লবা মতুংদা লৈমবেলগী পীবুক্লুংদগী তুবী লাইরেল পাখঙবনা ঙাংবা নিংথি পামহৈবা ওইনা পোকখিবনি। মীওইবগী চরিত্র অমদগী হেন্না মরুওইবা মফম পীদুনা পুখৎলক্লিবা কাওরেন ষণগী চরিত্র অমনি। কাওরেন ষণ ঙারা পুংদোংবা অমদি লাঙনুবী অনীনা কাব্যসিদা অপাম-নুংশিগী ৱাথোকশিংদা মীওইবনা অচুম- অরান কাওবক্লবা মতমদা খূৎকন-পাঙ্গনবা, ইনাক-কৈরাক খুনবশিংনা লায়রবা অতোন- অতাশিংবু ওৎ- নৈবক্লবা মতমদা অচুম্বগীদমক লেপ্পি। লন অমদি শক্তিনা মীওইববু মমীৎ তাংহল্লকপা মতমদা কাওবেন ষণনা তাইবঙপানবদা অচুম্বা করিনো মশক তাকই। ঙাবা পুংদোংবা অমদি লাঙনুবী অনীসু মোইরাং শাইওনগী ৱাবীসিদা মশা- মশাগী শিন্থা পাংথোক্লরিবনি। ঙারা পুংদোংবনা লূৱাংগী লমদমদা অদুগা

লাঙনুবীনা মোইরাং লমদমদা । মখোয় অনীগী উনফম্না য়াঙ্গোই লমদমদনি। ঙারা পুংদোংবনা লূৰাংগী লমদমদা লাক্কুনা মৈত্রেং অরাবগী ময়ূমদা চঙদুনা লৈখি। মৈত্রেং অরাবনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী মচানুপা চহুই লৈরোং পানবা অমদি ঙানুরোল নীংযায় ঙানবী অনীগী নুংশি লম্বীদা তেংবাংলে। লূৰাং নিংথৌ ফান্তেক শোক্লাইবনা নীংযায় ঙানবীবু পাম্বদগী চহুই লৈরোং পানববু মীতৈ চংবা য়াদে হায়না নামুংখ্রবা চমুং খুলদা হাওয়াম্না হাংখিনবা লোইপোৎ থৌবা থাখি। হাওযাম্না চহুই লৈরোং পানববু কোয়শিন্দুনা হাৎনবা হোৎনরক্লবদা ঙারা পুংদোংবনা চমং খুল তান্না চেল্লক্কুনা হাওযাম্বু তানখাইদুনা চহুই লৈরোংপানববু কনখি। চমুং খুলগী হাওয়াম্না লূৰাং নিংথৌ ফান্তেক শোক্লাইবগী মথক্তা লান্দারকপদগী খাঙবা ঙমদ্রদুনা শোক্লাইবনা চেনখ্রবদা কাওরেন্না ইঙ্গিৎ তৌদুনা চহুই লৈরোং পানববু লূৰাং নিংথৌগী হাংলিবা ফমফমদা ফমহনখি অদুগা ঙানুরোল নীংয়ায় ঙানবীবুনা লৈমরেনগী ফমফমদা ফমহনখি।

লাঙনুবীনা কেগে মোইবাং লৈবাক্কী নিথৌগী চীংখু তেলহৈবনা পানবা মতমদা শা-ষণবু লূনা তৌজবা নাপু ষণশেনবা কৌবা নুপা অমগী শঙ্গোন্দা চঙদুনা ষণগোন নায়রকই। চাকু-লনকুবীগে খন্না চঙলকখিবা লাঙনুবীনা নাপু যণশেনবগীদা হেক লৈরবদগী নাপু ষণশেনবগী ফৌগৈ চেল্লকই। মদু উবদা নিংথৌগী মনাই খবনা কল্লকপদগী নিংথৌদা তমশিল্লবে। নিংথৌনা নাপু ষণশেনবা কৌখত্তুনা লাঙনুবী কাওবেনবু কোনুংদা পুবক্কুনা শিন্নবনবা যাথং পীখি। লাইগী শক্তি ফংলবা কাওরেন লাঙনুবীদি নাপু ষণশেনবগী ময়ূম থাদোক্কুনা চৎখ্রগা লম্লেন যাঙ্গোই পূংদা চাক্তখি। মফমদুদা মথংলেন ঙাবা পুংদোংবগা থেংনবে অমদি পনাও-শিংনাও তারে। ষণনাও মচাদুনা চাওবা শারেপ ফারক্লবা মতমদা মপারী ঙাংবা নিংথৌ পামহৈববু লম্লেন লমাংদোংদা পুবক্তুনা থম্লম্লগা মখোয়গী শিন্থা লোইরদুনা লৈচিন-নোংফাই ওন্দুনা মাঙখি।

ঙাংবা নিংথি পামহৈবনা কবুই শলাং মাইবগী মবম নিংথি চীংখোঙদা লাক্কুনা কাওরেন ষণলক্তা পূল্লরে। ঙাংবা নিংথি পামহৈবগী মযান্না 'হনুং থরাকপা' অমদি মচেম 'থোংনাং মরুকপী' কৌবা অনী অমসু লৈ হায়না ইরম্বসু থেংনৈ। মচেমদুদি চোথে পূংগী নম্লোন্দা থৌদু নূং ওন্দুনা লৈখি হাযবগী থাজনবীসু লৈ। শলাং ষণলক্তা নিংথিজরবা ষণ অমা ষণলালকপগী পাউ শলাং নিংথৌনা তারম্মী। শলাংগী খুঞ্জাশিংনা কাওরেন ষণ অদুবু ফাদুনা শলাং নিংথৌদা কৎনবা হোৎনরুবদা কাওরেন ষণ মশানা মাঙওইননা শলাং নিংথৌগী শঙ্গোন্দা চঙদুনা লৈশিনখি। শলাং নিংথৌনা কাওবেনগী মমিংবু মচু ঙাংই হায়বগী ঙাংবা, নিংথি চীংখোঙদা লৈরম্মী হায়দুনা নিংথি অদুগা পামদা হৈ-শিংনা লৈরম্মী হায়বগী পামহৈবা পূল্লগা 'ঙাংবা নিংথি পামহৈবা' থোন্দুনা লুনা চান্না য়োকখি।

অদুবু কাওরেনসিনা ঙাওরক্তুনা শলাংগী পামশিং নৈখায়রকপা অদুদা শলাংগী খুঞ্জাশিংনা লাক্লবা ঙমদনা লৈরিঙেসিদনা পুরেম্বনা শলাংদা লোইপোৎ থৌবা লাকপদা থেংনরুরে। শলাং নিংথৌনা হায়জবা মতুংইন্না পুরেম্বনা কাওরেনসিবু ফারগা মোইরাংদা পুরক্তুনা য়োকখি। পুরেম্বা অমদি ঙাংখলৈমনা অমং য়াইথোং কুমখ্রবদা পীক্লিবা খম্বা খম্নু মচিন-মৌপুৱাবু ঙাংবা নিংথি পামহৈবনা ঙাক-শেন্দুনা থম্বিরকই।

খম্বা খম্নু মচীন- মৌপ্বানা কেগে মোইবাংদা চাক্লি-ফিনিদুনা লেনবা মতমদা মচীন-মৌপ্বাবু ঙাকপি শেনবিরিবসি কাওবেন মহাক্তননি। মচীন মৌপ্বানা ঈংলকপা মতমদা মথাদা কোনশিনবিরগা মমৈনা চামোর শাদুনা হুমদুনা তিন কাঙ তাম্থোকপী। মসিদসু নত্তনা মচীন-মৌপ্বাবু অকি- অখং কযাদগী ঙাকথোকপী। খম্বা, খম্নু অনী শেন্নবদা কাওরেন ষণনা মবূক থন্না চাবা ফংদবদগী মযাং কংশিল্লম্মী। নোংমা কাওরেন মানা থাঙ্গাবাকপা অঙম্বগী ঈঙ্খোলদা চঙদুনা মনা-মশিং চারুবদগী খম্বা খম্নুদা থাঙ্গারাকপনা পীবন পাবন্না চৈবক্লবদা খম্নুনা কাওরেন ষণগী মখোঙ কোন্দুনা খম্বনা শারেপ ফাদ্রিবাফাওবা খুমন মপাল নোংয়াই মপুলমদা চাক্তবিকরো মদুনিংথৌ খম্বনা চাওবা মপুং ফাবক্লগা কাওরেন মাবু থিহনজরক্কে হায়জখি। কাওরেন মানা চৎখ্রগা ইকোপ লাইপাল শোযদা চাক্তাদুনা লৈখি। ৱাঙ্গোন নিংথৌগী মনাইশিংনা থেংনদুনা ফাগে হোৎনবদা ঙম্লদ্রে নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না খুরুম্লগা হায়জদুনা ফারকই হায়দুনা 'খুরুম-ষণ' কৌদুনা লোইখি। ষণ অসি ঙাওবা হেঞ্জিল্লকপদগী শঙ্গোনগী কোমফৈ মনুংদা ফাজিন্দুনা থমখি। কাওরেন অসিনি খম্ননা মনাও ইবুংঙো ৱাঙ্গোন নিংথৌগীদা শীল্লংবা লাকপদা, ৱাঙ্গোন নিংথৌনা পীবা নোংমগী শিন্থাদা খম্বনা ষণ শেল্লুরিবা। মদুগী মতুংদা ষণ অসি ঙাওরক্তুনা শঙ্গোনগী কোমফৈ থুদেক্তুনা চৎখ্রগা ইকোপ লাইপন শোয়দা লৈখি। খম্বা নোংবাননা কাওবেন অসি ফানবা হোৎবদা নোংবাননা ফাবা ঙমদবদগী খম্বনা ফাদুনা নিংথৌদা কৎখি। নিংথৌগী সনা য়াথংনা কাওরেন মাবু থাংজিং লাইমাঙদা শরেন চনখি। মদুনসু কাওরেন মহাক্কী শিন্থা লোইদ্রি। অদুনা কাওরেন মাগী থৱায়না পাম্বা কৈরেন ওন্দুনা খোইরেন্তাক্কী লমদমদা নোংবানগী মথৱায় লৌননবা থৃপ্তুনা লৈখি। সত্যগী চাংয়েংদা খম্বা নোংবাননা খোইরেন্তাক্তা কৈ ফাবা লাকপদা কৈগী মখয়াত্তা নোংবান অদুগা খম্বগী মখূত্তা কৈরেন মথৱায় মাঙখি।

লোইবী চীঙ্গোন্দা নাইতোম চাক্তাবা চীংঙু লাইশা য়াঙ্গোই শামু হকচাওবনা মচুম তানা ঙাওরক্লবদা লোইবী চীঙ্গোন থাদোক্তুনা কেগে খুল্লক্তা চঙলক্তুনা য়ূম-কৈ থুদেক্লে, লন-থুম মাঙহল্লে। মদুদগী হেন্দোক্তুনা লবূক্তা কুমদুনা মহৈ- মরোং নৈথেক্তুনা মাঙহনবতা নত্তনা অউ-অউবা মী ফাওবা তান্ন-তান্নদুনা হাৎপা হৌরক্লে। লৈবাক মীয়াম

পূন্না শামু মাবু কিবদগী থোঙ্গাল লানবা ঙম্মদ্রে, কৈথেল কাবা লেপ্পরে। লৈবাক নিংথৌ অৱাবা তাবে। নোংমা অহিং অথেংবদা অকোংজাম্বনা শামুদু তেহল্লগা নিংথৌগী মনাক্তা পুরক্তুনা শামুদু নিংথৌগী খোঙনেশা ওইবিযু শীন্নজবে। নিংথৌনা শামু অদুবু 'মোইবাংশা' হায়না মমিং থোনবিবগা নিংথৌগী খোঙনেৎশা ওইনা শীজিন্নরে। ঙাংখবাকপগী মপাবী য়াংলৈপানববু তখেল শারুহনবা ফম থিন্দোক্তুনা শামুদবু শেন্নহনখি। মতুংদা নোংমা থাংজিং লাইনা নিংথৌগী মমঙদা লাক্তুনা মহাক্কী খোঙনেৎশা ওইবিবা শামুদু থাংজিং মহাক্কী লাইশানি, অচম্বা শামু নত্তে থাদোকখো তাকপিরম্লবদা নিংথৌনা তখেল শরুংহনবদা শীন্নদুনা শামুদু খন্দাপুংদা থাদোকহনখি।

মোইরাং শাইওন্দা থোইদোক্না শীংথানিংঙায় ওইরিবা অমদি লম্মিৎলোন অমসুং লৈবোলনি। মসিদা পাল্লবা লমাশংগী মমিং, মমিং অদু কমদৌনা থোনখি, মরী লৈনবা ইতিহাসকী থৌদোক ৱাথোশিং ময়েক শেংনা পীবি। মতৌসিগুম্না লৈবোনগী ওইনসু লৈশিংগী তৌবকফম, মমিং মথা ঈতিহাসকী মরী লৈনবা থৌদোকশিং অমদি লৈশিংদুগী মশক- মতৌ, ফজবা-নিংথিনা কয়াবুসু শৈথা- শাংথাবি। তখেল্লে কৌবা লৈগী মরমদা ঈরি সোনার্মনিক কৌবা তখেল লৈবাক্তগী লল্লোনবা লাকপা নুপা অমনা মোইবাংদা লৈবা মহাক্কী মতাঙ কাইনা যুমখৈ কৌবা অমদা লৈগী চাবা অমা পীবম্মী। কাইনা যুমখৈনা লৈ চাবাদু মহাক্কী ইস্লোলদা থাজবদগী লৈপাল ফাবক্তুনা লৈবাং লৈকা ফন্না শাৎলক্লে। কাইনা যুমখৈনা লৈবাং তেক্লগা চল্লৌলানা লায়োম শাদুনা যোল্লগা তম্ফা বাঙল্লোন তাওখা লান্থবীদা কচ্চে। তম্ফা বাঙল্লোন্না কাইনা যুমখৈদা লৈবাংগী মমিং হংবিবখি। মদুদা মহাক্তা তখেল সোনার্মনিক কৌবা নুপা অমনা পীনরিম্বনি অদুনা মহাক্কী মমিং নীংশিংবা য়াবা অমদি লৈবাং লৈশক, শিঙেল লৈনম তারগা শিঙেল মমিং অমত্তং থোনবিবম্মু হঙ্গৎচৈ। লৈবাংগী মউ তাবব্ৰ য়েংলগা পাখঙগী ষণগোয লিচৈ মানবা লৈ, লৈবাং লৈনা তাবনা কাওরেন মবৈ মানবা লৈ, লৈবাংনা ফুগাইনা শাৎলগা অচৌবা লুপা পথাপ্পা লৈ, ইম্বা কুমদম লৈ ইঙেন কুমখাযলৈ, শল্লাং কোযকক্লরিবা শানৌ থম্নাল মানবীশিংনা শাইনোন খন্না চিনবা লৈ, মৌগী শীংদা চল্লবীশিংনা শর্মজিগী লৈতেং ওইনা লৈ, অহল ওইবীশিংনা নাপ্পা থক্তা থেৎপা লৈ, লৈবাংগী লৈনম তাবদা শামা পাঙ্গল থাপ্পা লৈ, শিঙেল লৈবাংগী মশক মচু যেংদুনা ললোনবা তখেল সোনার্মনিকপুসু নীংশিংদুনা লৈহৌনবা তম্ফা বাঙল্লোন্না তখেল মিংথাং লৌদুনা লৈবাংগী মমিং 'তখেল্লে' মিংথোনবিখি।

মেল্লৈ লৈশ্না নোংজুমপাল কদার্ম্বদি লৈন্যংশ কৌখিবগী ৱারীদি অনী থোকই। শংলৌতোন পাখঙবগী নুপী লাইস্নাগী মোংফমদা ননবা নুংদা শাৎপা লৈবু লৈস্নাগী

খূবোম মাল্লি হায়দুনা খোঙ্গুলমেলৈ, নূংদা শাৎপনি হায়দুনা নূংজুম্পাল, সনা মচু মাল্লি হায়দুনা লৈশ্না, থাপ্না তাম্না শাৎলিহায়বগী কদাম্বদি লৈনুংশি পূনশিল্লগা 'মেৈল্লে লৈম্না নূংজুম্পাল কদাম্বদি লৈনুংশি' হায়না পাখঙবনা মমিং থোনখি। মেলৈ লৈস্না নোংজুম্বা অথৌবা অমদি খুজানগী কদাম্বা পাঙ্গনবগা অনীনা নুমিৎ নীনী চাদা থক্তনা চায়নবদা অথৌবা অনীমক শিঞ্জখি। অথৌবা অনীনা মথৱায় থাখিবা মফমদুদা পূং অমা থোল্লগা থম্বদা পূংদুগী মথক্তা ঊনিংথৌ পাম্বী অমা হৌরকখি। মীতৈ নিংথৌ থৱানথাবগী মনাওনুপা অতোনবা য়েনস্না মূংয়াম্বা চাউবনা হৈরেম খুঞ্জানগী লানফমদা থৱাল হাওবা খুল্লাকপবু পূং মথক্তা হৌরিবা ঊনিংথৌ পম্বীদুদা পুন্দুনা থমখি। ওল্লকপা চহীদা মরাল খুল্লাকপনা শাওদুনা লোইপোৎ কাবক্তবদগী থৱানথাবনা মনাও ইবুংঙো মেনস্না অমদি সুজাবু থারকখি। মরৌ চাওবা মরাল খুল্লাকপনা মবোয় হাওয়ামগা লৌতুনরগা মেনস্না মূংয়াম্বা চাউববু হাৎখি। মহাক্কী তাংজা লূরেনবু ঊনিংথৌ পাম্বীগী মথক্তা য়ান্দুনা থমখি। লাইগী নোংদমদগী কুমগী নোং লাকপা মতমদা মেনস্নাগী শল্লাংনা মরা ওই, মনা অনীনা লৈনা ওই, নাকোঙ অনীনা লৈয়োন, মীৎস্না থম্বালনা লৈরাং লৈশক লৌদুনা উনিংথৌ মথক্তা শাৎলকখি। মীতৈ নিংথৌ মবৈ মখাক শানৌ লৈবাংতোম্না কংলা ফম্বাল লাংবগুম ঊগী উতোন্দা কোরৌ মেৈল্লে লাংই হায়বগী 'মেৈল্লে লৈস্না নোংজুম্পাল কাদাম্বদি লৈনুংশি' কৌনখি হায়নবা অমসু লৈরি।

খুমন পূংদা ওংবা লৈ, নোংয়াই পূংদা শাৎপা লৈ, খুমন পোকপা থৌনিবদা য়াওবা লৈ, লৈরাংগী কোলোয়না ইমা লোইদাম লৈনুংশি লৈরাং 'ক্বাক্লৈ' কৌই। মসিগা মরী লৈনরিবা ৱারীদি— নোংমা লমখুনু মতৈ মনাও অমনা লাই ওইখ্রবা মপা-মপুশিংনা পেনবিনবা অমদি থৌজার্নবিনবা মপা মমাগা লোয়না তিন্নরগা অহল ওইরবা ক্বাক, উরোক অমদি মকু অহুম্মু চাক্তৌজে। উচেকশিংদুসু হরাও হরাও মতম চানা লাকপিরে। লমখুনু মতৈ-মনাওনা চাক্লুক অহুম নীংথিজনা শেল্লগা মথং-মনাও নাইনা থাজরে। অদুগা চহীগী মতুংইন্না মথং- মনাও কাযদনা ফল্লগা চাবিনবা হায়জরে। মদু তাবদা উচেক অহুমদু পাক হেক চাক্লুক মপাদা চঙশিনবা ঙম্নদ্রে। ক্বাক্না মপূক লামনবদগী মকোক ইথং-থংবদুদা চঙশিন্দুনা চাক্লুক মপান্দা ফম্লুরে। উরোক্না পাইশিল্লক্তুনা ক্বাক্কী লৱাইগী মশম ফোইকৃবদগী ক্বাক অমদি উরোক মশা মশানা কন্নদুনা কনমক ফুনরক্লে। অনীদুনা ফুনরিঙৈদা মকুনা নাবোন্দা চঙশিল্লগা চাক্লুম মকোক্তা চঙশিন্দুনা ফল্লগা চাবা হৌগৎলকপদা ক্বাক্না পাইশিল্লক্তুনা মকুগা ফুনরকপদা চাক্লুক পূম্নমক ইচায়-চাইখায়রে। লমখুনু মতৈ-মনাওনা খামদোকপা য়াদনা উচেক অহুম হনবা লৈনদনা ফুনবা হৌখ্রে। মতৈ-মনাওনা মমৈথংদদি লংজা কৌকৃবগা ফুনবদু খামদোকহল্লে। লংজানা উচেক ময়াম

পুরগা থাংজিংগী মনাক্তা লাক্লগা খৎনরিবদু ব্রায়েনবিনবা হায়জরে। থাংজিংনা লাইয়ামগী মমাঙদা খৎনবা হৌরকপগী ব্রারীদু লমখুনু মতৈ-মনাওদা লীহন্দুনা ময়াম পূম্নমক তান্নবে। ব্রারী পূম্বা তারবা মতুংদা থাংজিংনা ক্লাক্তা মহাক্লা করিগী চাক্লুক মকোক ফম্লরিবনো হংলুবদা ক্লাক্লা খুম্লকই 'ননাই ঐনা খ্বাদগী অহল ওইবগী চাক্লুক মকোক ফমজবনি' অদুগা মখা শমথবকই 'ঐদি তাওথিংমাংনা মৈত্রবাক্কী কংলাদা নিংথৌ ওইবা মতমদা মনাওনুপা য়োইমোংবগা লোয়ননা তূরেল অচৌবা অমদি ঈরিল তূরেল তেংখিবা মতমদুদগী লৈরক্লবনি। তূবেল তেংবদুদা নমু মী, শা- উচেক অমত্তা চিংথদনা য়াওবগা নোঙ্গৌবীদি মচানা নীংঙায় তৌবগী থাদোকপা যাদে হায়দুনা থৌশা -ব্রাশাদনা লার্কখিদে। থৌদৌদুদা মৈদিংঙু তাওথিংমাংনা শাওবদগী নোঙ্গৌবীবু মালেম লৈমায়দা লৈবা পুখ্রি, পাৎ, তূরেলগী ঈশিং থকপা য়ারোই হাযনা থিংখি। কবিগুম্বা লোৎনা থক্লম্লগনা মথুন পুম্না ওইসনু হায়নসু শাপ তৌখি। নোঙ্গৌবীনা মালেম লৈমায়দা তাবা ঈশিং থকপা যাদবদগী নোংথক্তা খৌগংননা খৌবাংনা কুমগী নোং ঙাইদুনা লেনবা হৌখিবা মতমদুদগী ক্লাক ঐদি লৈজবক্লবনি'।

মথংদা থাংজিংনা উরোক্তা চাক্লুক মকোক করিগী ফম্লরিবনো হংলকই। মদুদা উবোক্লা খুম্লকই 'তাওথিংমাং অমদি য়োইমোংববু পোকপা মৈদিংঙু খুযোই তোম্পোক হায়বসিগী মপাবুং নোংদা লাইরেন পাখবগা মশানৌ লৈম্নাগা অনীনা কংলাদা লৈমা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদগী উবোক ঐদি লৈবক্লবনি। নোংদা লাইরেন পাখঙবনা অয়ূক নুংথিল নমু তাইবঙ মী ওইরগা নুমিদাং নুমিদাং লাই ওন্দুনা কোযচৎ চৎপসি লৈম্নানা লৈরক লূথুম্বা, খোংবান লাল্লুম্না চৎপ্রা হাযনা চিংনখি। লাইম্নানা মহাকসু অহিংদা লাই ওইগে হায়না মবুংঙোদা হায়জরুবদা পাখঙবনা 'ইশানৌ নঙদি পোইরৈতোন্না খুম্থোবকপদা য়াওরকপনিনা মী ওইবদি যাই, লাই ওইবদি য়ারোই। নশাবী ঐদি কোরৌ নোংদগী কুমথরকপনি হায়দুনা 'নোংদা' অদুগা লাই পূম্নমক্কী মকোক্লি হায়বগী 'লাইরেন কৌবনি' তাকপিখি। হাযরিবা মতম অদুদগী হৌনা উবোক ঐদি লৈরক্লবনি।' উবোক্কী ব্রাসি ময়াম পূম্বনা য়াবিরে। মকুনা হৌরকই 'অদুঙৈ গুরু শিদবগী য়াথং মতুংইন্না কোঞ্জিন তূথোকপনা লৈশেমঙৈদা হবাবনা লৈথিঙ্গায় শাদুনা থূগাইবনা মরম ওইদুনা লৈশেম্বা মপূং ফাবা ঙমদ্রবদা কোঞ্জিল তূথোকপনা মপা গুরুদা ব্রাকৎখি। গুরুনা নোংথাংলৈমা পূথোকপদগীদি হরাবনা নোংথাংলৈমগা লোয়ননা শান্নরিঙৈদা কোঞ্জিল তূথোকপনা তাইবঙ লৈশেম্বা লোইশিনখি। মদুগী মতুংদা তাইবঙ মী, শা উচেক, নাপি- শিংবী, তুমিৎ- কাংনচিংবা তাইবঙ জীব পূম্না শেম্বা লোইশিল্লি। গুরু শিদবনা মহাক্কী থৌদা লোইরদুনা মচাশিংদা মথৌদাং শিন্নরম্লগা নোঙ্গারমদায়দা মকু ঐবু ব্রা তান্নবা কৌবিরকই। গুরুনা ইকু কৌবিবদগী গুরুগী মকুনি হায়দুনা লাইযাম্না ঐবু মকু থোনবিবা মিংসি

হোংদনা ঙসি ফাওবা লৈজরক্লিবসিনি। মকুগী শকফমগা য়েংনবদা মহাক্না খ্বাইদগী অহলনি হায়বসি য়ানরদুনা ক্লাক্লা খ্বাইদগী নহা ওইরগা চাক্লুক ফম্মুবগী মরাল লৈরে, অদুনা ক্লাকপু 'ব্লাকোংহলো' হায়বদা ময়াম য়ানরে। ক্লাক্লা মকোক্তগী মতূ অহুম ফোযরগা লাতোন অমদা হাপ্তুনা ব্লাকোংলে। ক্লাক্লী মতূ য়াওবা লাতোন্দু লাইয়াম্না লেম্না মাঙবা য়াদে খন্নদুনা তলা পামেল অমগী মথক্তা থাঙ্গত্তুনা থমখ্রে। খোইযূম থাংজিংগী থৌজালদগী কুমগী নোং লাকপদা উচেক মতুশিংদু খূমু হুন্দুনা লৈশাৎ তম্লক্লে। শিঙেল লৈখোক্লা পীকপনে লৈরাং লৈতোন্না পূংবনে মালং শাহুম লাংবদা খাঙবা ব্লাজে। লৈরাংগী কোলোয় মিংলেন্না লোইদাম নৰা লৈনুংশি চেক্লা ক্লাক্লী মিংথাং লৌদুনা 'ক্লাক্লে' থোল্লে।

যেরুম্লে কৌখিবগী ৱাবীদি খুমন নিংথৌ নোঙ্গাপাম্বনা মপারী মমোম পোকচগে হায়দুনা খুমন পোকপদা য়েরুম অমা কচৈ। য়েনগী মরুম অদু শৈযি উপালগী মথক্তা থাঙ্গত্তুনা থম্লবদা কুমগী নোং লাক্তুনা নোংলিক ফংবদা যেকুম অদু খূমু য়েন্দম চোংদুনা শৈয়ি মতোন্দা লৈবাং ওইনা শাৎলক্লে। শৈযি মতোন্দা য়েনগী মরুমদগী শাৎলকপা লৈরাংনি হাযদুনা লৈবাংগী কোলোয় 'যেরুম্লে' কৌনখি। লৈবাং 'লৈসং' কৌখিবগী ৱারমদি – শোরাবেন্না হাওবোক কোম্থৌ নিঙোল নাহুইনু লৈমবু লৌবগা মচানুপা খোরিফাবা পোকই। মপারী খোবিফাবনা পুংকক চাওরকপদা লৈমা নহুইনুনা নোংমা মপাম লমদমদা চৎচগে মশাবীর্দা হাযজরম্মী। শোরারেন্না মশা মতোম চৎলু অদুগা চাহে- থকহৈদবা তাইবঙ চাঁঞ্জাক চারক্তনবা হায়রবা মতুংদা লৈমা নাহুইনুবু সনাগী কৈরাক থাদবিদুনা মপাম লমদমদা থাবিরকখি। মপামগী মীয়ামগী থওইশিন্দগী চাকমাং য়ুমাং থক্ল-চারুবদগী সনাগী কৈরাক চিংখৎখি। মমা কায়নরবা খোরিফাবনা থেম্বা যাদনা কপ্লবদা লাইযাম্না অমমুক পী অমমুক পী তৌদুনা থেম্বদা য়াবা কৌবা লৈখিদে। মমৈথংদা লৈসং পীরগা পায়হনবদা খোরিফাবনা খেক্লা নোকখি হাযদুনা 'লৈসং খেকরায' কৌখি। লৈশেমঙৈদা গুরুনা ষণ য়োংমানবী শাদনা ঈশিংগী ঈচেন্দা তাওথরকপদা কুপখিবা লৈনি খঙননবা ষণকুপ্লে কৌরম্বদগী 'শংব্রৈ' কৌখি। কোংয়াল্লৈ কৌখিবগী ৱারীদি – ঙাইকোংথেনগী লোকমাঙদা লৈরাং লৈশাৎ তম্বা থাংজিং চীংমায়দা ওংবা লৈ, লৈরাং লৈখোক্লা পীক্লগা শিঙেল লৈতোন্না পূংবনা মালংনা য়েত্তা হুম্লগা লৈরাংনা ওয়দা চেপ্পা লৈ, খঙ্গোন্না ওয়দা হুম্লগা শিঙেল য়েত্তা চেপ্পা খাংজবা লৈ, মালং মাঙদা খাংঙমদা খঙ্গোন মাঙদা লেপঙমদা নোপ্পা হাইনা খাংজবা ইমা শদু লৈবু নোংবাননা হেক্লুরগা থাংজিং হরাওবদা লাংখিবা লৈনি হাইনা 'কোংয়াংলৈ' হায়না মিঙ্গৌনৈ।

তাইবঙ মীওইবগী থৱায়না তোঙান তোঙানবা জীব পানবশিংসু ওনখিবগী ৱারীসু কাব্যসিদা য়াওরি। ৱাংলেন পূংদিংহনবগী থৱায়না 'হরি' অদুগা চকপ্রম চনু

ফিশাহৈবীগী থৱায়না 'নুংনাং' ওনখি। হৈরেম ৱালহৌ থোংবগী মচানুপী অতোম্বী চক্লাইঙম্বীগী থৱায়না 'উথুম' ওনখি। উথুম হায়বা উচেকসি কেগে মোইরাং লৈবাকপু তুম তুম খোংদুনা য়াকায়বা উচেক্নি। কুঞ্জমালা/কুজলেম্বীবু কৈনা চাদুনা শিখ্রবদা মহাক্কী থৱায়না উচেক লাংমৈদোং ওন্দুনা পাইখি।

মোইরাং শাইওনগী ৱারীসিদা য়াওরি পল্লিবা তোঙান-তোঙানবা লমশিংগী মমিং থোনখিবগী ৱারীশিং পীরিবসিনা লম্মিৎলোনগী ওইবা কান্নবা মচাকশিং ওইরি। কেগে মোইরাং লৈকোয়পূং কৌরিবগী মরমদি– চীংউ শোরারেন অৱাং পাখঙ যোইরেনবনা মপারী খোরিফাবা উনগে হায়দুনা থিরকপদা কোয়না কোয়না লোৎলি হায়দুনা 'লৈকোয়পূং' কৌই। খুয়োন মকায়ফম অমদি কৌখিবগী মরমদি চোংপী হয়িঙৈদা খোইয়ূম লাইনিংথৌনা মথং মথং শমথরক্লুনা তাইবঙপানবদা পোক্লকপা মতমদা অফ- ফত্তা, অচৌ-পীশক খাইনা চাদা- নাওদা শমথরকই হায়বগীদমক 'চাপুরি পূং' কৌনবদগী থৈথখিদুনা 'চোপী পূং' হায়না খঙনখি। ঙানখা কৌখিবগী মরমদি– চীংঙু অথৌবনা চীংজাও অমা শেমগে খন্দুনা থৌরাংবদা চীং শেম্বা লোইহৌদনা নোং ঙানবনা হানখিবদগী 'ঙানখা চীংনুংশোয়' কৌনখিবনি। খম্বনা কৈরেনবু তানা থিল্লগা মখূৎনা নমদুনা ফারে হায়বগীদমক কৈরেন্তাক কৌনবদগী থৈথখিদুনা খোইরেন্তাক কৌনখিবনি। পূনম চীং কৌখিবগী মরমদি –ঈথায় কাইরেম্বগী মচানুপী কুমজরেম্বী অমদি মোইরাং নিংথৌ য়াংহনবা অনীনা পোকচবা উঙাহনবনা মপুবোক ঈথায় কাইবেম্ববু চীং অসিদা নমদুনা হাৎখি হায়বগী চীংসিগী মমিং মশুনা মপুবু নমদুনা হাৎখিবা 'পুনমচীং' কৌনখি। 'পূকশ্রি' কৌখিবগী ৱারমদি – নোংমা হাওখা নিংথৌনা মমোম ৱান্দংনুগা লোয়ননা পাল্লৌ য়ানবা চৎপদা উতংদা হান্দুনা পুবা ৱাংলৈ অথুম্বা য়ুবু উজাওদা ঙাদুনা থম্বদা হৈদোখ্রে। মপানা মচানুপীবু ময়ূমদা চৎলগা য়ু অমুক লৌকনবা থারকই। ৱান্দংনুনা মপানা থক্লনবা ৱাংলৈ অথুম্ববু ময়ূমদগী পুদুনা লাকপদা লম্বী চৎনা চৎনা মহাউ তংনিংবদগী য়ুদু খরদং থক্লুনা য়েংই। হাওমনখ্রদুনা য়ুদু খরা খবা অসুম থক্লকপদা লোইথোকখ্রে। ৱাংলৈ অথুম্বা য়ুদু য়াম্না থকমনবদগী মবূক কংলকপদু মপাগী মনাক য়ৌবদা মপানা উখ্রে। মপানা মচানিঙোলগী মবূক অদু হেন্না কংখৎলক্তনবা লিবেল লীনা মশা শীনবা থুংনা য়েৎশিন্দুনা মফমদুদা পূনশিনখি হায়বগী মফমদুবু 'পূকশ্রি' কৌখি। তোকপা য়েনফৈচীং কৌখিবগী ৱারীদি – উমুনাই শোয়শেনবগা অঙৌবা তোয়াবগা লূ থূম্মিন্নে। অঙৌবা তোয়াবগী লূদু নোংমদি ঈথোংদগী চিংখত্তুনা লৈরম্বদু লূ কাযবা লাকপদা থেংনরে। ৱাহৌসিদগী খৎনরকপদগী অঙৌবা তোয়াবা অমদি উসুনাই শোইশেনবগা খূৎ থোক্লবে। অঙৌবা তোয়াবনা উসুনাইবু মণ্ডক কক্লুনা হাৎলে। উসুনাই শোইশেনবগী তালোয়না মপুরোইবনা চানবা পুজরকপা তোকপা য়েনফৈনা য়োম্বা তরা

চয়োমদু অশিবা মপুবোইবগী হকচাং মনাক্তা শন্দোক্লগা মপুরোইবা কৌদুনা কপচখি। মফমদুবু 'তোকপা যেনফৈচীং' হায়না খনখি।

হিয়াংথাং হিংয়াংতেক কৌখিবগী ৱারমদি– পুরিক্লাই উরা ঙাঙোইবগী হাক্তক্তা লম্বু ওইবা থোংঙাই য়াংখুবনা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না লোকখা হাওখা নিংথৌ য়েনৱাইবগী ময়ূমদা চহীগী লোইপোৎ লৌবা লাকখি। মতমদুদা য়েনৱাইবদি শাদানবা চৎখিবনা ময়ূমদা লৈরমদে। যেনৱাইবগী তালোয় লংমাই শাংদে ঙাইনুবীনা য়াংখুববু ইমুংদা চঙদুনা ফম্লনবা কৌশিল্লি। য়াংখুবসু ইকোয কোয়দনা ইমুংদা চঙদুনা ফম্লে। য়াংখুবগী মশক মতৌ উবদা শাংদে ঙাইনুবী অপাম ইরাং হৌরক্লুনা অপাম নুংশি মরী লৈনশি হৌরকই। য়াংখুবনা যানিংদবদগী ইমুংদগী থোরকপদা লোকখা হাওখা নিংথৌনা শাদানবা হল্লকপগা চান্নরুদুনা থেংনবে। মতাও অনী ফমিন্নদুনা ৱারী ৱাতায় শান্নরে। যেনৱাইবনা মহাক্কী তালোযদা য়ু পুথোবক্লুবা থৌদারকপদা শাংদে ঙাইনুবীনা মহাক্কী অপাম্বা পীদবগীদমক য়াংখুববু হাৎকে খন্দুনা য়াংখুবনা থক্লুবা যুদা হু হাপচিল্লগা পীরে। য়েনৱাইবনা য়াংখুবদা 'ইতাওগা য়ু লান্নদুনা থকমিন্নদবা কুইরে' হায়দুনা মতাওগী য়ুগী পাত্রদু মহাক্লা লৌরগা মহাক্কীনা মতাওদা পীরগা থকমিন্নবদা খুদক্তা য়েনৱাইবা নিংথৌ শিরে। শাংদে ঙাইনুবীনা য়াংখুবনা মহাক্কী মপুরোইবা হাৎলে হাযনা লাওরকপদগী লোইবী হাওয়াম্না যাংখুবা তম্না হোৎচিন্নরক্লবদা মহাক মোইবাং তম্না চেল্লক্লে। থাংজিংগী থৌজান্দগী য়াংখুববু হিয়াং হিবেন অমদা হাপ্তুনা পুরক্লগা কনবিখি। লোইবী হাওয়াম্না হিয়াং হিরেন্দা চোংখৎলকপদা হিয়াং হিবেন ময়ায় তেকহন্দুনা ঈশিংদা তাশিনবদগী হাওখা লোকখাগী হাওয়ামদু শিরে। হিয়াং হিরেন থাদুনা লৈরম্বা মফমবু 'হিয়াংথাং হিযাংতেক' কৌনখি। ইরুম নিংথৌ অমদি চাইরেন নিংথৌ য়ুংফুলেম্বা অনী লম্লোন্নবা লমগী নিংথৌ ওইনা নুংশিন্না পানমিন্নে। ইকম নিংথৌনা মচানুপা য়েল্লাংবগা য়ুংফুলেম্বগী মচানিঙোল হৈয়াইনুগা লুহোংবিগে খন্দুনা হায়না শীংনরে। অহল- লমন্না লেপ্পখ্রবসু হৈয়াইনুনদি য়েল্লাংববু মপূক্লিংনা তাজখিদে। মহাক্লা পামজবদি চীংঙু থাংজিংনি। হৈয়াইনুগী অৱাবদু চীংঙু থাংজিংনা উবিরদুনা হৈজিং খরাই পুগদবা নুমিত্তা থাংজিংনা শন্দং কৌবা শা ওল্লগা মহাক্কী মথক্তা হৈযাইনুবু হাপকৎলগা মমায় ওনশিন্দুনা খোংলম্মী হায়দুনা মফমদুবু 'শন্দংখোং' হায়না খঙনখি। মীমাঙদা চঙশি শিরবা য়েল্লাংবনা ইকাযবদগী মহাক্লা তোংলিবা শামুগা লোয়ননা মফমদুদা নুং ওন্দুনা লৈখি। মফমদুবু 'য়েল্লাংবচীং' হায়না কৌনখি। য়েল্লাংবগী হৈজিং খরাই পুগদবগী নুরা ময়াম্লা থেন্দুনা লৈখিবা মফম্মুনা 'নুরাথেন' হায়না খঙনখি। অকোংজাম্বা ফৌওইবী অনীনা কাংশোয় থোংদুনা চামিন্নখিবা মফম্মুনা 'কাংশোইবী' কৌনখি।

মরিপুরীশিংগী থাজনবীদা তিবেবতানশিগী মতৌগুম্না চীং, পাৎ- তুরেল অমদি লমজাও লম্ফাংশিং অসি লাই অমনা কোল্লি নৎত্রগা লাইগী লৈফম্নি থাজনৈ। অদুনা মহাকপু থৌনিজবনা লৈবাক্কী নুংঙাই-য়াইফবা অমদি চাওখৎপা পীনবী হায়নসু লৌনৈ। মোইরাং শাইওনগী ৱারীসিদা য়াওরিবা মরুওইবা চীং, পাৎ, তুবেল, কৈথেল, লৈকাই, লমজাও কয়ানি। মদুদি —ইথায়, লাইহল্লি তুরেল, খোয়োন ঙৌবী শোয়, তোর্বুং ইকোপ, থমংখোং, ঙাংলৌ লৈকাই, খোইরেন্তাক, ক্বাক্তা, তুমু, কুম্বী তেবাখা, খোবী কৈথেলনচিংবনি। কাব্যসিদা মীওইবনা মাগী অকোয়বদা লৈবিবা পোৎলম-চৈরমশিংগা লৈনবা মরী কূপশিন্না যেংশিল্লম্বগী মশক উবা ফংই। মহৌশাগী পোৎলমশিংগা মীওইবগা লৈনবা মরীসু খঙবা ঙম্মী। ৱারীসিদা য়াওরিবা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীশিংদা - থাংজিং, শোরারেন, লৈনুং থোঙারেন, নোংপোক অপানবা, পান্থোইবী, অয়াংলেমা তেবী তেশোৱা, পাউবীলাই, শা-কৈ, ঊপাল- ৱাপাল, হৈরাং-লৈবাং, উচেক- ৱাথা, চীং, পাৎ তূরেল পূম্নমকসি চুম্নতগী ৱারীসিদা মতেং পাংহনবা মমং মথাদা পুশিল্লকপা নত্তে। মখোয় পূম্নমক্কী হৌফম শাৎফম মশক তাক্কুনা মখোয়সু মীওইবগুম্না চরিত্র অমমম ওইনা য়াওবিবনি। শাইওনগী ৱারীসিদা মীওইবগীতা নত্তনা প্রকৃতিগী অপীক অপীকপা পোৎলম-চৈবমশিংবুসু অমত্তা চিথবা তৌদনা শরুক য়াহল্লি। মসিনা ঈশ্বর, মীওইবা অমদি প্রকৃতি অহুমগী ঈতিন্নবা উত্তুনা পুন্সিবু মশক খঙবদা মপূং ফাহল্লি।

# চীংবুরোয় তম্বুরোয়

মণিপুরদা খুন্দামিন্নরিবা মীয়ামসিগী হৌরকফমসি অহানবদা লমদমসিগী চীংলোন মাপলদা ওইখি। মসি ঐখোয়গী শক-চু, সংস্কৃতিগী নাওশুম অমত্তদা চাওমিন্নরকপগী মান্নবা লোনচৎ অমদি ঈ মরী কয়াসিদগী খঙবা ঙম্মী। চীংগী মফমশিংদা য়াকাবুং ওইদুনা মণিপুরীশিংগী সভ্যতা অমদি সংস্কৃতিগী যুম্ফম অহানবা ওইনা থোনবা হৌখি। চীংনা নাওকোন্দুনা শেমগৎলকপা মণিপুরী সংস্কৃতি অসি মমৈথংদা ঈরোং অনী ফাংলকই। চীংগী ওইবা মখলগী ঈচেল অমা অমদি তমগী ওইবা ঈচেল অমা। মতাংসি মণিপুরী সংস্কৃতিগী অনীশুবা য়াওন্নি। ঈচেল অনীসিদা খেন্নরিবসিসু মপান্থোংগী কুয়োম নৎত্রগা কুরাংবান্দনি; মনুংগী ওইবা ফিবেপ, ৱাখল অমসুং ফিদম তিন্নবা অমত্তা ওইবগী লীচিংদি খক মাঙদ্রি। যুম্বান-কৈবানগী অয়াম্বা পথাব, ৱায়েন কাঙলোনগী মতৌ, মায়ওন তিন্নবা মীৎয়েং, ইরাৎ-চবান থাবগী লাইহৎলোনগী পথাবশিং, মাইবা মাইবীশিংগী শিন্থা, অহল-লমন অমদি চাওয়োক নাওয়োক তিন্নরকপগী নুংশিনবা, লাইনীং লাইশোনগী ভাব, ইতিহাসকী থৌদোকশিংদা শরুক য়ামিন্নরকপগী নুংশিনবা, চাবৌ মৌরৌনরকপগী নক্লবা মরী, ললোন-ইতিক্কী মবী, মান্নবা লোন কাঙলূপ পুন্নমকসিগী মমি তারি। মণিপুরী সংস্কৃতি অসি মণিপুরগী অপূনবা মীওই কাঙলূপশিংগী হুমাংমন্নি। সভ্যতা অসি জাতিসিগী কাঙলূপ পুন্নমক্কী অপূনবা ৱাজমনগী মহৈনি। মৈরা অসিগী লীচিংদা জাতি অসিনা নাপল তৌনা লেপ্লি। অপীকপা জাতি অসিবু মালেম্না শীংথানরিবসি অপূনবা সংস্কৃতি অসিগী মতীক-মগুণগী মপান্ননি হায়বসি মোইরাং শাইওন্দসু ময়েক শেংনা মমি তারি। ৱাবীসিদা কুইববা মতমদগী হৌনা লৈবক্লবা মণিপুরগী চীং-তম অমদি চীংমী-তমীগী মরী ময়েক শেংনা য়াওরি। অঙনবা মতমগী মণিপুরগী সমাজদা হিংমিন্নরম্বা চীংমী-তমীনা মচীন-মনাও ওইনা অমগী অৱাবদা অমনা মতেং পাংনদুনা লৈত-লায়র হংদোক-হংজিন তৌনদুনা চান্ন-চিননা হিংমিন্নরকই। পূন্না লৈমিন্নবগী হৌনবা শাওনবা, খৎন-চৈনবা, অকনবা নিংথৌ অমদা লোইপোৎ কাবা, লান থেংনবা হায়রিবশিংসিসু মতাং-মতাংদা অদুম থোকই। মদু পূন্নমক ওইদুনসু অৱাবা তান্নরবা মতমদদি অমনা অমবু হংন-থিনবা অমদি মতেং পাংনদুনা অৱাবদা কপমিন্নবা নুংঙাইবদা নোকমিন্নবা ঙাক্তনি। মণিপুরী সমাজদা চীং-তম, চীংমী-তমীগী মরক্তা করিগুম্বা মওং অমত্তদা খেন্নবা লৈতনা মান্নবা থাক অমদা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরম্বগী মশক উবা ফংই। অঙনবা মণিপুরী সমাজদা চীংমী-তমীগী মরক্তা মান্নদবা খেন্নবা লৈরমদে। মোইরাং শাইওনগী ৱারীসিদা চীংমী-তমীগী নক্লবা মতৌদু উৎপা ৱারীগী ঈচেল কয়ামরুম য়াওরি।

ৱারীসিদা য়াওবিবা চীংমীগী চরিত্রশিংসি চূন্নতগী মমিং মথাদা পল্লন্বগী ওইনা তৌদে। মপূং ফানা মশক থোক্লা মতীক চারবা চরিত্রশিং ওইনা শরুক যাওরিবনি।

মোইরাং শাইওন্দা যাওরিবা লাইনিংথৌ অমদি লাইরেম্মশিং- পাখংবা, নোংপোক নিংথৌ, শোরারেন, পান্থোইবী, অয়াংলৈমা, ফৌওইবীনচিংবনা লোইবী হাওগী শক্তম লৌদুনা তাইবঙ মীরক্তা নুংশি-নুংওনগী লীলা শান্নরিবসিনা অঙনবা মতমগী মণিপুরী জাতিগী হৌরকফমদা লৈবিবা চীংমী-তমীগী খেন্নবা মশক লৈরমদবা মতৌদুরা হংবা য়াই। খোইয়ূম লাইশিংসু তাইবঙ মীগী মশক্তা তাইবঙ লীলা য়াওশিন্দুনা চীংমী-তমী চারৌ-মৌরৌনবগী ৱারী কয়ামরুম যাওরে। ফৌওইবী-অকোংজাম্বগী শাইওন্দা ফৌওইবীনা চীংমী নিঙোল শাদুনা অকোংজাম্বগী ময়ূমদা চঙদুনা 'ইতৈ লৈব্রা?' হায়না হংজরুবদা অকোংজাম্বগী নুপী অহলনা তাগী তাওইনা তৌখিবগী ৱাফম অমা য়াওরিবসি লোন্নবীগী থরুম মাল্লি। নৎত্রগা মসি হিন্দু লাইনীংনা চঙলক্লবা মতমদা সমাজগী নাক য়েৎকী ফিভমদগী পংশা শাজিনবা ৱাফম ওইগনি। ইতিহাসকী মীৎয়েংদগাসু অঙনবা মতমগী মণিপুরী সমাজদা চীংমী-তমীগী মবক্তা খেন্নবা মওংদা অমাং-অশেং থাইদোক্লুনা কাঙলূপ অমনা কাঙলূপ অমবু ইকায় খুম্নদবা মতৌদু লৈরমদে। থোইদোক্লদুম চারৌ-মৌরৌনদুনা নুংশি চানবা মতৌদা হিংমিন্নবগ্গা সমাজকী য়ূম্ফম অমা লৈরম্মী।

লূৱাংগী অঙম্বা লৈত্রেং ঈশিং চাইবনা লোক্তাক ফুন্দুনা মোইবাংগী লমখৈ চাওখোক্লবা তৌরুবদা লাইবম শোক্লবদগী লাইয়ান্না মহাক্কী মথৱায় মরি পুদুনা চৎখ্রবদা লাযকন্নবা ঙমদ্রবা মতমদা মতাও কবুই তোম্বনা মশানৌ শামু লৈমগা লোযননা লাক্লুনা অনা লায়কন্নরে। কবুই তোম্বনা লশিং মপোপ অহুমদা চাক চদুম অহুম হাপ্লগা য়াম্মোক্তা হাপ্তুনা থোঙ্গালদা লেপ্তুনা লৈত্রেং ঈশিং চাইবগী থৱায়বু কৌরকই। মহাক্না কৌবদা লেমহৌবা থৱায় অমদুদি লাক্লবদা কবুই তোম্বনা ফারগা লৈত্রেংগী ময়া কাথোকহল্লগা হাপচিনবিখি। তূপ্লবদগী হৌগৎলকপগুম লৈত্রেং ঈশিং চাইবা জ্ঞান লার্কখি। লৈত্রেংনা মচানুপা চহুই লৈরোংপানববু চীংমী মতাও কবুই তোম্বদা শিন্নরগা মরূপ অনীদু কপমিন্নখি। লৈত্রেংনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচল খ্বাই লাংমৈবু মপারী শারেপ ফাদ্রিবা ফাওবা মহাক্কীদা লৈকনবা হায়জখি। খ্বাই লাংমৈনা ঙল্লিবমখৈ হোৎনদুনা মচাবু য়োর্কখিগে ঙল্লক্রবা মতমদা হায়জরক্কে হায়জে। য়াদ্রবদুদদি কবুই তোম্বনা মশানৌ শমুলৈমগা লোয়ননা লোইবী মরানয়াযদা হনখি। চহুই লৈরোংপানবনা পূংকক চাওরকপদা পাওবীলাইগী চাকথাক ওইবা তারক্লবদা খ্বাই লাংমৈনা মচানুপাবু চমং খুনগী খূল্লাকপা কবুই তোম্বগী মনাক্তা থাবম্মী। নুমিৎ অদু কবুইশিংগী 'রাগাং' কৌবা লাই হরাওবগী

হুম্নি চনবা কুরাক লমদায়বনি। অদুনা অহানবা থেংনবা য়ারৌ শা খঙদে, নমু তাইবঙ মী খঙদে অফংবা অমা শবেন চনগদবনি। শা থিবা থোরকপা হাওয়াম্না লৈরোং পানবগা ওক্লরদুনা ময়াম চঙদুনা ফারে। থৌদৌ অদু শমুলৈমনা ঈশিং শোকপা থোরকপদা থেংনরুদুনা ময়ূমদা হল্লক্লগা মপুরোইবা কবুই তোম্বদা তম্লে। কবুই তোম্বনা চহুই লৈরোংপানববু পুন্দুনা থল্লিবা মফমদুদা লাক্তুনা মরোয় হাওয়ামদা হায়দুনা থাদোকহল্লে। অদুগা মহাক্না লাকপগী মবম হংবিরকই। চহুই লৈরোং পানবনা নুমিত্তুগী ওইনা পাউবীলাইগী চাকথাক মমা মচাগী পাল্লি তারে মদুগী লাকপনি তমজবে।

কবুই তোম্বনা থাংজ তরেৎ চঙনা শাবা মহাক্কী থাঙদু পাযরদুনা মচা লৈরোং পানবগা লোযননা লূৱাংগী লম তম্না লাকখি। ঙাংখ খুলগী খুঞ্জিনগী উযুং মখোঙ য়ৌরকপদা তোম্বনা লৈবোংপানবদা তাকপিখি 'করিগুম্বা অৱাবা তারবদি মফমসিদা নমায লোক্তাক ওন্দুনা লেপ্পগা নপন পম্বৌনা লোয়রম্না ঙারা পুদোংবা যণদু কৌবদা মতেং শোযদনা পাংবিবক্কনি।' অসুম্না ৱারী শানদুনা লাকমিন্নবনা লোক্তাক মপান্দা য়ৌবকপদা খ্বাই লাংমৈনা মচানুপা লাক্লে হায়দুনা চাক শংবায় অমা পুবগা লাকপদু ওক্লরে। তোম্বগী ৱা মতুংইন্না লৈরোং পানবনা মমাগী মফমদগী চাক শংবায়দু লৌরে। খ্বাই লাংমৈবুনা যূমদা হলহনখ্রগা তোম্বনা লৈরোং পানবগা লোয়ননা লোক্তাক খোংবান পাংলক্লে। কবুই তোম্বনা লোক্তাক খোংনুংদা কুমথবগা মপোপ চূম্বা লুৱাং তৌ অমা মাগী থাংজ তরেৎ চঙনা শাবা থাঙদুনা মখোঙ থেংনা যাল্লগা লম ওন্দুনা কক্লে। অদুগা থাঙদুদা লাইৱা শোল্লগা তৌ মখোক অদুবু মাপল থোক্লা খাইদোক্লগা লোঙশা মাপল লোংবা লোঙ শারে। অদুগা পাউবী লাইগী চাকথাক হুনফম থোঙ্গাদা চাক শংবায়দু থন্নগা মশানা ঈশিং ঈযাযবোমদা মঙ্গল ওম্বোক্তুনা ফম্লগা মখূৎ নামনা লোঙশা মাপলগী লোঙদু পাযবগা মখূৎ নামনা শংবায়দগী চাক্তু খূবাম খূবাম লৌদুনা চাবা হৌরকই। পাউবীলাইনা ঈশিংগী ঈয়ায়দা তাওখৎলকপদা কবুই তোম্বনা তৌরিবা মতৌদুদা শাওরদুনা ময়া লাওনা কাথোক্তুনা মমৈনা হাইবকপদা লোক্তাক্কী ঈশিং লৈনাং তারে। ফিভমসিদা ঈশিং মনুংদা ঙা লৈবা ঙমদবদগী ঙামখৈ ঈশিং ঈমায়দা শিদুনা তাওখৎলক্লে। পাউবীলাইনা ময়া কাথোক্তুনা কবুই তোম্ববু য়োৎননবা চঙশিল্লকপদা কবুই তোম্বনা লূৱাং তৌগী লোঙশা অদুদা লাইৱা শোনবদা লোঙশা মাপলদুদগী মৈরী ফ্রি ফ্রি কাল্লক্তুনা মৈনা লোঙশাশিংদু পূংঙাং ঙাংখ্রে। পাওবী লাইনা য়োৎলগে হায়না নকশিন্না চঙশিল্লকপদা কবুই তোম্বনা মহাক্কী লোঙশা মাপল লোংবা লোঙদুনা পাউবীলাইগী লূশমদা থিনবদা পাউবী লাইদু মৈগী মৈশাদু ওন্না থোইনা খাঙলম্লগা খুদক্তা শিরে। পাউবীলাইদু মতুপ তরেৎ থোক্লা কক্লগা লংথোকখ্রে।

কবুই তোম্বনা পাউবীলাই হাৎপগী পাউসি তাবদা লূৱাং নিংথৌনা পেল্লদুনা কবুই তোম্বদা মহাক্না অপাম্বা অমা হায়য়ু পীগে তাকপিখি। কবুই তোম্বনা মহাক মশাগী ওইনদি অপাম্বা করিসু লৈতে, পীবিগে হায়রবদি লৈত্রেং ঈশিং চাইবগী মচানুপা চহুই লৈরোংপানবদা মপানা ওইরম্বা ফমদুমক হাপ্পিয়ু হায়জবদা নিংথৌনা য়াবিরদুনা লৈরোংপানববু খুদক্তা ফম্নাইবা হাপ্পিরে। লূৱাং নিংথৌ থাংতেক শোক্লাইবনা লৈরোংপানবগী তালোয়বু পাল্লম্মী। অদুনা লৈরোংপানববু খারম হাওখুন্দা লোইপোৎ থৌবা থাগে লেপ্লে। খারম হাওখুল হায়বসি অকন-অথৌ য়াম্না লৈবা খুল অমনি। লৈত্রেং ঈশিং চাইবা অমদি মৈত্রেং অরাবা ফম্নাইবা অনীবু কিবদগী লূৱাংদা লোইপোৎ কারম্বদু অঙম্বা অনীসিনা লৈখিদবদগী লোইপোৎ কাবা লেপখ্রবনি। মতমদুদা লূৱাংগী অঙম-অথৌবু চৈরাক পীগে খল্লবদি খারম হাওখুন্দা লোইপোৎ থৌবা থাই। খারম হাওখুন্দা লোইপোৎ থৌবা চৎখিবা অঙম্বা অমত্তা হিংনা হল্লকপা লৈখিদ্রি। লৈরোংপানববু হাৎখ্রবদি লূৱাং নিংথৌনা সুনুলেম্বীবু লৈমশিংদা চনবদা অয়েৎপা অমত্তা থোক্লরোই খনখি। লৈরোংপানবনা নিংথৌগী য়াথং মকোক্তা থোংদুনা লাম্মী তরাগা লোয়নননা লোইপোৎ থৌবা চৎখিদুনা খারম খুলগী পম্বোং য়ৌরগা খারম নিংথৌদা পাউ পীরুনবা মরোয় হাও পাখঙ অমবু থাখ্রে। লূৱাং নিংথৌনা লোইপোৎ থৌবা মনাই থারক্লি হায়বা পাউসি তাবদা খারম নিথৌনা শাওরদুনা খুনবুং য়েদুনা মরোয় হাওয়াম কৌখৎলে, অদুগা লান থেংননবা শেম শাখ্রে। পাউ অসি চমং খুলগী খুল্লাকপী শমু লৈমনা তারদুনা লূৱাংগী লম তম্না চেল্লক্তুনা মতা খ্বাই লাংমৈদা পাউ তল্লে। মতা অনীদু ঙাংখ খুনগী খুঞ্জিন য়ৌরকপদা শমুলৈমনা তাকপা মতুংইন্না খ্বাই লাংমৈনা লোক্তাকলোমদা মমায় ওনশিল্লগা 'হা ইমা ঙারা পুংদোংবা' হায়না অহুল্লক কৌবদা মচুম তারবা ষণজাওদো চাক্তারম্বদগী চেল্লক্তুনা মতা অনীগী মমাঙদা লেপ্লরে। খ্বাই লাংমৈনা কাওরেলগী মফমদা হায়জরকই 'চহুই লৈরোংপানববু খারম হাওখুন্দা হাওয়াম চঙদুনা হাৎখিগদৌরে অমুক্তা কনবিয়ু' হাসি তাবদা ঙারা পুংদোংবা কাওরেন্না মমৈ ফিরান শাদুনা খারম হাওখুল তম্না চেনখ্রে। খারম হাওয়াম্না মখূত্তা থাং, তা লোঙনচিংবা পায়নদুনা লৈরোংপানবগী কাঙবুবু কোয়শিনখ্রে। খারম খুল্লাকপনা লৈরোংপানবগী অককপা মকোক পীয়ু হায়না হায়রকই। হাওয়াম্না লৈবোংপানবগী মকোক কক্লনবা চঙশিন্নরকপা তাঞ্জাসিদা ঙারা পুংদোংবনা লাউ খোংদুনা চেনশিল্লকপা উবদা খারম হাওয়াম পুম্নমক শমজি খাইনদুনা চেন্নখ্রে। লৈরোংপানবগী কাঙবুসু ঙারা পুংদোংবগা লোয়নননা লূৱাং তম্না হনমিন্নরক্লে। কাওরেন মাদি লোক্তাক পাংখ্রে। লূৱাং নিংথৌ শোক্লাইবনা লৈরোং পানবদি খারম হাওয়াম্না হাৎলম্লগনি খল্লদুনা মথৱায় নুংঙাইনা মনাইশিংবু সুনুলেম্বী লৌরুনবা থাখ্রে। পাউ অসি খঙলদুনা লৈরোংপানবনা সুনুলেম্বীবু পুরগা মপা কবুই তোম্বনা তাক্লম্বা ঙাংখ খুঞ্জিন্দা হৌবা উয়ুং মখোঙদা লোত্তুনা লৈরে। নিংথৌগী মনাই অমনা মখোয়না

লোৎলিবসি খঙলদুনা নিংথৌদা পাউ পীশিল্লুরে। লূৰাং নিংথৌনা মশামক মনাইশিংগা লোয়ননা লাক্কুনা থিরক্লবদা লৈরোং পানবনা 'হা ইমা ঙারা পুংদোংবা নচাগী থৱায় কনবিয়ু' হায়না লাওবদু কাওরেন মানা তারদুনা চেল্লক্লগা লূৰাং নিংথৌ থাংতেক শোক্লাইববু মানবী চিরেন্না লেংদুনা হাৎখ্রে।

ঙানববু মোইবাং নৌরেনহনবনা মপা হাক্তক্তা য়েক্লখিবগী মলোম্না থুমখোং ঈরাৎনবা থৌবাংখি। গতি লৈজদ্রবী ঙানবগী মমানা পীক্লিবা মচানুপা ঙানববু মপুরোইবা লাংলেনহনবগা মতাও শান্নরম্বা লোইবী শগাং নিংথৌগী মকাদা অহিং অথেংবদা মচা পুদুনা চেল্লক্লগা শাইদাংফম লৌনবা লাকখি। শগাং নিংথৌগী ময়ূম খঙদ্রদুনা খুনগী পম্লোংদা কঙাওননা লেপ্লিঙৈদা শগাং লৈমনা লোক্লুংদগী ঈশিং শোক্লবগী কারকপদা ওক্লরে। শগাংলৈমনা মমা মচাবু মমাঙ থানা ময়ূমদা পুরক্লগা শগাং নিংথৌদা শিন্নবে। শগাং নিংথৌনা ঙানববু চাওবা শারেপ ফাদ্রিবা ফাওবা ঙাক শেন্দুনা থমখি। ঙানবনা চাওবা শাবেপ ফাবক্লবা মতম অমদি কেগে নৌরেনহনববু থুমখোং ইরানখ্রে তারবা মতুংদা মমা মচাবু মোইরাংদা থিনবিরকখি।

চীংউ থাংজিংগী লাইবাও মতুংইন্না মোইরাং নিংথৌ ঈৰাং পুরিক্লাই পুন্সিবনা কেগে ফম্বাল তোংবদা মতীক চাবা সনা ঈ থিবা হৌরকখি। মীপাইথিবী তোনু লাইজিংলেম্বীনা মপাঙ্গল শারেপ ফাদ্রিবা মপারী খোংজোম্বগী য়াইবী থৱায় লম্মখাংদা মাঙলগদ্রা চিংনখি। অদুনা মপারীবু পুদুনা মপুরোইবগী মতাও ওইরম্বা মহৌ চীংগী নিথৌগী মরমদা শাইদাংলুনবা মোইরাং থাদোক্কুনা চেল্লকখি। মহৌ খুনগী পম্লোং ঈশিং খোং য়ৌরকপদা; চহীগী কুম হৌবগী শরেন চন্নবা মহৌ লোইবী হাওয়াম্না য়ারৌ শাদানবা থোরকপদা মমা- মচাবু থেংনদুনা হাওয়াম্না খোংজোম্ববু ফাদুনা পুবিখ্রে। মমা মচানা হায়জবা অমত্তা মখোয়না তাবিবা তৌখিদ্রে। তোনু লাইজিংলেম্বীনা কপ্পা কপ্পা মচাগী মতুং ইন্দুনা তান্নরকই। মহৌ চীংগী হরাওবুং থেলদা মহৌ নিংথৌ লাম্থৌয়াংবনা মরোয় হাওয়ামগা লোয়ননা অচা- অথক চাদুনা লৈশা পাখঙশিংনা জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপা অমদি তা খৌশাবনচিংবা য়েংদুনা লৈরম্মী। লোইবী হাও পাখঙ মরিনা খোংজোম্ববু মখোঙ মখূৎ ফাদুনা মহৌ নিংথৌগী মমাঙদা পুশিল্লক্লে। খোংজোম্বনা মমাবু কৌদুনা কপ লাউবা অদুগা তোনু লাইজিংলেম্বীনা তেংথা- নাওইরিবদু তাবদা নিংথৌনা ফাদুনা থল্লিবা নুপীদু থাজিল্লকউ হায়রে। ফারিবদু থাদোক্কুনা তোনু লাইজিংলেম্বীবু নিংথৌগী মনাক্তা থাজিল্লক্লই; অমোৎপা চরৈ থোনবী নুপীদু মমাঙদা করিগুম্বদা উখ্রবা হায়না মহৌ নিংথৌনা খনখি। অদুম ওইনমক নীংশিংবদি ঙমদা মহৌ নিংথৌদু চঙক্লদুনা ঙায়হাক লৈরে। তোনু লাইজিংলেম্বীনা মশাবী কদেংগা পাথৌ মরূপচা ওইরম্বা চাননা লোয়নখিবা

মহৌ নিংথৌনা মোইরাংদা লোইপোৎ কারকপা খুদিংগী মশাবী কদেংগী শরুক তমদনা তোকখিদবা লোইবী নিংথৌ লাম্বৌয়াংববু নীংশিংলকই। লাম্বৌয়াংবনা তোনুগী মফমদা কেগে অঙম্বা কনাগী তালোয়নো হংবিরক্লে। তোনু লাইজিংলেম্বীনা মহাক কেগে অঙম্বা ওইরম্বা কদেং থাংজহনবগী তালোয়নি মমিংনা তোনু লাইজিংলেম্বী কৌই তাকচরে। ৱাদু তাবদা মহৌ নিংথৌনা মমীত্তগী মপি শিন্থুরদুনা খোংজোম্ববু মথানুংদা চেৎনা কোঞ্জরগা 'খঙুদ্রেদকো' হায়না থম্মোয় শোক্রা কপ্লক্লে। লৈখিদ্রবা মরূপচা মহাক্কী হৌখ্রবা ৱারী ঙায়হাক তৌনরবা মতুংদা মমা মচাবু মরানয়ায়দা পুবিরকই। চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা মমা মচানা মতম চাদনা ময়ূম মোইরাং থাদোক্তুনা মহৌ মশায়গোন্দা লাকপগী মরমদু নুংশিনা হংবিরকখি। তোনু লাইজিংলেম্বীনা ৱারী পূন্বা তম্লবা মতুংদা মচানা চাওবা শারেপ ফাদ্রিবা ফাওবা কেগে কনা খঙহন্দনা শৈদাংদুনা মচাবু য়োকচগে লাকচবনি হায়জরে। তোনুগী ৱা তাবদা মহৌ নিংথৌনা 'ইপাগী নাক্তা লৈরিঙৈদা কেগে মোইরাং কনানা করিসু তৌবা ঙম্লোই। নপারীনা শামা পাঙ্গল মথেন ফাদ্রিবা ফাওবা লোইবী ইশায়গোনসিদা মোংবা নবানয়ায়নি খন্না শেৎনিংবা শেৎ, চানিংবা চাদুনা লৈয়ু তাকপিরে। নিংথৌনা মরোয় হাওয়ামদা শিন্থাবিদুনা মমা মচানা লৈন্নবা য়ূম অহনবা অমা শাবিবগা মমা মচাবু মপূক্লিং লৈতানা লৈহনবিখি। তোনু লাইজিংলেম্বীনা মহৌ চীংদা চহী তরা চূপ্পা মচাবু শায়দাংদুনা য়োকচরকপা মচানুপা খোংজোম্বা চাওবা লেপতম ফারক্লে। লাইজিংলেম্বীনা মচাবু ময়ূম মোইরাং লমদমদা পুদুনা হন্নিংলদুনা মহৌ নিংথৌদা হায়জরে। মহৌ নিংথৌনা নশাগী মথৌ পাংলুরো হায়না য়াবিবতা নত্তনা মসিমসু হায়বিরে মদুদি মোইরাং লৈবাক্তা হল্লগা লৈত- লায়রা অতাক্রদুনা কনাদসু অৱাৎ- অপা হংলুনু, অৱাৎপমখৈ ৱাত্তনবা পীরক্কনি। অসি ৱাদি হায়দুনা নুমিৎ অফবা অচংবা য়েংলগা লোইবী হাও পাখঙ ময়াম্থু চান-থক্লবা ফৌ চেং অমদি পান মাইরেন্নচিংবা মযামগা লোয়ননা মোইরাংদা থিনবিরকই। তোনু লাইজিংলেম্বীনসু মোইরাং কৈথেন্দা ফংবা অচা- অথক ময়াম লৈদুনা মপা লাম্বৌয়াংবগী চান্নবা হায়দুনা পীজখি।

শলাংথেল চীংদা তাবা মেনতে পাখঙবগী শুরুং ফাওবা মফমসিদা তাবা খুল অমা লৈ। চীংশাং অসিবু ঙাক-শেল্লিবা চীংশাংলাকপা শলাং নিংথৌনি। মতীক-মগুণ লৈবা, লাইৱা- তীনৱা হৈবা অমদি লায়েংবদসু মমিং চৎপা মাইবসু ওইবা মরম্না মহাকপু কবুই শলাং মাইবা হায়না খঙনৈ । শলাং নিংথৌগী মপানা চীংখঙম্বা কবুই লাম্থাবা অদুগা মমানা লোক্তাক লৈমা কৌই হায়। শলাং খুন্না চহী খুদিংগী মোইরাংদা লোইপোৎ কারকপদু লোইপোৎ কাবা চহী খরা লেপখি। শলাং চীংমীশিংনা চহীদুগী মেরা থাদা চীংফৌ লোকপা লোইরবা মতুংদা মোইরাংদা লান্দানবা শেম- শাদুনা লৈরম্মী। পাউসি মোইরাং নিংথৌনা তাবদুনা লোন্না মনাই থাদুনা পুরেম্ববু কোনুংদা কৌখৎলে অদুগা

থিন্দনা শলাং খুন্দা চত্তুনা লোইপোৎ থৌরুনবা য়াথং পীরক্লে। পুরেম্বনা মোইরাংগী অকনবা নুপা চামা পুরগা শলাং খুন্দা লোইপোৎ থৌবা লাক্লে। পাউসি তাবদা শলাং নিংথৌনা মরোয় হাওয়াম খোমদুনা মখৃত্তা খৃৎলায় পায়দুনা লাঙ্গেংনবা লাল্লাও লাওদুনা কুমথরক্লে। পুরেম্বনা কিহল্লগে খল্লদুনা তম্বা নুপা তারানা থাঙ্গৎপা ঙম্নদ্রবা শলাং খুঞ্জিন্দা তাবা নৃংপাক অমা মতোমতনা থাঙ্গৎলগা লোইবী হাওয়ামদু তম্না লংশিনবদা ময়ামদুনা কায়দুনা চেন্নরে। মদু উবদা শলাং খুল্লাকপনা মোইরাংগী অকনবা নুপা অসিদি অচম্বা মী নত্তে হায়না খনখি। অদুনা মরোয় পাখঙ অমা থারক্তুনা লান শোক্লুবা তোক্লগা মহৌশাগুম চহী খুদিংগী মোইরাংদা লোইপোৎ কাজগে হাযজবদা পুরেম্বনসু যাবিরে। নুমিৎ অদুদগী শলাং মাইবা অমদি পুরেম্বা অনী লেঙ্গোন্নদুনা মতাও শান্নরে। শলাং নিংথৌনা পুরেম্ববু ময়ুমদা পুবগা অচা- অথক চামিন্নরগা পোত্থাহল্লে। পুরেম্বনা মতাও শলাং নিংথৌগী অৰাবদা মতেং পাংদুনা ঙাংবা নিংথি পামহৈবা ফাদুনা লাকখি অমদি শোমু লৈমবু মপা অমদি মবুংশিংদগী মৃন্দুনা শলাং নিংথৌগা লুহোংবিখি।

পুরেম্বনা মশাগী ৱাশক ঙাকপদা নৎত্রগা মচানুপা পোকপগী হরাওদুনা কংলা যাইবুং য়ৈরুবগী ৱাহৌদগী থোংলেন্না থৱায় মিবু নুঙ্গোইবীদা লালু চনখিবগী ফমদা তাদুনা লৈখি। মতমসিদা শলাং মাইবনা মতাও পুরেম্বগী ফমশেন্নরবতা নত্তুনা হৈজবা মখৈ হোৎনদুনা তমগী মতাওসিবু কন্নবা লাক্লখি। নুমিৎ মরিনি চৃপ্পা লায়ক্লরবা মতুংদা পুরেম্বা কনবা ঙমদনা নোঙ্গাখি। মতুংদা খম্বা খমনু মচীন-মৌপ্বানা মোইরাংদা লমজা অতাক্লনা চাক্লি-ফিনিনা হিংবা মতৌদু শলাং মাইবগী মমঙদা ফাওরকপদগী মোইরাং তম্না লাক্লগা মচা অনীবু শলাংদা পুরগা য়োকখি। মমীত্তা মপারী মমোম উজবা ফংদ্রবা শলাং নিংথৌ অমদি শলাংলৈমনা মতাও পুরেম্বা অমদি মতা ঙাংখলৈমা নীংশিংদুনা মচীন-মৌপ্বাবু মবৃকথোক্কী মচাগুম লূনা চান্না য়োকপিরকখি। শলাং মমা মপা অনীনা থাদোকপিরবদি খম্বা লোইবী চীংলোন লান্না যণশেন যণঙাক ঙল্লবা মতাংনি। মদু ফাওবা শলাং মাইবনা খম্ববু খবায় থোঙ্গাল ৱাংমা লালহনখিদে। মচীন-মৌপ্বানসু মপা শক্লবা শলাং নিংথৌ অমদি মমা শলাংলৈমনা হায়বা ৱা অমত্তা খক হিক্তোকপা তৌরক্তে। শলাং নিংথৌনা কেগে কনাগী মফমদা মচীন-মৌপ্বা অনীগী অশেংবা মরী-মখোঙ তাকথোকপা তৌখিদে। খম্বা, খম্নু তম্পাক্তা তমী মমা-মপানা পোকপিরম্লবসু মখোয়গী পুন্সিগী যৃম্ফমদি চীংমী মমা-মপাগী মীৎযেং মখাদা শাগৎলকখিবনা মখোয় চীংমীরা তমীরা হাযবসি লূনা থোক্লবনি।

শলাং নিংথৌগী মশায়গোন্দা খম্বা খম্নু মচীন-মৌপ্বানা লৈরকপসি চহী কুননি। নোংমা শলাং নিংথৌনা শলাং খুন্দগী চথোকখিবা নুমিৎ অমদা খম্বনা শলাং নিংথৌগী

পাল্লৌ ঙাকপা চৎলুগে খনখি। অদুনা তরা চাকঙন চারগা মচেম অমদি শলাংলৈমদা তাক্লন্নগা থোবকপদা লম্বীদা লেংমান্নবা হাও পাখঙ মঙানা করেম্নরকই। খম্বনা তারবসু তাশিন্নদবা শাদুনা মপাগী পামদা চত্তুনা পাম ঙাকচরুই। নুমিৎ তারমদায়দা খম্বনা পাল্লৌদগী হল্লকপদা ঙসায় লাকপগী লম্বীদা লৈহৌবা পাখঙ মঙাদুনা অমুকসু খম্ববু করেম কথায়নরকপদা নত্তনা লম্বী থৎচিনবিরে। হাও পাখঙশিংদুনা 'মমা মপা মশক খঙদবা লমজাসি মরোল থোক্তবতা নত্তনা মরিলসু পান্দে' হায়বিরে। উশিৎ- থওইদবা অশাবা ৱাঙাংসি তাবদা খম্বনা খাঙবা ঙল্লক্তুদুনা 'ৱাইরা ইশা থোক্লে হুয়েন ইরান ওইরে' হায়দুনা মফি শেমখ্রে। পাখঙ মঙাগা অমমমতা ওইনা মূক্না শান্নবদা হাও পাখঙ মঙাদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা শমজি খাইনদুনা চেন্নখ্রে। খম্বনা ফূন্নরুবগী মফি- মরোল উফুল তৈদুনা হল্লকপদু উবদা খম্বুনা মৌপ্বাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্কুনা কনাগা খৎন-চৈনরুরবগে হায়না পাখৎনা হংজে। খম্বনা অহানবা ওইনা মচেমদা হংলকই 'ইচেম, ঐখোয়গী পলেম পম্ভৌ কনানো? ইয়ূম লমদম্না কৈদনো'? খম্বুনা মমা শলাংলৈমা তাখিনি খন্দুনা পাখৎচখি। মৌপ্বানা হঞ্জিন-হঞ্জিন্না তকশিল্লক্লবা অদুদদি খম্বুনা মৌপ্বাদা হায়দোকপা মতম চারে খল্লে। অদুনা মৌপ্বাগী মফমদা পলেম পম্ভৌগী মরী মখোঙ অমদি মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা শলাং নিংথৌনা পুবক্লগা য়োকখিবনি; মখোয়গী ময়ূমদি মোইরাংদনি, মখোয়গী লৌরি যূম্ফম কেগে চেঙ্গৈ পাৎপান্দা লৈ। মখোয়গী করিসু ৱাত্তে। খম্বা মহাক্তনা চাওবা শাবেপ ফারকপা ঙাইরকপনি হায়বা তাবদগী খম্বনা ময়ূম মোইরাং লমদা চৎলশি হায়না হন্না হন্না তকশিল্লকই। মচীন-মৌপ্বানা ঙাংনরিবশিংদু শলাংলৈম্না তাখিবদগী শলাং মাইবনা ময়ূমদা হেক হল্লকপগা ময়াম চামি- থকমিন্নববা মতুংদা অঙাং অনীনা পোখাখ্রবা মতমদা মপুরোইদা তমখ্রে। লৌশিং চাওবা শলাং নিংথৌনা করিগুম্বা ৱা অমত্তা ফোঙদোরক্তুবসু মপূক্লিংদা ৱাখল য়াম্না খলহনখি।

নোংঙাল্লগা শলাং নিংথৌনা মচীন-মৌপ্বাবু কৌথোক্লগা হায়বি– মহাক্না মোইরাংদা চৎলুবদা মপাবুং পাথৌ পুরেম্বনা শারম্বা যূমজাওদু হৌজিক ফাওবা তেক্ত-কাযদনা লৈরি। খম্বা মহাকসু চাওবা শাবেপ ফারবনিনা নুমিৎ খরনিদং ওইরবসু পলেম- পম্ভৌনা থম্বিরম্বা যূমদুদা লৈরুচো। লৈবদা নুংঙাইরক্তবদি তন্না অমুক হল্লকউ। নচীন নৌপ্বানা চন- থক্লবা অৱাৎপা পূম্নমক পীগনি অদুগা মরক্তসু থারক্কনি। অসুম্না তাকপিরকপদা মচীন-মৌপ্বানা মপাগী মখোঙ কোন্দুনা কপচখি। শলাং নিংথৌনা মচীন-মৌপ্বা অনীবু থেমজিনবিরগা চামিন-থকমিন্নরে। মচীন-মৌপ্বানা মোইরাংদা হনখ্রগা মথৌ তাগদবা চেং-ফৌ মতীক চানা মশীং শুনা থৌরাং তৌরগা মরোয় হাওয়ামদা পুহল্লগা মতাও পুরেম্মগী মরানয়ায় কেগে চেঙ্গৈ পাত্তোন্দা থিনবিরক্লে। মপারী মমোম অনীগা নুংশিনা পূকমেন-পাওমেন্নরবা মতুংদা নুমিৎনা নারল ৱাইরকপদা শলাং মাইবনা মচীন-মৌপ্বাবু বিদায় পীরম্লগা লোইবী মরানয়ায়দা হনখি।

চীংখুবনা নোংবানগী মফমদা মচানিঙোল থোইবীগী হৈজিং মেরা থাগী মাপননি পানবদা কারকুবা হায়খি। নুমিৎসিমক্তদা থোইবীগী মমানশিংনসু খম্বদা থোইবীগী হৈজিং কারক্লবা তাকপিখি। নোংবান্না কৈথেলদা ফংবা অফংবা হৈরোংমখে অমত্তা চোয়থোকহন্দনা তরেৎ শেঞ্জা পীদুনা লৈশিনখি। খম্বনা মপা শলাং নিংথৌ অমদি মমা শলাংলৈমা অনীনা চান্নবা অচা-অথক পীরগা শলাং নিংথৌদা হৈজিং কান্নবা হৈরাং নিজরুনবা থাখি। মচেম্না পীবা পোৎয়োমদু পুরদুনা খম্বনা শলাং খুন তম্না লাকখি। খম্বনা লাকপা উবদা শলাং নিংথৌনা হরাওবগা লোয়নননা মচে কমদৌহৌরি হংবিখি। খম্বনা মচেম্না পীরকপা অচা-অথক হাপ্না পোৎয়োমদু মপাবুং শলাং নিংথৌদা শীন্নজরে। শলাং নিংথৌনা শলাংলৈমবু ইমুংদগী কৌথোক্লুনা খম্বা লাকই তাকপিরবদা শলাংলৈমসু হরাওজরে। খম্বসু পলেম পম্থৌ উনজবা ফংবগুম মথম্মোয় পেঞ্জখি। শলাংলৈমনা শীন-লাংদুনা চামিন-থকমিন্নরবা মতুংদা শলাং নিংথৌনা মচানা লাকপগী মরম হংবিরকই। খম্বনা 'মজাইবেম্মা থোইবীগী হৈজিং খরাই কান্নবা হৈরাং খবদং পীনবিয়ু' হায়জবে। শলাং নিংথৌনা মতাও পুরেম্বনা থম্লম্বা হৈরাং শুনবা পানবা হৈকোন অনী ঙাক-শেন্দুনা থম্লি। মদুদগী অপাম্বা হৈরাং খল্লগা হেক্লুনা পুখিনবা তাকপিবগা লোয়নননা মরোয় হাও পাখঙ তবাগা লোয়নননা হৈকোল অনীদুদগী ফজবা হৈমুন ফানা মূল্লবা তাওজিং হৈরাং হৈশিং শুনা হেক্লে। অদুগা হৈয়ামদু হাও পাখঙ তরানা লেঙ্কোত্তা হাপ্লুনা ময়ূম মোইরাং তান্না থিলহল্লকই।

খম্ববু চেগায়পোকপী লমদমদা শামু খোঙয়েৎপদু শলাং নিংথৌগী মমঙদা ফাওরকই। নৎত্রগা মোইরাং নিংথৌনা পাউ থারকপদগী নুমিৎ তারমদায়দা শলাং মাইবনা চেন্না চেন্না লাক্লুনা মপারীগী মনাক্তা থুংলরে। মপারী খম্বনা ওন্ন-থোইনা অশোকপগী চৈনাখোল খাঙলিবদু উবদা শলাং নিংথৌ মমীত্তগী মপি শীম্থখি। মচাগী নাক্তা চঙশিন্দুনা হিদাক-লাংথক পুথোক্লুনা চৈনাখোল কোকহন্দুনা পোত্থাবা য়ানবা হোৎনখি। চৈনাখোল খজিক খজিক নেমথখিদুনা খম্বা পোত্থাজবা ফংজখি। মিরেলগী য়াতাফম মিহুল কাংলোনবু হুইদ্রি লংনা পাদম লাক্লুনা য়েংবদা পূমতৎ তৎকদবা শম্নুম অমত্তা ঙাইরম্লে। শলাং মাইবনা মীচিক মীরাওখোন তাদ্রবা অথেংবা অহিংদা চরৈ ফিঙাং শেৎলগা ফিমু খাউওন্নরগা থাংলেন খূৎশু পায়দুনা মমোম খম্নবু পুরগা মোইরাং খোরী কৈথেল, খম্ববু শামু খোঙয়েৎখিবা মফমদুদা লাক্লুনা খম্বগী য়াইবী থব্রায় মঙাবু কৌশিল্লকই। মপারীগী য়াইবী থব্রায় মঙাবু থাগোন্নজদুনা মিরেলবু মিকোন্নজরবদা থৌখাং পরৈনবিগনু অশি থোঙবু থিং অচঙ থোঙবু হাংবিদুনা পুন্সি নুংশাংবা পীনবিয়ু নীজরকই। খম্বগী য়াইবী থব্রায়না অহিংদা তন্দনগী মশক লৌদুনা পাইরম্বদু 'হে থব্রায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক য়াইবী নঙবু হাম্ফোইদে মিরেল নঙবু হামফদে লা লা নয়ূম পোঞ্জেল

মাঙদ্রি, খাম্বী মৈরক্কুনা কোলোয় হিথাদ্রি খোইদৌ থম্বাল কেমদরি নচেম্না কৌবা তারো। পম্থৌনা কৌবা খুম্মো লা লা মি মি ময়ূম য়াতাশি। মিরেল মোনখাঙনরসে হয়া চু চু চু নহনফমদা হঞ্জিলো নতেফমদা তেরো' শোল্লি। খম্বগী য়াইবী থৱায় মঙাবু কৌশিন্দুনা খম্নুগী চরৈ ফিজিনা ফিগাউ শারিবা অদুদা 'সে সে রো রো কোন' হায়দুনা হাপচিনবিরগা কোনশিনহল্লে। খম্নুনা ময়ূমদা হল্লক্লগা ফিগাও কিশি থোক্কুনা খম্বগী মচীন কাথোকহল্লগা থৱায় মঙাদু কু কু কু হায়না হাপ্লগা 'খোইদৌ ফম্বীরেন শিদবীগী মথানুংদা পারী ইবুংঙো খম্বগী মথৱায় মঙামক চঙলবনে মিরেন মাসু যাওরবনি; হিরি লিশাং কোনবগুম থৱায় নঙবু থাগোম্ননা মিরেন নঙবু নাওশুম্লগে থৱায় নঙ হেন্দোক্লগনু ইপানা সনাগী শোজৈ লোনশিল্লবনে' হায়না লাইশোন শোল্লদুনা শলাং মাইবনা মপারী খম্বগী য়াইবী থৱায় মঙাবু ফাজিল্লবদা অশিবগুম তুমদুনা লৈরুরবা খম্বগী মমীৎ অনীদু পাংথোক্কুনা কোয়লৈ লৈদুনা য়েংলকই। খম্বনা ঈশিং থক্কে হায়রক্লবদা থোইবীনা মবুংঙোগী মফমদা ঈশিং ইনবিবে। লাইজা ঈশিং থকপদগী খৌগংনরম্বদু মাঙখিবগা লোয়ননা অনাবগী চৈনাখোলসু খজিক খজিক কোকখিদুনা মপাঙ্গল হঞ্জিল্লক্লে। মাঙলুরবা জ্ঞান লাক্কুনা মীশক মীশা খঙবা ঙম্লক্লে। অসুম্না শলাং মাইবনা মরানয়াযদা হন্দনা নুমিৎ তরানি অহিং মিশেল খাঙদুনা লায়কয়রকপদগী খম্বা নোংমা নোংমগী ফগৎলক্কুনা চখোম ফানা চাবা য়ারকপতা নত্তনা খোম্লেন য়াতাবা য়ারক্লে। শলাং মাইবনা নুমিৎ হুম্নিদং ময়ূমদা চৎলুরগা মরিনি চনবা নুমিত্তা হল্লক্কুনা মপারীবু লাযেংবা মখা চথবকই। অসুম্না কবুই শলাং মাইবনা লোইদাম থাবূম অহুম চূপ্পা হিদাক থাদুনা লাযেংলবদা খম্বা হৌগৎ কাংখৎভুনা চৎপা ঙম্লকপা, চাবা থকপা মহাও খঙলক্কুনা হকচাংগী মথেন ফারক্লবা মতমদা শলাং মাইবসু ময়ূমদা হনখি।

মণিপুরগী চীং তমগী নুংশিনবগী মরী অসিদা মোইবাং শাইওন্দা য়াওবিবা কবুই শলাং মাইবা অমদি খুমন পুরেম্বা লোযননা পুরেম্বগী মচানুপা খম্বা নীংশিংনিংঙায়নি। শলাং মাইবা অমদি পুরেম্বগী মরূপ ওইবগী চান্নজবা অমদি নুংশিন্নজবগী মতৌসিদগী হেনবা অমা লৈত্রে। মোইরাং শাইওনগী ৱাবীসিদা অশেংবা মরূপ অনীগী মমিং পনবা তারবদি পুরেম্বা অমদি শলাং মাইবদগী হেনবা লৈরোই। শলাং নিংথৌনা পুবেম্বদা পাংবিখিবা মতেংগী ৱাবীসি অমুক হায়রুবগী লোইবা লৈররোই। শলাং মাইবদি মতম পূম্নমক্তা পুরেম্বগী মতুংদা মমিগুম্না ইরোয়তা লোয়নরিবনি। মদুদগী হেন্দোক্কুনা পুরেম্বগী মচাশিংগী হাক্তক্তসু মহাক মতেং পাংবা খক লেপখিদে। তানফম খুদিংদা মপা- মচাগীদমক শলাং মাইবনা মায়রোং যাদুনা লেপখি। শম্না হায়রবদা পুরেম্বা অমদি মচা খম্বগী অৱা- নুংঙাই পূম্নমক শলাং নিংথৌনা মশাগী অৱা- নুংঙাই ওইনা শকক য়াখি।পুরেম্বগী মরূপ কয়া তম্পাক লমদমদা লৈ। মখোযদুগী

মরক্তা থোংলেন অমদি চাউবা নোংথোন্না অথোইবনি। অদুবু পুরেম্বনা অৱাবা তারবা মতমদা শলাং মাইবনা লেপ্লিখিবা অসি য়ৌনদি মখোয় কনামত্তনা লেপ্লিখিদে। মরূপ অনী নুংশিনবগী মতৌসি মতম লৈবা খিবিক্তা অমনা অমগীদমক ঙমজবা মওংদা মতেং পীনখিবা অসি মোইরাং শাইওনবু পাবা/তাবা অমত্তনা খক কাউথোকপা ঙমদনা লৈহৌরগনি। কবুই শলাং মাইবা অসি খম্বা থোইবী শাইওনগী হৌরকপদগী অরোইবা শরুক ফাওবদা মপূং ওইনা মফম কল্লিবা অচঙবা চরিত্র অমনি।

পুরেম্বনা লৈখিদ্রবা মতুংদা চহী কুনগী শাংলবা মতম অমা শলাং মাইবনা মতাও পুরেম্বনা পীক্লা লংথোক্লম্বা খম্বা খম্নু মচীন-মৌপ্পাবু ঙাক-শেন্দুনা মহে মশিং তম্বিবগী থৌদাং মপা অমদগী করিসু তাদনা লৌখি। করিগুম্বা খম্বা খম্নু অনীনা শলাং নিংথৌগী মিনুংশি অমদি মহে- মশিংগী জ্ঞান ফংলমদ্রবদি খম্বনা কৈদৌঙৈদসু নোংবানগী মতীক চাবা লম্বা ওইনা লেপ্পা ঙম্লক্লোই হায়বসি পূম্নমক্লা অদুম য়ানিংগদবা ৱানি। অদুনা খম্বগী মায়পাকপগী মরুমদা মতম পূম্বদা শলাং নিংথৌদি মশক উহন্দনা লেপ্তুনা লৈরিবনি। খম্বা, ঈগী মরীদা পুরেম্বগী মচানুপা ওইরবসু মীওইবগী লোনচত্তা শলাং মাইবগী মচানুপামক্লি। খম্বনা পুরেম্বগী মফমদগী কন- থৌবগী মপাঙ্গল মথৌনা ঈ-মরীদগী ফংজহৌরবসু খম্বগী চরিত্রদা য়াওরিবা মোং হাদবা, মপূকচেন চাওবা, অখাঙ কনবা পূম্নমকসি শলাং নিংথৌগী মফমদগী খম্বগী চরিত্রদা হাপ্লকখিবনি হায়দবা ঙমদে। অদুগা খম্নুগী লোনচত্তা য়াওরিবা মিনুংশি চেনবা, চীং-লেমজবা, অখাং কনবা পূম্নমকসিসু শলাংলৈমগী মীৎয়েংখাদা শারেপ ফারকখিবগা লোয়ননা লোয়নরক্লবনি। মচীন- মৌপ্পাগী মপূং ওইবা লমচৎ শেমগৎপগী অয়াম্বা শরুক্তি শলাং খুন্দা শলাং নিংথৌগী ময়ূমদনি। মোইরাং লমদমদদি মচীন-মৌপ্পাদি চূম্নতগী মখোয়গী মতীক-মগুণ অমদি মথৌনা শাফোংফম ওইরবতনি। থেংনরক্কদৌরিবা অচুম-অরান পলেপ্পবগী লানফম অমগী মচীন মৃদুনা মদুগী থৌরাং পূম্নমক্তি শলাং খুন্দা লোইশ্লবনি। খম্ববু পুরেম্বা অমসুং ঙাংখলৈমনা পোক্লম্লবসু মখোয়না মতম চাদনা লৈখিদবনা মমা মপা ওইবগী লৌফম থোকপা থৌদাং লৌরম্বা ঙমখিদে। অশেংবা মমা মপাগী থৌদাংদি শলাং নিংথৌ অমদি শলাংলৈমনা লৌখিবনি। অদুনা ঐখোয়না খম্বগী মায়পাকপা খুদিংদা শলাং নিংথৌবু নীংশিংদবা ঙমদে। খম্বনা মতীক ওকপা নুপা অমগী মহে মশিং তম্লক্লমদ্রবদি মোইরাংদা হল্লকপগা ইকুই কুইদনা শিল্লংবা চৎপদা চহী তরেৎ মনম লৈবাক তারক্তবা নোংবানবু অদুক লায়না মূক্লা থাবা ঙম্লগনি হায়বা উদে। মহাক্লা শান্নরিবা মূক্লাগী লৌশিংসি মূক্লা নীংথিজনা হৈরবা মীশক অমনা মূক্লা শান্নবগী ফিদুপ্পি। মসি তমদনা হৈগদবা মওং নত্তে। পূম্নমকসি শা- লান নীংথিজনা তম্নবা, ফিরেপ ফিদুপ কূপ্পা খঙলবা মীশক অমগী মওংনি।

শাইওনগী ব্রারীদদি খম্বগী হৈ-শিংবা মতীক-মগুণ পূম্বা থাংজিং লাইগী থৌজাল ওইনা উৎলি। মদু ঐখোয়না হেক্তমক য়াবা ঙমদে নৎত্রগা য়াবা পামদে। থাংজিং হায়বসি লাইনি হায়রবসু অমদি মীওইবগী পুন্সি অসি খুৎশিল হৈবা লাই অমগী লীচিংদা চৎলিবনি হায়রবসু মীওইবগী পুন্সিদা হোৎনবগী মমলসু মফম চাওনা কন্দুনা লৈ হায়বসি ঐখোয় খক খন্দবা ঙমদে। মীওইবগী পুন্সিদা লাইবক্কী নোংদম অমদি ফিভম তাঞ্জা হায়বসি ঐখোয়না থাজবা ঙমদুনসু পুন্সিদা হোৎনবগী মফম লৈতে হায়না পুন্সিবু ব্রাহন পীবদি কনানসু য়ানিংগনি থাজদে। অদুনা খম্বনা ওইরিবা অমদি ফংলিবা মায়পাক পুম্নমকসিগী মহৈদু ঐখোয়না লোয়নমক চিংনবা লৈতনা থাংজিং লাইগী মফমদা পীনীংদে। খরমখৈদি খম্বগী মশাগী হোৎনজমন অমদি মাগী পুন্সিবু মতীক চাবা মীশক অমা ওইন্নবা য়েংশিনবিরকইবা শলাং মাইবগী মফমদা পীনীংই। মসিদা কনামতনা য়াদবা ঙমগনি হায়বা থাজদে নৎত্রগা থাজখিবসু পামদে। খম্বনা শলাংদগী মোইরাংদা হল্লক্লবা মতুংদা করিসু তমখিদে নৎত্রগা করিসু হেন্না তম্নিংঙায় লৈখিদে। অদুনা মপূং ফারবা চরিত্রগী মশক শলাংদগী ফংখিবনি হাযবসি য়াবা তাবনি। মসি পুম্নমক শলাং মাইবা অমদি খুমন পুরেম্বা অনীসি চীংমী-তমী ওইরবসু মখোয় অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরূপ ওইবগী অচেৎপা মরীদগী মখা শমথহৌবা মরীনি। চীংমী-তমীগী মরক্তা কাঙলূপ খাইদোক্লদুনা কাঙলূপ অমনা অতোপ্পা কাঙলূপ অমবু হন্থনা য়েংবগী মমি মসিদা কদায়দসু তাদে। পুরেম্বনা লোইপোৎ থৌবা লাকপদা শলাং নিংথৌগী ময়ূমদা করিসু হৈনদবা তৌদনা চামিন-থকমিন্নখি। মদুদসু নত্তনা অহিং ফাওবা লেনখি। অদুগা শলাং মাইবসু পুরেম্বগী ময়ূমদা চা-থক্লুনা অহিং য়ারেক্লুনা পুবেম্বা অমদি খম্ববু খরায় লায়কন্নদুনা নুমিৎ কয়ানি লৈখি। মসিদা চীং-তম হাযবগী খেন্নবা মশক অসি মমি শুংতা তাদে।

শলাং মাইবনা খম্বা খম্ন মচীন-মৌপ্পাগীদমক্তা পাংবিখিবা মতেংসি খ্বাইদগী থম্মোয় শেংবা অমদি মমল য়াম্বা মতেংনি। খম্ববু খোরী কৈথেন্দা শামু খোঙয়েৎপদু শলাং মাইবগী মমঙদা ফাওরকপদগী মোইরাং তম্না চেল্লকই হায়রিবসি শলাং নিংথৌনা খম্ববু নুংশিজবা অমদি নীংজবা অদুনা ওইরম্বা য়াই। মরমদি মসিগা চপ মান্নবা মওংদা খম্ববু নুংশিজবা অমদি নীংজবদগী থোইবীগী মমঙদসু ফাওরকপদগী থোইবীনা মখুত্তা থাঙ পায়দুনা চেম্থোরক্লুনা খম্ববু কনখিবা অদুগা অমত্তনি হায়না লৌবা য়াই। মসিদি মীওইবগী ব্রাখল লৌশিংনা ফংবা য়াদবা নৎত্রগা খঙবা ঙমদবা মীওইবগী নীংজবগী মতুংইন্না ফংবা, খঙবা ঙস্না ব্রাফম্নি। শলাং মাইবনা পাংলিবসিদি মশাগী অপাম- পামদগী মতুংইন্না মতেং পাংবা নত্তে, মী মীদুগী মশাগী অনীংবা অপাম্বগী মায়কৈদা পঙ্খুং য়ৌহনখিনবা হোৎনবতনি। মহাক্কী ময়ূমদা খম্বা খম্ন মচীন-মৌপ্পানা চহী কুনগী শাংলবা মতম অমা লৈরক্লবা মতুংদা খম্বনা শলাং মাইববু মপা নত্তে খঙলক্লবা মতমদা ময়ূমদা

হন্নবা মচেমদা হায়জখি। মতমদুদা শলাং মাইবনা মচাশিংগী অনীংবদু থুংহন্নবা শিনবিখি। নুংশি হায়দুনসু মচীন-মৌপ্পাবু খক ফাজিন্দুনা থম্না তৌখিদে। মোইরাং শাইওন্দা শলাং নিংথৌ, কবুই শলাং মাইবগী মফম য়াম্না চাওই। মদুদি মোইরাং শাইওন্দগী শলাং মাইবগী চরিত্রসি লৌথোকখ্রবদি ব্বারী অসি মপূং খক ফারোই। মদুতা নত্তনা খম্না থোইবীগী শাইওনগী অরোইবদা থাংজিংনা মহাক্লা শীনবা লীলা পরীং মপূং ফারে হায়না লাউথোক্লিবসি লাউথোকপা ঙম্লমদবা য়াই। মদুগা লোয়ননা মোইরাং শাইওনগী ব্বারীগী ওইনসু মপূং ফারমদবা য়াই। পূম্নমকসিদগী চীং-তম চীংমী-তমীগী নুংশিন্নবগী মরী অসি ঙসি ঙরাংগীতা নত্তবা কুইরবা মতমদগী মণিপুরী সমাজদা লৈরক্লবনি খঙবা ঙমই। অদুনা কনানসু চীংমী-তমীগী নুংশি মরীসি থদৎনবা হোৎনদবনা অচুম্বা ওইগনি।

# লাংওন লংদায়

১

## নোংপোক নিংথৌ – পাম্থোইবী

গুরু শিদবনা পোইরৈতোন অমদি লৈমা লৈনাওতাবীবু তাইবঙপানবদা পোকপা শিবা তম্বিরুনবা অমদি অপাম-নুংশি খঙহল্লুনবা অমসুং শন্দোক্লুনবা থৌশিরকই। লাই পাখঙ অমদি লাইনুরা অনীসিনা হৌবী চীংদগী হৌদুনা লাকপনা নোংপোক চীং য়ৌরক্লবদা পোইরৈতোনদি লৈহৌবে। অদুগা লৈমা লৈনাওতবীনা কৌব্রু চীং য়ৌনবা চৎখ্রে। নোংপোক চীংদা খুম্থোকপা পোইরৈতোনবু নোংপোক নিংথৌ হায়না কৌনখ্রে। অদুগা কৌব্রুনা মমোম শক্লা য়োকচখিবা লৈনাওতাবীবুনা পাম্থোইবী মিঙ্গৌনা তাইবঙগী পোকপা শিবা অমদি অপাম নুংশি খঙহন্নবা পাম্থোইবী অমদি নোংপোক নিংথৌ অনীগী অপাম-নুংশিগী ৱারী হৌরে। নোংপোক নিংথৌ– পাম্থোইবী অনীগী নুংশি নুংওনগী ৱারীসি নোংমাইজিং চীংদোন্দগী হৌখ্রবসু মসিগী মতুং তারকপা শাইওনশিংদি মহৌশাগী নাংথিবা কয়ানা তিল্লবা মোইরাং অমদি লৈহাও চেল্লবা লোক্তাক পাৎকী অকোয়বা লমদমদা ওইরি।

২

## অকোংজাম্বা – ফৌওইবী

শৌ নিংথৌ খারেপা অমদি থরোইন্নু অনীনা অকোংজাম্ববু খুল্লগা মচা শক্লা য়োকচরম্মী। অদুগা মাযকৈ অমবোমদনা কমপা নাওশাবনা ইংখোলগী ফৌইদিং মরক্তা নুপীমচা অমা থেংনদুনা ফৌওইবী কৌনা য়োকচখি। হায়রিবা অঙাং অনীসি মতমগী মতুংইন্না চাওখৎলক্তুনা পাখঙ লৈশাবী ফারক্লে। মতমসিদা কেগে মোইবাং লৈবাক্তা শামু অমা মচুম তাদুনা ঙাওরক্লদুনা যৃল্লক্তা চঙদুনা লন-থুম মাঙহনবতা নত্তনা মী ফাওবা হাৎপা হৌরক্লবদা লৈবাক নিংথৌ অৱাবা তারক্লে। শামুসিবু কেগে অঙম্বা অমত্তনা ফাবা ঙমদ্রে। অকোংজাম্বনা নোংমা অথেংবা অহিংদা শামুদুবু ফারগা মোইরাং নিংথৌদা কচ্চরে। মদুদা নিংথৌনা পেনবিরদুনা অকোংজাম্ববু নিংথৌগী য়েথাং হাপ্পিরে। শামু অদুবুনা 'মোইরাংশা' হায়না মমিং থোন্দুনা নিংথৌগী খোঙনেৎশা ওইনরে। নোংমা অকোংজাম্বনা তোবর্বুংদা শাদানবা লাকপদা লম্বীদা ফৌওইবীগা ওক্লদুনা শকখঙনরে। অহানবা উনবমক্তদা শাবী শানৌ অনীমক অপাম-নুংশি পোক্লরে। অকোংজাম্বনা শগোল মথক্তগী কুমথরক্তুনা ফৌওইবীগী খৃজেং পায়দুনা নুংশি ৱা-চান্নরে। ফৌওইবীনা মহাক্কী খৃজেং পায়খ্রবনিনা থাদোকপিবা তৌদনা মরানয়ায়দা পুরগা চৎপিনবা হাযজরম্মী।

অকোংজাম্বনা ফৌওইবীদা নীংথিজনা লুহোং খোংদোংলগা মোংবা মরানযাযদা পুজগে মথংগী নুমিত্তা থেংনসি হায়না থেমদুনা থম্লম্লগা তোবর্বুংদা শাদানবা চংখ্রে। ফৌওইবীদি ময়ূমদা হনবা তৌদনা অকোংজাম্বগী ময়ূমদা চঙক্লে। ফৌওইবীনা চঙলকপদু অকোংজাম্বগী তালোয়না কৌবীদ্রে। অকোংজাম্বগী নুপীবু ফৌওইবীনা অকোংজাম্বগী মচেনি খন্দুনা অহিং অদুমক্তং লৈজগে মশাবী অকোংজাম্বনা শাদানবা চংখিবা হল্লকপা ঙাইজগে, অকোংজাম্বনা হায়রম্বা মতুংইন্না মহাক যূমদুদা চঙলকপনি হায়রুরে। ৱাদু তাবদা হাওনুবীগী ফিজেৎ শেৎপী ফৌওইবীবু অকোংজাম্বগী নুপীনা শাওদুনা তথি তথি চৈবদা নত্তনা যূমদুদগী তাম্থোকপিরে। মশাবী অকোংজাম্বগা শরী ৱাশক্লখ্রে হায়বা ৱা ফৌওইবীদগী তাবদা শাওববা অকোংজাম্বগী তালোয়না ফৌওইবীনা অহিংদুমক্তং লেকচখিগে হায়বদু তাবিদনা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখ্রে। অহিংসু থেংজিল্লকপদগী ফৌওইবীদু ময়ূমদা হনবা কিদুনা য়েঙ্গোন অমদা অহিংদু লেল্লে। নোংঙাল্লগা ফৌওইবীনা অকোংজাম্বদা মহাক লাক্লম্মী তম্মু হায়বগা লোয়ননা মহাক্না শেৎলিবা মফিদু লৌথোক্তুনা কনবদা ফৌনা শুমাঙদু চোল্লে। মদু উবদা অকোংজাম্বগী তালোয়দু ফৌওইবীগী মতীক মগুণ খঙলদুনা পূন্না লৈমিন্নরসি হায়জবদা ফৌওইবীনা য়াদনা মমায় মখা ওন্দুনা চংখে। অকোংজাম্বনা ময়ূমদা হল্লক্লবা মতমদা মহাক্কী তালোয়না ৱারী অপূম্বা লীদুনা তাবে। অকোংজাম্বনা শগোল তোংদুনা মশানৌবু থিরকপদা ফৌওইবীদি শম পুরদুনা তোবর্বুংদা চংলম্বা থেংনরে। অকোংজাম্বনা ফৌওইবীদা মহাক্না ইকায়বা নংখিবদুগীদমক লাল্লে হায়জরগা ময়ূমদা চংলসি হায়বদা ফৌওইবীনা য়াদবদা নত্তনা মপোক লাংওন অমদা নুংশি ৱায়থুংনসি হায়জরে। শাবী শানৌ অনীনা নুংশি ৱারী শামিন্নদুনা পূকমেন পাওমেন্নরবা মতুংদা ঙাকচৌ ফারগা কাংশোয় থোংদুনা চামিন্নরগা অহিং য়ারেকমিন্নখিবা মফমদুবু ইথায় কৌনখি। নোংঙাল্লগা ফৌওইবী ইথায় তম্না চংখি।

৩

## হেঞ্জুনহা – লাইরৌলেম্বী

হেঞ্জুনহা, মোইরাং খাম্বী লৈকাইদা লৈবা লাংলেনহনবা অমদি খোইদোম অনীগী মচানুপা ওইনা পোকই। কেগে খোয়োন লৈকাইদা লৈবা নিঙোল্লাকপা অঙম্বা খোইজুহোংবনা মচা নিঙোল লাইরৌলেম্বী পোকচৈ। লাংলেনহনবনা থাংজিং লাইকোন্দা চঙলগা থাংজিংনা লাংওনবা উপাম্বীবু উরাং উশক খঙদনা য়াল্লুবদগী শিখি। খোইদোম লূখ্রাবীনা ৱানা য়োকচরকপা হেঞ্জুনহা পাখঙ ফারক্লে। নোংমা নুংথিল অমা হেঞ্জুনহানা লূকায় হি অমা তোংলগা লূ কায়বা হল্লকপদা লাইহল্লি তূরেলগী হিদেন অমদা শকহেনবী লাইরৌলেম্বীনা মতাশিংগা চেংহী লূমিন্নরম্বা থেংনরুরে। অহানবা উনবমক্তদা নুরা পাখঙ অনীমক অপাম নুংশি পোক্লখি। থা অমা ফারকপদা থাংজিংদা কৎননবা লৈ থিনবা লাইরৌলেম্বীনা মতাশিংগা থোকমিন্নরকপদা ওক্লদুনা অমদি

লাইরৌলেম্বী হেঞ্জুনহা নুংশি ফিগে শেংনরগা ময়ানয়ায়দা হন্নখি। লাইরৌলেম্বীগী মমা খোইজুহোংবীনা মচানিঙোলনা হেঞ্জুনহাগা ব্রাশক্লখ্রে হায়বসি তাবদা মচানিঙোলনা লুহোংলবা মতুংদা ব্রানা নংনা লেল্লুগদবদু খনবদা ব্রাজরম্মী। অদুবু মচানুপীনদি ব্রারবসু নুংশি মকাদা নোক্লা লেল্লুগনি হায়জে। মতমসিদা নিংথৌগী মনাই কৈথেল্লাকপনা লমদাগী অহানবা থাংজ নুমিৎসি খুন্দিনবীদা লাইয়াম খুন্দিন্নগনি। অদুনা তাইবঙ মীদি লায়রদুনা ওক য়েন ফাওবা থাদোকপা য়ারোই হায়না লৈকাই থুংনা চত্তুনা লাওথোক-ই। লৈবাক্কী পাউসি তাবদা লৈবাক মীয়াম পুম্নমক নোংমগী শিন্থা লেপ্পুনা লৈনরে অদুবু হেঞ্জুনহা মমা মচাদি লৈত- লায়রা থিবা চখোক্লুবদগী পাউসি তাহৌদরে। নুমিৎসিদা কৈরোই-লৈকাইগী নুপীশিংনা যুমথোং থুংনা চেঙ অমদি মনা-মশিং খাইরগা মাইবা মাইবীগা লোয়ননা তীনমু-লাইমুনা খুন্দিন্নফম লপ্লোং অহুম ফাংবদা লাইমু-তীনমুশিংগী মচীঞ্জাক থাদোক্কুনা লৈবাক মরা তপ্পবা, লৈবাক নিংথৌ পুনশিদুনা কেগে চাকহোং ঙাহোংদুনা খুঞ্জাও লৈচাওনবা তীনকোক লাইকোক্লবা মচীঞ্জাক থাদোক্লে। লাইগা লাইগা ওনশিন্নৌ, খোইযুম লাইনা তাইবঙ মীগী মনম তাবিগনু হায়না থাংজ তরেৎ চঙনা শাবা থাঙনা লৈমায়দা লৈই চিংদুনা, তাইরেন পুংফাই মনা হাইদোক্কুনা খুরুম্লবদা লাইয়াম্না পেনবিরে খন্দুনা ময়াম পুম্নমক জগোয় শারগা ঈশৈ শক্কুনা মযুম মযুমদা হন্নখি। নুংমিদাংব্রাযরমদুদা হেঞ্জুনহানা ঊজাও অমা কোকথোংনরগা মযুমদা হল্লকই। মমানা মচাবু পীজ পীথক্লগা লৈকাইদগী পাউ তাদুনা নুমিত্তুমা যুমদুদগী মপান থোক্কনবা হায়রম্লগা ব্রারদুনা পোথাখ্রে। হায়রিবা নুমিৎ অসি হেঞ্জুনহা লাইবৌলেম্বী অনী উনসি থার্নাখবা নুমিৎনি। হেঞ্জুনহাগী মমঙদা লাইরৌলেম্বীনা মযুমদা মহাকপু ঙাইরিবদু উবকপদা মীকপ থোক্লে। থিন্দনা হৌগৎলগা কাংজৈ কাংহু হিংজন হুই থাদবা অমা পায়রগা লাইবৌলেম্বীবু উনবা লাকই। হেঞ্জুনহানা খুন্দিনবীগী লময়ায় যৌবকপদা লাইয়াম্না খুন্দিন্নবিবদু ওক্লববদা লাইয়াম্না হেঞ্জুনহাবু তান্নরক্লে। হেঞ্জুনহানা মশানৌবু মমিং কৌদুনা খুত্তা মৈবা পায়দুনা থোঙ্গালদা ঙাইরম্মনবা লাওজবদু লাইবৌলেম্বীদি তুমথখিবনা তাবা ফংখিদ্রে। হেঞ্জুনহানা কাংজৈ কাংহুদু হাই হাইদুনা চেল্লকপদা কাংজৈদুসু থোঙ্গালদা পন্দুনা লৈমাযদা তাহৌবে। হেঞ্জুনহানা লাইবৌলেম্বীগী মাঙ্গোল কাখৎনবা হোৎনবকপদা হেঞ্জুনহাবু লাইয়াম্না ফারগা মার্জিংনা মথৱায় মঙাদু পুদুনা চৎখ্রে। থৌদোক্কু লাইরৌলেম্বীগী মমঙদা ফাওরকপদগী হৌগৎলগা মপান্দা থোবকপদদি হেঞ্জুনহাগী অশিবা হকচাংনা লৈমায়দা তাদুনা লৈরম্মা উরুবদা থম্মোয় শোক্লা কপখি। হেঞ্জুনহা যাওদ্রবা মহাক্কী পুন্সি অরেম্বনি খন্দুনা মহাকসু মতোমতা থাঙনা থিঞ্জিন্দুনা শিজরে। নিংথৌগী য়াথংনা নুরা পাখঙ অনীগী হকচাংদু কাইরেন কুফাংদা হাপ্পুনা মোইরাংগী লাইহল্লি তূরেলগী তোবর্বান্দা লৈবোন চনখি।

৪

## কদেং থাংজহনবা — তোনু লাইজিংলেম্বী

ঙাংখলাকপা অঙম্বগী মচানুপা অমা পোকচৈ। মমিংনা কদেং থাংজহনবা থোঞ্জরে। কদেংদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মশা মউ ফবা মমান্নবশিংনা লাম্বা তৌবা ঙমদবা মতীক মথৌনা লৈবা অঙাং ওইরকই। অদুগা থকশি-খাশি লৈবা, মপূকচেল তপ্পা নীংখিবদা পাক হোংদবা ওইরকই। কদেংনা পাখঙ ফারকপা মতমদা খুন্থক খুনখা মচাশিংনা মুক্রা শান্নবা শীল্লম্মী। খুন্থক পনাগী কদেং অদুগা খুনখা পানাগীনা কদাংনা লূচিংদুনা শান্নবদা থোইবা ঙম্মদ্রদুনা তোকখি। মসিদগী কদেং অমসুং কদাং অনী মরূপ ওইখিরম্মী। কদাংগী থৌশিলদগী কদেং থাংজহনবসু কোনুং কাদুনা কোনুং খল্লে। কদেংনা কোনুং খনবসি লোন্না খনবা ওইবনা মপা ঙাংখরাকপনা খঙদে। থাঙ শাবদা চঙখোনবা কদেংনা নোংমা ফজরবা থাঙশাং অমা শারগা থাংখুম অমদা হাপচিল্লে। থাংখুম অমদি থাংকোক্তনা শামু ময়ানা হাজং য়ৈরগা থাঙদু পুদুনা মতাও কদাং হৌরগা কোনুংদা কারক্তুনা মোইরাং নিংথৌদা কচ্চরে। থাঙগী চঙখোনবদু উবদা নিংথৌনা কদেংদা পারী-পুরী হংলুবদা ঙাংখরাকপগী মচানুপানি খঙখি। নিংথৌনা কদেংবু মোইরাং লৈবাক্কী থাংজহনবা ফমথোন থিন্দোকপিরে। ঙাংখরাকপা অঙম্বা মচাগী-মতীক মগুণগীদমক চাওথোকচরম্মী। কদেং কদাং মরূপ অনীসি মশক মতৌ চঙখোনবা, মতীক-মথৌনা লৈবা ফম্নাইবা ওইবনা মোইরাংগী চনু নিঙোলশিংগী কল্লক্রুফম ওইনৈ। চহী খুদিংগী পাংথোকপগুম্না লোইজা নিঙোল্লাকপনা কেগে লৈকাই নিপালদা লৈবা লৈমবোল শকহেনবীশিং অমদি পাখঙশিং কৌখত্তুনা ফিশেং শেৎলগা কেগে মোইরাংবম লৈকাইদা লৈরং মাপল শেমদুনা কবোক পোকপা হৌখ্রে। কবোক পোক্লগা শরু থোংনাংলৈমা অমদি অয়াংলৈমগী মফমদা কৎলবা মতুংদা কেগে য়ূমথোঙ শীন্না য়েনগদবনি। লাইজিংলাকপা অঙম্বগী নাইতোম পোকচবী তোনু লাইজিংলেম্বীসু মনাই থোইনুপা লোয়ননরদুনা ব্রালোং কবোক পোকফমদা লাক্লে। নিঙোল্লাকপা অঙম্বনা লৈরং অমদা লৈশাবী অমগা পাখঙ অমগা জুবা জুরা শেমদোক্তুনা কবোক পোকপা হৌহল্লে। তোনু লাইজিংলেম্বীদি মনাই থোইনুগা কবোক পোকপা হৌরে। পাখঙ কয়া অমা লাইজিংলেম্বী মনাক্তা চঙনিংলবসু অঙম্বগী মচা ওইবগা মশক মতৌ চঙখোনবগী গুণদুনা কনখিবনা চঙশিন্নবা ঙম্মদনা লৈনরিঙৈ তাল্লক্তা কদেং কদাং মরূপ অনী চঙলক্লে। লাইজিংলেম্বী মনাক্তা চঙশিনবা চঙশিলক্কদবা তৌরদুনা লৈরিবা কদেংবু নিঙোল্লাকপনা পুশিন্দুনা ফমহনবিরে। কদেং অমদি তোনু অহানবদদি খজিক কোয়নরম্লবসু ব্রাহৈ অনী মরিদং ঙাংনরবা মতুংদদি কোয়নরক্তুদুনা শক মিং তাক্লদুনা শখঙনরে। ব্রালোং কবোক পোকপা লোইরগা কদেং কদাং মরূপ অনীনা তোনু থোইনু অনীবু থোঙ্গাল ফাওবা থিবিরম্লগা মতাং চাবদা অমুক উন্নসি হায়রনরগা কায়নরে। শরু থোংনাংলৈমা অমদি অয়াংলৈমা

অনীগী চীংঙু খুভমদা থাংজিং লেংশিন্দুনা অমাইবা অমাইবীশিং খোইয়ূম থৌরম পাংথোক্কুনা লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা নীজরবা মতুংদা ৱালোং কবোক যূমথোঙ শীন্না য়েল্লে। থাংজিংগী লাইমাঙদা লৈশাবী পাখঙশিংনা জগোয় শামিন্নবদা কদেং তোনু অনীসু য়াওবগা লোয়ননা অপাম-নুংশি থুংনশি শরী ৱাশক্লদুনা জগোয় শামিন্নখি। কুম ওল্লকপদা কুমগাংবদগী মহৈ- মরোং লোক্লদ্রে। লোক্তাক্তসু ঙা মশক উখিদ্রে। লৈবাক অৱাবা তারবদা চকপা লম্লাং মাইবীনা চীংঙু লাইবাউ লৌরুবদা চীংঙু থাংজিংনা শারম-ঙারম চামা ফাদুনা কংলা উত্রা শলাংমৈ শাহোং ঙাহোংলবদি লৈবাক্কী অৱাবা কোক্কনি হায়না খোইয়ূম লাইবাও পীরক্লে। লৈবাক্কী অৱাবসিদা কদেং থাংজহনবনা নিংথৌগী মমাঙদা চোংথোক্কুনা শারম চামা মশীং শুনা ফাজগে, ঙমদ্রবদি অৱাৎপা শারম শক্কুনা মশাবু শরেন চনবিয়ু হায়জরে। নিংথৌনা ঙমখৈ লৈতনা পেঞ্জবদুনা শমু নমদা থোল্লিবা মুগানা শাবা ময়েক লারবা নিংথৌ ফিদু কদেংগী নমদা কূপ্লিবে। অদুগা লোয়ননা শারুংহনবা ফম থিন্দোক্কুনা অঙম্বা ফিজেৎ পীরগা অকাবদা দোলাই তোং অকুম্বদা শগোল তোং শেৎপা চাবা মনীং তৌজরো সনা য়াথং পীবিরে। মতাও কদেংনা লৈবাক্কী অৱাবা কোক্লনবা শারম চামা ফাগে হায়খ্রবদুদা কদাংসু তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদবদগী লোক্তাক ঈশা মাপল ঙানৈদুনা লেল্লৈ ঙারম চামা ফাদুনা নিংথৌদা কচ্চগে হাযজরে। নিংথৌনা পেনবিরদুনা কদাংবুসু ঙারুংহনবা হাপ্তুনা মনা মথূম পীবিরে। নিংথৌগী য়াথংনা কেগে লৈশাবীশিংনা লৈরম চামা অদুগা পাখঙশিংনা হৈবম চামা হেক্লনবা শিন্থা পীখ্রে। কদেং কদাং অনীনা কংলাদগী কূমিন্নরকপদা শাবম ঙারম মশীং হান্না শুবদুনা অৱাৎপদা মতেং পাংনসি হায়না য়ান্নরে।

লাইজিংলাকপা অঙম্বনা কংলাদগী ময়ূমদা কুম্লক্লগা লাইজিংলাকপা কৌথোক্কুনা কংলাদা থোকখিবা পৃম্বা তম্বদু থোইনুনা তারদুনা তোনু লাইজিংলেম্বীদা তম্লে। মথংগী অয়ূক্তা মশাবী কদেংনা তোবর্বুংদা শা ফাবা চৎলগনি হায়বসি তাবদা তোনু মথৱায় ৱাজরে। তঞ্জাসিদা কদেংনা থোঙ্গালদা হঙ্গৎ হন্দা চৎপদু নিঙোল অনীনা উরদুনা কদেংবু থাঙ্গা নিঙোল কাদা থোইনুনা পুশিন্দুনা থল্লল্লগা মহাক্তি মমানা চাক থোংলিবদু য়াওশিনখ্রে। কদেং থাংজহনবনা নুমিৎ খরদংদি তোবর্বুংদা লৈদুনা শাশিং চামা ফারুখিগে হায়রে। তোনু লাইজিংলেম্বীসু থিংবা য়াদবা মতাং ওইখিবনা লেপ্লমক শাশিং শুনা ফাবা ঙম্বা ওইসনু হায়জরে। অদুগা হায়জৈ 'নিংঙোল ঐগী নুংশি খুদোল মেলোন শঙাই অমত্তং ফাবিরকউ'। মসি হায়রদুনা মশাবীগী মফমদা লৈগী নাচোম অমা পীরগা হায়রকই ' লৈগী নাচোম অসিনা লৈচু ওন্দুনা লৈনম মাঙলবদি নিংঙোলগী অৱাবা পাউনি থিন্দনা লাকপিয়ু কৌজবনি'। ঙায়হাক পাওমেন্নরবা মতুংদা কদেং ময়ূমদা হনখ্রে।

নোঙানবগা কদাংনা খুনখা মচাশিং পুদুনা লোক্তাক্তা ঙা ফাবা কুমখিবগা কদেংসু খুন্থুক মচা কুম্থ্রাগা লোয়নদুনা থাঙ-তানচিংবা পায়নদুনা শাগোল তোংদুনা তোবর্বুং তম্না কুন্নক্লে। তোবর্বুং লমজাওদা খুন্থুক মচা কুম্থ্রানা থাঙ-তা পায়দুনা য়ারৌ শাখোঙ থিংলগা কদেং থাংজহনবা অথৌবনা কেগে হূইরোয় তরা অমদি হূইজাউ তরাগা লোয়ননা য়ারৌ শাখোঙ লিরক্লে। অসুম্না অয়ূক নুংথিল নুমিদাং খঙদনা তৃম্বা চাবা নীংশিংদনা নুমিৎ মরিনি শা ফারকপদা শাশিং শুবা ঙমদ্রে। মমৈথংদা মৈ থাদুনা শাখোঙ থিংলগা চেম্থোরকপা শাবু লাং থাক্তুনা ফারক্লে। মৈ চাকপা অসিদা খোইঙৌজেং চীংজিন লালুরা লোক্তা লৈজবা শঙাই লাবা অমোম পূংবা অমা হিপ্লম্বদগী মৈশা ফংলকপদুদা হৌগৎলক্লে। মৈরীনা লাঙ্গোই চনখ্রবদা শঙাই লাবদুদি মৈরী লান্না চোংথোকখ্রে অদুবু পাঙ্গল শোনবী থা শুরবী শঙাই অমোমদুদি গতি লৈতনা মপি শিন্থুদুনা লৈরে। কদেংনা মৈরীনা কোয়শিনখ্রবা শঙাইদুবু উরদুনা ফারে। মশানৌ কায়নরবা শঙাই লাবনা মহাক্লা ফংলিবা নুংশিবা শেৎনবগী মৈচাকসি নহাকসু ফংঙু হায়না কদেংদা শাপ তৌখি।

মোইরাং নিংথৌনা চীংঙু থাংজিং খুয়াখাদা হৈবাং-লৈরাং কচ্চদুনা মপারী মমোম ফংজগে নীজে। চকপা লন্নাং মাইবীনা চীংঙু মপাউ লৌরুবদা কংলা উত্রা শলাংমৈদা নিংথৌগা মিংমান্নবী নিঙোল অমা তালোয় শীংদা চল্লগা চাকহোং ঙাহোংলবদি মচা ধরা ফংগনি তাকপিরক্লে। খোইয়ূম লাইবাওসি খন্নবকপদা তোলোনখোম্বা অঙম্বনা লাইজিংলাকপা অঙম্বগী মচানিঙোল লাইজিংলেম্বীবু তালোয় শীংদা চন্দুনা নিংথৌ খুভম মৃত্তনবা শিনবিয়ু হায়না হঙ্গৎচৈ। ব্রাফমদু অঙম অথৌ পূম্বনা চুমই হায়নরবসু লাংজিংলাকপা অঙম্বনা মচানিঙোলগী মব্রা তাদ্রবদি করিসু হায়বা ঙমদবনা নিথৌবু খুরুম্লগা ময়ূমদা তন্না হল্লকই। লাইজিংলাকপা অঙম্বনা লাইজিংলাকপী কৌথোক্লগা চৈরাপ্তা ঙাংনখিবশিং তন্নবা মতুংদা মচানুপীবু যানবা থেম্মু তাকপিরে। লাইজিংলাকপীনা মচাগী কাদা চঙলগা 'মপুগী লৈমা শীংদা চন লিক্লাই লিকথাং ওইদুনা লৈমকোন্দা নুংঙাই-য়াইফনা লৈরুরো' তাকপিবগা লোয়ননা ব্রারী পূম্বা লীবিরে। তোনু লাইজিংলেম্বীনা খুম্লকই 'মপোকসিমা অপাম নুংশি শেৎনদুনা কপ্তশিন্না নোকশিন্না ব্রাদশিন্না নুংঙাইবশা লেনবা ঙমজরোই'। মমা মচানা ঙাংনরিবদু লাইজিংলাকপা তারদুনা মচানিঙোলগী অনীংবদু থুংজরশনু খনখি। তাঞ্জাসিদা ওকশুলাকপা, তোলোনখোম্বা অনীনা মনাইশিংগা লোয়ননা লাক্তুনা লাইজিংলাকপদা মচানিঙোল মপূক্লিং খঙলব্রা হংলরে। লাইজিংলাকপনা মমোম্বু থাজ মনীং তম য়োঞ্জ মখা তম্বা ঙমদ্রে হায়না খুম্লকপদা তোলোমখোম্বনা অশাওবগা লোয়ননা চীংঙু থাংজিংগী লাইবাও অমদি লৈবাক নিংথৌগী ব্রা থওইদ্রবনি লাইজিংলাকপবু কৈশুমশঙদা কুরাউ হংলাই চন্দুনা থম্লগা

লাইজিংলেম্বীবু লুহোংগনি হায়রক্লে। ঙাংনরিবদু লাইজিংলেম্বীনা তারদুনা অঙম্বশিংগী মমাঙদা থোক্তুনা লুহোংবদু মশানা য়ারে হায়না খুন্নবদা অঙম্বশিংদু হন্নখ্রে। লাইজিংলেম্বীনা মপূক্লিংগী মৈচাক খাঙদুনা ওন্না থোইনা কপ্লিঙৈদা তোবর্বুংদা মৈ থাদুনা শাথোঙ থিংবগী তাঙ্গোই নুংশিংনা হুন্নক্তুনা মমাঙদা তারক্লবদা 'নিঙোলনা পীজখিবা নাচোম্বদো শিঙেল লৈচু ওন্দ্রিব্রা ?' হায়দুনা মশাবীবু নীংশিংদুনা তোনু থম্মোয় শোক্লা কপলক্লে। মতমদি লেপ্পা লৈতবনিনা নিংথৌগী মনাইশিংনা দোলাই লেংজাও পুদুনা লাইজিংলেম্বীবু কোনুংদা পুনবা লৌবা লাক্লে। লাংজিংলেম্বীনা কপ্পুনা লৈখ্রবদা মমানা থেমজিনবিবগা লোয়ননা ফিগে-ফিয়োং হোংবিরগা লুহোংনবা দোলায়দা হাপ্পুনা কোনুংদা পুখ্রে।

তোর্বুংদা শাদাল্লিবা কদেংনা শারম মশীং শুরদুনা ময়াম পূন্নমক্কা চামিন-থকমিন্নরগা ময়াম্বু পোখাহনখ্রে। মশাসু অৱাবা হন্দোকপা ওইনা মশানৌনা পীরকপা শিঙেল নাচোম্বু য়েংলুবদা লৈরাং লৈচু ওন্দুনা লৈমন চল্লম্লে। মদু উবদা তোনুদু করি থোক্লমগদগে খনবদা ৱাজখি। অদুবু ফারবা শারমশিংদু হন্দোক্তুনা চৎপা য়াদবনা অহিংদুমা ৱানা লেনবা তাখি। কদেংনা মহাক্কী পনাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা শারম মশীং শুনা পুবদুনা লাক্লে। থাংজিং লাইমাঙ য়ৌরকপদা ময়াম্বু শা পুরগা কোনুংদা চৎহনখ্রগা মহাক্তি তোনুনা তপ্লকপা শঙাইদু পুরদুনা লাইজিংলাকপগী ময়ূম তম্না লাক্লে। কদেংনা থোঙ্গাল লানশিল্লকপদা থোইনুনা চেপ্পোক্তুনা কপ্পা কপ্পা থোকখিবা থৌদোক পূন্নমক তম্লে। শাওনিংবা অমদি নুংঙাইতবা অনীমক পূল্লদুনা কদেংনা চৎলগে হায়দুনা মমায় লৈথোরকপদা থোইনুনা 'নিঙোলগী পোত্তপ শঙাইদু নিঙোলগী নাক্তা য়ৌহনবিরকউ পামু চেংলৌ য়েংবগুম য়েংজগে' হায়বা ৱাফম মবেম্মনা শীনবিরম্মী হায়জরে। কদেংনা ময়ূমদা হল্লক্লগা ফজরবা থাং অমা শারে। থাঙদুগী নাকল অমদনা তোনু লাইজিংলেম্বীবু য়েকশিল্লে, অতোপ্পা নাকলদনা হায়জবগুম মশাগী শক্তমসু য়েকশিল্লে। থাঙ অদুগা শঙাইদুগা অনীদু পুদুনা কোনুংদা কারক্লগা থাঙদু নিংথৌদা কচ্চরে। নিংথৌনা মহাক্না পুজরকপা শঙাইদুদি তোনু লাইজিংলেম্বীগী নাক্তা চঙদুনা কচ্চরুরো তাকপিরে। কদেংনা শঙাইদু পুদুনা লাইজিংলেম্বীগী মফমদা কচ্চরুবদা লাইজিংলেম্বীদি কপ্পা নত্তনা তৌফম খঙখিদে। তোনুগী পিরাংনা চামথোক্লবা মায়থোঙবু চিংনা য়েংলম্নগা কদেং ময়ূমদা হল্লকখি। কদেং মপূক্লিং নুংঙাইতবা মরমদগী মতম শাংনা কোনুং কাখিদ্রে। নীংথিজনা চাদা থক্তবদগী নোংমদি ফমদা তোপ তানা ঙমদ্রে। নিংথৌনা মাইবা মাইবী থারক্তুনা হিদাক লাংথক থাদুনা লায়েংলবসু অনা লায়ওং খঙদবনা অরুবা ওইরে। কদেংনা কন্না ঙমদ্রে তারদুনা কদাংনা মতাওগী নাক্তা লাক্তুনা নাবগী মরম থিগৎলকপদা তোনু লাইজিংলেম্বী মহাকথক্কীনি খঙবা ঙমখি। নিংথৌ তোনু পুন্সিবনা

কদেংনা অবোইবা কংলা কারন্না নুমিত্তা কচ্চরন্না থাণ্ডদা য়েকপা শক্তমদু চিংনদুনা তোনু লাইজিংলেম্বী মফমদা মপূক্লিং থৌ-থৌদুনা হংবদা লাইজিংলেম্বী মহাকথক্কী কদেং অনা লোযবনি খঙখি। নিংথৌনা তোনু লাইজিংলেম্বীবু থিন্দনা কদেংগী মরানয়ায়দা কুমদুনা মশাবীগী মথরায় কল্লুরো হায়বিরক্লে। অদুগা তোনু মহাক্কী শিয়োম্লুংদা মমি তমখ্রবা সনা ঈদুদি অরেম্বদা মাঙহনবা য়ারোই। মদুবু নীংশিংনবা কদাংনা কৎলম্না থাঙনা কংলাগী মৃম্বীদা থাঙফম অহুম হকখ্রে। নিংথৌনা শিনবা মতুংইন্না কদাংনা তোনুবু পুরক্কুনা মতাও কদেংদা শিন্নজবে। শরূদা উনশানা কূপ্লবা মশাবী কদেংবু উবদা তোনু মথম্মোয় শোকখি। লাইজিংলেম্বীনা তরা মথেল লাংদুনা নীংথিজনা পীজ-পীথক্লকপদগী নুমিৎ খরনিদংগী মনুংদা তপ্না তপ্না চাং তমদুনা ফগৎলক্লে। পাউসি তাবদা নিংথৌসু হরাওজরে। নিংথৌনা শিন্দুনা কেগে খাম্বী লৈকাইদা লৈবা কদাংগা খুনখা চনু শমফবীগসু লুহোংবিরে। কদেং শারুংহনবসু মপাঙ্গল মপৃং ফাবক্তুনা কংলা থৌগাবা ঙম্লক্লবা মতমদা তোনু লাইজিংলেম্বীগা লুহোংবিরে।

৫

## উরা নহা খোংজোম্বা – পিদোনু

কদেং থাংজহনবনা মচানুপা উবা নহা খোংজোম্বা পোক্লবা মতুংদা ইকুই কুইদনা মতম চাদনা শিখি। কদাং অমদি শমফবী অনীসু মচানিঙোল অমা ফংজরে। মমিংনা পিদোনু থোল্লে। ঙন্না লুখ্রা ওইরবী লাইজিংলেম্বীনা মচানুপা খোংজোম্ববু য়াম্না ৱানা য়োকচরকই। মরম লৈত্রবদি উনরক্তবা, উনদ্রগা কাউনরকপা মীওইবদি হৌনবনিনা লাংজিংলেম্বী মমা মচাবু মোইরাং নিংথৌ, কদাং অমদি অঙম- অথৌশিংনা কাউথোক্লখ্রে। নিথৌগী মমঙদা লৈবাক মীয়াম নুংঙাই-য়াইফনবা সনা ঈ অমবু থিবগা নিংথৌ খুভম হাংদনবা মৈনা ৱায় তাংনা শম্লবা যোকচৌ থাংজিংনা তাকপিরক্লে। নিংথৌনা অঙম- অথৌ তান্নরবা মতুংদা অরোনবা মী থাদোক্তুনা সনা ঈ নিংথৌ ওইবা য়াবা কনা লৈ লোন্না থিবা হৌহনখ্রে। অরোনবা পাউসি তাবদুনা তোনু লাইজিংলেম্বীনা পীক্লিবা মচানুপাবু অবেম্বদা মাঙখ্রগদ্রা চিংনবদগী অথেংবা অহিংদা মোইরাং থাদোক্তুনা মহৌ চীং তম্না খোঙশাল্লকখি। মমা মচানা মহৌ চীংগী পম্থোং য়ৌরকপদা মহৌ লোইবী হাওয়াম্না কুমগী হরাওবগী শরেন চন্নবা শা ফাবা থোরকপদা থেংনদুনা চহী তরেৎতা ঙায়রিবা খোংজোম্ববু ফাবিরে। মহৌ হাওয়াম্না খোংজোম্ববু মখোঙ মখূৎ পুনশিল্লগা হরাওবুংদা জগোয় য়েংলিবা নিংথৌগী মমাঙদা পুশিল্লক্লে। তোনু লাইজিংলেম্বীসু কপ্না কপ্না মচানুপাগী মতুংদা চেল্লকই। মহৌ নিংথৌনা লাইজিংলেম্বীদা কনানো হংলক্লবদা লাইজিংলেম্বীনা মহাক কদেং থাংজহনবগী লোয়নবীনি অদুগা নুপামচাদুনা মচানুপানি মশক তাকচৈ। ৱাদু তাবদা মহৌ নিংথৌনা তমগী মতাও কদেংবু নীংশিংদুনা

মপূক্লিং নৌখি। মহৌ নিংথৌনা খোংজোংম্ববু পূল্লিবদু থাদোকহল্লবা মতুংদা মমা মচানা চীংগী লমদা লাকপগী মরম হংবিরকই। লাইজিংলেম্বীনা ব্রারম পূন্নমক তম্লবা মতুংদা মমা মচা মচানা চাওবা শারেপ ফাদ্রিবা ফাওবা শাইদাংজগে হায়বদা মহৌ নিংথৌনা হরাওনা য়াবিরে। মোইরাংদনা অঙম অথৌশিংনা সনা ঈ থিবা ফংদ্রবদা খোমদোন শেলুংবা কৌবা নুপামচা অমবু নিংথৌনা মচা শক্লা য়োকচরে। খোমদোন শেলুংববু ব্রাঙ্গোন নিংথৌ হাপখ্রে। অদুগা লোয়ননা মমিংসু নিন্দ্রাম হায়না নৌনা থোনখ্রে। পাউ অসি মহৌ চীংদা শাইদাংলিবা তোনু লাইজিংলেম্বী মমা মচাসু তারে। মমা মচানা মহৌ খুন্দা লৈরকপা চহী তারা ফারকপদদি খোংজোম্নসু চাওবা মপূং ফারক্নুনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরক্লে। লাইজিংম্বীনা মচাবু মোইরাংদা পুবা য়ারে খন্দুনা মপা শক্লবা মহৌ নিংথৌ লাম্ছৌয়াংবগী মফমদা হায়জরুবদা হরাওনা য়াবিরদুনা মোইবাং ফাওবা থিনবিরক্লে।

চহী খুদিংগী শজিবু লাকয়েন কিশি তায়বা কোংবা লৈথোং ফাৎপা লোইদুনা কুমদম্বগী লোইজা নিংঙোল্লাকপগী কাংশঙদা কাং শান্নে। কুমদুদি খুম্মুক চনু নিঙোলশিংগা খুনখাগী পাখঙশিংগা কাং শীংনগনি লেপ্নরে। পিদোনুনা খুন্থক্কী চনু নিঙোলশিং লুচিংগনি অদুগা খুনখাগীনা ব্রাঙ্গোন নিংথৌ নিন্দ্রাম্না পাখঙশিংবু লুচিংদুনা কাং তোংগনি। ফিজেৎ ফিদান্নবা ওইনা তাংনা শীনবা কাং শান্নবনি। অদুনা ফিজেৎ- ফিদোনবা কনাসু কাং য়েংবা য়ারোই হায়বা ব্রাঙ্গোন নিংথৌগী য়াথং লৈবাক শিন্না লাওথোক্নুনা খঙহল্লি। লাইজিংলেম্বীনা কৈথেল কুম্লকপদা পাউসি তারকপদগী মচাবু যূমদগী হেন্দোক্কনবা হায়রম্লগা মচানা চম্লুবা শীংজা কোথোংদু পুদুনা কৈথেলদা য়োনবা চৎখি। খোংজোম্বনা লম্বীদা মফি- মরোল নান্না শেৎপা লৈশাবী পাখঙ কাঙবু কাঙবু চৎনরিবদু য়েংদুনা লৈবম্বদগী মমানা হায়রম্না কাউথোক্নুনা কাং শান্নবা হায়বদু অমুক্তা উদ্রিবা ওইবনা য়েংনিংদুনা লম্বীদা থোরক্লে। মপূক্লিংদা ঙায়হাক্তং শৎ য়েংথোক্লুরগা মমানা কৈথেন কুম্লক্তিকৈঙদা ফৎ হল্লক্কে খল্লদুনা ময়ামগী মতুং ইন্দুনা কাংশঙ য়ৌরক্লে । লোইজা নিঙোল্লাকপগী কাংশঙদা লৈশাবী পাখঙশিং কাগুপ লেপ্নদুনা কাং শান্নবা হৌরম্লে। পিদোনুনা ভাবকলোমদা লৈদুনা য়েংথোরকপদা অমনবা ফি শেৎপা শকহেনবা খোংজোম্ববু উবদা মীৎফম হোংবা ঙমদনা য়েংদুনা লৈরে। খোংজোম্বনসু য়েংথোরকপদা মপা চান্নরুবদগী মীৎচান্নরবদা ইকায় নুংশি য়ান্নদুনা পিদোনু মরু লূকথখ্রে। মরু লূকথজরবসু লৈশাবী পাখঙ অনীমক মীৎনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংনরগা মোমোন নোক্লে। মতৌদু লৈরিনুনা উরদুনা ময়াম মমাঙদা ফজদে হায়গে তৌরুববু পিদোনুনা অহোয়ননা লৈরিনুদা ইশিন্দুনা লৈশাবী পাখঙ পল্লোন্নবগী চরাংনরিঙৈদা খোংজোম্বগী ফিনুংদা মহাক্কী শামু ময়া হৎপা খূৎশু কাংদু ইনশিলহল্লুরে। চরাংনরিঙৈদা খোংজোম্বনা মদু খঙহৌদ্রে। খোংজোম্বা পিদোনু অনীনা মমীৎ চোয়নরিবদু নিন্দ্রাম্না উরদুনা শাওনিংলদুনা মনাই

অমা কৌশিন্দুনা পূক্লিং চঙনা কাং শান্নবা লাওথোকহল্লে। তাঞ্জাসিদা পিদোনুনা মখূৎশু কাং মাঙখ্রে হাযদুনা ইলাং লাংশিন্নরদুনা কাং থিজিন্নৈ। ময়াম্না তশেংনমক কাং মাঙমাল্লে খন্দুনা কাং থিবদা কাং ফংদ্রে। পিদোনুনা খল্লুবদি কাং থিনরকপা মতমদা পাখঙ মহাক্না কাংদু পুথোক্তুনা পীরক্লবদি ময়াম মমাঙদা পানা খূদপ লান্দুনা শকখঙ মায়খঙনগে খল্লুবনি। পাখঙ মহাক্না মচী লেংদনা ফমদুনা লৈখ্রবদুদদি পিদোনু নুংশা থিরক্লে। নিন্দ্রাম্না কাংশঙদগী কনামতা মপান থোকপা য়ারোই অদুগা কনাগুম্বনা ফাগি তৌদুনা লৌশিল্লুরবসু মশানা খঙনা পূথোহৌরবদি ফৈ মদু নত্তদুনা লোইশঙ মচাশিংবু থিহনবদা থেংনরবদি মতীক চানা ব্বারক ব্বাতেম্বতা নত্তনা মপুগী কৈশমশঙদা থমগনি লাওথোকই। য়াথংসি তাবদা কাংশঙদা লৈরিবা মী পূম্নমক মশা মশাগী ফমফমশিং চেকশিন্না য়েংনৈ, খোংজেম্বতদি নাচুংবা লৈতনা মচী লেংদনা ফমদুনা লৈ। নিন্দ্রামগী য়াথংনা লোইশঙ মচাশিংনা নুপা নুপী খাক্তনা মফি কলহল্লে। শুমাঙ মতোন্দা ফল্লিবা খোংজোম্বদি হৌগৎলু হায়বা য়াদ্রে। নুপা মরিনা খোংজোম্ববু চিংখৎনবা হোৎনবদা ঙমদ্রে। অদুবু কাংদুদি ফিনুংদগী চেম্থোরক্তুনা লৈমায়দা ইরেঞ্জনা তাদুনা লৈরে। নিন্দ্রাম্না শাওদুনা খোংজোম্বগী মমায়দা খূপাক্না থাগে খন্দুনা মখূৎ হাইগৎলকপদু খোংজোম্বনা মখূৎ ফাবদা লেংবা ঙমদে। লৈবাক ব্বাথোক ওইনরনি খন্দুনা মতাং চানা পিদোনুনা চঙশিল্লক্তুনা 'নিঙোল ইহাকথক্কী লৈবাক ব্বাথোক ওইবিনু' হায়রবদা নিন্দ্রাম শাওবা খরা হন্থরক্তুনা ময়ূমদা হনখ্রে। পিদোনুনা নিঙোল্লাকপদা নুমিৎ তাখিগদৌরে হায়রগা মমীৎনা খোংজোম্বরোমদা ইঙ্গিৎ তৌনা তাক্লগা থোঙ্গাল ফাওবদং লেপহনবিয়ু হায়জৈ। নিঙোল্লাকপনা খোংজোম্বগা ঙাংনদুনা পিদোনু লৈরিনু অনীবু ময়ূমদা থিল্লকই। লম্বী চৎনা চৎনা পিদোনুনা কাংগী ব্বাফমদু শেংদোকপগা লোয়ননা মদুগীদমক ঙাকপিনবসু হায়জরে। খোংজোম্বদি শাওবদি লাযরদুনা পিদোনুগী মশক- মতৌ, লমচৎ- ব্বাঙাং পূম্নমক ইশুমদা শুম্বাৎখ্রে। খোংজোম্বা পিদোনু অনী অপাম - নুংশি উৎনদুনা ব্বারী শাদুনা লাকপনা পিদোনুগী ময়ূম য়ৌরবদা মতা অনী লৈহৌরে। খোংজোম্বনা ময়ূম মায়কৈদা লাকপদা লম্বীদা নিন্দ্রাম্না মনাই মরিগা লোয়ননা ঙাইদুনা লৈরম্লে। নিন্দ্রামগী কাঙবুনা খোংজোম্বগী লম্বী থৎচিন্দুনা লেপ্লগা মহাক্না লুহোংগদবগী ঙাইদুনা লৈববা পিদোনুগা ব্বারী-ব্বাতায শান্নদুনা উশীৎ থওইদে হাযরদুনা মনাইশিংদা মতীক চানা ব্বারকউ য়াথং পীরে। নুপা মরিদুনা হোৎচিল্লকপদা খোংজোম্বনা হাও মূক্না লেংফাই চন্দুনা অমমমতা ওইনা লংবদা নুপাশিংদু তাখি তাখিবা মফমদগী হৌগৎনবা ঙমদ্রে। নিন্দ্রাম্না হোৎচিল্লক্তুনা মূক্নরকপা মতাংদুদা লাইজিংলেম্বীনা কৈথেলদগী কুম্লকপদা থেংনদুনা মচাবু থেমজিল্লগা ময়ূমদা পুদুনা হল্লকই।

নোংমা খোংজোম্বনা পিদোনুগী ময়ূমগী থোঙ্গালদা লাকপদু লৈরিনুনা উরদুনা ময়ূমদা পুশিন্দুনা পিদোনুগা উনহল্লে। নুরা পাখঙ অনীগী মপূক্লিংগী ব্বা ফোঙদোক্লদুনা

ঙায়হাক পুঙ্গোয় ৱারী শান্নরবা মতুংদা ঙারুংহনবনা কোনুংদগী হল্লকপা মতম য়ৌরবদা খোংজোম্বা ময়ূমদা হল্লক্লে। মসিগী মতুংদা ফনা শাংবা মতম অমা নুরা পাখঙ অনী উন্নখিদ্রে। খোংজোম্ববু উনজনিংবদগী পিদোনুনা লৈরিনু তান্নরগা কেগে চনু নিঙোলশিংনা লোক্তাক্তা লেপ্লে ঙারম তানবদা মতেং পাংবিরনবা খোংজোম্বদা পাউ পীখ্রে। কেগে চনু নিঙোলশিংনা মথং মথং লোক্তাক্তা কুম্নরকপা মতমসিদা পিদোনুসু লৈরিনুগা লোয়ননা পষ্টোগী ৱাকয়ৈ হিরুবাক্তা তোংদুনা থমংখোংগী ঈচিলদা খোংজোম্ববু ঙাইদুনা লৈরে। খোংজেম্বনা লূকাই হি হোন্দুনা লাকপদা অকনবা খঙ্গোন নুংশিৎ অমা মায়োক্লরুদুনা হিমায় চূম্বা ঙমদনা নিংথৌগী থরো থম্বাল থন্না হৌবা ঙায়োক পাত্তা তাশিনবদগী চৎফম খঙদনা লৈরে। তাঞ্জাসিদা শোইঙাকপশিং লাক্লুনা খোংজোম্ববু ফারে, খোংজোম্বনা শোয়বদগী তৌবনি হায়জবা ইতা তাবিদনা মখূৎ তুংবুনরদুনা পুরগা মথংখনবা নিন্দ্রামগী মফমদা শিন্নরে। তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরিবা নিন্দ্রাম্না মনাইশিং থাজিন্দুনা খোংজোম্ববু শিবা মচেৎ খাক্লা তমথীনা ফুহল্লে। তৌরিবদু কদাং ঙারুংহনবগী মনাই চাউবা পাঙ্গনবনা উরদুনা পিদোনুগী নাক্তা চেল্লক্লুনা পাউ পীররে। পাওদু তাবদা পিদোনুনা পাখৎপগা লোয়ননা মবুং চাউবগী মফমদা পাখঙ মাবু মথৱায় কনবিবগা নিঙোল মঙোন্দা শিন্নবিদ্রবদি মতোমতা শিজরগনি হায়রে। ৱাদু তাবদা চাউবা অকনবনা শোইবুং তানা চেল্লগা ফুবদু খামজরুবদা নিন্দ্রামগী মনাইশিংনা চাউববুসু ফুগদবগী চৈ পায়দুনা চঙশিল্লুবদা চাউবা অকনবনা চৈদু মূল্লগা তান্ন-তান্নদুনা ফুবা হৌরক্লবদা নিন্দ্রামসু চোপ্লিংদবদগী মনাইশিংগী মতুং ইন্দুনা চেনখি। পিদোনু লৈরিনু অনীসু চেল্লক্লুনা অশিবগুম তাদুনা লৈরিবা খোংজোম্ববু লায়কন্নরে। খজিক্তং জ্ঞান তারক্লবা মতমদা খোংজোম্ববু চাউবদা পোহল্লগা পুরক্লুনা নুমিদাংৱাইগী অমম্বগী তাঞ্জা লৌদুনা পিদোনুগী কাদা পুশিন্দুনা লায়কন্নরে। মচানা ময়ূমদা হল্লক্রুবদা পাঙ্গল শোনবী লাইজিংলেম্বীনা মচাবু থিবা য়াবা থিবদা ফংদ্রদুনা কপ্পুনা ময়ূম হল্লকই।

মথংগী নুমিত্তা চৈরাপ্তা নিংথৌ অমদি অঙম- অথৌ শুনা তিল্লবা মতমদা নিন্দ্রাম্না ফমফমদগী হৌগৎলগা কদাং ঙারুংহনবগী মনাই চাউবনা মহাক অমদি মনাইশিংবু ফুবিরে হায়না ৱাকৎলক্লে। নিংথৌনা উহৌবা কনা য়াওই হংবদা মহাক্কী মনাইশিং নত্তনা কনাসু উখিদে খুল্লে। মদুগী অচুম চুমদগী বিচার নোঙাল্লগা চাউববু চৈরাপ্তা কৌখৎলগা তৌগনি অদুগা মরাল লৈরম্লবদি দন্দি শোয়দনা পীগনি হায়বা ৱাফম ফোঙদোক্লগা নুমিত্তুগী ওইনা ময়াম কায়নরে। ঙারুংহনবনা ময়ূম হল্লকপদা লম্বীদা ময়াম্না চিবোন চিবোন ঙাংনহৌবা-খোংজোম্ববু মহাক্কী ময়ূমদা পুশিল্লগা লায়কন্নখি হায়বা তাবদগী ময়ূমদা থুংবগা চাউবা কৌথোক্লুনা হংবদা ৱারম পূম্বা খঙলে। মমোম্বু নিংথৌ কোন্দা চামা চামনা খূজিং ওইদুনা থাজগে খঞ্জরিবা মচানিঙোলনা পীদৎ-পাদৎপা লমজা অমগা

মরী লৈনরম্বগী পাউ তাবদা শাওনিংবনা খাঙবা ঙমখিদে। লৈরিনুবু কৌথোক্লগা খোংজোম্ববু পুথোরক্লবা হায়বদা লৈরিনুনা চেনশিনখিদুনা মবেম্মদা ব্রাদু তন্নরে। পিদোনুনা মপূক্লিংদা অকিবা অমগা লোয়ননা খোংজোম্বগা থোক্লক্তুনা অঙম্বগী মমাঙদা লেপ্লরে। খোংজোম্বনা চঙশিন্দুনা ঙারুংহনবদা খুরুমজরে। খোংজোম্বগী মশক উবদা কদাং অঙম্বনা করিগুম্বদা উখ্রবা শক্তম অমগুম্না শক্তমদুনা মমাঙদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলরে। কদাং অঙম্বনা মমা মপাগী মমিং হংবিরকপদা খোংজোম্বনা মমানা হায়বা মতুংইন্না মমা মপাগী মমিং হায়দোকউ হায়বা য়াদ্রে। কদাং অঙম্বনা কিহল্লগা হায়দোকহনগে খল্লদুনা মনাই চাউবদা খোংজোম্ববু পূল্লগা নুংশাদা ফৌদুনা থম্মু য়াথং পীরম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে। লাইজিংলেম্বীনা মচাবু মথং মথং থিদুনা লাকপদা কদাং অঙম্বগী ময়ূমদা য়ৌরকপদা চাউবনা মচাবু পুন্ননবা তৌরিবদু উরদুনা চেনশিল্লক্তুনা মচাবু কোল্লরে। কদাং অঙম্বনা ইমুংদগী থোক্লকপদা লাইজিংলেম্বীনা থম্মোয় শোক্লা কপ্তুনা মচাগী মরাল হংলক্লে। কদাং মমায় ঙাঙশিল্লদুনা 'লাইজিংলেম্বী' কৌরগা ব্রা মখা তাবা ঙমখিদ্রে। মতাও কদাংনা মাগী মফমদা মচাবু মখূৎ পায়দুনা শিন্নরম্বদু নীংশিংলক্তুনা মমিত্তগী মপি তারক্লে। মচাগী মশা শিন্না তারিবা চৈফমশিংদুদা লাইজিংলেম্বী নানবিরগা থম্মোয় কায়বমখৈ কপ্লে। কদাংনা খোংজোম্বগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মখূৎ পায়দুনা চিংখৎপিরগা চেৎনা কোনশিনবিখি। লাইজিংলেম্বীনা মচাবু মহৌ চীংদা পুদুনা য়োক্লুবনি অদুগা কল্লক চাওবা মীওইবনি খন্দুনা পলেম পম্হৌগী মমিং কনাদসু তাকথোক্তনবা মহাক্লা শিন্নবনি হায়জবগা লোয়ননা মচাবু ঙাকপি-শেনবিনবা শিন্নজরে। কদাং অঙম্বনা মচা খোংজোম্বগীদমক লৈবাক নিংথৌ ফাওবা ঙমওইনগে হায়না শবী ব্রাশকপা তাবদা মমা মচাদা নক্তনা চাউবা, লৈরিনু, পিদোন অমদি শম্ফবী পূম্নমক পেন্নখি।

শম্ফবীনা লাইজিংলেম্বীবু ইমুংদা পুশিনখ্রবদা পিদোনু লৈরিনু অনীনা খোংজোম্ববুসু নিংঙোল কাদা পুশিন্দুনা ব্রারী- ব্রাতায় কয়া শানজরে। অদুদগী মথেল লুকোয় ময়াম লাংদুনা চামিন থকমিন্নরবা মতুংদা ঙায়হাক পোত্থারগা মমা মচা ময়ূমদা হল্লক্লে। কদাং ঙারুংহনবা মনাই চাউবদা হয়েং কংলাদা চঙবদা উৎকদবা থৌগল্লোন অমদি ব্রা হংলকপা মতমদা খুমগদবা পাউখুম পূম্নমক তাকপি তম্বীখ্রে। নোংঙাল্লগা কংলাদা অঙম-অথৌ শুনা তিল্লবদা ঙারুংহনবসু শেম শাদুনা লোইশঙ কারক্লে। ওকশুলাকপা অঙম্বনা মনাই থাদুনা কংলা সনথোঙদা লৈরিবা চাউববু কৌশিলহল্লুরে। চাউবনা চঙলক্লবা মতমদা, ওকশুলাকপনা চাউবদা নহাক্লা ব্রাঙ্গোল নিংথৌবু ফুই হায়বসি অচুম্বরা হংলকই। চাউবনা য়াম্না হৈ- শিংনা অমদি করিসু নাচুংবা তৌদনা 'ফুদে' খুম্লে। কদাং ঙারুংহনবনা ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা লায়রা লমজা মচানি হায়না মনীংতম্না ফুবা-চৈবিখিবা মহাক্তু নিংথৌগী সনা ঈনি হায়বা পাউখোঙগুম্না ফোঙলে। অদুগা

লোইশঙগী মপান্দা ঙাইদুনা লৈরিবা লাইজিংলেম্বী অমদি খোংজোম্ববু মনাই থাদুনা কৌশিলহল্লুরে। তোনু লাইজিংলেম্বীবু উবদা নিংথৌ অমদি লৈবাক্কী অঙম-অথৌ পূন্নমক হৌখিবা থৌদোক কয়াদু নীংশিংবগী ঈচেলদা হন্না ফংজরে। কদাংনা নিংথৌগী সনা মাঙদা চঙশিন্দুনা লাইজিংলেম্বীবু লৈমা শীংদগী লৈচা শেত্তুনা কদেং মরান য়াযনা কুমহনখিবা, কদেংগী ৱাকৎ থাঙশাংনা কংলাগী যূম্বীদা দাকফম অহুম কাউদা উরায় থমখিবা, নৌহৌননা নীংশিংজরে। খোংজোম্বসি সনা ঈনা ঈপাল্লাংদুনা লাংজিংলেম্বীগী শিয়োম্লুংদগী মীতমদুনা পোকপনি তাক্লে। মচা লৈজদে ৱাজরম্বা নিংথৌদু হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। নিংথৌনা মমা মচাবু লৌশিনবগা লোয়ননা খোংজোম্ববু মহাক্কী মচানি হায়না লৈবাক মাঙদা লাওথোকপিরে। নিংথৌনা খোংজোম্ববু মতম খরা মহৈ-মশিং অমদি চৎনরোল তম্বীদুনা থম্লে। খোংজোম্বগী মহৈ-মশিং, মতীক-মগুণ মপূং ফারে খল্লকপা মতমদা খোংজোম্বা পিদোনু অনীবু লুহোংবিরে লোয়ননা নিংথৌ খুভমসু মচা নিপা খোংজোম্বদা শিন্নবিরে। খোংজোম্বনা মপু মোইবাং নিংথৌ অদুগা নিন্দ্রাম্না ৱাঙ্গোল নিংথৌ ওইদুনা মচীন মনাও নুংশিন্না লৈবাক ঙাক্লবদা লৈবাক প্রজা নুংঙাইনা পানখি।

৬

## খোয়োন হাওবা – কোনু

খোয়োন হাওববু পোকপা মমা-মপাগী মমিংদি খুম্বৌবেম্বা অমদি শম্ফবী কৌই। মহাক্কী মথক্তা চহী তরেৎ হনবা মচেম অমা লৈ, মমিংনা খাংসু কৌই। মপা খুম্বৌরেম্বদি নোংথোন ফম মূয়বগী হাক্তক্তা হিকাপ য়াইকাপ তৌনবদা লাযথুং পান্দুনা মতম চাদনা শিখি। শিরমদায়দা মচীন-মৌপ্পাবু মহাক্কী মরূপ থাঙ্গারাকপা অমদি মমাগী মৌপ্পা নৌরেনহনবা অনীদা শিনবম্মী। খুম্বৌরেম্বনা লৈখিদ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা শম্ফবীসু লৈখিদে। থাঙ্গাবাকপনা মচেম খাংসু যোকখ্রগা খোযোন হাওববুনা নৌরেনহনবা অঙম্বনা য়োকই। মচেম অদুদি মপূং মরৈ ফারক্লবা মতমদা ঙাংখ লৈকাইদা লৈবা কৈথেল্লাকপা অঙম্বদা অওং অউন তমদুনা লুহোংখ্রে। খুয়োন হাওবসু ষণশেন ষণহাক ঙল্লক্লে। খোযোন হাওবদি মশক মতৌ চঙখোনবা, থকশি খাশি লৈবা মরম ওকপা অঙাং-অমা ওইনা হৌরকই। অদুবু নৌরেনহনবগী মচানুপা মেলৈখোম্বদি ঙাওশিন্নবা অঙাংনি। নোংমা কৈরোই লৈকাইগী নহাশিংনা শিন্দুনা মুক্লা শান্নে। মেলৈখোম্বনা হাওববু মহাক্লা ময়াম মমাঙদা ঙমই খঙহন্নিংদুনা লংদুনা মুক্লা থারে। মীযাম মমাঙদা ইকায়বদগী হাওবসু মতীং ফুদোক্তুনা শান্নরক্লবদা মেলৈখোম্ববু মুক্লা থারে। ইকায়বা নংলবা মেলৈখোম্বনা ময়ূমদা চেনখ্রগা মমাদা অরানবা

ব্রা হায়জিল্লুরে। হাওবনা ময়ূমদা হল্লকপগা নৌরেনহনবীনা ব্রাহং পাউহংবা তৌদনা হাওবগী লূমাঙ্গী শম পায়রগা মমায়দা খুবাক্লা থাবিরে। মদুতসু নত্তনা পীবন-পাবন্না চৈরগা য়ূমদুদা লৈবিরনু হায়না তাম্বোরক্লে। হাওবনা মতোমদা শিজরগে খন্দুনা শা-কৈগী য়ারেকফম থাংজিং উকোন্নুংদা চঙলক্লে। নৌরেনহনবা অঙম্বনা ময়ূমদা হল্লক্লগা হাওববু হংলকপদা নৌরেনহনবীনা মপুরোইববু কিবদগী ষণ শেনবা চৎখিবদগী হল্লক্ত্রি হায়না খুমই। নৌরেনহনবনা হাওববু থিবা য়াবা থিরবসু ফংদবদগী মপূক্লিং নুংঙাইতনা ময়ূমদা হল্লকখি। হাওবনা অহিংদুমা উকোন্নুংদা লেল্লে অদুবু লাইবক ফবদগী শা-কৈনা শোকখিদে। অয়ূক্তা খোয়োন ঙৌবী শোয়ঙাকপা মোইরাং শোয়রেলবনা শগোল তোংলদুনা শোয়দা লূ কায়বা লাকচৈ। হাওবনা শগোলনা নেৎহল্লগা শিজখ্রগে খন্দুনা শগোল মমাঙদা হিপ্পুনা লৈরে। শোয়রেল হঞ্জবনা শগোল খান্নগা কুমথরক্কুনা হাওবদা কনানো হংই। হাওবনা খুম্বৌরেম্বা অমদি শম্ফবী অনীগী মচানি হায়রকপদা তিন্নরম্বা মরূপকী মচা ওইবদগী নুংশিদুনা ময়ূমদা পুরক্লে অদুগা হাওববু কনাদসু মরী-মখোঙ তাক্কনবা শোয়রেন হঞ্জবীদা শিন্নজরে। শোয়রেন হঞ্জবনা মপানা চারম্বা শোয়বু মচাদা শিন্নরগে খন্দুনা কৈথেল্লাকপদা ময়ূম পানখিবা মচেম খাংশুদগী য়েরুম চীন্নাইবা অমা, উতং পয়া তরেৎ, লাংথ্রৈ মতোন অহুম, লাতোন অমা, চেঙ উতোং অমগা খোয়োন ঙৌবী শোয় ইরাৎপীগে লৌরুচো থারক্লে। হাওবনা মচেমগী মনাক্তা চত্তুনা হায়রিবা পোৎলমশিংসি পীবিনবা হায়জরুবদদি মৌপ্পানি খঙদবদগী কেগে চাক্লি-ফিনিবা ওইরবোই নীংখিদুনা তথী তথী চৈরগা থাদোকপীরক্লে। হাওবনা অশেংবা ব্রাদু শোয়রেল হঞ্জবদা তম্বা ইকাইরদুনা ময়ূমদা হল্লক্লগা মচেমগী লৈফম থিবা খঙদ্রে হায়জিল্লে। হাওবনা চৎখ্রবা মতুংদা খাংশু চনুগী মপূক্লিংদা করিগুম্বদা উখ্রবা শক্তম অমগুম হাওবগী শক্তম্না মীৎমাঙদা চপ চপ লেপ্লরে।

শোয়রেন হঞ্জবনা সনা ঈ অমবু য়োক্কুনা নিংথৌ শেম্নবা থৌরাং তৌরে হায়না কনাগুম্বনা অরানবা পাউ পীশিনবদু মোইরাং নিংথৌনা তারে। পাউসি তাবগা নিংথৌনা লালোয় তরেৎপু হাওবগী মথব্রায় লৌনবা থৌশিখি। লালোয় তরেৎনা হাওববু ফারগা মখোঙ মখূৎ পুনশিল্লগা থাংজিং উকোন্নুংদা পুশিল্লকই। মফমদুদা ব্রাহং-পাউহং চত্থরকপদা খুম্বৌরেম্বগী মচানি খঙবদগী হাওববু নুংশিদুনা থাদোকপিরে। অদুগা চাওবা মপূং ফাদ্রিবা ফাওবা কনা খঙহন্দনা লোক্তাক মপান্দা লৈরুনবা তাকপীরে। অদুগা লালোয় অহননা মখোয়গী মতুং ইন্নরকপা হূইবু হাত্তুনা হূইগী ঈবু উতোং অমদা হাল্লগা নিংথৌদা পীনবা পুরগা চৎখি।

হাওবনা অশুকপা ফুমদি মরক্তা খাংপোক অমা শারগা মদুদা লৈ। লোক্তাক্তা ফংবা ঙা অমদি হৈকক য়েলিনচিংবা চাদুনা অসুন্না লেল্লকপনা চহী কয়া হৌখিদুনা পাখঙ মপৃং ফারক্লে। কোংবা লৈথোং ফাৎপা থৌরম লোইরদুনা কেগে লৈশাবী মৌনহাশিং কাং শান্নখ্রে। মথংগী নুমিত্তদি নিঙোল অমদি মৌশিং লোক্তাক্তা কুমদুনা ঙা ফাদুনা চাক চান্নগনি। অদুনা নুপা অমত্তা লোক্তাক কুমফরোই, হায়রিবসি ইন্দ্রবদি মপুগী চৈরাক ফংগনি হায়বা পাউসি লোইশঙ মচাশিংনা কেগে খুন্থক-খুনখা থুংনা পাউ চেল্লে। নুমিৎসিগী অহিংদা কোনুগী মমঙদা কনাগুম্বা পাখঙ অমগা মমাঙগী মপোক্তা নুংশি ৱায়থুংনসি হায়নখিবগী শক্তম উরম্লগা মঙফাওনরে। মীকপ থোক্লক্লগা ৱাসি মনাই পোংনুদা তম্মে। অয়ূক্তা লৈশাবী মৌনহাশিংনা লোক্তাক্তা ঙা ফাবা থোক্লরকপা মতমদা কোনু পোংনু মপু মনাইসু থোক্লক্লে। অদুবু মপু মনাইদি ময়াম পূম্নমকপু নাথৈরম্লগা খোয়োন ঙৌবী শোয় তম্না লাক্লে। মফমদুদনি মমাঙগী মপোক্তা নুংশি ৱায়থুংনসি হায়না হায়নখিবা মীশক অদুনা যাম্না ৱানা ঙাইদুনা লৈরি হায়না মমঙদা ফাওরম্বদু। হায়রিবা মফমদুদা ঈন থাদুনা ঈন চিংবা হৌবগা হঙ্গেন তাইখোঙ তত্তুনা ঈন চিংবা য়াদ্রদুনা মপু মনাই অনীমক মথৱায় নুংঙাইত্রে। লৈবাক নিংথৌগী চৈরাক কিবনা নুমিত্তু তম্বা নুপা অমত্তসু লোক্তাক কুম্নরক্রে। তাঞ্জাসিদা হাওবনা ঙা লৌবগী মৈখুবু মপু মনাইনা উরদুনা কনাগুম্বা মীওই লৈরমগনি হায়না খল্লে। পোংনুনা কনাগুম্বা মী লৈরবদি হঙ্গেল খোঙজি শম্বিয়ু হায়না লাওজরকপদা নুপাগী খোঞ্জেল অমনা 'ফি নাতৈ চাদ্রে অদুনা মীমাঙদা থোকপা য়াদ্রে' খুম্লকই। মদু তাবদা শেনুনা ইল্লিবা ফিদু খোজেল লাকপা মায়কৈদা লংশিনখ্রে। হাওবনা ফিদু শেৎলগা থোক্লকপা উবদা কোনুনা পোংনুগী ফিজি চিংলগা মহাক্কী মমঙদা উখিবা নুপা পাখঙদুনি মশক তাক্লে। অহানবা উনবমক্তদা নুরা পাখঙ অনীদু অপাম নুংশি পোক্লখি। হাওবনা হঙ্গেলগী তাইখোঙ শেম্বীরগা পোংনুনা ঈন চিংবদা ঙা মতীক চানা ফারে। হাওবা কোনু অনীসু অপাম নুংশি ফোঙদোক্লবগা লোয়ননা থাঙগী ময়া চিক্তুনা নুংশি পম্থুং য়ৌমিন্নসি ৱাশক্লরে। কোনুনা হাওবগী মফমদা মথংগী নুমিত্তা মাইবী শারগা নিঙোল মরানয়ায়দা লাকপীনবা হায়জরে। নুমিৎ তারমদায়দা কোনু, পোংনু অনীমক ময়ূমদা হনখি।

অয়ূক্তা হাওবনা মাইবী শারগা কোনুগী ময়ূমদা চঙলক্লবদা কোনুনা কনা খঙহন্দনা হাওববু থাঙ্গা নিঙোল কাদা পুশিন্দুনা থুপচান্না থমখি। অহিংদুমা লৈমিন্নরবা মতুংদা নোংঙাল্লমদায়দা হাওবা খোয়োন ঙৌবী শোয়দা হন্দুনা

মফমদুদা মতম খরা লৈখি। নোংমা নুংবান হুইনিংশুম্বনা মনাইশিংগা তোবর্বুং শাদানবা লাকপদা শজি অমা তৌবুলদা থেংনরদুনা তান্নরকই। শজিনা নারক্তা চঙখিবদগী থিবা খঙদ্রবদা মৈ থাদুনা থিবা হৌরকই। মৈ চাকপদু থিংবা ঙমহৌদবদগী মৈনা শন্দোকখিদুনা খুমন কাওবা হিংঙম্বগী পূকৈ লঙ্গৈ চাকখি। শাওরবা কাওবা হিঙম্বনা মৈগী মৈরম থিরকপদা হুইনিংশুম্বগা থেংনরে।কাওবনা অহন মতম ওইববা হুইনিংশুম্ববু লুমাঙগী শম পায়দুনা শগোলদগী চিংথরগা তাংজ লুরেল কককে হায়না থাংশাং হাইগৎলকপদা হুইনিংশুম্বনা মথৱায় কনবিনবা হায়জখি। কাওবনা হুইনিংশুম্বদা মচানিঙোল কোনুবু পীরবদি মহাক্কী মথৱায় কনবিগে হায়খি। হুইনিংশুম্বনা য়ারবদা কাওবনা থাঙখূমদা থাঙ হঞ্জিনখি। নুমিৎ অদুদগী পারগা মঙানিশুবা নুমিত্তা হৈজিং খরায় কারকউ অদুগা তরেৎনিশুবা নুমিত্তা অওং-অউন তমদুনা লুহোংলগা মচানুপীবু থিলক্কে হায়রবদা কাওবা হিংঙম্বা মথৱায় নুংঙাইনা ময়ূমদা হনখি। হুইনিংশুবনা মরানয়াযদা হল্লক্লগা মশানৌ ৱায়েনঙল্লীদা ৱাফমদু হৌদোক্লে। মমানা মচানিঙোলগী কাদা চঙদুনা ৱাফমদু হায়রুবদা কোনুনা থোইনা থৌ শারুদে। অদুবু পন্থৌ মপানা লুহোংনবনি হায়দুনা অওং-অউন লাংশিনবা উরকপদদি নিঙোল থম্মোয শোকখ্রে। কোনুনা মমা মপাগী মফমগা মহাক্কা হাওবগা লৈনরিবা মবী পূম্বা খঙহনবগা লোয়ননা হাওববু কৌরগা মমা মপাগসু শকখঙনহল্লে। থা খবদংগী ওইনা লুহোংবদু য়ৈথোক্লবা কোনুনা নোংথোম্ববু নেকচরবদা, নোংথোম্বনা কাওবা হিংঙম্বগা তায়নদুনা লুহোংবদু থা মরি য়ৈথোকউরে। মমা ইবেম্মা অমদি হাওবা অনীনা হায়বা মতুংইন্না নুমিৎ খরনিদং খুমন লাদা তাদুনা মপাবুংগী ৱাশক ঙাক্লম্নগা তন্না হল্লকপা হাযর্বসিদা লেপ্লখ্রে। হায়নখিবা নুমিৎ য়ৌরক্লবদা কোনুবু কাওবা হিংঙম্বদা থাজখ্রে। মতমগী মতুংইন্না কোনুগী মচানুপী অমা পোক্ললে। কোনুনা অঙাং অদু থা অহুম ফাওবা মমিং থোন্দনা থমখি। নোংমা হাওবনা হাও পাখঙ শাদুনা লাক্লবদা কোনুনা কাওবদা মহাক্কী মবুংনি হায়না মশক তাকপগা লোয়ননা ময়ূমদা পুশিন্দুনা থমখি। কাওবা হিংঙম্বনা অহিংদা কোনুং কাখ্রিঙৈদা কোনুনা মচানুপীগী মমিং থোনবিরম্নবা হায়জরবদা হাওবনা 'থোইনু' হায়না মমিং থোনবিখি। হায়রিবা অহিং অদুদসু হাওবা কোনু পূন্না য়ারেকমিন্নখি। লোয়ননা মতুংসিদা মচানুপা পোক্লকপা তারবদি মমিং 'হাওদগোন তকোল লৌথীবা' কৌসি হায়নখি। নোংঙাল্লগা কাওবা হিংঙম্বনা কোনুংদগী হল্লক্লবদা কোনুনা হিঙম্বদা হাওববু থিন্দোকহনখি।

মোইৱাং লৈবাক ইকং থোক্লুনা অৱাবা তারবদা মাইবী হঞ্জবীনা লাইবাও চেনবদা খুম্থৌরেম্বনা থল্লম্বা হাওববু খোয়োন তেবী তেশাৱা ৱাখোঙ

শেংহল্লবদি মোইরাং অৱাবা কোকনি হায়না লাইবাও পীরক্লে। লাইবউসি তাবদা লৈবাক পূম্বা হুপ্লা হাওববু থিবদা ফংদরে। পোংনুনা ঙাংখ লৈকাইদা ময়ূম পানখিবী খাংসুদা হাওবদি খোয়োন ঙৌবী শোয়দা লৈবনি হায়বা পাউ পীরে। খাংসুনা মতোমতা কনা খঙহন্দনা খোয়োন ঙৌবী শোয়দা লাক্লগা মচেম খাংসুনি তাক্তুনা কৌরক্লবদা হাওবা থোক্লক্তুনা মচীন-মৌপ্পা উনরবা মতুংদা মচেমগী য়ূমদা পুদুনা লাক্লে। নোংঙাল্লগা মচেম অমদি মবায় কৈথেল্লাকপা অনীনা হাওববু পুরগা কোনুংদা কারক্তুনা মোইরাং নিংথৌদা খুরুমজরগা খোয়োন হাওববু মশক তাক্লবদা নিংথৌনা হাওববু খুদক্তা মপানা ওইরম্বা খোয়োন হঞ্জবা ফম লাম্থোকপীরে। হাওবনা খোয়োন তেবী তেশাৱা ৱাখোঙ শেংদুনা তয়াল মরী থৎপদগী মোইরাং লৈবাক নুংঙাই য়াইফরক্লে। খোয়োন হাওবা মহাক্লা লৈবাক নিংথৌগী থবক্তা মপূক্লিং চঙবদগী নিংথৌনা পেনবীরদুনা শারুংহনবা ফমথোন কাহল্লে। মোইরাংগী অঙম্বা অমা ওইরগা নুপী থিদবা হৌনদে হায়না মোইরাং নিংথৌনা হাওবগী মফমদা অপাম্বা নিংঙোল অমা খল্লগা য়ূম্বানমিন্নবা তাকপীখি। হাওবনা মশানা য়াদনা খুমন হিংঙম্বগী মখূত্তা চনশ্ৰবী কোনু মাগা নত্তনা কনামত্তগা লুহোংলরোই হায়জখি। নিংথৌনা অতাবী অমা লেপথোক্লবা মথং নুমিত্তা লোক্তাক্তগী ঙারম চামা অদুগা তোবর্বুংদগী শাবম চামা ফাবগা কংলা উত্রা সলাংমৈ শাহোং-ঙাহোংগনি লাওথোক্লে। মদুদা মোইরাংগী নিঙোল মৱা পূম্নমক শরুক য়াগদবনি খঙহনখিবগা লোয়ননা কাওবা হিংঙম্ববুসু শরুক য়াগদবনি হায়খ্রে। মোইরাং নিংথৌগী পাউ তারদুনা মথংগী অয়ূক্তা কাওবা হিংঙম্বনা মনাই হুম্ফুগা লোয়ননা খূৎশু খূৎলায় পায়দুনা মোইরাং তম্না লাক্লে। লম্বীদা হাওবনা কোনুগী মমিং শৈথাদুনা ঈশৈ শক্তুনা দোলায় তোংদুনা চৎলম্বা থেংনরবদা হিংঙম্বগা অকনবা ৱা ঙাংনরক্লে। মমৈথংদা মতীক থোক্লা চায়নরক্লদা কাওবা মায়থীবদুনা মমৈথংদা মথৱায়বু হাওবগী মফমদা নিজবে। হাওবনা কাওবদা কোনুগী তুবুম অমা তৎপদা নথৱায় মাঙগনি হায়রগা থাদোকখ্রে। কাওবনা মায়থীবা অমদি ইকাযবা অনীমক পুরগা ময়ূমদা হল্লক্লগা মপাম লমদম মৈ চাকহৌরে অদুনা চৎলুচো হায়না নমতান ওইনা কোনুবু তাল্লক্লে। কোনুনা হি তোংদুনা লোক্তাক লাম্থোক্লগা মপাম য়ৌরকপদদি করিসু তৌবমদ্রে। অদুবু হাওবনা কাওববু মাযথীবা পীখিবগী ৱারম তাবদা মহাকপু তাল্লকপগী মরমদি খঙবা ঙমখি। মমা ৱায়েনঙম্বীনা নিঙোন্না মপামদা মচা য়াওদনা লাকপা চুমদে তাকপীরবদা কোনুনা ময়ূমদা হল্লক্লগা থোং হাংদোক্লবা কৌরুবদা কাওবনা অথীবা খোনফম থারকপদা নত্তনা মখূৎশু তা লংলকপদা কোনুদদি পানহৌদ্রে, শেৎলিবা মফনেক ফাওদোক্তুনা চৎখ্রে । পাম্বৈ লৈত্ৰদুনা কোনুনা ফক্লাংগী শিংনাং

হুত্তোল্লগা নাশোন পীক্লা মচানুপীদা মহাক খুমন মতা য়াংবীগীদা অহিংদুমা লেল্লগা নোংঙানবগা মোইরাংদা চৎখ্রগে, মচীন-মৌপ্পাসু নমা য়াংবীদা হংলগা মোইরাংদা ইমাগী ইপামদা লাকউ হায়না শীন্নরম্লগা কোনু চৎখ্রে।

কোনুনা মপামদা চৎখ্রবদুদদি কাওবগী অশাওবা পুম্বদু থোইনু মচীন-মৌপ্পাদা হৈথরক্লে। থোইনুবু মৌপ্পা পোরগা খুমন লৌচা ষণজাবুংদা ষণ শেনবা থাই। থোইনুনা মৌপ্পানা মপূক লামদুনা কপ্পক্লগা চরৈ ফিজি ঈশিং চোৎহল্লগা খোল্লাং শানা ইনবি। নুমিদাংব্বায়রমদা ষণয়াম হোইগৎলকপদা নোংমনা ষণ ঙন্না হোইগৎলকপনা মপূক থল্দ্রে, নোংমনা থেংমন্দনা ষণ মশীং শুই শুইদে খঙদ্রে হায়দুন ফুবি চৈবিবদা থোইনু খাঙবা ঙমদ্রে। মপানা ফুগনি কিবদগী থোইনু ষণ হোইগত্তুনা ময়ূমদা চত্তনা ষণজাবুংদা অহিং লেক্কুনা লৈরে। মপূক লাম্বনা খাঙবা ঙম্লক্তবা মতমদা পেরুক কোম্প্রেক হেক্কুনা চারগা ঈশিং থক্কুনা লেল্লে। খুমন য়াংবীনা লেম্লে তানবা অয়ূক্তা থোরকপদা মচীন-মৌপ্পাবু ওক্লরুবদা মথম্মোয় শোক্লা নুংঙাইখিদবগী থোইনুদা মৌপ্পা পুরগা মোইরাংদা চৎখিনবা লম্বী তাকপীরে। মমা য়াংবীনা তাক্লপা লম্বী মতুংইন্না থোইনুনা মৌপ্পাবু পোরগা লাকপদা অথেংবা অহিংদা ঙাংখ কৈথেল য়ৌরক্লে। মফমদুদা চংফম খঙদনা লেপ্লিডৈদা কুরাক লমদাইবগী শরেন চন্নবা শা থিরকপা লালোয তরেৎনা থেংনরদুনা মচীন-মৌপ্পাবু ময়াদা ফিবুন নম্লগা ঙবোংখাওদা নম্লবা হোৎনরকপদা থোইনুনা কপ লাওবা হৌরক্লে। কেগে শারুংহনবনা শগোল তোংদুনা লাকপদা খোঞ্জেল অদু তারদুনা কেগে মচা লমকেৎপা মোইরাং মচা লমহেনবা কনানো হায়না শাওরদুনা শগোল থৌজিল্লকপদা লালোয় তরেত্তু শমজি খাইনদুনা চেন্নখ্রে। অঙাং অনীদু হেক উবদা হাওবা মশাদু মতু চুংই। হাওবনা শগোলদগী কুমথরগা অমা অনীগী মমিং অমদি মমা মপাগী মমিংসু হংবিরকই। থোইনুনা মহাক্কী মমিংনা থোইনু কৌই অদুগা মৌপ্পাগী মমিংনা তকোন লৌথীবা কৌই, মমা মপাগী মমিংনা খোয়োন হাওবা অমদি কোনু কৌই খুমজে। মদু তাবদা হাওবনা মপূক্লিং পেল্লদুনা মচা অনীবু পুদুনা কোনুদা শিন্নবিরে। য়াইথিং কোনুনা মচা অনীবু হন্না উবা ফংবদা মচাশিংবু মথানুংদা কোনশিন্দুনা কপচখি। হাওবনা মচাশিংবু কোনুদা চেকশিন্না শিন্নরম্লগা হরাওনা শগোল তোংলগা ময়ূমদা হনখি।

য়াইথিংকোনুনা মোইরাংদা চৎখ্রবা অমদি থোইনু মচীন-মৌপ্পানা মখূত্তগী নাম্বোক্কুনা চেনখ্রগা মমাগী মপামদা য়ৌখিবা অসিদা খুমন কাওবা হিংঙম্বা কলক মাঙদা চাং তাদুনা ইকায়বা নংলবদা মহাক তুম্না চাবা চঙখিদ্রে। অঙাওবা মীগী

মতৌ ওইখ্রে। কমদৌরগা খোয়োন হাওববু লমন অমুক্তং খুমশিগে হায়বসিনা মহাক্কী ব্রাখন্দা মশা মরেং শন্দোকখিদুনা পোখাফম খঙদ্রে। মমৈদা খুমন অথৌবা মখৈগা লোয়নরগা শাফি লানফি শেত্তুনা খূৎশু লানশিং য়াল্লবা তিমেন তা পায়রগা কেগে কংলা উত্রা শঙমাঙদা লাক্কুনা মপু মোইরাং নিংথৌদা খুয়োন হাওবগা নাইতোম চায়নজগে হায়ররে। হাওবনসু নিংথৌদা সনা নোংদম্বিয়ু হায়জরে। নিংথৌনা কাওবদা হাওবগা নাইতোম ওইনা লাম্থেংনগে হায়বদি নোংবান শারাবগা হান্না লাম্থেংনবা তাই হায়রবদা কাওবনা যারে। অয়ূক নাইবু ওইবা, তাইবঙ মীমাঙ থোকহন্দবা, চীংঙু লাইবু নিংবা নোংবান শাবাবা হায়বসি লোইদাম থাশিং শুদনা পোকপা পলেম পিনাইদবা পম্থৌ পানাইদবা নুপানি নুপীনি শক্লাইদবা নুপীগী শক্তম মানবা, ব্রাঙাং শঙাংদা নুপী মানবা মফিনা নুপাগী শেৎপা নোংবান শারাববু কোনুংদা কৌখৎলে শারাবনা লাম্থেংননবা থোকরকপা শকওইদু উবদা কাওবা হিংঙম্বনা খাক্লা খাক্লা নোক্লে। নোংবান শারাবনা মখূৎশু লাঙ্গোম তেন্দু তেঙ্গা থোংদুনা কাপ্লকপদা তেনজৈদু মৈরী হৌদুনা মালং নুংশিৎ মাঙওইনদুনা পাইরকপদু কাওবা হিংঙম্বনা থাঙনা কক্লবা হোৎনবদা ঙমদনা পাইশিল্লক্কুনা কাওবা হিংঙম্বগী মথবাক্তা থূম্না চঙলে। কাওবা হিংঙম্বা মফমদুদা খুদক্তা শিরে। শিরবা কাওবা হিংঙম্বগী হকচাংদু মহাক্কী খোঙলোয়শিংনা পুবগা খুমন মরমদা হনখি। মসিগী মতুংদদি হাওবা অমদি কোনু অনীনা মপারী মমোম অনীবু নাওযোক নাওকোন্দনা নুংঙাই য়াইফনা পানখি।

৭

## লমগানবা – য়াইদিং কোনু

শান্বা নহা লমগানববু পোকপা মোইরাং শিনশুহনবদি মপুন্সি তেল্লকপনা ঙন্না লৈখিদে। অদুনা মমানা মহাকপু য়াম্না ব্রানা চাওনবা য়োক্লকখি। লমগানবনা চাওবা শারেপ ফাবক্লবা মতমদা ব্রাইখোং তবাউ চীঙ্গোন্নুংদা থুমখোংদা থুম শুংবনা মহাক্কী মথৌ ওইবকই। মহাক্লা শুংবা থুমদু থুমপোৎ ফাবক্লগা ময়ূমদা পুরক্লগা মমানা কেগে খোয়োন কৈথেন্দা পুরগা য়োনবদা ফংলকপদুনা মমা মচাগী অচংবা কোন্নজৈ। মতমসিদা কেগে মোইবাং লৈবাক্কী ফম্নাইবা নিঙোল্লাকপা অঙম্বগী নাইতোম পোকচবী খম্নুং য়াইদিং কোনু লৈশাবী মপূং ফারক্লে। নুংঙাই-য়াইফ মচা ওইবনা শেৎনিংবা শেৎ চানিংবা চা হরাও তয়াম্না লৈজৈ। কুমগী ওইবা চীংউ থাংজিং হরাওবগী মতম ওইরক্লবদা কেগে লৈকাই নিপানগী চনু নিঙোলশিংনা নিঙোল্লাকপা অঙম্বগী মাঙ্গোলদা জগোয় তম্মী। মদু মোইরাংগী পাখঙশিংনা চঙদুনা য়েংনিংলবসু অঙম্ববু কিবদগী থোঙ্গাল লানশিন্নবা ঙম্নদে।

নোংমা নুমিদাংৱায়রম অমদা লৈকাই পল্লাক্লিবা লমগানবনা মহাক্কী মরোয় পাউজেল হূইগা লোয়নরদুনা কোয়বা চখোরকপদা ময়াম তিন্দুনা জগোয় তম্বগী পুংখোন্দু তারুরে। অদুদা মহাক্না করিমতা চিংনদনা মরোয় পাউজেল হূইগা লোয়নদুনা লোইজা নিঙোল্লাকপগী ময়ূমদা চঙলক্লে। অদুগা জগোয় তল্লিবীশিংদুগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না মশক মতৌ চঙখোনবী খম্মুং য়াইদিংকোনুনা শারিবা জগোয়দু মমীৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈরে। য়াইদিংকোনুনা জগোয় শাবদু লেপ্তুনা মমায় লৈথোরকপদা পাখঙ মাবু উরুরে। নুরা পাখঙ অনীমক অহানবা উন্নবমক্তদা অপাম-নুংশি পোক্লখি। নিঙোল্লাকপা অঙম্বনা কংলাদগী শগোল তোংদুনা কুম্লকপদা পাখঙ অমনা ময়ূমদগী শুমাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদা উশিত্তবনি হায়দুনা শাওরে। খুদক্তা মনাইশিংদা লমগানববু মতীক চানা ৱারকউ হায়না য়াথং পীরে। মদু তাবদা য়াইদিংকোনুনা ইমুংদা চেনশিনখ্রগা মরান লৈজদ্রবা পাখঙ অমবু মপানা দন্দি পীহৌদৌরে হায়না মমাদা তম্লুবে। লৌশিং চাওবী পলেম মমানা ফৌ লায়তং অমগা ফৈজোম অমগা পুদুনা ইমুংদগী থোরক্লগা তঙক তঙক লেপ্লিবা লমগানবগী মমাঙদা থন্নরে। অদুগা মপুরোইবগী মফমদা হায়রকই লমদম তাম্না চাক্লি-ফিনিবা লাকপা কেগে মচাসিদা ফৌ লায়তংসিমগা ফৈজোম অহনবসিমগা পীবিখ্রগে'। ৱাদু তাবদা চাক্লিফিনিবা লাকপোয়রে খন্দুনা নিঙোল্লাকপা অঙম্বা শাওবা হন্থরে। মমাগী লৌশিং লৈবা মতৌদুদা য়াইদিংকোনু হরাওজরে। 'কোনুনা মপাদা চাক্লি-ফিনিবা লাক্লগা ফৌ লায়তং অমখক পীবা হৌনদে পাখঙ মানা পুবা ঙম্বা অদুমখৈ পুজখিসনু নিঙোল মমায় ওইজগে হায়জরে। মচা নিংঙোলগী নুংশিবা ৱাঙাংদু তাবদা নিঙোল্লাকপা অঙম্বনা ইমোমগী নীংবা থুংজরো তাকপীরম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে। য়াইদিংকোনুনা ইমুংদা চঙখ্রগা ফুরিৎ ফৈজোম লৌথোক্তুনা পীরগা নুমিৎ অদুদগী পারগা মঙানি শুবা নুমিত্তা লৌবৃক্তা লৌ লিংগনি মদুদা মতেং পাংবা লাকপীয়ু শকখঙ মায়খঙনসি হায়জরে। ৱাদু তাবদা শাম্বা নহা লমগানবা মপূক্লিং নুংঙাইনা ময়ূমদা হল্লক্লে।

হায়নখিবা নুমিৎ শুরদুনা য়াইদিংকোনুনা হৈথা-পোথানচিংবা নীংথিজনা লাংলগা মতাশিংগা লোয়নরদুনা মপাগী খারী লবৃক্তা লৌ লিংনবা কুম্লক্লে। শাম্বা নহা লমগানবসু মমান্নবশিংগা লোয়ননা মফমদুদা থুংলরে। লৈশাবী পাখঙশিংদুদি লৌ লিংবা হৌনখ্রে। অদুবু য়াইদিংকোনু অমদি লমগানবদি লৌরীদা ফম্লগা মপূক্লিংগী ৱা ফোঙদোক্লরি। য়াইদিংকোনুনা নিঙোলগী শাইনোন্দা চিল্লিবা ক্বাক্লে চরোংদু লৌথোক্তুনা লমগানবদা পীজরে। লমগানবনা মতম খরা ৱায়খোং

থুমখোংদা থুম শুংদুনা তরেৎ শেঞ্জা তাল্লুখিগে অদুগা ওল্লকপা চহীদা অফবা নুমিৎ থা য়েংলগা লৌন-লৈনশি হায়নরে। অদুগা ময়াম লৌ লিংমিন্নবদু য়াওররে। নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লবদা লৈশাবী পাখঙশিংদু থবক খুৎ থারগা হৈথা-পোত্থা চামিন্নদুনা ঙায়হাক পোত্থান্নরগা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখ্রে।

নোংমা য়াইদিংকোনুনা মশানা মেৎচবা লংবূন অমা পোলাংখোক্তা য়াল্লগা লংবৌ কনবদা পৌ তেক্কুনা অতেকপা পৌনা মকোক্তা থোমদুনা ৱান্থদুনা লৈমায়দা তাদুনা লৈরে। মচানুপীনা নাহেবগী মখোন তারকপদা মমানা ইমুংদগী চেন্থোরক্কুনা য়েংবদদি মচানুপীনা তাদুনা লৈবন্থা থেনরুদুনা লায়কন্নরে। য়াইদিংকোনুনা নাহেরকপদা লমগানবগী মমিংবু হঞ্জিন-হঞ্জিন পল্লকপদুদা লমগানববু কৌহল্লুবনা ফরে খন্নরদুনা নুপা অনীবু কৌরুনবা থাখ্রে। লমগানবগী মমঙদা মহাক্লা য়াইদিংকোনুগা হি তোংদুনা তৃরেল অমা লান্নমিন্নৈ। মদুদা হিরাক্লবদগী মশানৌনা ঈশিংদা লূপ্পুনা মাঙখি। মমঙগী থৌদোক্তু নীংশিংবদা মপূক্লিং তয়াং তশোয়বদগী মহাক্কী পাউজেল হূইবু মশানৌগী ময়ূমদা থাবকই। পাউজেল হূইনা য়াইদিংকোনুনা ময়ূমদা ওইবল্লিবা ফিভমদু উবদা তন্না লমগানবগী মনাক্তা চেলক্লগা হৌনা হৌনা খোংলগা লমগানবগী ফিজিদা চিক্কুনা চিংলবে। পাউজেল হূইগী মতৌদা মশানৌদু ফত্ত-নুংদা থোক্লগৱা চিংনরদুনা পাউজেল হূইগা লোযননা মশানৌগী ময়ূম তন্না লাক্লে। লমগানবনা ইথায চীংখোঙ য়ৌবকপদা মহাকপু কৌবা লাকপা নুপা অনীদুগা থেংনরে। মখোযগী মচীন্দগী যাইদিংকোনুগী পাউদু তাবদগী চেন্না চেন্না লাক্কুনা য়াইদিংকোনুগী ময়ূম যৌরক্লে। মশানৌগী মতৌদু উবদা থম্মোয় শোক্লা কপ্পক্লে। য়াইদিংকোনুগী মথৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদু লমগানবনা থাদোকউ কৌবা য়াদ্রে। লমগানবনা ময়ামদা হায়জবা মতুংইন্না পান্থে লৈত্রবা মীয়ামদুনা মী অনী চনবা কৃ অমা শাবগা শাবী-শানৌ অনীবু কৃদুদা পূন্না হাপ্লগা লৈরোন চনখি। পাউজেল হূইনা মোংফমদগী মথক্তা কুন্দুনা অসুম লৈবসি অচৎ-অওকশিংনা উন্নবদুনা ৱাবীনখি। মতম চাদনা অমং-থবৈ কুন্নকপা শাবী শানৌ-অনীগী থৱায়দুবু লৈনুং থোঙারেননা তাইবংপান্দা হল্লগা নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লুচো হায়না হন্না থাবিরকই। থৱায় অনীদুনা হল্লক্লগা মোংফম মনুংগী কৃদা য়াওরিবা হকচাংশিংদা চঙদুনা হিঙ্গৎলক্লে। কৃ মনুংগী মখোয় অনীনা ৱারী শান্নবদু পাউজেল হূইনা তাবদগী নিঙোল্লাকপগী ময়ূমদা চেনখিদুনা নিঙোল্লাকপ্লা অঙম্বগী ফিজি চিক্লগা চিংদুনা মোংফম তান্না পুরক্লে। অদুগা হৌনা হৌনা খোঙদুনা মোংফমদু খোৎলকপদুদা নিঙোল্লাকপা অঙম্বনা মোংফমদু খোত্তোক্কুনা য়েংলুবদা শাবী-শানৌ অনী কৃ মনুংদা অহিংবা

ওইনা লৈরম্নে। হায়রিবা মোংফম অদুবু 'মকুপূং' হায়না কৌনখি। শাবী-শানৌ অনীদু অৱাং-অপা লৈতনা মতম শাংনা পাল্লম্নগা মচা মশু থম্মদনা নোঙ্গাখি।

৮

## ৱাংলেন পূংদিংহনবা – চকপ্রম য়াইনু ফিশাহৈবী

ৱাংলেন পূংদিংহনবা কেগে খুম্বক্তা লৈবা মোইরাং ঙাংলৌ লাকপা অঙম্বগী মচানিপা ওইনা পোকই। চকপ্রম য়াইনু ফিশাহৈবীনা নিঙোল্লাকপা অঙম্বগী মচানুপী ওইনা পোকই। নিঙোল্লাকপা অঙম্বনা মনুং মতম চাদনা নোঙ্গাখিবনা চকপ্রম নিঙোল ফিশাহৈবীবু মমানা ৱানা চাওনবা য়োকচরকই। মশক-মতৌ চঙখোনবী, শাওং-শাবান ফজবী চকপ্রম য়াইনু ফিশাহৈবীনা তৌথোরকপা খুদিংমক ইপক্তা পকচৈ। মহাক্না শাবা ফিসু লৎ লৎ লাউবমখে নীংথিজে। মহাক্না শাবা ফিশিংদু মমানা খোয়োন কৈথেলদা পুরগা য়োনবদা ময়াম্না পাম্না লৈনবনা মোইরাং লৈবাক্তা খ্বাই পূম্বনা ফিশাহৈবীগী মমিং শোন্নে। ৱাংলেন পুংদিংহনবসু অঙাং ওইরিঙৈদগী পূং তিংবা পামজবা মীশক ওইরকপদা নত্তনা পূং তিংবদা হৈথোই শীংথোইবা অমসু ওইরকই। মহাক্না তিংবা পূংনা অতৈদগী মখোল হৌবা হেল্লি অমদি মখোল নুংশি। অদুনা মহাকপু পুং ৱাংলেন পূংদিংহনবা হায়না শোন্নে। নিংথৌ অমদি লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংনা তান্নরগা পূংজাউ অমা তিংলগা লৈবাক্কী শাবাও লানবাও চেন্ননবা লেপ্লখি। মোইরাং নিংথৌনা পূংদিংহনববু কোনুংদা কৌখৎলগা পূংজাউ অমা তিংনবা থবক শিন্নে। পূংদিংহনবনা লোইবী হাওখুন্দা চৎলগা পূং তিংননবা শউন শাবুম অমা লৌরুরগা মদু পুদুনা হল্লকই। লম্বীদা ফিশাহৈবীনা ঈশিং শোকপা থোরকপদা তাঞ্জা চান্নরুবদগী ওক্করুরে। অহানবা উনবমক্তদা শাবী শানৌ অনী মপূক্লিংদা অপাম নুংশি পোক্লখি। শাবী শানৌ অনীমক শকখঙ-মায়খঙনরবা মতুংদা মপূক্লিংগী অনীংবা ফোঙদোক্লরগা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখি।

মতম খরা পূংদিংহনবনা ফিশাহৈবীবু অমুক্তং উনগে খন্না খন্না তাঞ্জা চান্নদবদগী উনবা ঙমখিদে। নোংমসু নিংথৌনা পূংদিংহনবদা উকক মচা অমা পীরগা লৈবাক্কী নুঙাই য়াইফনবা পূং মচা অমা শান্নবা শীন্নে। পূংদিংহনবনা পূং মচা অমা শারগা নিংথৌদা শিন্নরবদা নিংথৌনা পূং মচাদুগী মমিং 'য়াইবুং' থোনবগা লোয়ননা পূং মচাদু কংলাগী পূংজাউদুগী মনুংদা হাপচিল্লগা 'কংলা য়াইবুং' হায়না মমিং থোল্লে। কংলা য়াইবুং অসি মহৌশাদগী শরুক তরা হেন্না হৌবা হেন্দুনা পূংখোনসি মোইরাংগী লৈকাই নিপান, যূম্লোন্নবা খুমন, লুৱাং

অমদি চীংগী লমশিং ফাওবা শন্দোকখ্রে। মোইরাং নিংথৌনা কংলা য়াইবুং অসিবু মনাইশিংদা ঙাক-শেলহন্দুনা থমখি। খুমন নিংথৌনা মনাই খুমন কাইরেম্ববু মোইরাংদা থারগা পুংদুগী মরমদা পাউ লৌহল্লুই। কাইরেম্বনা মোইরাংদগী হল্লক্লগা অঙকপগী মশক ওইরবা পুংদুগী মতীক-মগুণ পুম্বা খুমন নিংথৌদা তমজরে। পুং অদু লৈবদগী মোইরাংদা অশি-অনা থোক্লে, লৈত-লায়র কোক্লুনা অন্নাংপা লৈত্রে হায়বা পুম্বা অমত্তা চিখদনা তমজরে। মদু তাবদা খুমন নিংথৌনা মোইরাংগী কংলা য়াইবুং অদু খুমন্দা পুক্তবা য়াদ্রে খনখি। খুমন নিংথৌনা মোইরাংগী কংলা পুংজাউগী মনুংদা য়াওরিবা য়াইবুং অদু হুরাল্লুনবা খুমনগী অকনবা নুপা তরামঙাবু 'শাবল য়াংবা কাইনা তানবা' হিরেন তোংহন্দুনা মোইরাংদা থারকই। খুমনগী অকনবশিংদুনা অহিংদা লোক্তাক লান্দুনা মোইরাংদা লাক্লগা কংলা পুংজাউদু হোগাইদুনা মনুংদা য়াওরিবা য়াইবুংদু পুরগা খুমন মরমদমলোমদা মায়পাকপগী খোল্লাও লাউর লাউরদুনা হি হোন্দুনা হনখি। য়াইবুং হুরানখিবগী পাউসি য়াইবুং ঙাক্লিবা লোইশঙ মচাশিংনা মোইরাং নিংথৌদা হঙ্গৎলুরে। মোইরাং নিংথৌনা মোইরাংগী অকনবা নুপা তরামঙাবু 'লৈতাঙম্বা খরা পুংমায় লেপ্পা' কৌবা হিয়াং হিরেন তোংহন্দুনা খুমন মচাশিংদুবু তান্নহল্লকই। কাঙবু অনীদু লোক্তাক লাইখুপাৎ মোইরাং নুংজ্রেং পাত্তা থেংনদুনা অকনবা মওংদা লাম্বা তৌনরক্লে। লাম্থেংনবদা খুমনগী হিদু চেপথরকপদগী হিনুংদা যাওরিবা য়াইবুংদু ঈশিংদা তাশিনখ্রে। অদুদগীদি লাম্থেংনরম্বা কাঙবু অনীদু লাম্থেংনবা তোক্লুনা ঈশিংদা চোংথনদুনা য়াইবুংদু থিনবদা ফংবা লৈখিদ্রে। মমৈথংদা কাঙবু অনীমক নীংবা কায়না মরম মরমদা হন্নখি। য়াইবুংসিগী ব্রাহৌদগী মোইরাংশিংনা খুমনবু য়াম্না ব্রাবৌখি।

ব্রাংলেন পুংদিংহনবগী মতীক-মগুনা নৌনা কংলা য়াইবুং হঞ্জবা ওইরকপগী পাউ তাবদা ফিশাহৈবীগী মথম্মোয়দা পেজবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মতমসিদা নিঙোলাকপা অঙম্বনা শিন্দুনা কাং শান্নবা থৌরাং তৌরম্মী। কাং শান্নবদু খুনখাগী কাংখূৎনা চকপ্রম চনু ফিশাহৈবীনা লাংজৈ ওইগনি অদুগা খুম্বক্কী কাংখূৎনা মোইরাং নিংথৌগী মমোম লৈমা নিংথি তরেংবীনা লাংজৈ ওইগনি। পাউসি তাবদা কাং শান্নবদু য়েংনবা কেগেগী পাখঙ লৈশাবী পুম্বা কাংশঙদা লাক্লে। ব্রাংলেন পুংদিংহনবসু নীংখিজনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা মতম চানা লাক্লুনা ফিশাহৈবীনা শান্নবা কাংদু য়েংনবা ফিশাহৈবীগা মায়োক্লনা ফম্লরে। কাং শান্নবদি হৌরে অদুবু মশাবীনা মায়োক্লা ফম্লবদুদা চিংনা চিংনা য়েংনদুনা লৈরে। কাং শান্নবদু মপূক্লিং চঙউ হায়বা য়াদ্রে। ফনা কুইনা শান্নরবসু পাঞ্জল অমত্তা চন্নবা

ঙমদনা কাং শান্নবদু লোইশিল্লে। লৈমা নিংথি তরেংবীনা মনাইশিংগা লোয়ননা কাংশঙদগী থোরকপদা পুংদিংহনবগা মায়োক্লরুরে। অহানবা উবমক্তদা নিঙোল পূক্লিংদা অপাম-নুংশি পোক্তুনা লোইজা নিঙোল্লাকপা কৌশিল্লগা পুংদিংহনবগী মবমদা হংদুনা শীৎ শীৎনা খঙলবা মতুংদা মপূক্লিং পেল্লদুনা মরানয়ায়দা হনখি। পুংদিংহনবনা ফিশাহৈবী অমদি মশানৌগী চান্নজবী মতা লৈরিনুগা লাকমিন্নরে। ফিশাহৈবীনা পুংদিহনবদা মমানা কৈথেল কাখ্রিঙৈদা নাম্বা ইয়োংশঙদা উনশি ঙাইজরমগে হায়রম্লগা ময়ূমগী থোঙ্গাল য়ৌরক্তুনা লৈহৌরে। পুংদিংহনবনা নুমিদাংব্রায়রমদা ফিশাহৈবীগী ময়ূমদা লাক্লগা নাম্বা ইয়োংশঙদা উনরে। শাবী শানৌ অনীদু ব্রারী কয়া শান্নরবা মতুংদা চীংঙু থাংজিং পলেপ্লদুনা নুংশি পন্থুং য়ৌমিন্নশি ব্রাশক্লরে। ব্রায়থুংননি ব্রায়থুংনরোই খঙনবা পাখঙ মহাক্লা পুং অমা তিংবা অদুগা নিঙোল মহাক্লা ফি অমা শাবা লোইবা মানব্রা য়েংনসি হায়নরে। মদুদা মান্নরবদি মোইরাং থাংজিং হরাওবদা পুংদিংহনবনা তিংবা পুংদু য়ৈরগা ফিশাহৈবীনা শাবা ফিদু শেৎলগা থাংজিং লাইমাঙদা জগোয় শামিন্নসিসু হাযনরে। শিন্দানরসি হায়দুনা মাগী মাগী মশিন পায়নখ্রে। পুংদিংহনবনা পুং তিংবা লোইরকপা ফাওবা ফিশাহৈবীদি লং তৎমনবদগী ফি শাবদু ফিবুম ফাবা ঙমদনা লৈরে। লৈমা নিংথি তবেংবীনা মপাবুংদা হাযজবদগী মোইরাং নিংথৌনা পুংদিংহনববু কোনুংদা কৌখৎলে। অদুগা মহাক্লা নৌনা তিংবা পুং অদু য়ৈবগা মচানিঙোলগা থাংজিং লাইমাঙদা পূন্না জগোয় শামিন্নবা হায়রকপদু নিংথৌগী থৌজাল ওইববসু পুংদিংহনবদি য়াথং ওইবে। লৈবাক নিংথৌগী য়াথং ওইবনা নাম্থোকপা য়াদবদগী পুংদিংহনবনা পুং য়ৈরগা লৈমা নিংথি তবেংবীনা জগোয় খুৎথেক শুনা মোমোন মোমোন নোক্তুনা শারক্লে। মদু উবদা লৈবাক পুম্বনা ফজৈদা হায়না থাগৎনবকপদু ফিশাহৈবীগী মতারোয লৈশংনু তাবা ঙমদ্রে। অদুনা লাইবুংদু থাদোক্তুনা মতা ফিশাহৈবী ময়ূমদা লাক্তুনা ব্রাদু তল্লরে। অদুক লুনা থাংজিংবু পলেপ্লদুনা তিংখিবা পুংবু থাংজিং লাইমাঙদা য়ৈরগা লৈমা নিংথি তরেংবীগা মশাবীনা জগোয় শামিন্নহৌরে তাবদা ফিশাহৈবী মপূক্লিং ফাথবা ঙমদ্রে। মনাক্তা থল্লিবা ফি কক্লবা হৈজ্রাং অদুনা ফিরাক খাইদুনা মতোমদা মথব্রায় থাজরে। পুংদিংহনবনা জগোয় লোইরগা মশানৌনা ফি শাখিবদু ফিবূম ফারব্রা য়েংগে খন্না লাকপদদি ফিশাহৈবীগী মথব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংদু তাদুনা লৈবল্লে। পুংদিংহনবসু ফিশাহৈবীনা থিংজিন্দুনা শিজখিবা থাঙদুমক্লা মতোমদা থিঞ্জিন্দুনা শিজখ্রে।

৯

## ঙানবা- শংলৌলেম্বী

কেগে হিগা লৈকাইদা লৈবা নিংথৌগী য়েথাং ওইরিবা লাংলেনহনবা অঙম্বনা ঙারুংহনবা ফমথোন কারকপগী নুংঙাইরিঙৈসিদা মশেক মঙাল নাইবা মচানুপা অমা ফংজরে। অদুনা মচানুপাগী মমিং ঙানবা থোল্লে। ঙানবনা ষণশেন ষণঙাক ঙল্লকপা মতমদা মপাবুং লৈখিদে। অদুনা মমা লাংলেনহনবীনা মচাবু চাওবা কাংদোং ফানবা য়াম্না ৱানা য়োক্লকখি। মতমসিদা মোইরাং ঙাংলৌ লৈকাইদা লৈবা অঙম্বগী মশাইগোন্দসু মমোম অমা ফংজদুনা মমিং শংলৌলেম্বী থোন্দুনা য়োকচরে। মমা মপানা লুনা চান্না য়োকচরকপী শংলৌলেম্বীনা লৈশাবী ফারকপা মতমদদি মতীক-মগুণ লৈবী মশক মতৌ চঙখোনবী লৈশাবী অমা ওইনা লৈবাক্লা শকখঙনরক্লে। হায়রিবা মতমসিদা মোইরাংগী থুমখোং মাপন কংখিবদগী লৈপাক অৱাবা তারে। চকপা লম্লাং মাইবীনা লাইমাঙ ফমদুনা চীংঙু লাইবাও লৌরুবদা পু-পাং শুদবা কেগে লমজা অমবু থুমখোং ঈবাৎলবদি থুমহী থোক্লক্কনি খোইয়ূম মপাও পীবিরক্লে। কেগে নৌবেনহনবনা মমাঙঙৈগী ঙাকংহনবা ফমথোন কারমদায়দা লাংলেনহনবগা মালোম থম্নখিবদু নীংশিংলক্লে। মপা হাক্তক্তা লমন খুন্বা ঙমহৌদ্রবসু ঙানবগী মথক্তা লমন খুমগে অদুগা হয়েং মচানা ফমথোন কাবদসু য়েৎপা লৈতনবা খল্লক্লে। মোইরাং নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌশিংনা মমায় লাংশিন্নদুনা লৈবিঙৈদুদা নৌরেনহনবনা নিংথৌদা খুরুম্নগা নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা কেগে লমজা মচা অমা মশামক্লা থুমখোং ইরাৎনবিয়ু হায়না চোংথোকহনগনি হায়জরে। মদু করিগুম্বা ঙমদবা থোক্লবদি নৌরেনহনবা মশামক থুমখোং ঈরাৎনবিয়ু হায়দুনা লৈবাক মাঙদা ৱাশকখি। লাংলেনহনবীনা পাউসি তাবদা মপুরোইবা হাক্তক্তা য়ান্নখিদবা অদুগী মালোম মখাক্লি খঙবদগী মচাগী মথৱায় কন্নবা পীক্লিবা মচা ঙানবা পুদুনা মপুরোয়বগী মতাও শগাং নিংথৌগী মশাইগোন্দা শৈদাংদুনা লৈখি। কেগে নৌরেনহনবনা ঙানববু থিবদা ফংদ্রদুনা হায়নখিবা নুমিৎ শুরদুনা মশাগী ৱাশক ঙাক্তনা থুমখোং ইরাৎহনখি। কংলুরবা থুমখোংশিংসু নৌনা থুমহী থোক্লক্লবদা লৈবাক্লী অৱাবা কোকখি। নৌরেনহনবগী ঈনা থুমখোং ঈরাৎনখ্রে হায়বা পাউসি তাবদা লাংলেনহনবীনা মচাগী য়েক্ল-তিংখং লৈত্রে হায়না হৱাওজরে। অদুনা মপুরোইবগী মতাও শগাং নিংথৌবু নুংশিনা বিদায় পীরম্লগা ময়ূম মোইরাং লৈবাক্তা হল্লক্তুনা পূক্লিং লৈতানা লৈখি। ঙানবনা চাওবা শারেপ ফারকপা মতমসিদা নোংমা মহাক্লা লোক্তাক খোংবান্দা চখোরকই। নুমিৎসিদা মোইবাংগী চনু নিঙোলশিংনা ঙা ফামিন্নবা থেংনরুরে। ঙা ফামিন্নরিবশিংগী মরক্তা য়াওরম্বী শংলৌলেম্বীগা

শকখঙ-মায়খঙনরে। অহানবা উন্নবমক্তদা শাবী-শানৌ অমীমক অপাম নুংশি পোক্লদুনা লৌনসি লৈনসি হায়না শরী ৱাশক্লরগা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখি। ঙানবা শংলৌলেম্বী অনীনা শরী ৱাশক্লখ্রে হায়বসি তাবদা শংলৌলেম্বীবু মহাক্কী ওইজগে মতম কয়াদগী মঙ মঙজরক্লিবা কেগে নৌরেনহনবগী মচানুপা নোংলৈখোম্বগী মপূক্লিংদা ঙানববু য়েকখি। শংলৌলেম্বীনা নোংমা থাংজিং লাইমাঙদা জগোয় শারুরগা ঙানবগা লোয়ননা ময়ূমদা হল্লকই। নোংলৈখোম্বনা মখোয় অনীগী মতুং ইন্নদুনা লাকই। শংলৌলেম্বীনা মাগী থোঙ্গাল য়ৌরদুনা ময়ূমদা চঙলমদায়দা নোংলৈখোম্বগী মমাঙদা তৌগে মতাগুম নিঙোলগী নাপ্পদা চিল্লিবা লৈগী নাচোমদু মখূৎনা লৌথোক্লগা ঙানবদা লাম্থোরকই। ঙানবনা নাচোমদু লৌরগা মনম নমগে থাঙ্গৎলকপদা নোংলৈখোম্বনা ঙানবগী মখূত্তগী নাচোমদু মূল্লগা লৈমায়দা থাদরগা মখোঙনা লৈ নাচোমদু নৈখায়খি। লুজদবা মতৌদুদা শাওরবা ঙানবনা নোংলৈখোম্বগী মখজায়দা খূবাক্লা থাববদা নোংলৈখোম্বা ইকায়বা নংখি।

ওল্লকপা কুমদু নোং চুদবদগী কুম কাংদুনা ফৌ অমত্তা লোক্লদ্রে। লোক্তাকসু ঈশিং কংখিবদগী ঙা অমত্তা ফাবা ফংনদ্রদুনা লৈবাক অৱাবা ওইরে। অমাইবী হঞ্জবীনা লাইমাঙ ফমদুনা চীংঙু লাইবাও লৌরকপদা নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা লোক্তাক্তগী ঙারম চামা ফাদুনা থাংজিং লাইদা কৎলবদি লৈবাক্কী অৱাবা কোক্কনি খোইয়ূম লাইবাও পীরক্লে। মোইরাং নিংথৌনা লোইশঙ মচা মযাম লোক্তাক কুমহন্দুনা লেমলৈ ফাহনবদা ঙাশিং শুবা ঙমদ্রে। মথৱায় ৱাববা নিংথৌনা কনাগুম্বনা ৱাৎলিবা ঙাশিংসি শুনবা ফাদুনা পীবা ঙম্লবদি লৈবাক্কী ফমথোন নাইহনগনি অমদি মনাসু চাওনা পীগনি হায়না লৈবাক মাঙদা লাওথোক্লে। নোংলৈখোম্বনা নিংথৌগী মনা-মথুম অমদি ফমথোন পাম্বদগী অৱাৎপা ঙারমশিং ফানবা হোৎনরুবদা মায় পাকখিদে। ঙানবনা লৈবাক নিংথৌগী অৱাবসি কমদৌনা কোকহনসিগে খন্দুনা মমাগী মফমদা হংজরম্মী। মমানা মপুবোইবগী মরূপ কেগে পাখঙলাকপবু নীংশিংলক্কুনা মচাবু পুরগা কেগে অঙম্বসিগী ময়ূমদা লাকখি। লাংলেনহনবীনা মচানা নীংজরিবদু পাখঙলাকপদা হায়জরে। পাখঙলাকপা অঙম্বনা মচা ঙানববু লৈবাক মাঙদা লেন্নরগে খনখি। মহাক্লা ঙানবদা চীংঙু লাইরেন পাখঙবগী শাইওন পাউবীলাইগী য়াথোকফমদা হৈরম লৈরম শুনা কৎলগা লাইৱা-তীনৱা শোন্দুনা খয়োম লাক্লবদি অৱাৎপা ঙারম শুনা ফাবা ঙমগনি তাকপীরে। পাখঙলাকপা অঙম্বনা তাকপীরকপা মরম অমত্তা কায়দনা পাংথোক্লগা খয়োম লাক্লে। অদুগা থাংজিংবু চেৎনা নীংজরগা

পাউবীলাইগী মশাইগোন লোক্তাক পাত্তা লেমলৈ ফারকপদা অৱাৎপা ঙারম তরাদু ফাবা ঙমদুনা মপু নিংথৌদা কচ্চরে। নিংথৌনা মপূক্লিং পেল্লদুনা ঙানবগী মফমদা ঙারুহনবা ফমথোন থিন্দোকপীরে। ঙাশিং শুরবদা অমাইবী হঞ্জবীনা চীংঙু থাংজিংগী খুয়াদা কচ্চরবদা খোইয়ুম মানা পেনবিরদুনা নোং চুরক্লে। অদুদগীদি কেগে মোইরাং লৈবাক মহৌশাগুম্না অৱাৎ-অপা লৈতনা নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লে।

মচানুপা ঙানবনা ঙারুংহনবা ফমথোন ফংলবদা লাংলেনহনবীসু শেৎপা চাবা মনীং থুংদুনা মীরক তিঞ্জবা ঙম্লক্লবদা হায়নীংঙায় লৈতনা পেঞ্জরে। অদুগা মচা ঙানবগী মমৌ অমা থিবিরগে খন্না মচাদা ৱা হৌদোক্লবে। ঙানবনা মমাদা মহাক্না শংলৌলেম্বীগা শকখঙনখিবা অমদি শরী ৱাশক্লখিবা পূম্বা ৱারী লীদুনা তাহল্লে। লাংলেনহনবীনা নোং হেক ঙানবগা কেগে পাখঙলাকপা অঙম্বগী ময়ূমদা চত্তুনা পাখঙলাকপা অঙম্বদা মচানিঙোল শংলৌলেম্বীবু মমৌ ওইজরগে হায়না নীজরুরে। পাখঙলাকপা অঙম্বনা নোঙ্গাপ্রবা মরূপ লাংলেনহনববু নীংশিংলক্তুনা মচানিঙোলবু পীরগে য়াবিরে। অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা অহল লমন তানদুনা হৈজিং খরায় পুরগা ঙানবা শংলৌলেম্বী অনী লুহোংবিরে। মপূক্লিংনা তাজবদু থোক্লবনিনা শাবী-শানৌ অনীমক হায়নীংঙায় লৈতনা মপূক্লিং পেঞ্জবগা লোয়ননা নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লে। নোংলৈখোম্বদি লৈবাক মাঙদা চাং তাহৌবদগী লাইমন ওইদুনা তাঞ্জা হেক ফংবদা লমন খুমগে খনখি। ঙানবনা চীংদা লোইপোৎ থৌবা চৎখ্রিঙৈদা নোংলৈখোম্বনা লৈকাইগী ফত্তবা নুপী খরদা শেঞ্জা পীদুনা শংলৌলেম্বীনা চান্নবা পোত্তা হু হাপচিনবিরে। মদু চারুবদগী হুগী মৈচাক খাঙবা ঙমদনা শংলৌলেম্বী শিখি। চীংদা লোইপোৎ খোমজিন্নবা লৈরিবা ঙানবগী মফমদা ফত্তবা খুদম ফংবদগী খোঙমী লাম্মী পূম্বা থম্ললগা ময়ূমদা থিন্দনা হল্লকই। ময়ূমদা মশানৌনা চংবী লফু মতুপ মোনখাঙনদুনা লৈরম্বদু উবদা খাঙবা ঙমখিদে। শংলৌলেম্বী করম্না শিখিবনো হায়বা থিগৎলকপদা লৈকাইগী নুপীশিংগী মচীন্দগী নোংলৈখোম্বগী অরোনবা খূজিলনি খঙখি। ঙানবনা নোংলৈখোম্বু থিরকপদা লোত্তুনা লৈরম্বা থেংনরে। মখোয় অনী অকনবা মওংদা লাংম্ভেংরবা মতুংদা মায়থীরবা নোংলৈখোম্বগী মঙক ককখি। ঙানবনা নোংলৈখোম্বগী অককপা মকোক অদু শংলৌলেম্বীগী অশিবা হকচাংদুগী মতম্বাক্তা থম্লে অদুগা ঙানবনা মশাগী মখ্বাংদা য়াল্লিবা থাঙনা মদোম থিঞ্জিন্দুনা শিজরে।

১০

# খম্বা- থোইবী

খম্বগী অপোকপা, অপোকপীগী মমিংদি পুরেম্বা অমদি ঙাংখলৈমা কৌই। খম্বগী মচেম অমা লৈ মমিংনা খম্লু কৌই। খম্বনা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা মপা পুরেম্বনা ৱাশক অমগীদমক শিবা তারবদা মচেম খম্লুবু চাউবা নোংথোনগী মচানুপা ফৈরোইজাম্বগীদমক মমৌ ওইনবা শিন্নরম্মী। খম্বা,খম্লু মচীন-মৌপ্পাবু মতাও থোংলেন অমদি চাউবদা শিন্নরল্লগা পুরেম্বা শিখি, পুরেম্বনা শিখ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা ঙাংখলৈমসু নোঙ্গাখি। মমা মপা লৈত্রবা মচীন-মৌপ্পাবু থোংলেননা মচা শক্লা নায়োক নাওকোনখি। অদুবু থোংলেনগী ময়ূমদা লৈবদা খম্বনা পংকপ্তা কপ্পদগী মচেম খম্লুনা মৌপ্পাবু ময়ূমদা পুদুনা হল্লক্লগা লৈকাইদা শিল্লংদুনা অমদি চাক্লি-ফিনিদুনা য়োকচরকই। লাইগী নোংদমদগী মচীন-মৌপ্পাগী অৱাবদু থোইনা কুইখিদ্রে। মপাগী চীংগী মতাও কবুই শলাং মাইবনা মচীন- মৌপ্পাবু লৌবিরদুনা শলাং খুন্দা পুরগা নুংশিনা লুনা-চান্না য়োকপীরকই। মফমদুদা চহী কুন লৈদুনা খম্বনা পাখঙ ফারক্লবা মতমদা মচেম্না মপা কবুই শলাং মাইবদগী অয়াবা লৌরগা মোইরাংদা হল্লক্লুনা মপাগী ময়ূমদা লৈখি। মোইরাংদা লৈররবা মতমদা খম্লুনা শিল্লংদুনা মচীন-মৌপ্পা হিংনবা হোৎনরকই। খম্বনা মচেমদা মহাক পোখারো মৌপ্পা পাঙ্গল চাওরে, হায়জদুনা য়াহল্লগা শিল্লংবা থোরকই। খম্বনা নুংঙাই- য়াইফবা ইমুং থিরকপদা ৱাঙ্গোন নিংথৌগী ময়ূমদা খঙদবদগী থবক শুগে চঙলুই। মতমদুদা ৱাঙ্গোন নিংথৌদি মাঙ্গোলগী ফমেন্দা খুদোং ফাদুনা ফম্লি অদুগা মমোম লাংলেন থোইবীনা মাংশোক উখোকতেন ময়াদা ফম্লগা শমুক মাঙদা থাদুনা ফনেক লোল্লি। অদুগা মনাই শেনুনা মবেম্মগী মনাক্তা ফমদুনা কাব্রং লংজা মচা খাইদোক্লি। ৱাঙ্গোন নিংথৌনা মমায় হাইগৎলকপদা খম্বনা লেপ্পুনা লৈরম্বদু উরদুনা কনানো হংবিরকই। খম্বনা খুম্লকই 'পল্টৌ ইনাকখুনবা! ননাই লমজা শীল্লংবা লাকচবনি'। খোঞ্জেলদু তাবদা থোইবী শেনু অনীনা নোক্লিংবা খাঙলগা কনানো য়েংথোরকপদা খম্বগী শক্তম উরুবদা শুক্কৎখি। খম্বা মহাকসু থোইবীগী মায়থোঙদু উবদা মশাদু তু চুংখিবা খঙহৌদে। ৱাঙ্গোন নিংথৌনা হংবিরকপা মতুংইন্না খম্বনা মহাক মোইরাংগী খুন্দোন্দা লৈ অদুবু পীক্লা মমা মপা কায়নখিবনা মখোয়গী মমিংদি খঙহৌদ্রে খুমজরে। ৱাঙ্গোন নিংথৌনা মহাক নিংথৌগী মনাও ইবুংঙোনি তাকপীরবদা খম্বনা খঙদবনা থৌগল্লোন কাইবা ঙাকপীনবা হায়জরে। মনাও ইবুংঙোনা খম্বদা নুমিত্তুগী ওইনা ষণশেন্নবা থৌদা পীবিরে।

মনাও ইবুংঙোনা থাদোকউনু হায়বা মীনা লাক্লবা ঙমদ্রবা ষঙ্গোন্দা কোম্ফে থাদুনা থল্লিবা অঙাওবা 'খুরুম ষণবু' খম্বনা নুংশিদুনা ষণ ময়াম থাদোকপদা য়াওশিল্লুরে। খুরুম ষণনা মমৈ ফিরান শাদুনা চেল্লকপদা লম্বীদা চৎনরম্বা মী অমদি ষণজাবুংদা চারম্বা ষণ পূম্বা কায়দুনা চেন্নরে। মদু উবদা খম্বনা নুংঙাইরদুনা ষণ অদুবু ময়াংলেন্দা চৈনা কন্দুনা লাক্লবা মতুংদা শজিক ঙায়হাক চাজনবা শঞ্জাবুংদা থাদোকপীরে। অদুগা নুংঙাইনা উরুম অমদা ফম্লগা ষণগী মওং-মতৌ য়েংদুনা পোত্থাদুনা লৈরে। খুরুম ষণ উবদা মীয়াম কাইদুনা চেন্নরবদা শঞ্জেনলোয়শিংনা নোংবান্দা পাউ তম্লরে। নোংবান্না খম্বগী মনাক্তা লাক্তুনা চীন্দা পাউদানরক্লে। খম্বগী চাওথোকপা মতৌদুদা খরা খঙহনগে হায়দুনা নোংবান্না খম্বদা মূক্লা শান্নসি হায়রে। খম্বনসু য়ারক্লদুনা মূক্লা শান্নবদা খম্বনা নোংবানবু মূক্লা থারে। খুম্বক মচাশিংনা পেল্লদুনা মখোয়গী মশাদা ইল্লিবা ফিশিংদু খম্বদা থারে। নুমিৎ অদুদা নোংবানদি ইকায়বা নংহৌরে। মনাও ইবুংঙোগী যাথংনা খম্বনা খুরুম ষণবু মঙক্তা কোঙ্গোয় থুদুনা পুরকপা উবদা মনাও ইবুংঙোনা খম্বগী মতীক মথৌনা খঙদুনা নুংঙাইখি। মনাও ইবুংঙোনা খম্বদা চেঙকোক মাপলবু মহাক্লা ইল্লকপা মরাক তায়বা ঙাবোংনা থাউ শাদুনা হাপচিনহল্লে অদুগা মাইরেন অমসু থোইবীনা পীবিদুনা তোপশিনহল্লে। মদুগা লোয়ননা ফূরিৎ শাইগকপা অমগা ফৈজোম অমগা হাপ্পীরে। খম্বনা মনাও ইবুংঙোবু খুরুম্লগা চেঙপোৎ অদুগী ময়ায়দা য়ূম্বী অমনা নমথদুনা নম্পোৎ শারগা ইয়াং যাংনা মরেংবান্দা থোঙ্গৎলগা চৎখ্রে। থোইবীনা থাংজিংগী মফমদা শকখঙদবা পাখঙদুগা লৈপূন খয়োম লাকপিয়ু অপাম-নুংশি ৱায়থুংনজগে হায়না নিজহৌই।

খম্বনা চেঙপোৎ লেংথোংনরদুনা ময়ূমদা লাক্লগা মাঙ্গোলদা থাবরে। খম্নুনা মৌপ্পাদা কদায়দগী চেঙয়াম্নো হংলক্লবদা খম্বনা মনাও ইবুংঙোগী ষণ শেল্লুবগী পীরকপনি খুম্মী। তাল্লকসিদা খুম্বক মচা ষণশেনলোয়শিং লাক্তুনা চহী তরেৎ মনম লৈবাক তারক্লিবা নোংবানবু খম্বনা মূক্লা থারম্বগী নুংঙাইবা ফোঙদোক্লরে। ৱাদু তাবদা খম্নু পাখৎখ্রে অদুনা ষণশেনলোয়শিংনা হন্নখ্রবা মতুংদা খম্ববু অমুক হন্না ষণশেনবা চৎপা য়াদ্রে হায়না থিংখ্রে। খম্বনা ষণ শেল্লুবগী অহিংদুদা খুরুম ষণদু ষঙ্গোনগী কোম্ফে থুদেক্তুনা চৎখিবদগী অমুক থিবা খঙখিদ্রে। খম্বনা শিল্লংবা লেপখ্রবদা থোইবীনা মশাবীগী শক্তম উজবা ফংদ্রদুনা তুম্বা চাবা চঙদনা লেল্লকপনা থাবুম অমা ফারক্লে। খম্বনা থাংজিং চীংজাও কাদুনা শীং চল্লুরগা মদু মচেম খম্নুনা কেগে অউন কৈথেলদা য়োল্লি। মদুদদগী ফংলকপা

তরেৎ শেঙ্গানা মচীন মৌপ্পাগী শেৎন-চানবা ওই। নোংমদি খম্নুনা য়োঙ্গরিবা শীংজাদু কনানসু লৈবিদবগী মথন্নায় ব্রাদুনা লৈরিঙৈদা থোইবী শেনু অনীনা নুমিদাংব্রায়রমগী হৈজিক লাংবা ওইনা অচা-অথক লৈরুসি চখোরকপদা থেংনরুরে। চহী মতাং নত্তনা শীংজা য়োল্লিবী খম্নু উবদা থোইবীনা নুংশিরদুনা মতা শান্নসি হায়বিরে। খম্নুগী মশক-মতৌ উবদা খম্বগী মচেম ওইরম্বা য়াই হায়নসু খনখি। থোইবীনা খম্নুনা য়োল্লিবা শীংজাগী মমল পীবিরগা শীংদু লংথোকখ্রে। খম্নুগী ফিরোই ফিঙাম ব্রাত্তনা লৈবিবতা নত্তনা মহাক্কী মৌপ্পা অমা লৈ হায়বদুগীসু ফৈজোম ফুরিৎ লৈবিরে। অদুগা মতা শান্নরবনিনা ময়ূম খঙখিগে হায়রদুনা ময়ূমদা লাকমিন্নবদা খম্বনা ময়ূমদা লৈরম্বদগী থোইবীনা খম্ববু উজবা ফংদুনা নুংঙাইজখি। থোইবীনা খম্নুবু ময়ূমদা পুরক্কুনা মপাবুং ব্রাঙ্গোন নিংথৌ অমদি মমা তরামাথোইগা শকখঙ-মায়খঙহল্লে। থোইবীনা খম্নুগা হরাওনা চামিন থকমিন্নরবা মতুংদা মৌপ্পাগী চাক্লুক অমা নীংথিজনা শেম্বীদুনা খম্নুদা পীরগা থিন্দোকপীরক্লে। খম্নুনা চয়োম পুরগা ময়ূমদা হল্লক্লগা মৌপ্পাবু পীজ পীথক তৌজরে। নুমিত্তুগী অহিংদা থোইবীগী মমঙদা খম্ববু উরম্মী। মদুগী মতুংদা থোইবীনা খম্ববু মতম শাংনা উন্নবা ফংখিদ্রবদা খূৎজিন হৈবী থোইবীনা উন্নবা লম্বী য়েংলক্লে। শজিবু লাকয়েন কিশি তাইবা কোংবা লৈথোং ফাৎপগী থৌরম লোইখিবগা নৌমরোলশিং লোক্তাক্তা ঙা ফারগা চাক চান্নরগা নিঙোল্লাকপগী কাংশঙদা খুম্বক-খুনখাগী নিঙোলশিং কাং শান্নজগে হায়না মপল নিংথৌদা হঙ্গৎচরে। মপল নিংথৌনা হরাওনা য়াবিরকপগা লোয়ননা নুমিৎসিদা নুপা অমত্তা লোক্তাক কুম্বা য়ারোই, মদু ইন্দ্রবদি মপুগী চৈরাক ফংগনি হায়না শগোল পাউ চেন্দুনা লাওথোকখ্রে। থোইবীনা মনাই থারক্কুনা খম্নুবুসু লেম্লে তানবা য়াওদবা য়াদে হায়বা পাউ পীহনখ্রে।

হায়নখিবা নুমিৎ অসিদা কেগে লৈমরোলশিং ঙম্না হি তোংদুনা ঙা ফাবা কুম্নরক্লে। খম্নুসু মৌপ্পাবু ময়ূমদগী চখোক্তনবা হায়রম্নগা লোক্তাক খোংবান্দা লাক্কুনা থোইবী, শেনু অনীগা থেংনরে। খম্নু মপু মনাই অমসুং মতাশিংগা লোয়ননা হি তোংদুনা ঈথিং চীংখোঙ থমংখোং য়ৌরকপদা ময়াম পূম্নমক ঈনফম শেমদুনা ঈন চিংবা হৌনখ্রে। থোইবীনা মনাই শেনু পুদুনা থাঙ্গ নিংথৌগী চীংমৈ ঙাখা লৈবা চীংজিন্দা লাক্কুনা মফম অদুদা ঈন চিংবা হৌরক্লে। মচেম্না ময়ূমদগী চখোক্কনু হায়দুনা থম্লম্বা খম্বদু মচেম্না কেগে লৈমরোলশিংগা লোয়ননা ঈন চিংমিন্নবদু য়েংনিংলক্লে। অদুনা লাইহল্লি তূরেলগী হিদেন্দা লাক্কুনা লুকায় হি অমা তোংলগা ঈথিং চীংজিন তম্না হি হোল্লক্লে। থমংখোংগী

নোংচুপথংবদা ঈয়ায়দা তাওবা ফুমজাও অমনা মমাঙদা থত্তুনা লৈখ্রে। অদুনা কেগে লৈমহ্নৌলশিংনা ঈন চিংলিবদু উবা ফংদ্রে। মরমদুনা খম্বনা খোংনাং পাম্বী অমগী মথক্তা কাখত্তুনা য়েংবদা ঈন চিংলিবদু উরে। খম্বনা হি তোংদুনা ঈয়ায়দা শম্লকপদা খঙহৌদনা অকনবা নুংশিং শীৎলক্তুনা মমাঙদা থৎলম্বা ফুমজাওদু হুমদোকখিদুনা থোইবীনা ঈন চিংবদু উরে। খম্বনা তোংলিবা হি অদু হিমায় চুম্বা ঙমদনা থোইবীগী ঈন মথক্তা থৌজিনখিদুনা হঙ্গেন তেকখ্রে। থোইবীনা শাওশিন্নদুনা হঙ্গেন থুদেকপগী দন্দি পীগনি হায়দুনা কিহল্লবদা খম্লুনা মহাক্কী মৌপ্পানি হায়দুনা তঙায়ফদ্দবদগী মশক তাক্লে। নুমিৎসিদা খম্বা থোইবী অনীনা থমংখোংগী খোংজিন ঙারমপাৎকী ইচিন্দা অপাম-নুংশি ফোঙদোক্লদুনা লৌনশি-লৈনশি য়ান্নদুনা নিঙোলগী ঙকশমদা শীরিবা শনরিক খোংদ্রুম শাবী মচূম থত্তুনা রাশক্লখি। নুমিদাংৱায়রম ওইরক্লবদা ময়াম পূম্নমক ময়ূম ময়ূমদা হি তোংদুনা হন্নখি।

লোইজা নিঙোল্লাকপগী কাংশঙদা কাং শান্নগদবা নুমিৎ অসিদা খম্লুনা মৌপ্পাবু ময়ূমদগী হেন্দোক্তনবা হায়রম্লগা মফি মরোল শেৎ চারদুনা কাং শান্নবা লাক্লে। লৈশাবী পাখঙ শঙ্গু শঙ্গুনা কাং শান্নবা য়েংবা লম্বীদা চৎনরিবদু উবদা খম্বসু কাং শান্নবদু য়েংনিংবনা মপূক্লিং লাংলক্লে। তাঞ্জাসিদা খুম্বুক পানা মকোক তারী নামোইজাম্বনা কাং য়েংবা চৎলুসি হায়দুনা খম্ববু হৌবা লাক্লে। খম্বনা মচেনা উখিদনবা ঙাবোং অমা ইনশিল্লগা ময়াম্বা নামোইজাম্বগা লোয়ননা লাক্তুনা কাংশঙদা চঙদুনা কাং শান্নবা য়েংলরে। খুম্বুক্কী কাংখূৎনা ৱাঙ্গোন নিংথৌগী মচানিঙোল থোইবীনা কাং তোংই। অদুগা খুনখাগীনা অঙোম নিংথৌ খুম্বৌবা খম্ব্রাকপগী মচানিঙোল মমা খুবাইলৈমনা পোকপী নোংবানগী মচল তোরোনা কাং তোংই। থোইবী তোরো অনীনা মাগী মাগী কাংখূৎকী মকোক্তা ফমদুনা কাং শান্নবা হৌরে। কাং শান্নরিবদু ময়েক শেংনা উবা ফংনবা খরা খরা অসুম চৎখৎলকপদা খম্বা মহাক্তি মনীংদগী মমাঙ কারক্লে। মদুনা খম্ল অমদি থৌইবীনা মশক উখ্রে। থোইবীনা চেকফৈ কাপ্লকপদা কাং অদু থরো থরো ওন্দুনা লাক্লগা কাংখিন্দগী পান্দনা খম্বগী ঙবোং মনুংদা চঙশিনখিবদু থোইবী শেনু অনীনদি উহৌই। থোইবী শেনু অনীনা মজাইবেম্মগী সনানা হাজং য়ৈবা লুপানা কোঙ্গোল থিনবা মখূৎসু কাং মাঙখ্রে হায়দুনা হায়রক্লবদা ময়াম পূম্নমক পূম্লাং লাংনরে। নিঙোল্লাকপনা ময়াম পূম্নমক হৌগৎহল্লগা মফি কলহন্নবদা খম্বদি ফমফমদগী হৌগৎলু হায়বা য়াদ্রে। খম্বনা শাওদুনা মমৈথংদা হৌগৎলকপদা মহাক্কী ফিনুংদগী কাং তারক্লে। মদু উবদা মরনায় ওইনা নোংবান্না শাওদুনা 'কাং

হুগে তৌরিব্রা' হায়রুবদগী ৱা য়াম্নরক্কদৌরে হায়বা থোইবীনা উরে। অদুনা মহাক্না কাং কাপ্পদা শোয়দুনা য়েংজরিবা মীগী ফিরুমদা কাং চঙখিবা ওইরিনি। মদুদা মহাক্কী করিসু মরাল লৈতে হায়না নিঙোল্লাকপদা হায়বদগী লাংনরম্বদু ফখি। নোংবান্না মথৌ লৈতনা চোংলুবগী ইকায়বা নংখি।

চাউবা নোংথোম্বনা মপু মোইরাং নিংথৌগী মফমদা কুমগী পানা কাংজৈ শান্নহন্দুনা লৈবাক কুম্মৈ ওইহনসি হায়না ঙঙ্গৎচৈ। মপু মোইরাং নিংথৌনা খুন্থক পানানা খরা খজিক শোনবনা মনাও ইবুংঙোনা তাংজ মরু লুরুক্লবদু য়েংবা নুংঙাইতবতনি। অদুনা ৱাঙ্গোন নিংথৌগা তান্নরগা ফনবা শীল্লু তাকপীরে। চাউবনা চৈরাপ্তা লাক্কুনা ৱাঙ্গোন নিংথৌদা হঙ্গৎচরে। ৱাঙ্গোন নিংথৌনা খুনখাগী পানাগী নোংবানগা লাম্বা পাবীনবা লৈতদুনা কুম্মৈ মপূং ফাদবসি য়েংবা নুংঙাইতে হায়রক্লে। লৌশিং চাওবা চাউবনা অনৌবা নহাশিংগী মরক্তা অফবা কাংজৈবোয় কয়া য়াওরম্বা য়ারে হায়জরবদা ৱাঙ্গোন নিংথৌনা চাউবদা পানা কাংজৈ শিনবগী অয়াবা পীবিরে। চাউবনা মথংগী নুমিত্তা পানা কাংজৈ শান্নগনি হায়না লৈবাক শীন্না লাওথোক্লে। খম্বসু পাউদু তাবদা কাংজৈ শান্নবদু য়াম্নমক য়েংনিংলম্মী অদুবু মচেম্না চৎপা য়াদে হায়দুনা থিংবিবে। চীংখুবনা কোনুংদগী কুম্লক্লগা মায়থোঙ লাংশিন্না ফম্বদু থোইবীনা উরদুনা মপাবুংগী মনাক্তা চঙলক্লগা মরম হংজৈ। মপাবুংগী পানানা চহী তরেৎ থংন-থংননা পানা কাংজৈ, মূক্না, লমজেন পূম্বদা খুনখা পানাগী নোংবানগী মখূত্তা খুন্থক পানানা মায়থীবা নংবদু কুমশি অসিদসু থোক্লগদ্রা খনবদগীনি তাকপীরকই। অদুগা হন্দক্তি মহাক কাংজৈ শান্নবদু য়েংবা চৎলরোই হায়রদুনা মচানিঙোলদা মহাক্কী পানাবু মপূক্লিং থৌগৎপীদুনা হরাও-তয়াম্না পীজ-পীথক তৌনবসু শীন্নরে। থোইবীনা মপূক্লিংদা নীংলিবদুদি হায়দোকপা তৌদনা মপাবুংগী মমায় খুহল্লোই হায়জবে। অদুগা মনাই শেনু পুবদুনা নুমিদাংৱায়রমদা খম্বগী মরানয়ায়দা লাক্লে। খম্ব খম্নু মচীন-মৌপ্পানা মপু মনাই অনীবু কৌশিন্দুনা ফমহল্লে। খম্নুনা মপু মনাই অনীনা চাননবা হৈরাং অমূনবা হেক্লবা ঈঙ্খোন্দা চঙখ্রিঙৈদা থোইবীনা খম্বদা কাংজৈ য়াওবিয়ু নেকপা লাকচবনি হায়জৈ। খম্বনা মহাক্তি কাংজৈ শান্নবা হৈতে অদুগা মচেনসু য়াদে অদুনা কাংজৈ শান্নবা য়াওবা ঙল্লোই তরাই তরাই খুমদোরক্লে। ৱাদু তাবদা থোইবীদু মমায় ঙাংশল্লি 'পোকমিন্নবা ইচীন-ইনাও কনাসু লৈজদবনিনা পনশিরমদায়দা চোংথোকপীনবা কনাসু লৈজদে' হায়না মপূক্লিং নুংশিনা মমীত্তগী মপি তাবমখৈ হায়রকপা তাবদা খম্বদু মপূক্লিং য়াম্না নুংশিখি। থোইবীনা মখা তারকই 'নিঙোলবু নুংশিবী নুংশিবীদে চপ চানা খঙজগে'। তাঞ্জাসিদা খম্নুনা

হৈরাং খরা পুরক্কুনা পীররে। থোইবীনা খম্বদা মপাগী খুম্বক পানাগী কাংজৈরোয়শিংগী চান-থক্কবা শিনবা লাংবদা মতেং পাংবীয়ু হায়জবা লাকপনি হায়রম্লগা ৱারৌনা চৎখ্রে। শেনুসু মবেম্মগী মতুং ইন্নখ্রে।

নুংথিলগী মতম ওইবক্লবদা মীয়াম পূম্না য়াংলৌ পাৎকী চেকয়া মপাল কাংজৈবুংদা মীয়াম তিল্লরে। লৈবাক্কী ফম্নাইবা, লৈমরোল অমদি থোইবী শেনু মপু মনাই ঙম্না থুংলরে। নিংথৌ অমদি মনাও ইবুংঙোদি লেংলক্লরোই হায়বা পাউ ফংলদুনা মজাইবেম্মা থোইবীদগী য়াথং লৌরগা কাংজৈ শান্নবা হৌরে। খুনথাগী কাংজৈবেন্না নোংবাননি অদুগা খুম্বক্কীনা তারী নামোইজাম্বনি। কাংজৈ শান্নবা য়েংলিবা মীয়ামগী মীনিল অমদি থোইবীনা হায়রম্বা ৱা অনীসিনা খম্বা ময়ূমদা ফমদুনা লৈথোকপা ঙমদ্রে। মজাইবেম্মনা শাওখিবদি পুন্সিগী ওইখিবা য়াই, মচেন্না শাওবদি লাল্লে হায়জরগা অদুম ঙাকপীগনি খল্লদুনা খম্বনা মপাবুং পুবেম্বনা পায়রম্বা কাংজৈদু শগাইদগী লৌথরগা পায়রে অদুগা ঙবোং অমা মথক্তা ইনশিল্লগা কাংজৈবুং তম্না লাক্কুনা কাংজৈ শান্নফমদা থুংলবে। থোইবী অমদি লৈমবোলশিংনা কাংজৈ য়েংবদুদা নোংবান ময়াই কাখিদুনা শিগনি নাগনি খঙদনা খুম্বক পানাবু লাকচথীনা নৈখায়বা হৌরক্লে। মদু খুম্বক্কী কাংজৈরোয়শিংনা থিংবা ঙমদ্রে, মতৌদু উবদা থোইবী কুম্মে য়েংবা ঙমদ্রদুনা মীয়াম মরক্তা খম্বা লাকপ্রা হায়না য়েংলক্লে। পানাগী তায়নবদা মকোক খুমজিন্দুনা ফল্লিবা খম্বুবু উবদা থোইবী মপূক্লিং পেনখ্রে। থোইবীনা খুম্বক্কী লৈকাই লাকপা কৌশিল্লগা নোংবানগা লম্বা ঙমগদবা মীশক্তি অসিদা লৈরে হায়দুনা খম্বগী ফমফম তাকপীরে। লৈকাই লাকপা অঙম্বনা খম্বগী মনাক্তা লাক্কুনা কাংজৈ য়াওবিনবা হায়জরগা মখূৎ পায়দুনা চিংখৎপীরে। খম্বনা কাংজৈ শান্ননবা মফি শেমদুনা চঙলকপদা মহাক্কী শাবান উবদা লৈবাক পূম্নমক হরাওনরে। খম্বদংদি মৌপ্পাবু ৱাখল থেনমল্লি হায়দুনা মপূক্লিং ৱাজখি। খম্বনা তারী নামোইজাম্বগী মহুৎ শিন্দুনা নুপা মতীক থোক্লা শান্নবকপদা নোংবান্না থিংবা ঙমখিদ্রে। খুনখানা হান্না চনখিবা পাঞ্জন অহুম হন্দোক্লবা মতুংদা খুম্বক্লা পাঞ্জন অহুম চনশিনখিবদা লৈবাক মীয়াম ঙম্নমক হরাওনরে। চাউবনা কংলাদগী কুম্লকপদা কাংজৈ শান্নরম্বসি থেংনরদুনা কাংদ্রম ফাজিল্লগা পারী নোংবান কমদৌই হংলকই। নোংবান্না ইকায়খাঙদা খুন্নকই 'ইপল কাংজৈদি মাগীনি মূক্লানা ঐগীনি' অদুদি মূক্লা শান্নরো তাপীরবদা কাংজৈ য়েংলম্বা পূম্নমক কোয়শিল্লক্কুনা মূক্লা য়েংনবা থৌরাংখ্রে। খম্বা নোংবান অনীনা কোন্নদুনা মূক্লা শান্নবা হৌরকপদু অহানবদদি অমনা অমবু পাক হেক লাকচবা ঙম্নদনা খাঙদুনা লৈনরে। খম্বনা খঙহৌদনা খুদোং পুখৎলকপদা

নোংবান্দো মশা পুমতাও তাউরে। তাঞ্জাসিদা খম্বনা নমদুনা মূক্লা থারে। মদুদা হরাওরবা খুম্হক মচাশিং চেনশিন্নরক্তুনা মখোয় মখোয়গী মনমদগী ফি খম্বদা মহৈ মহৈ থানরে। থোইবীনা হরাওমনখিবনা খম্বুদা ওশিল্লগা 'ইতা কমদৌই' হংবদা খম্বুনা 'মজাইবেম্মা' হায়না খুমজৈ।

খম্বগী শাওং শাবান, মতীক মথৌনা অমদি মশক মতৌ উবদা চাউবনা খম্বদা মমা মপাগী মমিং অমদি লৈফম হংবিরকই। অদুবু খম্বনা করিমতা তাকথোকউ হায়বা য়াবা লৈত্রে। চাউবা লৌশিংবনা থেম্বদা য়াররোই খঙলদুনা কিহল্লগা হায়দোকহনগে খল্লদুনা মনাইশিং কৌশিল্লগা অশেংবা তাক্ত্রিবা ফাওবা চৈশিং কক্তুনা ফূ হায়না য়াথং পীরক্লে। খম্বুনা চেনশিল্লক্তুনা মৌপ্বাদা হৌজিক্তি অশেংবা পূম্নমক হায়দোকপা য়ারে অদুনা হায়দোক্লো তাকপীরে। মচেগী য়াথং ফংলবদা খম্বনা মমা মপাগী মমিং পুরেম্বা অমদি ঙাংখলৈমা অদুগা মহাক্কীনা খম্বা, মচেমগী মমিংনা খম্বু কৌই খুন্নক্লে। মদু তাবদা চাউবনা চেনশিল্লক্তুনা খম্ববু কোল্লগা কপ্লক্লে। চাউবগী মচা ফৈরোইজাম্বসু চঙশিল্লক্তুনা খম্ববু কোনবিরগা 'শেলৌরেন ইবায় লৈরে ব্বারনু' হায়না মপূক্লিং থৌগৎপীরে। চাউবনা খম্ববু পুদুনা মোইরাং নিংথৌদা খুরুমহল্লে। নিংথৌনা খম্ববু কনানো হংবিরক্লবদা চাউবনা পুরেম্বা অমদি ঙাংখলৈমা অনীগী মচানুপানি মমিংনা খম্বা কৌই মচে অমসু লৈরি মমিং খম্বু কৌই। মচীন-মৌপ্বা অনী য়াম্না ব্বানা লৈরি হায়না হঙ্গৎচরে। নিংথৌনা হরাওনা মমা মপা হাক্তক্তা মনীং থুংনা শেম্বা ঙমখিদবদু মচা হাক্তকসিদা মনীং থুংনবা শেমগে তাকপীরে। চাউবনা চহী তরেৎ লাম্বা লৈরমদ্রবা নোংবানবু খম্বনা কাংজৈ অমসুং মূক্লা অনীমক্তা মায়থীবা পীখিবগী ব্বারীসু লীজরে। অদুদগী নিংথৌবু খুরুম্লম্লগা চাউবনা খম্ববু ময়ূমদা পুরক্তুনা নোংথোনবীগা উন্নহল্লে। অদুগা মচীন-মৌপ্বাগী মরী মখোঙ পূম্নমক তাকপীরগা ময়ূমদা থিনবিরকই। থোংলেননা পাউসি তারদুনা পুরেম্বগী ময়ূমদা লাক্তুনা মচীন-মৌপ্বাবু ময়ূমদা পুরগা থোংলেনবীদা মথেল লুকোই লাংহন্দুনা নীংথিজনা পীজ পীথক তৌজরে। থোইবীনা কাংজৈবুংদগী হল্লক্লগা খুনখা পানাগী চহী তরেৎ লমথোইবা নোংবানবু মপাবুংগী খুম্হক পানানা মায়থীবা পীখ্রে হায়বা পাউসি মপাবুংদা তম্বদা ব্বাঙ্গোন নিংথৌ হায়নীংঙায় লৈতনা হরাওজরে।

চাউবা নোংথোনবনা মমাক খম্ববু মফম নাইহন্দুনা লৈবাক পূম্বদা শকখঙ-মায়খঙনহল্লগে খল্লক্লে। নোংমা কংলাদা অঙম-অথৌ শুনবা তিনবা নুমিৎ অমদা নোংথেনবনা নিংথৌবু খুরুমজরগা মোইরাং থাংজিং হরাওবা মতম

ওইরে হায়না হঙ্গৎচরক্লে। নিংথৌনা অফবা নুমিৎ থা য়েংলগা হরাওনবা তাকপীরকপদা চাউবনা কাল্লেনগী হুম্নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ অসি লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবীশিংনা অফবা নুমিৎনি পীরে হায়না হঙ্গৎচৈ। চীংদা কাদুনা লৈ হেকপসি কুম অদুগী খুম্বক পানাগী তারী নামোইজাম্বসি অহল ওইমল্লে, মনাও ইবুংঙোগী পানাসি শোলহনবা য়াদে অদুনা নোংবানগা লাম্বান্নবা ঙমগদবা মতীক মথৌনা লৈবা খুম্বক মচা অমা থিরগা লৈরোই হঞ্জবা হাপ্পদা মনাও ইবুংঙোগী করি মত লৈবিবগে হংজে। ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা নোংবানগা লম্বা পাবা ঙমগদবা অমা খন্দুনা কুম্মে নুংঙাইহল্লু তাকপীরকই। চাউবনা নোংবানগা লাম্বা পাবা ঙমগদবা মীদি নোংয়াই খম্বতনি হায়রবদা নুমিত্তুমক্তদা খম্ববু কোনুংদা কৌখত্তুনা খুম্বক্কী লৈরোই হঞ্জবা হাপখ্রে। মথংগী অয়ূক অঙনবদা লৈবাক্কী শিন্থা পাংনবা খম্বা নোংবান অনী থাংজিং চীংদা কাদুনা লৈ হেকপা চৎপদা হুয়ানপুংদা উন্নসি হায়নরগা কায়নরে। পাউ অসি মপাবুংদগী থোইবীনা তাবদা মপূক্লিং পেঞ্জবদা ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

অয়ূক ঙন্না হৌরদুনা থোইবীনা মথেল-লুকোয লাংলগা শেম-শাদুনা মবুংঙোনা লৈ হেকপা চৎপদা চারুনবা পুদুনা লায়র শঙদা লাক্রুনা শীন্নরে। থোইবীনা খম্বদা শিঙেল নিংথিবা লৈবাং অহেনবা খন্দুনা হেকপীরকউ হায়না হায়জবল্লগা যূমদা হনখ্রে। খম্বা নোংবান লৈ হেকপা থোক্লরকপদা হুয়ানপুংদা থেংনদুনা থাংজিং চীংজাও তম্মা লাক্লে। নোংবান্না খম্বদা মহাক্কী পোৎযোম পুহন্নবা চক্রি তৌবদা অবেম্বা তাখি। মখোয়না মৈকাম্বী লাল্লগা লাইগা লম্বেলদা লাক্লুনা লাইথেল যৌবদুনা তূরেল লাম্থোক্লগা খা পাংনা চত্তুনা শংব্রেলোক্কী মরিংগী পাম্লৌ য়ৌবে। মফমদুদা কোংয়াংলৈ, হাওবৈ অমদি নুঙ্গারৈনচিংবা লৈ ময়াম শাৎলম্বা থেংনবে। খম্বনা হরাওনা লৈ হেক্কে তৌবদা নোংবান্না মফমদুদি অঙোমগী লৈফম্নি হায়দুনা নমথাক তৌরে। মসিদসু নত্তনা খম্ববু কৈনা চাদুনা শিননবা খুমনগী লৈফমদি থবীলোক্তনি হায়দুনা অশোংবা চীংলক্তা থাজিনখ্রে। অশোংবা চীংলক ওইবনা খম্বনা লম্বী খঙদনা মপূক্লিং ব্রানা লৈরিঙৈদা মহাকী মমাঙদা চৈশু শুদুনা চৎপী হনুবী অমা উরে। খম্বনা হনুবী অদুগী মতুং ইন্দুনা লাকপদা থাংজিং চীংজাউ মতোন লোমদুনা পাইথরোক য়ৌরকপদা মাঙদা চৎলম্বা হনুবীদো মাঙথোকখ্রে। খম্বনা ঙায়হাক ফম্লগা হুমাং হন্দোক্লিঙৈদা নুংশিরবা লৈরাংগী লৈনম ফাওরক্লে। মহাক্লা উতোন্দা য়েংখৎখিবদা ফজরবা লৈরাংনা থন্না শাৎপা উরে। তন্না উতোন লোম্না কাখৎখিদুনা নীংথিজরবা লৈরাংশিংদু ফিগাও থন্না হেক্লে। অদুগা মথক্তনা উযুং মপান, ফৈজা মপান অমদি

উরেন লাবনচিংবনা পোমায় শীজিন্দুনা লৈয়োম শেল্লে। খম্বনা মথব্রায় নুংঙাইরদুনা লৈয়োম অদু পুরদুনা থৌইবীবু শৈথাবা ঈশৈ শক-শক্তুনা চীংদগী কুমথরক্লে। ঈশৈদু তাবদা নোংবানদি মপূক্লিং নুংঙাইখিদ্রে। অদুনা নোংবান্না 'মজাইবেম্মবু শৈথাদুনা ঈশৈ শক্লিবদু কনাগুম্বনা তাথ্রবদি লৈবাক ৱাথোক ওইগনি' হায়রুবদা খম্বনা থোইবী হায়বা নত্তে, তোইবী হায়বনি খুল্লক্লে। খম্বা নোংবান অনীনা লৈয়োম পুদুনা চীংথক্তগী কুথরকপদু তম্পাক তারকপা মতমদা কোলোয় তুরেল মপান্দা চাক চানবা থৌরাং তৌরে। নোংবান্না খম্বদি লায়রবা মচানিনা চাক ইনশাং মওং চারল্লোই অদুনা মহাক্কী অদু চাগে হ্ য়রক্কনি খল্লদুনা খুমনগী চাক চাফমদি মখাসিদনি হায়দুনা থাদোকখ্রে। অদুবু খম্বনা মহাক্কী চয়োম থোক্লকপদা নুংশিরবা মথেল-লুকোয়শিংগী মনম তাবদা অচোপ-অরেম খঙদনা খম্বগী নাক্তা লাক্তুনা চাবা য়াওরকই। চুম্না চাবতা নত্তনা চাক ইনশাংদুগী মরী-মখোঙ থিগৎলকপদা খম্বনা কেগে লৈমরোলশিংনা নিঙোল্লাকপগীদা চাক চানবদা মচেম্না মহাক্কী চয়োম পুরকপনি খুমখি। পাউখুম অদু নোংবান্না থাজবা ৱাৎখি অদুনা নিঙোল্লাকপদা হংলগা লৈবাক ৱাথোক ওইহনগে খনখি। খম্বনা লৈ হেকপদগী ময়ূমদা হল্লকপগা থোইবী, শেনু অনীসু লাক্তুনা লৈ য়েংলঁরে। লৈয়োমদু হাংদোক্লুবদা পোমায়গী চন্নদবা লৈশিংদু উরুবদা নুপা অমনা নুমিৎ চুপ্পা চঙনা লৈ হেক্লুববু চন্নদবা লৈ ঙাক্তা হেক্লকই শিনজংদে, নোংবান্না মমল য়াম্বা লৈ ঙাক্তা হেক্লমগনি হায়না থোইবীনা হায়বকই। 'নোংবান নোংবান' পল্লগা নুংঙাইরবনিনা নোংবান্না হেক্লকপা ফজরবা লৈশিংদুনা লৈ পরেং লেংলুরো হায়না হায়রকপা খম্বগী মরৌ লৈবা ৱাঙাং তাবদা থোইবীগী মপূক্লিংদা চিংনখি। নৌনা পোমায়গী লৈশিং খোত্তোক্তুনা য়েংলুবদা নীংথিজরবা লৈরাংনা থন্না য়াওরম্বদা থোইবীনা ইকায়বদগী মনাই শেনুদা মমীৎ ওন্দে তায়শিল্লি। থোইবী শেনু অনীনা চংবী লাতোন অনী পাক্লা তায়শিন্নরগা লৈশিংদু নীংথিজনা শন্দোক্লে। অদুগা লৈমা-নিংথৌ, অঙম-অথৌ অমদি মীচম মীয়ামদা কৎকদবা লৈশিং মচা খাইনা খাইদোক্তুনা থল্লে। অদুগা লেমহৌবা অচোইবা লৈশিংদুনা লৈ পরেং লেংদুনা শেম-শারম্লগা ময়ূমদা হনখি।

নুমিত্তুগী নুমিৎ তারকপদা মীশক-মীশা খঙনরক্তবা মতমদা খম্ববু ৱাহনগে খন্দুনা নোংবান্না শগোল তোংদুনা খম্বগী থোঙ্গালদা থাংজিং হরাওবা কাবদা চাকতোন ফিদোনবা য়ারোই, লৈত্রে হায়দুনা ৱায়দুনা শেৎপসু য়ারোই হায়না মখোল ওন্থোক্তুনা মপুগী য়াথং শাদুনা লাওরম্লগা চৎখ্রে। মদু তাবদা

খম্নুনা মৌপ্পাগীদমক য়াম্না ৱাজখি। অথেংবা অহিংদা খম্নুনা মৌপ্পাবু পুরগা মপাগা তিন্নরম্বা থাঙ্গারাকপা অঙম্বগী মনাক্তা লাক্তুনা ফি খরা ৱায়জগে হায়জরুই, অদুবু মপা হাক্তক্তা মহাকপু তাথী-তাওইনা তৌখি হায়দুনা চৈদুনা তাম্থোকপীরকখি। মচীন-মৌপ্পানা ময়ূমদা হল্লক্লবা মতুংদা খম্বদি তুমখ্রে অদুবু খম্নুদি তুম্বা য়াদনা অহিং চুপ্পা কপ্পমখৈ কপ্পল্লগা নোংঙালমদায়দা ৱারদুনা ঙায়হাক তুমথকবে। খম্নুগী মমঙদা মমা ঙাংখলৈমা লাক্তুনা মচীন-মৌপ্পানা মথৱায় ৱারিবা করিগীনো মখোয়না শেংন-ইন্নবা মফি মরোন অমত্তা ৱাত্তনা লূবাক থন্না মপা থোংলেনগী মফমদা শীন্নদুনা থল্লম্বনি। মচীন-মৌপ্পা চত্তুনা লৌরুরগা অপাম্বা খন্দুনা শেং-ইঞ্জৌ হায়না তাকপীরম্লবদা খম্নু মীকপ থোক্তুনা মৌপ্পাবু হৌদোকচবে। অদুগা মৌপ্পা পুরদুনা থোংলেনগী ময়ূমদা লাক্তুনা চরৈ ৱায়গে হাযজরবে। থোংলেন্না মপা পুরেম্বনা থল্লম্বনি হায়দুনা চরৈ নমথাং হাপ্পা তাবু অনী পুথোক্তুনা মচীন মৌপ্পাদা শীন্নরে। তাবুশিংদো হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা হৌজিক্তা শাবা ফিগুম মচু মমেন অমত্তা মাঙদবা ফিনা থন্না য়াওরম্লে।

থাংজিং হরাওবা নুমিৎসিদা থাংজিং লাইমাঙদা লৈমা-নিংথৌ, অঙম-অথৌ অমদি লৈবাক মীয়াম তিল্লরে। খম্বা খম্নু মচীন-মৌপ্পাসু মমা মপানা থম্বীরম্বা মমল য়াল্লবা ফিজেৎ-লৈতেং শেৎ-চারদুনা থাংজিং লাইবুং কারকপদা ওকচীন য়ৌরকপদা থোইবী, শেনু অনীগা ওক্করদুনা খোঙবু শাদুনা লাইবুং য়ৌরক্লে। মযাম পূম্নমক তিল্লবদা চাউবা নোংথোনবনা নিংথৌগী যাথং লৌবগা অঙোম নোংবানবু কৌশিন্দুনা চীংঙু খুয়াদা শিঙেল লৈহুন তম্লবা তাকপীরে। নোংবান্না মহাক্লা হেক্লকপা লৈবু থাংজিংদা কৎলগা লৈমা-নিংথৌ, অঙম-অথৌ পূম্নমক্তা লৈরাংগী লৈশক লৈচু অমদি মমিং তাক্তুনা কোংয়াংলৈ অমদি হাওরৈনচিংবা লৈ লাংলে। নোংবান্না লাংবা লৈবু লৎনবগীদমক থাংজিংনা থোইবীবু ৱাবৌখি। অদুদগী খম্ববু অমুক কৌশিন্দুনা লৈ লাংনবা হায়রবদা খম্বনা মহাক্লা হেকচবকপা লৈবু থাংজিংদা কচ্চরে। অদুগা মপু মোইবাং নিংথৌদা যেকল্লৈ চরোং অমা কচ্চরবা মতুংদা মনাও ইবুংঙো অমদি অঙম-অথৌ লোয়ননা লৈমরোল শুনা লৈ লাংখি। খম্বা নোংবান অনীনা লৈ লাংলবা মতুংদা নিংথৌনা তাকপীবা মতুংইন্না থাংজিং লাইমাঙদা নিঙোল মৌ পূম্নমক থোক্তুনা জগোয় শারে। অমাইবা অমাইবীশিংনসু চীংঙু কোলোয় শক্তুনা জগোয় শামিন্নরদুনা হরাওবা মপূং ফাহল্লে। খম্বা থোইবী অনীসু লাইমাঙদা থোক্তুনা পূন্না জগোয় শামিন্নরে। মদু উবদা নোংবান্না য়েংবা ঙমদদুনা মমায় লৈথোক্তুনা খাঙখি। অসুম্না চীংঙু থাংজিং হরাওবা লোইরদুনা মহৈ মহৈ ময়ূমদা হন্নখি।

চাউবনা মমাক খম্ববু পাগী পারেপ ফংহল্লগে খন্দুনা নিংথৌগী য়াথং লৌরগা ইঙাগী নীনি পানবা নুমিত্তা পানা কাংজৈ শাংথোকনি লৈবাক মীয়ামদা লাওথোক্লে। লমজেন্দি তোবর্বুংদগী লমথারগা চৈরাপ মমাঙদা লৈরিবা কংলা শা পায়নগদবনি। খম্বনা পানা লমজেন চেনগনি তাবদা খম্বুনা মোইরাংগী পানা লমজেন্দি খোঙ য়াংবনা চেনগদবা লমজেন নত্তে খূৎ কনবনা চেনগদবা লমজেন্নি হায়দুনা মপূক্লিং ব্লাজখি। ব্লাঙ্গোন নিংথৌনা কংলাদগী কুল্লকগা থোইবীদা মপাগী পানা মকোক খম্ববু হাপ্পুনা নোংবানগা লমজেন তান্নগনি পাউ তম্বদা থোইবীনা হরাওজখি। নোংঙানবগা থোইবীনা মতা শেনুগা তান্নরগা লৈ পরেং অমা লেংলগা পুরদুনা লায়র শঙদা লাক্লে। অদুগা লৈ পরেং অদু মৌপ্পানা লমজেন চেনবদা শিহনবীয়ু হায়দুনা খম্বুদা শিন্নরল্লগা হনপ্লে। মৌপ্পাবু থিংবদা কান্নররোই খঙলদুনা খম্বুনা মপাবুংগী মিংচৎ ময়েং তাদবা ওইহল্লু হায়দুনা খম্ববু মপূক্লিং থৌগৎপীখি। নোংবান্না নুপা তরেৎ চাক খাঙদুনা অমদি শেল পীদুনা খম্বনা লমজেন চেল্লকপদা থিংবিয়ু হায়না নেক্লে। মদুদসু নত্তনা কাঙাওপোকপীদসু শগোল তোংবা নুপা মঙাবু কাংজৈ কাংহ্ন পায়দুনা খম্ববু কংলগা ফুদৎপীয়ু লমজেন চেলহনবীগনু হায়দুনা পৈশা পীদুনা নেক্লে। লমজেন চেনগদবা নুমিৎসিদা খম্বা নোংবান অনীমক থৌরাং লোইনপ্লে। খম্বম তোবর্বুং তম্না লাকপদা শরোইপূং য়ৌরকপদা খম্বা নোংবান অনী ওক্লে। মোংবান্না খম্বদা 'লমজা মচানা পানা লমজেল চেল্লবদি মোইরাং কুমথি কুমগাংগল্লি, কেগে চাকতাং ঙাতাংগল্লি, নিংথৌ মফম শীনগল্লি' হান্নদুনা মহাকপু পানা মকোক্তগী লৌথোকখিবদু পাউ তাদ্রিব্রা হায়না হংজিল্লি। নোংবান্না পৈশা পীদুনা নেকপা লৈকাই লাকপা মরিনা 'চুমই' হায়বদগী খম্বা মথক্লায় নুংঙাইতনা মমুমদা হল্লকই। খম্বনা মমান চাউবদা মহাকপু পানা মকোক্তগী লৌথোক্লে হায়বসি অচুম্বরা হংলুবদা চাউবনা খম্ববু নিংথৌগী মনাক্তা পুরক্তুনা নোংবান্না তম্না পাউদু নিংথৌদা হঙ্গৎচরে। নোংবান্না ব্লাফমদুমক হায়রল্লবদি খম্বদি লমজেন চেন্দ্রবসু য়ারে, হোরেন নোংবান্না লমজেন চেনবা থুংলবদা মনাদু খম্বদা ওইনা পীরগে হায়না নিংথৌনা তাকপীরে। খম্বনা নিংথৌ খুরুমজরগা লমজেন চেনজগে হান্নরবদা নিংথৌনা য়াবিরে। চাউবনা ফৈরোজাম্বদা মশেনবু কূপ্পা শেন্নবা শীন্নরে। মশেন-মবায় লমজেন চেনফম তূরেললু তম্না লাক্লে। মতমদুদা নোংবানদি লমজেন চেনগদবগী খুরু খুদক কুন্দুনা লৈরম্মী। খম্বা লাকপা উরদুনা নোংবান্না 'ইয়াম্বা লমথাবীরো থিল্লে' হায়রবদা কৈথেল্লাকপা মরিনা লমথাপ্লে।খম্বসু মপা পুরেম্বগী লমথাফমদগী খজিক চখৎনা লমথাদুনা চেনখৎলক্লে। ফৈরোজাম্বনা মশেলগী মতুংদা শগোল তোংদুনা ইন্নরক্লে খম্বনা মোইরাং তূরেল লান্দুনা

চেনখৎলক্লে অদুবু ফৈরোইজাম্বদি মাগী শগোলদু তূরেল লান্না চোংহ্নবদা খুমাঙদু লৈরায়দা য়ৈশিনবদগী শাবল পূক্লি তত্তুনা ঈশিংদা তাশিনখ্রে। অদুগা শগোলনা নাহ্বোক্তুনা চেনখ্রে। ফৈরোইজাম্বনা শাবলদু তূরেলদগী লৌখৎলগা শগোলদু তান্নদুনা ফারগা শাবল শেমজিনবা লাক্লরি। খম্বদি ফৌবাকচাউ ইথায় হেনখিদুনা পুলৈপোকপী য়ৌরকপদা নোংবান্না নেকখিবা নুপা তরেৎনা খম্বগী লম্বী থৎচিন্দুনা লেপ্তুনা লৈখ্রে। খম্বনা করিসু নাচুংদনা নুপাশিংদু ইহ্বোক্তুনা চেল্লকপনা লমলেন লমলৌ লাল্লক্লে। কংজাওপোকপী য়ৌরকপদা নোংবান্না নেকপা শগোল তোংবা নুপা মঙানা মখূত্তা কাংজৈ পায়দুনা মহাকপু ইকোয় কোয়শিনখ্রে। খম্বনা লম্বী থাদোকপীয়ু হায়জবদা য়াবিদ্রে। ফৈরোইজাম্বনা শগোল থৌদুনা লাকপদা তৌরিবা মতৌদু উরদনা 'শেলৌরেল ইবায় লাক্লে, ইবায়না লাঞ্জিং থঙলকপনি ইমান থোংলেননা মনিং খোল্লক্লি, অমত্তা লেম্মা থাগনু, লাওরক্লে'। মদু তাবদা শগোল তোংবশিংদু থোংলেন কিবদগী শমজি খাইনদুনা শগোল থৌনখ্রে। খম্বনা লাইগা লম্বান, শেন্দাং চেঙফুলৌ মকুহুইজোল্লৌ, খারং লৈম্বাইলৌনচিংবা তুংওইনরল্লগা কোন্দে শঙ্গাইলৌ ওয়ওইননা চেনখৎলক্তুনা ময়ায় লম্বাল লাল্লগা লাইগা, মৈকাম্বী, হুইয়ামপৃং, হিয়াংদুম থল্লল্লগা তাওখোং লময়ায় য়ৌরকপদা নোংবানগা থেংনরে। মখোয় অনীনা তানা হিগী মতৌগুম চেনখৎনরক্তুনা চৌঙ্গৈপাৎ, খোয়োন কৈথেল, ঙাংখ লম্বী মথং মথং লাল্লকপদা মাগী মাগী মী ওইবশিংনা লমজেন থৌনরকই। মখোয় অনীনা লাইমৈতা, থৌনাওতা লান্দুনা মমায় মখা পাংনা চেনখৎলক্তুনা শলাংমৈ য়ৌরকপদা নিংথৌ য়াওনা অঙম-অথৌ পূন্নমক অমদি মীয়াম্মা মীৎ কুপ্তুনা য়েংনদুনা লৈরম্লে। খম্বা নোংবান অনীনা কংলা শা পায়বা মতমদা খম্বনা খূদুপ তরেৎ ব্রাংমা চীংঙু লাইশাগী য়েৎথংবা চীরেন থেক্লে। কনানা লমজেন থোইবগে হায়বগী চয়েৎনরক্লবদা চাউবনা খম্বনা নোংবান্দগী খুদুপ অনী হেল্লী হায়না পীবা প্রমাণ কনামত্তনা ককপা ঙমদবদগী খম্বনা লমজেন থোইরে হায়না লাওথোক্তুনা নিংথৌনা খম্বদা মনা মথুম পীবিরে।

তানফম খুদিংমক্তা ইকায়বা নংলবা নোংবান্না কমদৌরগা খম্ববু অমুক্তং মায়থীবা পীশিগে খন্দুনা লৈরি। তাঞ্জাসিদা খুমন্দগী ঙা ললোনবী অহুমনা মোইরাংদা ঙা তিকপা লাকপদা খুমন ইকোপ লাইপল শোয়দা কাও অঙাওবা অমা লৈরে হায়না তল্লরে। মথক্তা উচেক পাইবা ফাওবা য়াদে, ষণজাবুংদা চাক্তাবা ষণয়ামসু তান্নদুনা হাৎকে তৌবনা ষণ থাদোকপসু য়াদ্রে। খুমন মচা ময়াম্মা খূত্তা খূৎশু-খূৎলায় পায়দুনা ষণদু ফানবা হোৎনরুদা মী ময়াম অমা ষণনা হাত্তুনা শিন্নরে। মীয়াম প্রজাশিং ষণবু কিবদগী মপান থোক্তুনা থবক ইনখাং

শুবা ফাওবা ঙম্নদ্রে হায়রে। নোংবান্না ষণদুগী মচু-মমেন, ৱাং-চাওবা পূমম্নক কূপথনা হংদুনা খঙদোক্লে। অদুগা ময়ূমদা হল্লক্লগা কনামত্তগা চাকতিন ফিদিন্নদনা ঙাওশিন-ফৈজিনদুনা মাইবী চঙশিন্নরে। অসুম্না লৈরকপা মঙানি শুবা নুমিত্তা ফি অঙৌবা শেৎলগা লাংথ্রৈ মপোপ মনাদা চিল্লগা মাইবীগুম্না কোনুংদা কারক্লে। অদুগা নিংথৌদা ইকোপ লাইপন শোয়দা চাক্তারিবা মরেং পোপু থোংদবা মনম চৈবূল থাদবা মচু ঙাঙবা ময়াংলেন কোবি চেনবা মখোঙ মরি তাংবা মরাইবক্তা থম্বাল শাবা কাওরেন ষণবু থাংজিংদা শরেন চল্লবদি লৈবাক নুংঙাই য়াইফহনগে হায়রে হায়দুনা লাইবাও শানা হায়ররে। অদুগা খম্বা মশানা কাও অসি ফাগে হায়দুনা পুখম মঙাখক মঙোন্দা পীদুনা ৱাচৎচরম্মী হায়নসু তম্লে। নিংথৌনা খম্ববু কৌখত্তুনা হংবদা মহাক্তি কাও ফাগে হায়খিবা লৈতে হায়বে। 'হায়' 'হায়দে' হায়বসিদা খম্বা, নোংবান অনী অরোইবা ফংনা য়েৎনরে। মমৈদদি শাওবদগী খম্বনা 'কাও ফাগে' য়ারে। নিংথৌনা খম্বনা কাও ফারবদি কাওফামন ওইনা থোইবীবু খম্বদা পীগনি লাওথোক্লে। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না থৱানগী তবেৎনি পানবদা খম্বনা কাও ফাগনি হায়বসি কৈথেল্লাকপা নিপালনা শগোল ভেংদুনা লৈবাক শীনবা থুংনা পাউ চেল্লে। খম্বনা মচেমগী মফমদা কাওগী মবমদা হংবদা মচেম্না কাওগী মরমদা ৱারী লীবিখি। ষণ অদু মমাগী অউন যণনি। মপানা শলাং খুলদা লোইপোৎ থৌবা চৎপদা মপা কবুই শলাং মাইবনা পীবিরকপনি। মমা মপানা লৈখিদ্রবা মতুংদা কাওরেল মানা মচীন-মৌপ্পাবু ঙাকপী-শেন্নবিবকই। ষণ অদুবু শেন্নবা ঙমদবদগী নহাক্না নপাঙ্গল চাওদ্রিবা ফাওবা ইকোপ পূংদা মনীংতম্না চাক্তারু, নহাক্না চাওবা লেপতম ফারক্লগা লৌহল্লগে হায়জরগা থাদোকখিবনি হায়বা ৱারী পূল্না লীবিরে। ইকোপ পাত্তা লৈখিবা কাওদো মীরোল খঙবনি। মাবু ফারমদায়দা পলেম পম্থৌ অমদি ইচেমগী মীং পল্লু অদুগা পলেম ঙাংখলৈমনা লংখন তরেৎনা ফাইদুনা শেম্বা থৌরীসি উৎলু, উবদা কাওরেন মতোমতা তেথজখিনি হায়বা ৱাবম পূম্নমক মৌপ্পাদা শিন্নবিরে। নিংথৌগী সনা য়াথং পুরদুনা থাঙ্গারকপনা মনাইশিংগা লোয়ননা খুমন মরমদা চৎখিদুনা খুমন নিংথৌদা মোইরাং নিংথৌনা ইকোপ্তা চাক্তারিবা কাওরেনবু ফাজবগে তাকপিবকই তম্লে। খুমন নিংথৌনা কনানা ষণদু ফাগদগে হংলকপদা খুমন পুবেম্বগী মচানুপা খম্বনা কাওরেনবু নাইতোম ফাগদবনি হায়রে। মদু তাবদা খুমন নিংথৌনা হরাওনা য়ারে পাউ তম্মুরো হায়না য়াবিরক্লে। নিংথৌনা, খম্বনা কাও ফাবা য়েংনবা শঙ কুনমঙা মনাইশিংদা থিন্দনা শাহনখ্রে।

খম্বনা কাও ফাবা চৎপদা থোইবীসু য়াওনিংদুনা খম্বগী যূমদা লাক্কুনা খম্বদা হায়জররে। খম্বা, খম্বু অমদি থোইবী অহুম পূন্না চৎমিন্নবদা য়ানরবদা থোইবী ময়ূমদা হল্লক্লে। মথংগী নুমিৎকী অয়ূক্তা মপুগী হিয়াং হিরেন খাবক লাক্কুনা মনাইশিংনা থৌগল তৌরগা অঙম-অথৌ থোংলেন চাউবা য়াওনা নিংথৌ মচীন-মনাও হিয়াং তোংদুনা লোক্তাক শমদুনা খুমন লৈবাক পাংলক্লে। খম্বা,খম্বু, থোইবী অহুমসু পুরেম্বনা শীজিন্নরম্বা হি তোংদুনা হোল্লকপনা উচিৱা য়ৌরে। মফমদুদা থোইবী খম্বু অনীবু থল্লল্লগা হি হন্দুনা ইকোপ লাই পন শোয় পাংলক্লে। মফমদু য়ৌরবদা খুমন নিংথৌনা মনাই-মশল ময়ামগা লোয়নদুনা মোইরাং নিংথৌ, অঙম-অথৌ অমদি খম্ববু ওক্কবা ঙাইদুনা লৈরম্লে। ময়াম পূম্ববু ওকপা লোইরদুনা ময়ামদু মাগী মাগী শগাইদা কাখত্নুনা ফম্মখ্রে। খম্বনা কাও ফাজরগে হায়না নিংথৌ অনীমক্তা খুরুজবদা লেপ্লমক মায় পাকচৌ তাকপিখ্রে। খম্বনা কাও ফাবা চঙশিনখিবদু উরদুনা চাউবনা খম্ববু মতোমতা থাদোক্কনু কূপ্লা মতুংদা শেম্নৌ হায়বা ফৈরোইজাম্বদা লোন্না শিন্নখি। মশেন মবায় অনীনা কাও হেক থেংনবদা পাউ পীন্নসি হায়নরদুনা কাও থিবা হৌখ্রে। ফৈরোইজাম্বদি অৱাং পাংনা চৎখিদুনা উচিৱাদা খম্বু,থোইবী অনীনা লৈরিবা মফমদুদা তাকুরে। খম্বদি মৈরম পাংনা লাক্কুনা লাইদকোমদা ঈশিং থক্কম্বা কাওগা থেংনরে। খম্বনা কাও হেক উবদা মচেম্না হায়রকপা ৱা পূন্নমক কাওথোক্কুনা কাওবু মপাঙ্গলদনা নমদুনা ফাগে খনখ্রে। কাওরেন মাসু খম্ববু উবদা মমৈ ফিরান শাদুনা মমীৎ কোরিমুক ঙাঙদুনা ফি ফি কামদুনা চোংশিল্লক্লে। কাওরেন মাগা লম্বান্নবদা খম্বা ৱারক্কদুনা কাওগী মথক্তা চোংখৎলগা মখোঙ অনীনা চীরক্তা লৌবগা মঙক্তা নপশিল্লগা মরুমদা কোন্দুনা ঙায়হাক পোত্থারে। কাওনা মখা পাংনা চৎখিবদু লাপ্পা উবা মী পূম্নমক খম্ববু কাওনা মচীনা লেংদুনা হাৎলমাল্লে খম্নরে। নোংবান্না মতাওগী মতেং পাংগে হায়রল্লগা কাওনা চৎখিবা মায়কৈ তম্না চঙশিনখ্রে। খম্বনা কাওগা অমুক লম্বা পান্নরকপদা অনীমক চোকথনবে। খম্বনা হুমাং ঙায়হাক্তা হন্দোক্কে খন্দুনা মখাংদা যেৎলিবা ফিদু লৌথোক্কবদা মচেনা পীরকপা কাৱং থৌরী অমদি লোংঙা চৈবূন থেংনরদুনা খুদক্তা মচেম্না হায়রকপা ৱা পূম্বা নীংশিংলক্লে। অদুনা কাওরেন মাবু খুরুমজরগা পলেম-পম্থৌ অমদি মচেমগী মমিং তন্না পন্দুনা কাৱং থৌরী অমদি লোংঙা চৈবূন কাওরেনগী মমাঙদা থল্লবদা কাওরেন মমীত্তগী মপি তারকই। কাওরেন মানা খম্বনা পায়রিবা থৌরী কোঙ্গোয়দা মদোম মঙক থিংজিল্লক্লে। খম্বনা কাওরেনগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্পক্কবদা কাওনা খম্ববু লেকপীরে। খম্বনা কাওবু থৌরী পাযদুনা মচেমগী মনাক তম্না লাক্লে। খম্বুনা কাওরেন মাবু উরকপগা কোন্দুনা কপ্পদা কাওরেন্না খম্বুগী

মপি লেকথোকপীরে। খম্বুনা কাওরেনগীদমক পুজরকপা থুম, লফোই- লৈতং, হুপ্পৌ মতোলশিং মপূক থন্নবা পীজরগা ঈশিং পীথক্লে। মদুদদি কাওরেনসু নৌনা মপাঙ্গল হাপ্পক্লে। নুমিৎ লৈথরকপদা খম্বু, থোইবী অনীসু হি হোল্লগা লোক্তাক শমদুনা কেগে মোইরাং পাংখ্রে।

খম্বনা কাওরেন পুদুনা লাকপদু উবদা নোংবান্না খম্ববু শিরসনু শীল্লগা থাদোই ফংনবা শিনবগা চপ মান্ননা খনখ্রে। অদুনা নোংবান্না চরোৎ হাপ্পুং মরুমদা চঙলগা মখূৎনা লৈবাক ফুদুনা মখোঙনা চরোৎ হাবুং কাওদুনা কৈ শারদুনা ঙংলক্লে। মদু তাবদা কাওনা চোংশিন্দুনা নোংবানবু তান্নরক্লবদা খম্বদা কাওরেন খামজিনবিয়ু লাওনা লাওনা নোংবান কোয়চেন চেল্লক্লে। খম্বনা কাওবু খামজিল্লগা থৌরী লীতোন পায়দুনা চিংলগা লৈবাক নিংথৌ ময়াম পূম্নমকপু খুরুমজরে। তাঞ্জাসিদা নোংবান্না কাও অদু খম্বা মতোমতনা ফাবা নত্তে। মখোয় অনীনা ফামিন্নবনি হায়রে। ৱায়েৎ চঙলক্লবদুদি নিংথৌ অনীনা থোংলেন্দা বিচার তৌনবা শিন্নরে। থোংলেন্না কাওরেনবু থাদোকহল্লে অদুগা নোংবানবু হান্না কাও ফানবা থাজিল্লি। নোংবান্না কাওগা ঙায়হাক ইন্নরম্লগা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ক্োয়চেন চেন্দুনা খাঙলে। নোংবান্না থোংলেন্দা মথৱায়দদি কনবিনবা লাওদুনা হায়জরকপদা নথৱায় হিংনিংলবদি অচুম্বদু হায়থোকউ লাওবিরক্লে। নোংবান্না মথৱায় কঞ্জনবা অচুম্বা পূম্বা লৈবাক মীয়াম তান্নবা লাওরবদা থোংলেননা থাঙ শৎলগা শগাইগী হামেংজৈ মরি ককথৎলগা লৈমায়দা তারক্লগা নোংবানগী খুজেং পায়রগা শগাইদা চিংখত্তুনা মথৱায় কনবিখি। কাওনা শগাইগী মখোঙ থুদেক্তুনা নোংবানবু হাৎনবা হোৎনরকপদা খম্বনা কাওবু হুন্না ফাজিনখ্রে। মদু উবদা নিংথৌ অনীনা খম্বদা মনা মথুম কয়া পীবিরে। কাও ফাবা লোইরদুনা মপু মোইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌ, অঙম- অথৌ অমদি লৈবাক প্রজা পূম্ববু বিদায় পীরম্লগা মনাই-মশনশিংগা লোয়ননা মরৈবাক্তা হল্লক্লে।

নোংঙাল্লগা কাওরেন মাবু মচীন-মৌপ্বা অনীনা নীংথিজনা ঈরুজথোকপীরগা মচীঞ্জাক মপূক থন্না পীজরবা মতুংদা খুরুজরে। খম্বনা কাওবু থাংজিং লাইমাঙদা পুরক্লে। লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবীশিংনা হৈরাং-লৈরাংগা লোয়ননা কাওরেন মাবু থাংজিংদা কৎলে। নুমিৎ অসিদগী কাওরেন মানা করিগুম্বা মচীঞ্জাক অমত্তা চাউ-থকউ হায়বা য়াদনা থাংজিং লাইশঙগী কৌব্রু পাংবা কাচিন্দা কুন্দুনা লৈখি। নোংমা খম্বুগী মমঙদা কাওরেন মানা লাক্তুনা 'কোরৌ নোঙ্গাখ্রগে মপোক অমদা ইপা ইচা উন্নশি' হায়রম্লে। খম্বুনা

অফিং-অফাই ওইনা হৌগৎলকপদদি নোংঙাল্লম্লে। খমুনা মৌপ্পা পুরগা থাংজিং লাইমাঙ তম্না চেল্লক্লুনা য়েংবদা কাওরেন মাদি লৈরমদ্রে। মহাক্না মাঙখিবা নুমিৎ মঙানি শুবগী অঙনবা অযুক্তা থাংজিং চীংগী নম্লোন্দা য়াইবী থৱায় থাখি। পাউসি তাবদা নিংথৌনা অমাইবা অমাইবী থাদুনা কাওগী হি য়াই লৌরুরগা থাংজিং লাইশঙগী অৱাং থংবদা কোম তৌরগা ফুমথি। কাওরেলনা থাংজিং লাইশঙগী কাচিন্দা কুন্দুনা লৈরম্বা মফমদু হৌজিক ফাওবা নূং অমা য়ুংদুনা লৈরি।

মেরাগী তরানি পানবা নুমিৎ অসি কুমচৎ-লায়চৎ য়েংননবা অফ-ফত্তা খঙন্নবা মোইরাং লৈবাক্না উকায় কাপ্পা চৎনৈ। মীতৈনা ক্নাক তান্নে অদুগা খুমন্না হৈক্রে হিদোংনৈ। চহীদুগী মোইবাংগী উকায় কাপ্পদা থোইবীনা খম্ববু নোংবান্দগী হেন্না মফিজেৎ নালহন্দুনা লৈবাক মাঙদা খম্ববু লেন্নগে খনখি। অদুনা মবুংঙোতোন্না শেৎন্নবা ফি অমা লৈরোং মশীং শুনা থোকহন্দুনা শাবা লোইশিল্লক্লে। ফিদু উবদা চীংখুবনা পান্নদুনা মচানিঙোলনা শাবা হেক লোইবগা ফুরিৎ তুরগা লিৎকে খনখি। থোইবীনা ফিদু শাবা লোইরকপদা চীংখুবনা মচানুপীদা মহাক্না শাবা ফিদু পীনবা হায়বদা থোইবীনা মশাবী মহাক্কীদমক অতম্নবা শাখ্রবা ফি ওইবনা ফিদু কেগে কনাগুম্বা অমদা পীথোকখ্রে হায়না তম্লে। থোইবীনা শাবা ফিদু মোইরাং নিংথৌ, থোংলেন নৎত্রগা চাউবা অহুমসি নত্তবা কনাগুম্বনা লিৎলম্বা থোক্লবদি হাৎকনি হায়না চিংখুবনা ৱাশকখি। মপাবুংগী ৱাশক তাবদা থোইবীনা খম্বদা মহাক্না শাজবা ফিদুনা ফুরিৎ তুববা ফুরিৎ মনুংদা মী উহন্দনা লিৎপীয়ু হায়না শিন্নজরে। উকায় কাপ্পা নুমিত্তা খম্বনা থোইবীনা পীরকপা ফিগী ফুরিৎ লিৎলবা মতুংদা মথক্তা ফুরিৎ অমসু লীৎশিল্লে। চীংখুবনা উকায় কাপ্পগী তেন খম্বনা চোংখৎলগা শৎপদা মহাক্কী মপান থংবা ফুরিৎ শেগাইখিদুনা মনুংথংবা ফুরিৎ অদু চীংখুবনা উরুরে। মদুদগী চীংখুবনা খম্বা তম্না তেন নমকাপ কাপশিন্দুনা হাৎনবা হোৎনখি। মদুদসু নত্তনা থোইবীবু নোংবান্দা থাজরে, মাপন্নি শুবা নুমিত্তা হৈজিং-খরায় কারগা অফবা নুমিৎ থাবান্দা লুহোংগনি হায়না নোংবান্দা ৱা পীখি। থোংলেন্না শাওদুনা ফমফমদগী হৌগৎলকপদা লৌশিং চাওবা চাউবনা মতাওবু খামজিনখি। চাউবনা মতাও থোংলেনগা লোয়ননা কোনুংদা লাক্লুনা উকায় কাপ্পদা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক নিংথৌদা তমজরুবদা নিংথৌনা মদু চৈরাপ্তা হৌদোরক্লবা হায়বিরকখি। চাউবনা মমাক খম্বদা চীংখুবনা করিগী অতম্নবা তেন কাপখ্রিবনো হংবদা থোইবীনা শাদুনা পীরকপা ফিনা ফুবিৎ তুদুনা লিৎলুবগীনি হায়না খম্বনা খুম্বদা থোংলেননা 'ইপা লৈরি' হায়দুনা মচাবু থৌনা পীখি।

ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা উকায় কাপ্পা লোইরদুনা ময়ূমদা হল্লকপগা তাল্লোয়শিংবু কৌথোক্লগা মচানিঙোল থোইবীবু নোংবান্দা পীথোকখ্রে হায়না তল্লে। অদুগা মেরাগী তরামাপন্নি পানবদা হৈজিং খরায় কারক্কনি হায়রে। ব্রাসি তাবদা থোইবীনা মপল নিংথৌগী নাক্তা চত্তুনা 'ইপল, কাও ফাওঙদা নমোম্ব নোংয়াই মঙোন্দা থাজবিখ্রবনিনা নোংবান্না হৈজিং কারক্কদবা নুমিৎসিদা খুমন মাগীসু হৈজিং কারক্লবা সনা য়াথং পীবিরো নোংয়াই লাদা তাজরুরগে' হঙ্গৎচরুবদা নমানশিংগা তানরুরো তাকপীরে। নোংবান্না হৈজিং কারক্কদবা নুমিৎসিদা খম্বসু হৈজিং কারক্কনি পাউ তাবদা চীংখুবনা নোংবান কৌরগা কেগে কৈথেল মাপলদা য়োনবা হৈ অমত্তা চোয়থোকহন্দবতা নত্তনা হৈয়োনবীশিংগী ময়ূম-ময়ূমদা চত্তুনা পাম্বীদা পানবা হৈ ফাওবা লৈশিন্নবা শিন্নখ্রে। খম্বগী হৈজিং কানবা হৈরাং লৈত্রবদা মচেমগী ব্রা মতুংইন্না খম্বনা শলাং খুন্দা লাক্লুনা মপাবুং শলাং মাইবদা হৈ পীনবিয়ু হায়করে। শলাং মাইবনা থাদোইগী হৈজিং খরায় কানবা মপা পুরেম্বগী হৈকোন্দগী মমূল ফাববা তাওজিং হৈবাং হেক্লুনা লেংপোৎ থন্না হাপ্তুনা হাও পাখঙ তরাবু মোইরাংদা থিলহল্লকই। নোংবান্না হৈজিং কাবকপদু ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা ওকই অদুবু থোইবীদি মশা ঙমদে হায়দুনা থোবকখিদে। নুমিৎসিগী নুংথিলদা খম্বগী হৈজিং কারকপদনা নিংথৌগী তালোযশিংনা হৈজিং ওকখি। থোইবীনা হৈশিংদু শন্দোক্লুনা লাইদা হৈরুক চল্লি।

চীংখুবনা খম্বা লৈরিমখৈদি মচানিঙোলবু নোংবান্দা থাজবা য়াররোই খন্দুনা নোংবান কৌরগা খম্ববু হাৎনবা খন্নখ্রে। ব্রাঙ্গোল নিংথৌনা খুম্বক্কী দোলায় পাবা থারক্লুনা খম্ববু তোবর্বুং শাদানবা চৎকনি কংলাদা তন্না কারকউ পাউ পীরুবে। খম্বনা মৌপ্পাদা নদোম চৎকনু নবাই হৌবগা চৎলু তাকপা মতুংইন্না ফৈরোইজাম্বা হৌকরে। চীংখুবা অমদি নোংবান্না কংলাগী সনথোঙদা খম্বা লাকপা ঙাইরিঙৈ খম্বনা ফৈরোইজাম্বগা লাকমিন্নবা উবদা নীংবা কায়খি। মখোয়না পূন্না তোবর্বুংদা শাদানবা হৌরকপদা লমওক অমনা ব্রাঙ্গোল নিংথৌ তম্না চোংশিল্লকপদা নোংবান্না নাথৈদুনা লৈখ্রগা খম্বনা খোংলৈ থুনা চঙশিল্লক্লুনা ব্রাঙ্গোন নিংথৌগী মমাঙদা থত্তুনা লেপ্পরে। খম্বনা তা পায়দুনা লমওক্কা শাথেংনদুনা তানা থিন্দুনা লমওক অদু হাৎলে। নুমিৎ অদু ব্রাঙ্গোল নিংথৌ ইকায়বা নংদুনা নোংবানগা লোয়ননা হনখি। খম্বা অমদি ফৈরোজাম্বা মশেল-মবায়সু নোক্কা নোক্কা ময়ূমদা হনখি। ইকায়বা নংবা অমদি মায়থীবনা মীবু ব্রাখল খনবা ঙমহন্দবা মতৌদু ব্রাঙ্গোন নিংথৌদসু থোকখি। চীংখুবনা ময়ূমদা হল্লক্লগা মাগী তালোয় অতোনবী কৌথোক্লগা হৈরাং মেৎলু হায়বদা হৈ লৈতরে হায়নরিঙৈদা থোইবীনা

হৈ পুথোক্কুনা পীরে। হৈদু মেৎলগা পীথকপদা ৱাঙ্গোন নিংথৌনা পেল্লদুনা কদায়দগী করি হৈনো হংলকপদা থোইবীনা চাক্কাউ মকাউহৈনি খম্বনা হৈজিং কারকপগীনি হায়না খুমখি। মদু তাবদা চাররোই হায়না ৱাশখ্রবা হৈরাংবু নমথাক তৌদুনা পীজে হায়দুনা মচানুপীবু য়াম্নমক ৱারৌখি।

নোংমা ৱাঙ্গোন নিংথৌনা নোংবান কৌরগা তম্পাকময়ুমগী অবাং থংবদা হৌবা কেলি পাম্বী মখোঙদা খম্ববু হাৎনবা ৱা তান্নখি। নুমিৎ অদুগী অথেংবা অহিংদা মনাও ইবুংঙোনা তখেল শারুংহনবা কৌরগা নিংথৌগী য়াথংনি হায়শিন্নদুনা কনাসু খঙহন্দনা শামু য়াইশা পুথোকহল্লে। অদুগা দোলাইপাবা অনীবু শেল পীদুনা নেক্লগা খম্বা হৌদোক্লুরে। মচীন-মৌপ্পানা হৌগত্তুনা ইমুংদগী থোক্লকপদা দোলাইপাবা অনী লৈবম্বা অদুদা অথেংবা অহিংসিদা লাকপবু কবম্না অরুবা পাউ লৈবগে হংজৈ। দোলাইপাবা অনীনা ঙসি অহিংসিদা থাঙ্গা করাং লান্দাগদৌরি অদুনা মপু সনা যাথংনা খম্ববু কংলাদা হৌজিকমক পুবগা লাকউ তাকপীরকই হায়রে। খম্বনা হেনফদবা মপুগী য়াথংনি খন্দুনা দোলাইপাবা অনীগা লোয়ননা লাকমিন্নরে। ওকচীন থোংখোঙ য়ৌরকপদা নোংথান্না নুপা কুম্লাগা লোয়ননা চোংথোরক্কুনা খম্ববু ফুবা যাবমখৈ ফুরবদা খম্বা জ্ঞান মাঙদুনা তাদুনা লৈখ্রে। নোংবানগী কাঙবুনা খম্ববু খোরী কৈথেল তান্না চিংদুনা পুরগা ৱাঙ্গোন নিংথৌদা শিন্নরে। খম্বনা খজিক খজিক জ্ঞান লাকপা মতমদা চীংখুবনা মচানিঙোল থোইবীবু নোংবান্দা থাজবদা অয়েৎপা পীবরোই খুম্মু নথৱায় কনবিগে হায়। খম্বনা মতৎ মতৎ ওইবা ৱাঙাংদা ‘থোইবীনা মখোঙনা থোংনা চৎখ্রবদি করিসু কায়দে নৎত্রবদি থোইবীবু থাদোকপা ঙম্লোই’ খুমই। মদু তাবদা শাওবনা লুতোন য়ৌরবা চীংখুবনা খম্বগী মখোঙ মখুৎ অদু শামুগী মখোঙ মবিদা পূন্নবা তখেল শারুংহনবদা হায়বে। তখেল শারুংহনবনা নোংঙাল্লকপা ফাওবদংদি খম্ববু কনবা ঙম্ব্রা য়েংগে খন্দুনা লাংখোংজি হাপ্পুনা কিশি লিজাওনা মখা থংহল্লগা শেম্লে। চীংখুবনা শামু থৌনবা হায়ববদা শারুংহনবনা শামুবু তপ্না থৌরকই। মদু উবদা নোংবান্না শামুগী নিঙ্গোংদা লাংশোযনা খেরে য়ৌনা থিল্লগা লাংশোয় নিক্কুনা শামু থৌরকপদা শামু মশাদগী ঈখেং লেপ্পুনা চেম্থবক্লে। মদুগা লোয়ননা শামুগী খোঙথাং খুদিংগী খম্বগী নঙ্গলনা চেগাই মথক্তা চিংবদা উনশা হুদোক্কুনা ঈখেং লেপ্পুনা তারক্লবদা খম্বনা অয়ো ইমা অযো ইমা হায়না কপ্লক্লে। খম্ববু শামু খোঙদা য়েৎ, লাঙ্গোয় খোঙদা পুন্দুনা চেগাইনা শৌ শাবা লৈমাযদা চিংদুনা মশুংলাংগী য়াইবী লৌনবা হোৎনরিবদু থোইবীগী মমঙদা ফাওরক্লে। থোইবীনা মীকপ থোকপগা শেনু হৌদোক্লগা মপাগী কাদা চঙদুনা য়েংলুবদা

মপাদি লৈরমদ্রে। মপান্দা থোক্লুনা য়েংবদা খোরী কৈথেল্লোমদা শামুনা চৈনাখোল খাঙবা ঙমদনা খোংলকপদু তারে। থোইবীনা খ্বাংজেৎ মচি লাংদুনা মখূত্তা খূৎশু থাঙ পায়রগা খোরী কৈথেল তম্না চেল্লকপদা খম্ববু শামু খোঙয়েৎলম্বদু উরে। থোইবীনা কেগে মচা কনানো নশক ইশক খঙনশি লাওরকপা তাবদা ব্রাঙ্গোন নিংথৌদি নোংচুপ পাংনা তূরেল মরিল ইন্না চেনখ্রগা থাংজিং হিদেন তাফম শম্লগা কংলাদা চঙলগা তূমিন্না লৈখি। নোংবানদি চেনবা নংহৌদদুনা থোইবীনা লংলকপা থাঙনা পাইশিল্লক্লুনা কোয়েৎ তোলোক শলাই কক্লুনা লৈবাক্তা তাখি, মকোকমক্তি কেলহৌদ্রে। নোংবান্না শিরমগনি শোল্লগা মখা পাংবা য়াওশু খুন্দোনলোমদা চেনখি। খোঙয়েৎপা য়াওরম্বা নুপা পূম্নমক শমজি খায়দুনা চেন্নখি।

খম্বনা অশিবগুম তাদুনা লৈবদু উরুবদা থোইবীনা মশাবীগী মকোক কোনখৎলগা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। তখেল শারুংহনবনা শামুগী মথক্তগী কুমথরক্লগা খম্বগী মখোঙ মখূৎ পুল্লিবদু লৌথোক্লগা খম্ববু খরায় লায়কন্নদুনা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক থোইবীদা তম্লে। থোইবীগী মতুং ইন্নরকপী শেনুসু মফমদুদা য়ৌরকপগা থোইবীনা শেনুবু খম্নুদা পাউ পীরুনবা থাগ্রে। খোরী কৈথেলগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদু অহিংদা শামুনা খোংবা তান্নরবসু নিংথৌগী খোঙনেৎশা শামু য়াইশা মচুম তাদুনা ঙাওরে তাবদগী কিদুনা অহিং মপান থোক্লখিদে। নোংঙাল্লমদায়দা মীয়াম্না কপ্প-লাওনবা তারকপদগী মপান থোক্লরকপদা খম্বগী মতৌদু উন্নরদুনা লায়কন্নবা য়াওররে। কেগে অকাম মচাশিংনা কংলা লাল্লুপ পুরুবদগী কুম্নরকপদা থৌদোক্তু থেংনবদা মখোয় খরা চৎখিদুনা চাউবা নোংথোনবদা পাউ পীরুরে। ফৈরোইজাম্বসু য়াওসু খুন্দোন্দা শগোল শোইনৌ অমা লাক্লিঙৈদা মখোয় খরনা পাউ পীররে। ফৈরোইজাম্বনা খোংলৈ থুনা চেল্লক্লুনা মশেনবু লায়কন্নবা য়াওররে। খম্নুনা খোরী কৈথেলদা থুংলবা মতমদা মৌপ্পানা মশা পূম্বা কুরোন হদোক্লুনা ঈনা পুমঙাং ঙাংনা অশিবগুম তাদুনা লৈরম্বদু উবদা মথব্রায় শোক্লা কপ্লক্লে। মশাদা ইল্লিবা ফি অদু লৌথোক্লগা খোরী কৈথেল থুংনা চেন্দুনা 'ইদুনিংথৌগী থব্রায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক মিরেল নঙনা থাদোকফদে, থব্রায় নঙসু হামচৎফদে নহনফমদা হল্লো নতেফমদা তেরো হায়না মৌপ্পাবু ময়া কাথোকহল্লগা কুঃ কুঃ সেঃ সেঃ হায়না ইনবিরে। চাউবনা থিন্দনা খোরী কৈথেলদা লাক্লুনা মমাক্কী মিহুল কাংলোন য়েংবদা মথব্রায়মক্তি মাঙদ্রি খঙলে। অদুনা মনাই মুক্লামবু থোংলেনদা পাউ পীরম্লগা শলাং খুন্দা চত্তুনা শলাং মাইববু কৌরুনবা থাগ্রে। অদুগা চাউবনা মচানুপা ফৈরোইজাম্বদা

খম্ববু কংলাদা পুরক্লগা ব্রাকৎলনবা শিন্নরম্লগা মশানা কংলা কাখ্রে। ফৈরোইজাম্বনা খম্ববু কংলাদা পুরক্কুনা ব্রাকৎলরে ।

খম্ববু শামু খোঙদা য়েৎপদগী শিবা য়ানা শোক্কুনা লৈরৌরে হায়বা পাউ থোংলেননা মুক্ত্রামদগী তারে। থোংলেন শাওবনা মৈ হৌরদুনা খুদক্তা মনাই মুবা মেরা অনী কৌরগা লানগী থৌরাং তৌরো হায়খ্রে। মুবা মেরা অনীনা লাম্মী পুম্নমক খোমগৎত্তুনা লানগী থৌরাং লোইখ্রে। থোংলেননা মনাই মশলশিংগা লোয়নরগা মুবা মেরা অনীনা মতুং ইলহল্লগা মমৈ কক্লবা লুব্রাং হুইজাউ মরি পুরদুনা শগোল কারুবী তোংদুনা লাল্লাও লাওরদুনা কোনুং তম্না চঙশিল্লক্লে। অকনবা নোংলৈ নুংশিৎকী মমাং থানা লমজাও খোন্না চাকপা খাম্বী মৈজ্রাওগুম্বা থোংলেনগী লাল্লাও তাবদা চৈরাপ্তা কনামতা ফম্বা ঙম্লরক্লে। থোংলেন্না পনবা লৈতবা চঙশিনল্লকপা লানগী লানওং উবদা নিংথৌনা চাউবদা লাল খাম্বিয়ু হায়জরে। থোংলেন্না শয়াংথক্তগী লংলকপা অরাম্বাইনা চৈরাপকী সনথোঙদা য়ুংলরে। চাউবনা লোইশঙ মচাশিংদা খম্ববু মচী অমদা থৈদোকহনখ্রে। খম্বগা মশক হায়রপ মান্নবা ফৈরোইজাম্ববু খন্না শাদুনা মাগী মতুংদা লেপহল্লে। অদুগা চৈরাপকী সনথোঙদা থোক্লগা মখূৎ থাঙ্গৎলগা লাওরকই। ‘পাথৌ থোংলেন নপারী করিসু তৌদে, ঐগী তুংদা লেপ্লিবসি খম্বনি। অহল ওইবনা উবা ময়েক শেংদ্রবা থোংলেন্না ফৈরোইজাম্ববু খম্বনি খনখি। চাউবনা থোংলেনগী অশাওবদু নেমথহল্লবা মতুংদা মখূত্তা পায়রিবা থাঙ অদু লৌথোক্লগা নিংথৌগী মনাক্তা পুশিনবীরে। থোংলেন্না নিংথৌবু খুরুম্লগা মশাগী ফমফমদা ফমখ্রে। চাউবনা নিংথৌবু খুরুম্লগা ‘ইনিংথৌ হন্দক খম্ববু শামু খোঙয়েৎখিবসি নোংবান মবূকথোক্কী থৌরাং মান্দে, মনাও ইবুংঙোসু য়াওরমগদ্রা হায়না চিংনজৈ’ হায়রকই। ব্রাদু তাবদা থোংলেন্না ফমফমদগী ফুক হৌগৎলকপদা চাউবনা মতাওগী খুদাং পায়দুনা খামজিল্লি। ব্রাঙ্গোল নিংথৌদি করিমত্তা খুমদনা তুমিন্না লৈ। চাউবনা তখেল শারুংহনবা কৌশিল্লগা থোকখিবা পুম্নমক তম্লবা হায়বিরে। শারুংহনবনা থোকখিবা পুম্বা সনা মাঙদা তমদুনা তারবদা থোংলেম্না অশাওবনা মশাবু ফাথবা ঙমদনা হৌগৎলকপদা চাউবনা সনা মাঙনি ফজদে হায়রবদা থোংলেন মখয়াৎ চিক্কুনা লাকচৈদা হায়রম্লগা মমীত্তগী মপী তানা কপ্লক্লে। নিংথৌনা চাউবা থোংলেন অনীদা বিচার নীংথিজনা চখরগা মরান লৈবশিংবু মতীক ওকপা দন্দি পীয়ু হায়রে। । চাউবনা মুবা মেরা অনী থাদুনা নোংবানবু খিহনবদা তৌজেন পোকপী লাই থম্বাল তূথুপ্তা তৌরাং মরক্তা লোৎলম্বদগী নোংবাবু ফাদুনা চৈরাপ্তা পুন্দুনা পুরক্লে। চাউবনা নিংথৌদা হায়জরে খম্বনা খরায় লায়কন্নবদা ফরক্লবদি

ফরে, ফরক্তবা থোক্লবদি লৌতুনরিবা ৱাঙ্গোন নিংথৌ অমদি নোংবান অনীবু অঙাং ওলহনবা, খম্ববু লায়কন্নরিঙৈগী মনুংসি থোইবীবু খম্বগীদা থম্বা, ৱাঙ্গোন নিংথৌবুনা মপান চথোকপা য়াহন্দনা দোলাই পাবশিংনা ঙাকহল্লগা মপুগী শঙ্গায়দা থম্বা, নোংবানবুনা কুরাউ হংলাই চন্দুনা কৈশুমশঙদা থম্বা, খম্বনা কংলা কাবা ঙম্বা নুমিত্তা নোংবান অমসুং ৱাঙ্গোন নিংথৌবুসু কংলা কাবা য়াহনবা অদুগা তখেল শরুংহনববুনা লৌচা কক্তুনা লাল্লুপ কাহনবা, হায়রিবশিংসি নিংথৌনা য়াবিরদুনা বিচার লোইশিল্লে।

খম্ববু দোলাইদা হাপ্তুনা শলাং মাইবা য়াওনা ময়ূমদা পুথদুনা খরায় লায়কন্নরে। শলাং মাইবনা হিদাক থাদুনা লায়কন্নরকপনা খম্বা জ্ঞান লাক্তুনা ঈশিং থক্কে হায়রক্লবদা থোইবীনা ঈশিং ইনবিরে। শলাং মাইবনা অহিং তুমদনা থাবুম অহুম লায়কন্নরবা মতুংদা খম্বা হৌগৎ-কাংখত্তুনা চৎপা ঙল্লক্লে। চাবা থকপসু মহাও খঙনা চাবা ঙল্লক্লে, মচাইবেমনসু থা অহুম চুপ্পা খম্ববু শেবা তৌজরকপনা খম্বা মশা ফগৎলক্তুনা নাবা পূংফ-ফরদুনা কংলা কাবা ঙম্লক্লে। খম্বনা কংলাদা নৌনা কারকপা উবদা লৈবাক-নিংথৌ, অঙম-অথৌ পূন্নমক হরাওনরে। নুমিৎসিদা ৱাঙ্গোন নিংথৌ অমদি নোংবান অনীবুসু থাদোক্তুনা কংলা কাবা য়াহল্লে। ৱাঙ্গোল নিংথৌনা থোইবীবু খম্বগী য়ূমদগী কৌহল্লুরগা নোংবান্দা থাজনবা হায়রুবদা থোইবীনা পুংজা হোংবা খুদিংগী নুপা হোংনা থাজবদু মহাক য়াবা ঙম্মোই, মহাক্তি কাওফাঙৈদা খম্বদা থাজবিখিবা নুমিত্তুদগী মহাক্কী পুক্লিং খম্বদা লেপখ্রে হায়রে। ৱাঙ্গোন নিংথৌনা শাওরদুনা মচাবু শেন্বী কবো পদাংখোংদা লোই থাগনি হায়রে। তম্পাক ময়ূম হঞ্জবা কৌরগা ৱারম পূন্নমক শিন্নখ্রে। মথংগী নুমিত্তা তম্পাক ময়ূম হঞ্জবদা চেতম অমা তুমুরাকপদা পীনবা শিন্নরে। তম্পাকময়ূম হঞ্জবনা লমতাগী নিনি পানবা থোইবীগী মপোক নুমিত্তা থোইবীবু কবোদা থিল্লকই। থোইৱা য়ৌরকপদা থোইবী অমসুং তম্পাকময়ূম হঞ্জবনা পোথারিঙৈদা খম্বনা শগোল তোংদুনা তান্নরকপদা থেংনরদুনা ৱারী ৱাতায় ঙায়হাক শান্নরে। পূকমেন পাওমেন্নবা লোইরবা মতুংদা খম্বনা ইরোয়ৱা ৱাপলদগী ৱা অমা য়াল্লগা লন্বী চৎখিবদা পাখঙ মহুৎ শিন্দুনা পায়রগা চৎপিখো হায়দুনা চৈশু অমা শেল্লগা শিন্নবিরে। থোইবীসু নিঙোলগী খূৎনিংথৌদা শিরিবা সনাগী খূদোপ অদু লৌথোক্লগা খম্বদা শিন্নরে। থোইবীনা তম্পাকময়ূম হঞ্জবগা লোয়ননা নিঙোল থোং লান্দুনা কবো পাংখ্রে। কাংশোইবী য়ৌবদা ৱান্নরদুনা ঙায়হাক পোথান্নবা মতমদা থোইবীনা মবুংঙোনা পীরকপা চৈশুগী মতাং অমা কক্লগা লৈমায়দা য়ুংশিল্লে। করিগুম্বা মহাক্লা শেন্বী কবোদগী লোই

কারকপদা ব্রাদুনা খুমু ব্রানৌ হুন্দুনা ব্রা ওইনা হৌরম্লবদি অপাম-নুংশি থুংনগনি খঙজগে চীংগু খুদম চাংদম পীনবিয়ু নীজরম্লগা থোইবী তম্পাকময়ুম হঞ্জবগা শেম্নী কবো তম্না খোঙশানখি।

শেম্নী কবো য়ৌরবদা তম্পাকময়ুম হঞ্জবনা তুমুরাকপদা থোইবীগা চেতম অদুদা শীন্নজরে। তুমুরাকপনা চেতম অদু পারবা মতুংদা মচানিংঙোল চনিংখোম্বী কৌথোক্লগা থোইবীগা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নৌ হায়দুনা শকখঙ মায়খঙহল্লে। মখোয় অনী মতম খরা চান্নরবা মতা ওইরম্লবসু চনিংখোম্বীনা থোইবীগী মতীক-মগুণবু কল্লকপদগী থোইবীবু য়েক্লবনি খনখিদুনা পাখোন শিদুনা মীনাইগুম্না ল্লোয়নরকই। নোংমা নুমিদাংব্রায়রম অমদা ইয়োংশঙদা লংচাক চাক্লিঙৈদা অথাপ্পা মফমদগী নুংশিরবা তৌদ্রিগী খোঞ্জেন্না থাদোই থাদোই হায়না মহাকপু শৈথাদুনা শকপা ঈশৈ অমা থোইবীনা তারম্মী। মদু তাবদা থোইবীনা মবুংঙোনা মহাক্কী লৈফম খঙদবদগী থিরক্লিবনি হায়বা খঙখি। অদুনা থোইবীনা ফৌশু ঈশৈগী শৈহেক্তা ঈশৈ শক্লুনা মহাক্কী লৈফম তাকই। খম্বা অমদি ফৈরোইজাম্বনা শগোল থৌদুনা লাক্লবদা থোইবীনা নাকল থোঙ হাংদুনা কৌশিন্দুনা ফমহল্লে। ঙায়হাক পূকমেন পাওমেন্নরবা মতুংদা খম্বা, ফৈবোইজাম্বগা লোযননা হনখ্রে। তুমুরাকপনা মচানিঙোল অনীদা শিদান্নবা ওইবা ফি অমমম শারগা পীননবা হায়রুবদা থোইবীনা শারগা কৎলবা ফিদু উবদা তুমুরাকপনা থোইবী হায়বসি অচম্বা নুপীমচা অমা নত্তে হাযবা খঙখি। থেংখাঙ কয়াদা চনিংখোম্বীনা মহাক্লা থোইবীদগী মগুণ হেন্না লৈ হায়বা উলগা মায়থীবা পীনবা হোৎনবদা মশামক ওইনা ইকায়বা নংদুনা তোকখি।

থোইবীনা কবো পদাংখোংদা লোই কুমখিবা থা অহুম শুরকপদা চীংখুবা অমদি মমা তরামাথোইগী মমঙদা থোইবীবু উরে। মমঙদা উবদুদা মচানিঙোলনা চবৈ ফিমন শেৎ, খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা চীংদা কাদুনা শীং চনবা, পাত্তা কুমদুনা লোং খোনবা মতৌদু উবদা মমা তরামাথোইমক মীকপ থোক্লপগা মখোল থোক্লা কপ্লরক্লে। চীংখুবনা তৌফম খঙদ্রদুনা তম্পাকময়ূম হঞ্জবা কৌরগা চেতম অমা শীন্নবগা থোইবীবু লোইদগী লৌরুনবা হায়রে। তম্পাকময়ূম হঞ্জবনা চৎখ্রবা মতুংদা লোন্না নোংবান কৌরগা মচানুপীনা লোই কারকপদা ওক্লগা ময়ূমদা পুখ্রো শীন্নখ্রে।

তম্পাকময়ূম হঞ্জবনা কবো তান্না চৎখিদুনা তুমুরাকপগী মফমদা ব্রাঙ্গোন নিংথৌনা পীরকপা চেতমদু শিন্নরে। তুমুরাকপনা চেতমদু পারগা

থোইবীবু লোই কান্নবা তাকপীরে। থোইবীনা মপা তুমুরাকপা, শন্দ্রিক চনিংখোম্বী অমদি মতাশিং বিদায় পীরন্নগা তম্পাকময়ুম হঞ্জবগা লোয়ননা মোইরাং তম্না লাক্লে। কবোদগী হল্লকপগী লম্বীদা ইথায় খেবপুং য়ৌরকপদা থোইবীনা মহাক্না লংথোক্লম্বা চাকয়োমগী লাতোন্দু মফমদুদা লফু ওইনা হৌরম্লে। অদুগা চৈশুগী ব্রা মতেক অদুনা উনৌ চোংদুনা ব্রা পাম্বী ওইনা হৌগৎলম্লে। মদু উবদা থোইবীনা অপাম নুংশি থুংনরগনি খন্দুনা হরাওনা লাক্লে। খুগা তূরেল লাল্লগা তেরাখা য়ৌরকপদা নোংবান্না পে খন্দুনা মনাই-মশলশিংগা লোয়ননা লৈরম্বা উবদা থোইবী হৈনদ্রে। অদুবু লৌশিং চাওবী থোইবীনা মীত্তা নুংশিনা য়েংলগা খোয়রুম মোমোন নোক্লুনা 'ইতৈ নোংবান' কৌরকপা তাবদা নোংবানদি হরাওবনা খম থেংখ্রে। থোইবীবু ফিদাদা ফমহন্দুনা হৈ-রা পীজ-পীথক তৌরে। থোইবীনা কবোরাই হৌরে হায়দুনা নুংশা থবেৎ থবেৎ হোনজিন্নরে। থোইবীনা কবোদা লৈরিঙৈদা কবোরাই হৌরবদি শগোল তোংলগা ফৈ হায়শিল্লে। মদু তাবদা নোংবান্না থৌইবীবু মশামক্কী শগোলদা তোংহল্লে। থোইবীনা শগোল অদু খজিক থৌদোক্লগা খরমুক হঞ্জিন তৌদুনা ফনা নীংথিনা লাপথোক্লবা মতুংদা নোংবান্না তান্নরকপদা ফংলরোই খঙলবা মতমদা শগোলদু নুংশিৎকী মমাঙ থানা থৌদুনা চৎখ্রে। নোংবান্না গতি লৈতনা লৈহৌরে। থাইবীনা লোই কারকপা ওক্ল বা থোঙ্গান্দা লৈরিবা মমাশিংদা থোইবীনা খম্বগী নাক্তা চৎখ্রগে লাওরম্লগা শগোল কারুবী থৌদুনা চেঙ্গৈ পাত্তোন তমখ্রে। খম্বনা কংলাদগী থৌগুম্লকপদা ঙাইরিঙৈদা 'ইবুংঙোতোন লাঙ্গোই শগোল খাম্বীয়ু' হায়না থোইবীনা লাউরকপদু তারে। খম্বনা চেম্থোরক্লুনা খোঙলৈ থুনা পাখঙগী মতাফরবা মথবাক্লা শগোলগী মথবাক্তা নপশিল্লগা মখোঙ অনীনা লৈবাক্তা শৌ শাদুনা লেপ্লগা মফৈগন্না শগোলগী খূমাঙদা ঙাক্লুনা মখূৎনা খুর্জি য়ান্দুনা মপাঙ্গল ফূক্না শগোল খাম্লে। থোইবীনা খম্বদা কোনশিল্লকপদা খম্বনসু থোইবীবু কোনশিনবিবে। খম্বনা হরাওনা থোইবীবু মৈ ওকহল্লগা ময়ূমদা পুশিনবিরে।

ব্রাঙ্গোল নিংথৌ অমদি নোংবান তান্নবা য়াবা তান্নরবা মতুংদা নোংবান্না চৎখিদুনা কংলাগী পুংজাউ য়ৈরুরে। পুংখোল তাবদা মোইরাংগী অঙম-অথৌ শুনবা চৈরাপ্তা তিল্লে। চাউবা নোংথোম্বনা নোংবান্দা কংলা পুংজাউ য়ৈবগী মরম হংলকই। নোংবান্না হায়রকই-মহাক্না মপা ইবুংঙো ব্রাঙ্গোন নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না মচাইবেম্মা থোইবীনা লোই কারকপা কুম্বী তেরাখাদা ওকচরুরগা ময়ূমদা থমজৈ। মচাইবেম্মনা নুমিদাং তরা চাবা লোইরগা মখূৎ হাম্বা থোকখিবদা খম্বনা ফারগা পুবিখ্রে। মচাইবেম্মনা ইতৈ নোংবান কনবিয়ু হায়না লাওরকপা

তাবদা মপান্দা চেস্থোক্লুবদা খম্বনা নেকপা নুপা তরানা মহাকপু য়ৈথুরল্লগা থোইবীবু ফারগা পুখ্রে। মদুদা মথৱায় শোক্লুনা কংলা পুংজাউ থিনবনিখুল্লে । চাউবনা খম্বদা নতাও নোংবান্না হায়রিবসি চুম্বরা হংবদা খম্বনা পুন্নমক্লু মহাক খঙদে। মহাক্না খঙবা হায়ববু নুমিদাংৱায়রমদা মচাইবেম্মনা লাংগোই শগোল তোংদুনা মরানয়ায়দা লাকই। মহাক্না থিঞ্জগে হায়বদা মচাইবেম্মনা য়াবিদবদগী ময়ূমদা থল্লে। নোংঙানবগা নিংথৌদা হঙ্গৎচগে তৌরিঙৈদা কংলা পুংজাউ থিনবগী মখোল তাবদা কোনুং কাজরকপনি হায়রে। মদু তাবদা থোংলেন্না খম্বা নোংবান অনীগী ৱাহৌনা মোইরাং লৈবাক্তা ৱাথোক মশীং খঙদ্রে অদুনা মখোয অনীবু কেগে কংলা শা মমাঙদা চায়না পূং থোল্লগা তিমেন তা লংদুনা চাযনহল্লসি। অঙম্বনা থোইবী লৌজরসনু ঙমদবদুনা শিজখ্রসনু হায়রে। নিংথৌনসু য়াবিবে। অসুম্না চাযনা পূং থোন্দুনা চায়ননবা থৌরাংলকপা মতমসিদা ফুবালা নরানশৈনা খোইরেল খুঞ্জা খরা মৈহুম মোরোক পাউ লাক্লে। মদুদি খোইরেল্তাক্কী হাওমু লোক্তা কুমাম চনু কুজলেম্বীনা লোক্লে য়ানবা চৎখিবদা কৈনা চাদুনা শিরে। কৈ অদু চেনখিদনবা খুঞ্জাশিংনা কৈবন শাদুনা খূৎলায় পাযদুনা শংহৌরি তল্লে। নিংথৌনা খম্বা নোংবান অনী চায়নবগী মহুৎ কৈ ওইনা ফাহল্লসি হাযরে। থোংলেন, চাউবা অনীনা হাওসু লোক্তা লাক্লুনা কৈবলগী অকোয়বদা খূৎলায় পায়দুনা খুঞ্জাশিংনা শংলিবদু চেকশিন্না য়েংশিল্লরে। খম্বা নোংবান্না কৈ ফাবা য়েংন্নবা মোইরাং নিংথৌগী অমদি ফম্নাইবশিংগী শগাই কায়মরুম থিন্দনা শারে। মচা খম্বনা কৈ ফাগদৌবি পাউ তারদুনা শলাং মাইবসু কৈ ফাবা যেংবা লাক্লে।

খম্বনা চাবা থকপা লোইরগা মবাই ফৈরোইজাম্বগা লোয়ননা খোইরেন্তাক পাংলক্লে। নোংবানসু থৌরাং পূম্বা লোইরগা মমাবু খুরুম্লগা খোইরেন্তাক য়ৌরক্লে। খম্বা, নোংবান অনীনা নিংথৌবু খুরুম্লগা কৈবল মনুংদা হূইরোয় নুপা মরি মরিগা লোয়নরগা চংদুনা কৈ থিবা হৌরক্লে। খম্বদি অকিবা লৈতনা কৈ থিরকই। নোংবানদি কৈবু কিবদগী মরোয় হূইরোয়শিংবু থাজিখ্রগা মশাদি কৈ থেংনদনবা চীংথক্তা কাদুনা লৈরে। ইখঙ খঙহৌদনা কৈদি নোংবানগী মমাঙদা থোরক্লে। নোংবান্না কৈদা তানা থিল্লুবদা কৈগী মখূৎনা তাজিন য়ৈথরগা চোংশিল্লক্লে, কৈগা নোংবানগা নম্নরে। নম্নবদা কৈগী খূজিলনা খোৎপদা ঈখেং তাদুনা নোংবান জ্ঞান মাঙবা হৌরক্লে। নোংবান্না মথৱায় হিংলবদি খন্দুনা ইকায়-ইকি থাদোক্লগা খম্ববু মথৱায় কনবিনবা কৌরক্লে। নোংবান্না কৌরকপদু তারদুনা খম্বনা হুইরোয় মরি হুন্দোক্লম্লগা খোঞ্জেল লাকপা মায়কৈদা চেনশিল্লকপদু পাম্বা কৈনা উরদুনা নোংবানবু থাদোক্লম্লগা নারক্তা চেনশিখ্রে। পাম্বা কৈনা

শোক্লবা নোংবান্না মশাদু হুনা থুন্দ্ধৎখিদুনা ঈশিং খজিক্তা পীথকপীয়ু নীজরক্লে। খম্বনা ঈশিং থক্লগা কৈগী হু হেনগৎকনি হায়রবসু নোংবান্না য়াদ্রবদা খম্বনা পাংখোক্লাদা ঈশিং শোক্কুনা নোংবান্দা পীথক্লে। নোংবান্না মমাঙথক্তা মহাক্লা লংজখিবা কয়াদু খম্বদা ঙাকপীয়ু  হায়জরে। ঈশিং থক্লুবদগী কৈগী হুনা হকচাং শীন্না শন্দোকখিবদগী নোংবান শিরে। খম্বনা নোংবানগী অশিবা হকচাংদু পোদুনা কৈবল ব্রাংমদা  পুথোকরকপদা অঙোমগী কাঙবু পূম্নমক থব্রায় শোক্লা কপ্লরে। খম্বনা কৈবল মনুংদা হন্না চঙশিন্দুনা কৈবু থিরক্লে। নারক্তা থুপ্লম্বা কৈগা খম্বগা থেংনদুনা লাম্বানরপদা খম্বনা কৈবু  তানা থিন্দুনা হাৎলে। হুইরোইশিংনা কৈগী মখোঙ মরি পায়দুনা কৈবলদগী পুথোকপা উবদা থোংলেন্না  শঙ্গাইদগী কুমথরক্কুনা ঔগ্রি শক্তুনা জগোয় শাখি।

খম্বনা কৈবু হাৎলবদা মপু মোইরাং নিংথৌনা খম্বদা মনা-মথুম চাওনা পীবিখি। মসিগীসু মথক্তা মমোম লাংলেন থোইবীবু মতীক চানা অওং-অউন তমদুনা খম্বদা লুহোংবিখি। থা অমা ওল্লকপদা খম্বনা মপাবুং থোংলেনগা তান্নরগা মচেম খম্লুবু অওং-অউন তমদুনা ফৈরোইজাম্বদা থাজরে।  খম্বা থোইবী অনী লুহোংদুনা থা অহুম নুংঙাই য়াইফনা পানখি। নোংমা খম্বনা অহিং অথেংবদা ময়ূমদা হল্লকপদা থোইবীবু  লক্লগে খন্দুনা  মকোক ফিরু ফিরাং খুম্লগা মখোল ওম্থোক্কুনা লক্লুরে। থোইবীনা খম্বনি খঙদবদগী শাওরদুনা মখূৎশু থাঙ চেৎনা পায়দুনা থোঙ হাংদোক্লগা থোঙজিন মরুমদা তাশিন্দুন লৈরে। খম্বনা ফিরুক খুমদুনা থোঙজিন কানশিল্লকপদা থোইবীনা মখূৎশু থাঙনা খম্বগী মথবাক্তা থিল্লে। চৈনা ফংলবা খম্বনা চূম্না লেপ্পা ঙমদনা  মশানৌবু কৌরগা লৈমায়দা হাইথরক্লে। থোইবীনা মবুংঙোনি খঙলক্কুনা থম্মোয় শোক্লা কপ্লক্লে। ঙায়হাক্কী মনুংদা খম্বা শিরে। থোইবীসু মবুংঙোগী মথবাক্তগী থাঙদু শৎলগা মথন্দা থাঙনা থিঞ্জিঞ্জদুনা শিজরে। খম্বা থোইবী অনীনা শিমিন্নখিবগী পাউসি তাবদা নিংথৌ, মনাও ইবুংঙো, চাউবা, থোংলেন্নচিংবা লৈবাক্কী অঙম-অথৌ পূম্নমক লাক্কুনা অব্রাবা শরুক য়াররে। খম্বা থোইবীগী নুংশি ব্রারী অসি কেগে মোইরাংগী য়ূমথোঙ খুদিংদা শোন্নখি।

হাপচিনবা-১

# ইবাং পুরিল্লাইশিং

মোইরাং পোকপা কসারেল

\+

লৈনুং য়ুচাখা চনু ঙাংসাবী

ঙাংহুন্থোক

১। ঙাংনিংসিং

\+

ঙানুরোল যাইবৈমা

।

২। হামসা

\+

ঙানুরোল শংলৈমা

।

৩। ফাংলিল্লাই

\+

ঙানুবোল লাযাইনু

।

৪। যোইবা

\+

ঙানুবোল লিকয়াইনু

।

৫। নাবোঙ

\+

ঙানুবোল ব্রাহুইনু

।

৬। ময়াম্বা

\+

ঙানুরোল ইরিক্লু

।

৭। সুনুচা
+
নোংবাল্লোন মৈরাপোনচেনবী
।
৮। ফাং ফাং পোংলেনহনবা
+
খরোইরোল মোন্তোম্ম
।
৯। পুরিল্লাই তেলহৈবা
+
লাইৱা লৈমা কোংতিংনু
পোকপী লৈমা নুংঙৌনু
চাউবা শৌপোন ঙম্বা
লোকপা লাইবা
+
চোংথাম মেনলেম

১০। লাইফাচেং
+
ৱাঙল্লোন নাউরেমতোন
।
১১। উরাংঙাংঙোইবা
+
চীনফুরোল সনালেম্বী
মোইবী লৈমা খিমোই
।
মুৱা সনা
।
১২। সনা লাখ্বা
+
যাইবিলিক নোংথাই
নিংথি তরেংবী
।
১৩। লাইয়ু পুন্সিবা
সনাহোংবা
+
যোইরুল্লোন ইঙেন চনু
১৪। তুসেম্বা
উরা লৈনাউতা

১৫। থাংৱাই কোংতিংহনবা
+
ঙানুরোল থমোইলেম্বী
।
১৬। থিঙ্গ্রি নচাউবা
+
নোংবাল্লোন সুনুরেম্বী

১৭। নুঙনাং নিংথৌতোনবা

\+

চীংফুরোল চীংচারেম্বী

|

১৮। খোকখৈ লাম্থাবা

\+

যোরুল্লোন নোংতাইনু

|

১৯। উরা কোংয়াম্বা

\+

চাফরোন লৈফোনলাংবী

খম্মাং অতোনবা

২০। থিয়াং মীচাওবা

\+

থোংঙাইবা চনু চেংখুঙম্বী

|

২১। খোকরা নংহুইরাং

\+

চাফরোন নুংচেনবী

|

২২। চরলবা

\+

লীনশুয়োল নোংতাইরেম্বী

|

২৩। থাঙ্গা ইফেন লাম্থাবা

\+

ফৈরৌসু কোল্লাংনু — চাফারোল লৌক্লুসু

|

২৪। সাংতোল খুবা — চাখা খল্লাংবা

\+

সনা লাংমৈবেম্বী

|

২৫। লাইজিংসু উরা তেলহৈবা

\+

ঙানুরোল য়াংলৈঙম্বী

।

২৬। মসেম্বা

\+

চাফরোন লৈহনমোম্বী

ঝাঙল্লোন মাইনৌ চনু

২৮। কাবা পুরাং

২৯। ইথাই কহিরেম্বা

\+

২৭। কোয়রেল নিংথৌবা

\+

সনা লিক্লাং খোমহানবী

মালং অহোং চনু

সনা পোনচেনবী

লাইতোন লৈমা খাংনৌবী

খাংহন নিংথিবা

উরা ঙাইখোম্বা

৩০। সনা লৈনাউবা

\+

নোংবাল্লোন নোংলৈশ

।

৩১। অতেল্লকি লোইচা অ

\+

হাওখা লাম্বাবী

৩২। চীংখু তেলহৈবা

চীংখু অখুবা

থমং ততোনবা

\+

হৈরেম লাইফা চনু

৩৩। ঙাঙোই পুম্বিবা

সনাবা

\+

নোংবাল্লোন লাইরোংলেম্বী

খয়োইরোন পুয়ামচনু

হাপচিনবা-২

# খম্বগী পারী-পুরী



হ'পচিনবা-৩

# শলাইশিংগী লৈফম



হ'পচিনবা ৪

# শাইওনগা মরী লৈনবা মফমশিং



১। মো'ইবাং কংলা (আই এন এ কমপ্লেক্স)
২। ওকচীন কৈথেল (মোইবাং বাজাব)
৩। হিগা কৈথেল (শেন্দ্র লম্পী)
৪। খোবী কৈথেল (লাইশ্রংবম লৈকাই)
৫। চেংলৈ কৈথেল (অহম্মেম লৈকাই)
৬। ঙাংলৌ কৈথেল (চেঙ্গৈ লৈকাই)
৭। খাম্বী কৈথেল (ওকথোংবং মনীং)
৮। ঙাঙ্খা কৈথেল (ঙাঙ্খা লৱাই মমাংঙ)
৯। খোয়োল কৈথেল (থঙ্গপোকপী)
১০।যাওসু কৈথেল (শ্রীবোন লৈকাই)
১১ নোংবান ইংখোল (ইস্কোন -মো'ইবাং)
১২। থোংলেন যুম্ফম (মখা মাইরেম্বম)
১৩। থাংজিং লাইশঙ
১৪। শলাং মাইবগী লৈফম (শলাংথেল চীং)
১৪। অয়াংলৈমা অহনগী খুভম
১৫। অয়াংলৈমা অতোম্পী খুভম
১৬। কৈ ফাফম (খোইরেন্তাক/হাওমুবোক)
১৭। খম্বা পোকফম (পুখ্রম্বম লৈকাই)



আর জেমীতে (১৯৭৪) মপৃংফাবা মিংনা শ্রী নাওতম রঞ্জন সিংহ আসামগী নাগাঁও দিষ্টিক্কী মনুংচনবা লমদিংদা পোক্লগা লোইতাং খুন্নৌ ইম্ফালদা যুম হোংলক্তুনা লৈররে। অইবসি ডি এম কলেজদগী গ্রেজুয়েট অমদি মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী মাষ্টর পাস তৌখি। য়ুনিভর্সিটিগী মহৈরোয় ওইরিঙৈদগী হৌনা মণিপুরগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী চেফোঙ কয়ামুক ফোঙবদা এডিটর অমদি এডিটোরিএল বোর্ডকী মেম্বর ওইখি। সাহিত্যগী মরুওইবা সংস্থান কয়াগী থৌপুবসু ওইরম্মী। অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি শৈরেংদা- ১। চোয়জাইনরবা লৈরাং (১৯৯২) ২। অফ্রিকাগী অশংবা চীংশিং (১৮৮৫) ৩। শীংনদুনা চংকনি (২০০০) ইংরেজিদা এডিট তৌবা ৪। ডি নিউ ভোইসেস অদুগা সাহিত্যবু নৈনবগী লমদনা ৫। মণিপুরী শৈরেংগী শক্লোন অমা (২০০২) ৬। মণিপুরী সাহিত্যদা ফেমিনিজম (২০০৫) ৮। কলম অমসুং নোংমৈ : অরাম্বম সমরেন্দগী ড্রামা নৈনবা (২০০৮) অসিনি। হন্দক পুথোক্লিবা ব্রারেংগী লাইরিক ৯। লাংওন লংদায় (২০১২) হায়বসিনা অইবগী মাপলশুবা লাইরিক্নি।

